মনোহর মালগাঁওকরগী

# ডি মেন হু কিল্ড গান্ধী

(গান্ধীবু হাৎখিবা মীশকশিং অদু)

মৈতৈরোন্দা হন্দোকচবা
**চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ**



তাইবঙ পাউজেন

**THE MEN WHO KILLED GANDHI**

| | | |
|---|---|---|
| Written by | : | Manohar Malgonkar |
| Translate by | : | Chongtham Narendra Singh |
| Published by | : | Tourangbam Birjit Singh for the Taibang Paojen Publication |
| Cover Design | : | N. Ranjit Singh<br>Digital Creative Centre, Sagolband, Imphal |
| First Edition | : | 15th August 1991 |
| Second Edition | : | January 2006 |
| Price | : | Rs. 180/- (One hundred eighty only) |







**দি মেন হু কিল্ড গান্ধী**

| | | |
|---|---|---|
| অইবা | ঃ | মনোহর মালগোঁকর |
| মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা | ঃ | চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ |
| অফোঙবা | ঃ | তৌরাংবম বীরজিৎ সিংহ<br>তাইবঙ পাওজেনগী মহুৎশিন্দুনা |
| মখুম | ঃ | এন. রনজিৎ সিংহ<br>ডিজিটেল ক্রিয়েটিব, সেন্টর, শগোলবন্দ, ইম্ফাল। |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | আগষ্ট তাং ১৫, ১৯৯১ |
| অনিশুবা ফোঙবা | ঃ | জনুৱারি, ২০০৬ |
| মমল | ঃ | লুপা ১৮০/- (চাম্মা মরিফু) |

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।



ঁচোংথাম জয়কুমার সিংহ

তাইবঙ লিলা ফম্বাক্তা, শক্তম লাংবদা হনবা লৈতনা
চোকথরববা নাযক নঙবুনে, চৎলবরা মপুগী মশাইকোন্দা
লাইরম্লেনগী রঙ্গ মথুদা।
নিংশিংনবি নঙবু ঙসিসু, রূপমহলগী লিলা ফম্বাক্তা
শক্তম্লাংথিবা নঙনা, বীর টেকেন্দ্রজীৎ নাটক্তা
কৎথোক্লবা নাযক ওইনা।।
নঙগী থুদুংবু ইন্দুনা, পুথোক্লিবা এগী লাইরিক
অনিশুবা থুৎনম মৈতৈরোলগী, ডি মেন হু কিল্ড গান্ধী
নঙগী নফমদা কৎলবনিকো।।

চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

P. O. JAGALBET
LONDA S. C. RLY
BELGAUM DISTRICT
10th October, 1988

**Ch. Narendra Singh**
Keishamthong Top Leirak
Imphal-Manipur 795 001

Dear Mr Narendra Singh,

Thank you for your letter of 29th September. I am so glad you liked my book **"The Men Who Killed Gandhi"**, enough to wish to translate it in the Manipuri Language.

I hereby give you permission to do the translation into Manipuri and to publish it in book form. You will just have to make an acknowledgement on the Title Page that it is a translation of my book in English. After it is published, it would be nice if you could send me a copy for my collection.

I wish you luck,

Yours sincerely

**Manohar Malgonkar**

# অহানবা খুৎনমগী মতাংদা

# খ্বাইহে অমা অনিদং

থোকখিবা থৌদোক অমা হায়বসি যাদু হৈবা কয়াগী মতৈন ফাওবা ওলহনবা ঙমদ্রবনি। গান্ধী হাৎখিবগী খ্বাবী অসিমবসু অদুগুম্না থোকখ্রবা থৌদোক অমনি। থৌজিক্কী মতম অসি থোকখিবা ইতিহাসিক মশেংবা খ্বাবী কয়া খঙনীংনা থিজিন্নবকপা মতম অমা ওইরে। গান্ধী হাৎখিবগী খ্বাবীসি তশেং তশেংনা মরীক চুম্না ইবা খ্বাবী অমদি মচাক কয়া মণিপুরদা মবাং কায়না লৈতে। মতাং অসিদা শ্রীমনোহর মালগোকঁরনা ইবা "ডি মেন হু কিল্ড গান্ধী" হায়বা ১৯৮১ দা ফোঙবা লাইবিক অসি থেংনকর্বনি।

শ্রীমালগোকঁর মশামক মহারাষ্ট্র মচা অমা ওইবতা নত্তনা লৌতুনবা যাওবা মীওইশিংদুগা যাম্না মুন্না শকখঙনবা মীসু অমনি। লৌতুনবা যাওবা মীওই লোইনমক মহারাষ্ট্রমচা ওাক্তনি, মবাঠিনা মমা লোন্নি। অদুনা অইবনা মমালোন তিন্নবা অমা ওইক্লবদুনা লৌতুনবা যাওবশিংদুগী যাম্না মচা খাযবা অকুপ্পা মবোল কয়া খঙবদা খুৎলোমনা তেনখি অসিগীসু মথক্তা মহাক গান্ধী হাৎপদগী গান্ধী হাৎপগী বিচার পাইরাংবা দিনিদা বিরলা হাউসতগী যুম্লোন অমত্তমক কাল্লগা লৈদুনা থৌদোক মযামদুগা যাওল্লনা লৈরকপা মীসু ওইরকবনা খ্বাবীসি মরীক চুম্না খঙবা মীনি হায়বসিনি শোয়দ্রে মরম অদুনা অসিগুম্না মশেংবা খ্বাবী অমা মৈতৈ লোন্দসু লৈহন্নিংবনা ইমাবোন্দা হন্দাক্তুনা লৈহঙজখিবনি।

ইগী অকোক এদা লৈবা মকপ মপা, কলাম্না পুক্নি, থৌগৎপদুনা মযামগী মতেংদগী শাইনিক আস পুখোবপা শমখিবনি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনসু শেলগী মতেং পীবা পীবিবক্তুনা মপাং মপা ওইখি।

- চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

# অনিশুবা খুৎনমগী মতাংদা
# হায়জনীংবা ৱাহৈ খর

শ্রী মনোহর মালগোঙ্কবনা মাগী লাইবিক "ডি মেন হু কিল্ড গান্ধী মৈতৈরোন্দা হন্দোকপগী অয়াবা পীবকপা মতমদা বর অমসু পীবকই," "নঙগী লাইবিক্তু ফোঙলবা মতুংদা থুনা শীৎখিবা ওইসনু"। অহল ইবুঙো অদুগী থৌজান্নবা কোপী চামঙা নমখিবা লাইবিক অদু চহী ওন্দনা লোইনা চৎখিদুনা অমত্তা লেমহৌদে । কোপী অমখত্তুংদি থাকহৌই।

ঙসি চহী তবাহুমদোইবোম হাযবক্তে লাইবিক অদু মখা নমথবা ঙমদবা। মরুপ-মপাং কয়া অমা, অমদি মীতোপ কযানা লাইবিক অদুগী কোপী হংবা লাকখি, অদুবু ঐনা অমত্তা পীবা ঙমখিদে, নুংঙাইতবা ফাওই। কনাগুম্বনদি হায়বম্বসু য়াওই, "মতুং অমুক পুথোক্লবোইদ্রা"। ঐসু খুমখি পুথোক্কনি।

পূক্নিংদা যন্না নীংদুনসু লাইবক্কা ৎম্বা ঙাইবা তাখি। অদুবু, সর্ব্ব শ্রী এ সি নেত্রজিৎ তৌবাংবম বীবজীৎ সিংহ অমদি এ বামাকান্ত শর্ম্মা অনিনা পাঙ্গল থৌনা হাপ্পীবদগী ইথা-থাজদনা মখোযনা অনিশুবা খুৎনম লাইবিক ওইনা উহল্লকপদা ই ঙকপু ঙকই। লৈবাকমচা ও াবনা ভদ্রলোক অহুম অসি ঐনা থাগৎপ তনা বাৎলগদর্বনি।

লাইবিক অসিগী অনিশুবা খুৎনমসিদা ইংলিসলোন্দা ইবা লাইবিক অদু অমুক্কা হন্না পাদুনা ইমা লোন্দা লেংডদোনপদা লেপনা পাংখিবা ৱাহৈ কয়া অমা শেমদোক্কবা খুদোংচাবা ফংখি। ঐগী বাংলনা চমন্নবগুম কয়া তান্নফম লৈরবদা ঐগী ডায়াম ওইরিবা ঐগীদি ইথাম্বা থাজেনা চোংথামনস্ বাহৈগী মপাঙ্গবা, পল্লবা অমদি ওস্থোক ওনশিন কয়াদা লমজিংবিখি। অদুবু শেম্বগীদি লোইবা নাইবা নত্তে, মতাংসিদা ঐর্ নুংশিবা কযানসু লমজিংবিবক্কনি হাযনা থাজজৈ।

- চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

# অহানবা তাঙ্কক

হাৎন-শুনবা অমদি ইমু-নাইমু তানবা অমত্তা
থোক্তনবা ঐনা শীনগনী।

- লোর্ড লুইস মাউন্টবেটেন

শোক ১৯৪৮ গী জানুৱারীগী তাং ১২ নুংথিলগী পুং ৬ তাবগী অদুৱাইদা ভারতকি গোভর্ণর জেনেরেল লোর্ড লুইস মাউন্টবেটেনগী প্রেস সেক্রেটরি অলান কেম্পবেল জোন্সন, নিউ দিল্লিগী গোভর্নমেন্ট হাউস ইসটেটতা লৈবা মাগী বাংলোদা মীনিন মরক্তগী নাম্বোক্তুনা হল্লকপদা মাউন্টবেটেনগী লাইরিক পাফম কাগী ফ্রান্সতা চৎনবা মখলগী থোঙনাও মপাদু লাম্বোরকপদা, হিজ এক্সেলেন্সিগা মহাত্মা গান্ধীগা চীকথনা ৱারী শান্নরম্বদু উখি। কেম্পবেল জোন্সন্না খঙখি উন্নবদু গান্ধীনা হায়রকপদগী য়াম্না থুনা শীনখিবনি হায়বসি, অদুবু, মদুদা কয়া হকচীন্না লৌদগুম ওইনসু উই।

বৃটিশ শক্তি অদুমক্তা থা মঙাগী মমাঙদগী লোয়শঙশিংদা পাইরম্বা বৃটিশকি ফিরাল পুম্বা চিংথবগী থৌরম পাঙথোকহনখ্রবনি। ভারত ঙসিদি নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইরে। হাইনা হুন্না পাইবা ঙম্বা ফিরাল পুন্নমক্তগী মতীক হেল্লবা, অদুগুম্বা ফিরালগী মীহুৎ ওইরিবা বৃটিশকী মীহুৎ মাউন্টবেটেন্দি মখাতানা ভারত্তা লৈথহৌরি। মহাক বৃটেন নিংথৌগী সনা য়াথং মতুং ইন্না লৈবাক অসিবু নাখৈ অমা শেংনা লোইশিন খমজিল্লম্নবা খা নোংপোক এসিয়াগী সুপ্রীম এলাইড কমান্দর ওইনা হাইনা হুন্না লৈরম্বদগী অরোইবা ভাইসরোই অমা ওইনা ভারত্তা লাকখিবনি।

নুংঙাই য়াইফকোন্দা পোক্লক্লবা খুৎশেমগী ফজবতনা লৈতেংলবা, রোয়েল নেভীগী লানঙম্বগী শাজৎনা মচু শঙলবা চীংলেল্লবা শক্তম পুরবা, মথৌ খঙবগীদমক্তা মিংচৎ লৈরবা লোয়ননা নোংশাগী পাঙ্গল চেল্লবা অদুগী মথক্তা মশানা মশাবু লময়ৌনা থাজরবা অসিগুম্নবা লাইপোক্কী শক্তম অসি ঙসিদি, মায়পাকপা লান্মীগী পুন্সিনা ঙাক্লৌ ওইরদুনা মশাগী চহী নিফুতরক্তা খোঙ থাংজিল্লক্লে। কনাগুম্বা মীওই অমা মঙোন্দগী হেন্না চুন-না অসিগুম্বা ঐতিহাসিক ওইবা শক্তম অমা লৌদুনা মশাবু মতীক চারে হায়না লাকশিঞ্জবা ঙম্বা মীওই অতোপ্পা অমা লৈরম্মোই। ভাইসরোই অমা ওইনসু মাউন্টবেটেন সুপ্রীম কমাণ্ডর অমা ওইনা মীপুম খুদিংমকপু লাকশিনবা ঙম্বা অমদি অরোইবা সনা য়াথংসু তাওথবা ঙম্বা মী অমা অদুম মওইরম্মী।

মহাকসি মায়পাকপদা য়েংলে লময়ৌরবা অদুগা মায়থীবদা য়েংলে নীংহন্নরবা অমনি। ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসকী লুচিংবা ময়াম, মরুওইনা গান্ধী, নেহরু অমসুং খরা তাথবদা পটেল, মহাক্কী মথৌদা পূক্নিং চঙবা মতৌদা অৱাবা কয়া নংখি। মাগী মগুন ময়ামদুগী মথক্তা নেহরুনা মাবু 'খুউ শেনফম থোকপা' মীনি হায়না মগুন অমসু হার্পাচনখি। অদুবু, অতোপ্পা অচৌবা রাজনিতী মুসলিম লীগ দলগী মকোক ওইরিবা মহম্মদ আলী জিনাগী লৈপাকমচা তাদবা মতৌদু হৌরকত্রিঙৈদা, মাউন্টবেটেনমক্তা হান্না কাইহৌবনি। লৈবাক ওাক্রোন্দা অনিমক্কি চপ মান্ননা থৌ পুমিন্নবা হায়বা থৌশিলদুদা অচৌবা দল অনিদুগী মরক্তা য়ানবা অমত্তা পুরকপা ঙমদবদগী, মহাক্না মশাগী ওইবা থৌশিল অমা মাইগৈ অনিমক্তা নমশিল্লমই। থৌশিল অদুমক্তি তশেংবদি জিনাগী থৌশিলনি, লম খায়দোক্নবা। মহাক্না মুসলিম্না নন্না তাবা শরুক্কু ভারততগী ককথৎতুনা অনৌবা লৈবাক পাকিস্তান হায়বা অমা শেম্বদুদা অয়াবা পীদুনা মমৈ মকোক ককথৎপীরবা ভারত হায়বদি হিন্দুগী লৈবাক অমা ওইহল্লি। তশেংবমকসু হিন্দুগী লমগী ৱাদি থমখো হিন্দুনা মপুং ওইবা লম অমখক ফাওবা কংগ্রেসনা ওইহন্নবা হোৎনখিবা লৈতে। মদুগী মহুৎতা কংগ্রেসনা মখোয়গী সংস্থান অসি ধর্ম্ম অমত্তদা মীচঙ মীখায় নাইদবা অমদি শিখ, বৌধ, জৈন, খৃষ্টান অমসুং জোরোষ্ট্রিয়ান ধর্ম্ম পুন্নমক্কী তুংনফম ওইরবা অমনি হায়না লাওথোকখি।

মাউন্টবেটেনগী মায়পাকপদি, মখোয়না হায়বতনা অচুম্বনি খল্লবা; খোপচিনবা পাম্বা কাঙলুপ অমগী অপাম্বা থুংহন্নবদা, মমৈ মকোক ককথৎলবা ভারত অমা ওইহনবদা য়েৎলক্তনবা কংগ্রেসকি লুচিংবশিংবু থেম্বা ঙমখিবদুদনি। অদুঙৈ বৃটিশনা মসিগা মান্নবা প্রস্তাব অমা হৌদোরকপদদি কংগ্রেসনা থবৎ তৎপমখৈ য়াখিদবনি। কংগ্রেসনা মতমদুদা খনখিবদুদি করিগুম্বা মাউন্টবেটেনমক্তা জিনাগী তোখাই তানীংবদুদা অপনবা পীবা ঙমদ্রবদি কন্নানসু ঙম্নরোই, অদুনা মচেৎ তাহন্দবা ভারত অমা পামলুবসু অরেম্বা তারনি, মরম কয়া অসিনা হন্দক্তি মখোয়না য়াবা তারমই। নেহরুগী লোন্দা "কোক চীকপা ফন্নবা কোক ককথৎপা তারে" হায়বদুনি। করি অমুক হায়নি, তারক্লিবা রাই অদুদা য়ানিংদে হায়না হায়বগী মখোয়গী অধিকার লৈরবসু মখোয়না বিচারপতী অদুবু মপুকচেল তিংবা মীনি হায়না লৌখ্রে। মখোয়না মহাকপু মখোয়গী য়াইফনবা খনবিবা মরুপ অমনি হায়না লৌথোকখ্রে। ৱারী শানবদুনা অসুম চঙশিন্নরকপদগীদি মাউন্তবেটেন অমদি নেহরুগী মরক্তা য়াম্না নকুবা মরুপ ওইবগী মরী অমদুম লৈনরক্রে। মদুনা জিনাদদি মাগী অপাম্বদু থুংলবফাওবদা মখোয় থীৎপদি হেনগৎহল্লমই অমসুং মাউন্তবেটেনগী মফমদা চীম্বান্দনা খোইহী তৈরগা পুক্নিংদনা হু ফুম্বগী লমচৎ অমা

চৎননবা ইনশিল্লমই। গোভর্ণমেন্ত হাউসকি য়ানখ্রবা চৎনবী ময়ামদু, খুদোংচাবা হেক ফংবগা মহাক্না নাপ্লোকহন্দনা থুগাইনবা হোৎনবদা হলেংবা লৈখিদ্রে। মহাক্না অমুকখক মাউন্টবেটেন্দা চিঠি অমখক থারকখি, মদুদা অসুক্কী মতীক লৈপাকমচা তাদবা ৱাহৈ ঙাক্তা ইখ্রে। চিঠি অদুবু পারুবদা মাউন্টবেটেনগী ওফিসকি মকোক লোর্ড ইসমেনা কেম্পবেল জোঙ্গন্দা হায়খি "অসিগুম্বা মখলগী চিঠিদি ঐঙোন্দা লৈবাক্কী নিংথৌ ফাওবনসু ইরক্লোই অদুগা ঐনা কুলি অমগী মফমদা ফাওবা ইরোই"।

গান্ধী, নেহরু অমদি পটেল অমরোমদনা মাউন্টবেটেনগা য়াম্না চান্নবা উরবসু অমরোমদদি মাগী অচেৎ অকোম ঙাইদুনা লৈরম্মী। মখোয়না ওফিসকী থৌরম পুম্বদা থৱায় য়াওশিনবা তৌদে অমসুং লেপথোক্করগা উন্নবা নত্তনা অমুক্তসু মাগা উন্নবা চৎখিদে।

মাউন্টবেটেন্না কংগ্রেস লুচিংবশিংদা মাগী পোরম অদু নমদুনা ইনশিনহল্লগা মীয়াম্বু চঙক্লহনবা অমা থোকহনবগা লোয়ননা চৈথেং অমগা পীরগে লেপখ্রে। ভারত অমসুং পাকিস্তান্দা শক্তি শিন্নবা লেপনরম্বা নুমিৎ অদু চাউরাক্না শোক ১৯৪৮ গী জুন থাদগী আগষ্টকী তাং ১৫ শোক ১৯৪৭ তা য়েশিনখিরমই। চহী অমা পুরা লৈরম্বদগী নুমিৎ হুম্ফুতরামঙানিদা য়েশিনখ্রে।

মসি য়াম্না মথোঙ হুক্তবা থৌশিলনি। মসিনা কংগ্রেসকী লুচিংবশিংবু ফর ফর হাইহনবনি। অমরোমদা অসুক কুইনা নীংতম্বগী অন্দোলন কারী ওইরম্বশিংদু নীংতম্লকপদগী থোক্লকপা খাঙঙমদ্রবা চেনবা য়াদ্রবা সংসারসিদা লংথবিবনি। বৃটিশশিংনা করি তৌরম্বা তৌরমদ্রবা, মীবা ঙাঙনদুনা লৈপুং ফমদুনা লৈথোকপা য়াদ্রে, মদুগী মহুৎতা মখোয়গী মখুৎমক্না সরকার করম্না পুরসিগে হায়বসিদা শেম শাদুনা লৈবা তারি।

চহী কয়া চুপ্পা "বৃটিশশিং ভারত থাদোকউ" লাওরুবা মতমদুদদি খঙলমদে মখোয়বু তাপ্লোকউবনা অসুক চরাংনহনগনি হায়বসে, মতুংদদি মসিসু খঙলকখি মদুদি, নীংতম্বা হায়বসিনা লৈবাক ঙাক্লোনগী পোৎলুম অতোপ্পনা হৌখিবা শতাব্দী অমা মখায় মখোয়গীদমক্তা থাংবিরম্বদু মখোয় মশানা থাংবেতা নত্তনা লম খায়দোক্লবগী অৱায় অখুম অমসু থেংনবদুনি। চঙক্লরবা কন্সটিটিয়ুয়েন্ট এসেম্বলীগী মেম্বর অননা হিজ এক্সেলেন্সিদা হঙ্গৎখি, লৈবাক অসিবু মরা চেৎনা ফাজিল্লল্লিবা মওং অসি তহা তহা তৌদুনা থুগাইরব্দা লৈবাক শীনবা থুংনা হাৎন শুনবা থোরক্লিবা অসিনা সরকারগী শক্তি হুম্বহনবা ওইরোইদ্রা? অকিবা অদুমকসু অশেংবনি, মরমদি ভারতপু মুসলিম

লৈবা শরুক অমদি লেমহৌরিবা শরুক হায়না খায়দোক্লবা লৈবাক্কী লুচিংবশিংগী মরক্তা প্রস্তাব তৌনরকপদা অৱাং অমদি নোংপোকথংবা শরুক্তা ইচা-মীচা নাইবা য়েন-শুনবা কয়া থোরক্কে। মদুমক্তু মতমদুগী অঙম্বশিংদুনা মতমচানা লাকশিনবগী মথৌ তারক্কনি খল্লুদবনি।

মাউন্টবেটেন্না মখোয়গী পুক্কিং লৈতাদবদু ফাথরমই, ৱাহং হংলক্লিবা মেম্বরদুদা ওনশিন্দুনা মানা লাওথোক্লমই মদুদি মহাক্না ইমু নাইমু তাহনবা অমত্তা থোকহল্লোই। হিজ এক্সেলেন্সিনা মখা তারকখি, "ঐনা লান্মী অমা ওইনা হায়রি, মীচম অমা ওইনা হায়বা নত্তে, ৱাফম অসি"।

মহাক্কী মৱাহৈদু কয়াদা লায়না অরেম্বা তাহনখ্রবা হায়বদু ইতিহাসনা শাক্ষিনি। ইমু-নাইমু তানখ্রে, মীহাৎ-মীপুন অদু অসুক্কী মতীক পাক্তক্লখ্রে মদুদি মৈহৌরোলগী লান্দা অথৌবশিংনে ফাওবা অদুম হায়নদি মাঙ তাকহনখিদে। লম খায়দোক্লবদুনা পাক চাওনা কোল্লবা লৈবাক অসিগী মী কয়া মমৈ মকোক খঙহন্দনা খুল হোংবগী ঈচেল অনি থোক্লা মী কোটি তরানিথোই শমজি খাইদুনা চেন্নখি। পাকিস্তান্দগী হিন্দু অমসুং শিখ অদুগা ভারততগীনা মুসলিমশিং মীচেল ওইনা চেম্থোক্লরকপদু তাইবঙ মীনা তুরেলগী শক্তম লৌদুনা চেনবগুম্লে। কাওঙমদ্রবা, খনবদা মঙগুম থোক্লবা অকিবতনা থল্লবা মখোয়না উরকপা, তারকপা ৱারী ময়াম পুরদুনা মখোয় চৎলি। মখোয়গী অৱাবদুনা লমন খুম্লিংবগী ঈহৌ ওইনা হৌরকপদু মহাদেশ অসিদা মী কোটি কয়াগী থম্মোয় কায়হনখি, শোকহৌদবদি খরতনি। মীপুম খুদিংমক মখোয়গী মাঙখিবদু ফংনীংবগী, লমন খুম্লিংবগী মৈ হৌরমই। চাউরাক্না মুসলিম কোটি নিফুমুক্তি ভারত্তা লৈথবগী ফিরেপ লৌখি। মখোয়না লৈরুবা সহর অমদি খুঙ্গংশিংদুদা মখোয় চেনফম লৈতনা অমরোমদা ফংফম থোকপা ওইনা, শাওহল্লবা হিন্দু অমদি শিখশিংগী খুৎচুম্বী তান্নফম ওইখি।

মাউন্টবেটেন্না ইমু নাইমু তানবা অমত্তা থোকহল্লোই হায়না লাওথোরকপা মতমদুদা, কংগ্রেসকী লুচিংবশিংদুনা কুইনা তানীংদুনা লৈরবা ৱাফমদি মদুতনি। অহিংসাগী মশাইগোন্দা চাওজরকপা অমসুং শক্তি শিজিন্নবা হায়বসি হৈনহল্লক্তবা মখোয়দি চপ মান্নবা অকোয়বদা থোক্লিবদু উরুবদা চমম্নখিবনি। মসিগী মতাং য়ৌরক্লবদি অখন্নবা মাইয়োক্লবা হৈরবশিংতগী মথৌনি অদুনা, মাউন্টবেটেন্না লান্মী অমা ওইনা মখোয়দা ইমু নাইমু তাহল্লোই হেক্তা হায়রগা মখোয়না করিগীদমক্তা কিনিঙাই লৈত্রে হায়না থাজরুরিবনো।

অদুবু, মাগী কায়খ্রবা ৱাশক অদু শিংগৎকে হায়না মাউন্টবেটেন্না লেপখি।

করিগুম্বা মরম অমত্তা পীদনা কংগ্রেসকী কাংবুনা, নীং-খা তন্নবা মতুং ফাওবা মখা লৈথদুনা অনৌবা লৈবাক ঙাক্লোন হৌদ্রিঙৈগী মরক অদু য়েংশিনবিনবা মঙোন্দা হায়জরমই। মরম অদুনা মাউন্টবেটেন মখা লৈথরমই। মহাক হৌজিক গোভর্নর জেনেরেল হায়না মিংথোক্লে অদুবু, মহাক হৌজিকসু সুপ্রীম কমান্দর ভাইসরোই অদুদি হোংবা লৈতে অদুগীসু মথক্তা জিনানা মরক্কী মতমদু ফাওবদা বৃটিশকী মীওই অমা মকোক ওইনা থম্বা য়ানীংদবদগী মশামক পাকিস্তানগী গোভর্নর জেনেরেল ওইখিবনা পাকিস্তানগী মথক্তদি শক্তি অমত্তা লৈজদ্রবসু অমদি মপানগী মীওইদি ওইজরবসু, মহাকপু (লৈবাক অনিগী চয়েৎনবা কয়াদা) ৱাতেম্বীবা ঙম্বা মীনি হায়নদি লৌনরমই।

মাউন্টবেটেনগা লোয়ননা মহাক্কী নক্লা তিন্নরম্বা মরুপ অমদি খা নোংপোক এসিয়াগী মকোক ওইরিঙৈগী প্রেস সেক্রেটরি অলান কেম্পবেল জোন্সন হায়বা প্রেস সেক্রেটরিদুসু মখা লৈথরমই।

অখন্ননা য়েকথোক্লবা অকক্লবা তারিখ য়াওবা মদুদা শক্তি শিন্নবগী নুমিৎ কয়ানি লৈরিবগে হায়বতমক য়েক্লুনা য়াওরবা কেলেন্দর অমগী মখাদা পোত্থাবা লৈতনা থবক শুরিবা মাউন্টবেটেন্না মঙোন্দা শিন্নরকপা থৌদাং নুমিৎ হুমফুতরামঙানিগী মনুংদা মীরৈবাক সাসন লোইশিন্নবা কন্না হোৎনবি। মদু নুংঙাইরবা কুম্মে অমনি অদুবু, থৌরম অদু মমৈদা য়াম্না নীংবা কায়নীংঙাই নত্রগা থাঙঙমদবা চৈনা থোকহল্লমদবসু য়াবনি। মাগী শক্তিগী মনুংদা লৈনা লৈনা থিংননবা হোৎনখিদবা মাউন্টবেটেন্না পুম্নমক থোকহনবা ঙাক্তনি হায়না কনামত্তনা মরাল শীদে হায়বগী ৱা ঙাক্তা নত্তে। মহাক্কী খন্থবা ৱাৎখিবা মতাংদি, মতীক মগুন লৈরবা ভারত লান্মীগী মপুসু ওইরিবা অমদি নোংথক লান্মীসু মখুৎতা লৈরিবা মানা জাৎকী নাকপাক নাইরবা লৈবাক ইরাং হৌবদু নমথবা ঙমগনি খল্লবদুনি। মহাক্না লাওথোকখি, "ঐনা খ্বায়দগী শাথীরবা পাম্বে শিজিন্নগনি। ঐনা এরোপ্লেন অমসুং টেঙ্ক শিজিন্নদুনা অচিক অশা নাইহন্দ্রিবা মীওইশিংদু নমথগনি"। থৌওং অদুনা তাক্লিবদি মহাক্না উবা ঙমদবা অমা লৈরে, জাৎ য়েংদুনা লৈবাক অসি হেক খায়দোক্লুবদা খুৎলাই পায়বা লান্মীশিংসু চপ মান্ননা অনৌবা লৈবাক অনিদুদা য়েম্থোক্লখিবা হায়বসি শোয়দ্রবনি।

মসিমক থোকখ্রবনি। লম হেক য়েম্থোক্লখিবগা মুসলিম রেজিমেন্ট অদু পাকিস্তান্দা চৎখ্রে অমসুং অতোপ্পা রেজিমেন্টশিংদসু মুসলিম ওফিসার খরা নত্তনা লোইনা খুদুং ইনখি। হিন্দু লান্মী অমদি নোংথক লান্মীসু অদু মঙায়। ভারতকি খুৎলায়

পায়বা লান্মীশিংগী লিংজেল মান্নরবা মথৌ খণ্ডলবা, থকশি খাশী নাইরবা, সুপ্রিম এলাইড কমাণ্ডরগী খুৎচাবী ওইরম্বদু ঙসিদি নৎত্রে। শেংনা হায়রবদা ভারত্তা হিন্দু ঙাক্তা অমদি শিখ ঙাক্তনা শাবা রেজিমেন্ট ফনা য়াম্না লৈ, মখোয়দুদনি মচোই মচোই তৌম্রিবা। অদুবু, লম খায়দোক্লবনা পুরক্লিবা জাতি মশেল য়েংথীনবদুনা অসুক্কী মতীক পাক্তক্লখ্রে মদুদি লাম্মীশিংসু মদুনা পুক্লিং হুম্থহল্লে হায়না খন্নরম্মী। নিত্তীগী, হিন্দু অমদি শিখ য়ুমহোংবা কাংবুগী মথক্তা পাকিস্তাননি লান্মীগী মীহাৎ মীনৈগী মতৌদুবু তোয়না থেংনহল্লবা হিন্দু অমদি শিখ লান্মীশিংনা অতোপ্পা মাইগৈ অমরোমদা মখোয়গী মচীন মনাওশিংগী থৌদৌদগী অৱাবা তারবা মুসলিমশিংবু ঙাকপি শেনবীগনি হায়না খনবা য়ারিবরা ?

অদুমকপু য়েৎননিঙাই লৈত্রবা ৱাফম অমদি, কুম পুরবা অসুপ্পা লুচিংবা মাউন্টবেটেনগী মখুৎতা লৈরিবা নীংহন্নরবা মচোই মচোই তারবা লান্মী খুজোক খরসিনা খুল হোংলিবশিংবু ঙাকশেনবগী মথৌ তৌহনবদি হেন্দোক্লবু ঙম্বতা নত্তনা তমথীবা হাৎন শুনবা কয়া খুদক্তা নমথবসু ঙন্নমগদবনি।

লাইবক থীবদি মসিগী লান্মী খুপ্পু থরসিফাওবা মাউন্টবেটেন্না য়াম্না কুইনা ফংবা ঙমখিদে। বৃটিশনা হনখ্রবগী মতুং থা অনিদা ঙায়রিঙেদা অনৌবা লৈবাক অনি অসিগী মরক্তা অহানবা ওইনা লান্মী অনি খুৎ থোক্লরম্মী। ভারত্তা লৈহৌবা লান্মী অয়াম্বদি পাকিস্তান্না কাশ্মীরবু খুদুম চনখিদনবা খুদক্তা থোমজিনবা তারমই। তশেংনা হায়রবদা অৱাং অমদি নোংপোক ভারত্তা তাঞ্জাদুদা লাম্মৈ চাকপগুম শন্দোরক্লিবা ইচা মীচা নাইবা হাৎনা শুনবদুবু য়েংশিন্নবা কনাসু লৈহৌদ্রে।

মতমদুগী লৈবাক্কী ফিভমদুদা কাশ্মীর নত্রগা অশাংবা মিংদা জম্মু অমসুং কাশ্মীর হায়বদু নিংথৌ পানবা খ্বায়দগী চাওবা লৈবাক অমা ওইরম্মী। লৈকংলমতনা মাইগৈ পুন্নমক্তা কোয়শিনবা বর্গ মাইল ৮৪,০০০ কোনবা, লৈতেম মান্নরবা পঞ্জাবকি ৱাওথাংনরবা তম্পাক লমদমদগী শন্দোকখিদুনা উনতনা থানা কুপ্লবা ঈশিংগী তুংনফম হিমালয় ফাওবদুনি, মদু বৃটিশকী লৈপাকমুক হেক চাওবনি। চীংগী নাপোমতনা থল্লবা চীংগোলতনা লৈশিনদুনা লৈরবা কাশ্মীরগী রেল লম্বী লৈতে অদুনা মপালগী সংসারগা শম্নবা লম্বী অহমখক্তনি। ভুগোলগী ওইবা সিমানা লৈজরবসু লমকোয়বশিংনা খণ্ডলিবা কাশ্মীরদি শ্রীনগরগী তম্পাক অদুতবুনি, মদুদি চাউরাক্লা বৃটিশশিংনা নিংথৌ পানবা লৈবাক জম্মু অমসুং কাশ্মীর হায়বদুগীময়াইমক্তনি। মসিগী তম্পাক অসি লোকচপ ময়াম অমদি চীংলোন কয়ানা খাজিনদুনা লৈ, মায়গৈ অহম্মক্তুদগী অমখক্তদা তিল্লি অমসুং মদুগী অমত্তা ঙায়রবা লম্বী ভারততা মমায় ওনশিনবদু পাকিস্তান ফাওরগা

লাক্কদবনি। শ্রীনগর তম্পাক্তা শম্নরিবা মরুওইবা মপাল সংসারগা শম্নহল্লিবা লম্বী অনিমক মাইগৈ সোমদগী চঙলকই অহমশুবা লম্বেল অদুনা পোক্লকখিবদু নিংথৌনা মহাক্কী নিংথম অমসুং কালেনগী কোনুং জম্মু অমসুং শ্রীনগর চৎপা য়ানবা লম্নাইগী ওইবা লম্বেলদুনি। মদু বৃটিশকী লমদম ফাওদনা চৎপা য়ানবা শেমখিবনি; হৌজিক্তি শ্রীনগর তম্পাক্তা ভারতকা চুমদ্রিং শম্নহল্লিবা লম্বেলনি। অদুবু মসিদি লম্বেলনি হায়বা য়াদবা চীংগী খোঙ লম্বীগুম্বনি অমসুং লম্বেল লমতাক মেপতদি জিপ চৎপা য়াবা লম্বেলনি হায়না উথলি। মসি য়াম্না খুদোংথীনা ওম্মী, তোয়না লম্বেল নীংখায়বা নংই, মাঙদা করি লৈরি উবা ফংদ্রবা তু চুংলবা চীংচেপ তরানিথোইমুক লৈ, মদু ডিসেম্বরদগী এপ্রিল থা ফাওবদি উনগী মপৈনা কুপশিনখিবনা লম্বেলদুদা গাড়ী অমত্তা চঙবা য়াদনা মপালগী সংসারগা মপুংফানা শম্নদনা লৈ। শোক ১৯৪৭ তদা লম্বেল অসি কুম্বী কালেন খায়দনা চৎপা য়ানবা লম্বেল ওলহন্নবা থবক পায়খৎপা হৌখি। শোক ১৯৫৫ গী মতুংদা বান্নিহাল চীংনুংস্থৎ হায়বা সমুদ্র লৈমায়দগী ফুট ১০,০০০ বাংবা লম্বেলদু ফাৎলবা কান্দতা লোইশিনবা ঙমখি।

কাশ্মীরগী ওইনদি মী লাক্ষ নিফুগা মখায়দুগী মনুংদা লাক্ষ তরাদি নত্রগা চাদা হুম্ফুতরা মঙাদি মুসলিম ওইরমই, অরেম্বদুনা হিন্দু, শিখ অমদি বৌধশিংনি। মহারাজ মশামক্তি হিন্দুনি।

লম খায়দোক্লবগী মবমদা ইবা লাইরিক কয়াদা কাশ্মীরগী মহারাজা লেপ্টেনেন্ট জেনেরেল হিজ হায়নেস সার হরী সিংহ, ইন্দরমহিন্দর, সিবার-ই-সলতানট, জি সি এস আই, জি সি আই ই অমসুং ইংলণ্ড নিংথৌগী এ ডি সি বু "কাশ্মীর বাথোক" হায়না খঙনবা থৌদোক অদুবু থোকহনবা মীফম্ত্র অদুনি হায়নৈ, ভারতকি রাজনিতী লুচিংবশিংনা অমদি প্রেসনা মাবু হন্নদুনা ঙাঙখিদবা বা অমত্তা লৈখিদ্রে। পাকিস্তানগী মীৎয়েংদদি ঙাঙনবিরিবা বাফম অদু চুমই হায়না হায়বসু য়াই অদুবু, ভারতকি ওইনদি মহারাজ অদুনা মসিদগী তৌবিবা য়াবা লৈত্রে। মরম অদুনা মহারাজা হরী সিংহবু মীওৎপা হায়না চৈবিবগী মহুত্তা শেমগৎ শাগৎপিবা মপুনি হায়না ইকাই খুন্নবিবদুম য়াই।

সিমানাদা লৈবা লমদম অমা ওইনা কাশ্মীর অনৌবা লৈবাক অনিসিগী মনুংদা অমদা হেক্তা তিনখিবা য়ারমই, অমরোমদা মাউন্টবেটেন্না মনুংগী আর্থ খঙদবা মপানগী মীওই অমা ওইনা মহারাজাদা প্রজাগী অপাম্বা য়েংলগা চৎলু হায়না পাওতাক পীরমই। মরম অদুনা মুসলিম্না নম্না তাবা লম ওইবনা পাকিস্তান্দা য়াও হায়না পাওতাক পীবগুম্বনি। মতম খরদি মহারাজদুনা অচাওরম কাজরদুনা এসিয়াগী স্বিতজার্লেণ্ডগুম মিপান তাংদবা তোমথিন ঙানবা লৈবাক অমগুম লৈনিংলমই অদুবু, ভারতকী সরকারনা নীংতম্বা কাশ্মীর অমা ওইখিদনবা মহাকপু কিহল্লমই। তুংদা থোরক্কদবা থৌদোক কয়ানা তাকই

মদুদি ভারত সরকারনা নীংতম্বা লৈবাক কাশ্মীর অমা ওইহনববুদি পাকিস্তান্দা ওইনা তিলহন্নিংঙমই হায়বদু থাজবা য়াদবা ৱাফম্নি হায়বসে অদুবু, মদু মানবদুদি মতমদুনা পুরকপা শক্তম্নি।

মহারাজ হরী সিংহ মশাগী চহী য়াম্খেনিথোইদনি, মহাক্কী অয়াম্বা পুল্সিদি অকে অমৌ, নুংঙাই য়াইফদা তাওদুনা লেল্লকই অদুবু মতৌদি মপু শাবদা পকচদবা তনোয় তনোয়বা লেংঙম শাঙমদা কতনগুমই। হিন্দু অমা ওইনা মহাক ভারত্তা য়ান্না য়াও নীংলমই, অদুবু অফ ফত্ত উগনবা মী অমা ওইনা খঙই ৱাফমদু খিৎতং হেক কাঙথোকউবগা পাকিস্তান্না কাশ্মীরদা চঙদবা য়াদবা পোৎচৈ চঙলকফম লম্বীদু শোয়দনা থৎখিবা তাবনি। মতমদু ভারততগী শ্রীনগরগী তম্পাক তাবা লম্বীদু মপানতাংবা য়াবা ওইদ্রি। মরম অদুনা হরী সিংহনা মাগী হৈনবী লুদা লুশিল্লক্লগা মানা হেক তৌবা অদুম হায়না করিমত্তা ইথোক হেক থোক্তুবদৌনা নীংঙাইদনা লৈথোক্লমই।

জিনাদি মৈ হৌরমই, মশানা তাবনি অদুবু নেহরু অমদি লুচিংবা কয়াগীদি ৱাকৎনিঙাই পংলৈ লৈতে। মখোয়দদি কাশ্মীরসি মখোয়দা তিল্লরবগুম্বনি অমসুং থাঙ্গৈমকশেংনো মহারাজদা পাও থারমই মদুদি করিগুম্বা মহাক্না পাকিস্তান্দা তিনখ্রবদি তৌগে হায়না তৌবনি হায়না লৌগনি। হৌজিক্তি কাশ্মীর অমদি মদুগী অয়াম্বা শরুক্তি মখোয়গী খুদুমদা চল্লবগুম্লে। নেহরুসু পটেলসু অমদি লম খায়দোক্লবদা য়ানীংদে হায়দুনা চোংথোক্লিবা ভারতকি রাজনিতীগী সংস্থান অমা ওইরিবা মমৈদা য়ানরক্তদুনা কংগ্রেসতগী চোংথোকখ্রবা হিন্দু মহাসভাগী ইচঙ থৌরবা লুচিংবা সৱর্কর ফাওবা কাশ্মীর ভারততা নমদুনা তিনশিল্লক্লবা চেবোল ওইনা থারম্মোইদবগী ৱা লৈতে।

করিগুম্বা জিনানা মহারাজা হরি সিংহগা শীঙনরল্লবা অদু ওইরবদি মহাক্না কাশ্মীরসি করম হায়না ফংহৌদ্রিবনো হায়বসি খনবদা মম্মী। মহাক হন্দক মরক্তি "হকথেংননা খুৎথাবা" হায়বসিদা থাজবা মী অমা ওইরে। করিগুম্বা গান্ধীগী সত্যগ্রহগী আর্থ মী য়ামগী ওইবা হায়বা ইন্দবা হায়না হনবা তারবদি জিনাগী "হকথেংননা খুৎথাবা" হায়বদি মীয়াম পুন্নমকপু য়েখায় থিনগাইবা থোকহনবা হায়বা তাই। পাম্বে অদুনা মঙোন্দা কান্নহনখি, পাকিস্তানমক ফংজখিবনি। জিনানা হন্দকসু পাম্বে অদু শিজিন্নদুনা মহারাজাদুগী মথক্তা খুৎ থারগে লেপখ্রে।

হন্দক্তি মাগী হকথেংননা খুৎথাবগী থৌরমদু তায়োন্নরবগী মথক্তা কোক য়াওদবগী থৌদৌ তাখ্রে, মরমদি মদুনা, ভারতনা কাশ্মীরদা লাম্মী থাজিল্লক্লবা চপ চাবা মতাং অমা ওলহনখ্রে। জিনানা পায়খৎলক্লিবা থৌওংদি পাকিস্তান ফাওরগা কাশ্মীর তাবা লম্বী অনিমক থিংজিনবনি অদুগা নারোন্দা চীংমীশিংগী মতেংনা লান্দাগে

লেপখিবনি। মসিগী মথোঙ হুক্তবা লালওঙসিদা লান্দাব়রুবদা মহারাজাদুনা জাৎ নাইদবা হায়না লাওরদুনা মাগী লমদম চীংমীশিংনা লৌশিল্লক্তনবা লান্মীগী মতেং পীয়ু হায়না ভারততা চেনশিনবা তারমই।

হন্দক্তি চমন্নবগী পালি ভারতকী তারে। নুমিৎ নিনি চুপ্পা নেহরু অমদি কেবিনেটকি মশুং মমান্নবশিং মথৌ খঙবা অমা ওইনা মাউন্টবেটেনগী ব়াতেম্বা অমগী তৌফম থোকপা শক্তমদা কাশ্মীরদা লান্মী থাজিল্লুবদা অরানবা তাগদবা পাওতাক কয়া তাদুনা লৈরমই। ভারতকি কর্মচারী অমা ওইরুবনা পুমসুপ সুপ্পদি ঙমদ্রবা ভারত লান্মীগী মকোক বৃটিশকি কমাণ্ডর ইন চিফ সার লোব লোখার্টসু মাউন্টবেটেনগী মোত অদু শৌগৎলদুনা হায়রমই, মদুগী খোঙথাংদু লান্মীগী তমথীবা অব়াবা অমা নংবা য়াই। অদুবু নেহরুগা পটেলগদি থেন্নবা য়াদবা মতৌ অমা ওইরবদুদা মাউন্টবেটেন্না লান্মীগী মতেং পীবা হায়বদু কাশ্মীরনা ভারততা তিনবা য়ানবগী মহুৎ ওইনা পীবা য়ারে হায়খ্রে, অদুবু কাশ্মীর ভারতকি ওইগদ্রা পাকিস্তানগী ওইগদ্রা হায়বগী অরোইবা ব়াফমদুদি ইরাং নেমথরবা মতুংদা কাশ্মীরগী প্রজাগী অপাম্বা মতুং ইন্না লেপথোক্কবা হায়বসিনি।

সোমদা নিউ দিল্লিদা নেহরু অমদি মশুং মমান্নবশিংনা মখোয়গী গোভর্ণর জেনেরেল অমদি লান্মী মকোক্কুগী ব়ারেপ্তুদা পুক্নিং শোক্তুনা লৈরি, অসোমদা লালহৌবশিংদুদি লমজাও শোরোক্তা লেপ্তুনা চঙশিল্লকপনা পাকিস্তানগী আবোটাবাদ লাম্থোক্তুনা কাশ্মীর য়ৌশিনখ্রে। নুমিৎ হুন্নিগী মনুংদা মখোয় মুজফরাবাদ অমদি ডোমেল লৌশিন্দুনা উরিগী সহর লুট তৌদুনা মৈ থারমই। ওক্তোবরগী তাং ২৬ তদি মখোয় শ্রীনগরদগী মাইল ৩৫ লাপ্পা বরামুলা য়ৌশিনখ্রে।

বরামুলা হায়বা মফমসিমক্তি বৃটিশকি কর্নেল অমদি মখোয়গী মেমসাহেবশিংনা খুন্দা লৈতানবা মঙ মঙখিবদো, মবমদি মফমদুদা মখোয় অনৌবা অনৌবী ওইঙৈগী লমকোয়বা মতম লেনফম ওইখিবতা নত্তনা ঙা ফাফম ওইরিবা তুরেল তোর্ব্বানগী সহর, শঙ অতাওবীদা লেনখিবা পুক্সি, হৈজাম্পেৎ অমসুং আতোরগুলাবতনা উরুম লাংহল্লবা লম্বেল, অচীকপা অশং অমাম্তনা মীৎ ইংহল্লবা মঙ লৈবাক্কুল্লবা মফম, মখোয়না মপাল ফরিঙৈদা লেনখ্রবনি।

ওক্তোবরগী তাং ২৬ ফাওবদি ববামুল্লা মাগী শক্তম কায়দ্রি, মথংগী নুংথিলদদি তাক তুমখ্রে। মীশিং ১৪, ০০০ গী মনুংদা ৩০০ খক্তমক খাক্লগা তুম্না হাৎখিরম্মী, চার্চ, কনভেন্ট অমদি ধর্ম্ম শন্দোকপশিংগী লোয়শঙ কয়া মৈ থারমই. লম্বোইবীশিংবু মীয়াম মমাঙদা খোঙ্গোইনবমই, লায়েংশঙদা অনাবা কয়া মখোযনা হীপ্লিবা ফমুংদুমক্তা শা ঙাওুম কক্তুনা হাৎলি। ছুটি লৌদুনা লৈবিবা বৃটিশকি ওফিসার অমবু মচেৎ মচেৎ

শোইদ্রিঁঙেদা মামক্কী লোয়নবীবু মমাঙমক্তদা ইজ্জৎ মাঙহল্লমই, অমসুং অতোপ্পা মুসলিম নহা অমনা সহরগী ময়ায়মক্তা কাচী কারোং অমদা য়োপী থারগা থেৎলমই।

ওক্তোবরগী তাং ২৬ মক্তা সার হরি সিংহনা মহাক ভারততা তিল্লে হায়না লাওথোক্লমই অমসুং চিংনিঙাই লৈতবা ৱাফম অমদি হিজ হায়নেসনা অবা খোনফমদা ভারততা মতম চানা চীন কাওথোক্লুনা মতেং নিরম্লবদি পম্বদনা নহাল্লা ফংলমগদবনি হায়বসি মাঙজৌননা হায়বিনবা কনামত্তা লৈখিদবনি।

মথঙগী অয়ুক্তা ভারতকি লান্মী মপৈ নোংথক্তগী শ্রীনগর তম্পাক্তা হৈথরমই অমসুং নুংথিলদদি লালহৌবশিংদুগা হকথেংননা চায়নবা হৌরমই। হৌজিক্তদা খঙবা ঙম্লে লালহৌবশিংদু মতমগা চুনরবা খুৎলায় মতীক চানা পায়খ্রে, মদু মখোয়না পাকিস্তানগী লানগী গাড়ীনা কাশ্মীরগী সিমানা ফাওবা থৌজিল্লকই অমসুং মখোয়গী তমথীরবা লুচিংবদু অতৈ কনাসু নত্তে 'জেবেল তারিক' পাকিস্তানগী মমিং লৈরবা লানজিং পুরেনগী মরক্তা অমা ওইরিবা আকবর খাননি। করিগুম্বা ভারতকি লুচিংবশিংবু মখোয়মক্কী গোভর্নর জেনেরেল অমদি লান্মী মকোক্কা খঞ্জানদুনা লৈহল্লমদ্রবদি লান্মীশিংদু নুমিৎ নিনিগী মমাঙদা মথৌ পাঙথোকপা হৌরম্লদুনা লালহৌবশিংদু উরি য়ৌশিল্লকত্রিঁঙেদা থিংলমগদবনি, বরামুল্লা তাকহন তুমহনবদু থোকহল্লমদবা য়াবনি।

বরামুল্লাগী থৌদোক্তুদা থম্মোয় শোকখিদুনা মাউন্টবেটেন্না হায়খিবা, পুংজাদুদা দরকার ওইবদি রাজনিতীগী হৌনলোনচৎ য়োকখৎপা নত্তে জেঙ্গিজ খানগী ফত্তবা শরৌগুম লৈবাক লৌশিনবনি হায়দুনা স্টেটসমেনগী ইডিটরদা শাওনা হায়বদগী জিনাবু কাশ্মীরদা হরাও মথোই কানা চঙশিনবা ঙমহন্নবা য়াই থাখিবরা ? অরাপ্পদগী য়েংলিবা মীওই অমা ওইনা মহাক্না নেহরু অমদি পটেলনা তৌখ্রিবদু শৌগৎপমক্তি নৎত্রবসু য়ানীংবা মীওই অমদি ওইরে। মতম চানা থবক পায়খৎলম্বনা লালহৌবশিংনা শ্রীনগরবু মাঙ তাকহল্লম্বা য়াবদগী কনবতা নত্তনা বৃটিশমচা চাম্মমুক্কী মথৱায় কনবা ঙমখিবনি, হায়না মহাক্না আয়ান ষ্টেফেন্দা হায়খি।

লোখার্টনা কাশ্মীরদা লান্মী থাজিনবদা অথিংবা পীখিবদু চীন অমদগী অমদা চীঙ্খাং য়ৈদুনা চাওথোক্লরকপদগী তোকঙা ওইনা শন্দোরক্লে, মদুদি মহাক্না জিনাগী লম্বী অমা নাখে শেংনবা রাজনিতীগী লুচিংবশিংদা থৌওইনা চমম্লহনখিবনি, অমসুং মহাক জিনানা লালহৌবা ময়াম অমা কাশ্মীরদা থাজিনগদৌরে হায়বসি মাঙজৌননা খঙনা খঙনা কাওথোক্লক্তবনি হায়দুনা নিল্লরক্লে। থোকখিবা পুম্নমক্তি থোকখ্রে, লোখার্ট মহাক্কী চহী মরি ভারত্তা থবক তৌনবা নেকখিবদু থা মরিতা ঙায়রিঁঙেদা ভারত সরকারনা লৈবাক্কী য়েংদুনা মহাক্কী মফম লৌথোকপিখ্রে।

অসুন্না কাশ্মীর লান থোরকখিবনি, কাশ্মীর বাথোক হায়বদু পোক্লকখিবনি। মসি ইরাংপুবা অঙাং ওইনা পোক্লকই, ঙসিসু হিংলি।

করিগুম্বা সার হরি সিংহনা মাউন্টবেটেনগী পাওতাক চিংনবা লৈতনা লৌরল্লবদি কাশ্মীর বাথোক হায়বা অমত্তসু লৈরম্মোইদবনি। অমরোমদা ভারতকি ওইনা য়েংলগনা কাশ্মীর কৌবা শরুক অমত্তা লৈরম্লোই। নেহরু অমদি অতৈনা প্রজাগী মফমদা হায়ফম থোকপা কয়া অমা হায়জখ্রবসু, ভারতনা ফংজরিবসিদা চিংননিঙাই লৈতনা হায়বা তারবদা ফরবসু ফংথত্রবসু কাশ্মীর হায়বসে রাজা হরি সিংহগী ভারত্তা পীবিরকপা দান অমনি।

কাশ্মীর লান থোকখিবদগী মাউন্টবেটেনসি মীচং মীখায় নাইবা মী অমা মালহল্লে। মপান্দগী লাকপা মীওই অমা ওইনা মহাক্তি পুকচেল শেংনা অনৌবা লৈবাক অনিমক্তা চপ মান্নবা মীৎয়েং অমা য়েংলম্বনি। লান অদুদা মহাক ভারতকি মাইগৈদা তোংউবা য়াদবনি তৌবতবু থোকখ্রিবা ফিভম অদুনা মঙোন্দা মদু নত্তবা অমত্তা লৈখিদবনি। মহাক্না তৌবিরম্বা মরুওইবা থৌদাং হায়ববু, মাগী লোন্দা চয়েৎনবা অদু লৈখায় তাহনবদা ভারতকা পাকিস্তানগা লাঙ্গাও অমা থোকহনখিদবদুনি। জাৎকি য়েংথিনবা মতমদুগী ইরাংদুদা মসি ফাওবা তৌবিরিবসি হেনমল্লবনি। তুংদা থোরক্লিবা থৌদোকশিং উরগদি মসি মিত্রংগুম্বনি হায়বা য়াই।

মাউন্টবেটেন্দা লৈরিবা নুংনাংবা অমদি খঙহৌদনা লান অদুনা জাতি মশেল য়েংথিনহনবদু মানা লাম্মী মপৈগী মতেংনা শোয়দনা নমথবা ঙমগনি হায়না লৈরম্বা থাজবদু পুম্নাও মাঙখিবদুনি। মশীং লাকঙমদ্রবা লাক্না ফানা ঙমদ্রবা লাল্লোয় ময়াম অমা নম্বো পোরদুনা মহাক হৌজিক লাঞ্জেনবা কাংবু ময়ামগী চৎথোক চৎশিন অমদি ইরাং থোকপা মপা য়েক্তুনা তাক্লিবা গোভর্ণমেন্ট হাউসকি মচি অমদা লৈরিবা মেপ থম্ফমদা লৈরিবা চেদা পূক্লিং হম্ভনা য়েংজবা নত্তনা উপাই লৈরমদে। উৎলিবা লাইশিংদুনা তাক্লিবদু মাঙ তাকপা অমদি ফিভম শোকচিল্লকপগী শক্তমতনি।

থোক্লিবা সমস্যাদুদগী লোঙথোরক্লিবা মতৌদু লৈবাক্কী কোনুংদা ফাওবা খুৎশেমগী মতেং লৌদ্রবসু পুমশেং শেংনা উবা ফংলে। মাউন্টবেটেনগী থৌশিল লাওথোক্লবা মতুং থা তরুক্কী মনুংদা সহরগী মীশিং কোটি অমদগী খরবু তানা লৈরম্বদু খুলহোংবা ময়াম্না থোমজিন্নরকপদা শরুক অনিগী মথক্তা হেনগৎখ্রে। মীশিং খক্তনা মদুগী মনুংদা চেল্লিবা বারী অদুবুদি উৎপা ঙমদ্রবসু মীচেনশিংদুদি মীমান্নদ্রবমক্তনি। মখোয় খোয়রাং খোয়শাওনরবা লমন খুম্নিংবনা মখা চীক্তুনা খাঙলবা অমরোমদা

তোল্লু তারবা মীওই ঙাক্তনি, নুপী, নিপা, অঙাংনুবী কয়া মিরাংদা থুরবা তিল কাঙগুম ওইরবা অমদি মীনা মীগী মফমদা চৎপা শা-ঙাগী লমচৎ অমদি মীওৎ মীনৈ খাঙলক্লবা ঙাক্তনি। মখোয় ময়ামগী মরক্তা য়াওরকপা নহা অমা মমৈথংদা মহাত্মা গান্ধী হাৎপদা য়াওরুই হায়দুনা মপুন্সি চুপ্পা মিয়াৎ তাদুনা লেনখিবা মদনলাল পাহ্বানা বাশক্তুনা হায়খি, - ঐখোয় অহিং নুংথিল লেপ্তুনা খোঙনা লাকখি। ময়ামগী মরক্তা চহী মখল কয়া অমদিং ফিভম পুন্নমক্কী নুপী অঙাং য়াওরি। অয়াম্বদি অৱাবদু খাঙবা ঙম্নখিদে মশা মশাগী নুপী অঙাংশিং ফাওবা লম্বেলদা হন্দোক্তুনা থম্নরম্মী।

মদনলালনা ভারতকী মনুং চনবা ফজিল্কা কৌবা মফম অমা য়ৌরবা কান্দতা খঙলে, হায়নিঙাই লৈতনা অৱাবা নংলবা খুল হোংলবা ময়াম অমগী মরক্তো মাগী মপা য়াওবা কাংবুদুদি ফিভম য়াম্না শোক্নে। মখোয়বু খোয়শাওনহল্লবা মুসলিম ইরাং হৌবা ময়াম অমনা লান্দারমই। মখোয় ৪০০/৫০০ রোমগী মনুংদা ৪০/৫০ মুক্তমক হিংহৌরে, অদুগা মখোয়দু ফাওবা হোসপিটালদা লৈরিবনি। মানা তমই, ঐগী ইনেবু হাৎখ্রে মখোয়না, মখোয়না নম হাদুনা নুপী ১০০ গী মথক্তা ফাদুনা পুখ্রে, ঐগী বাবাদি অশিবা ময়ামগী মরক্তগী শিরমদনা লৈরম্বনি।

ফজিল্কাদনা, মদনলালনা খুলহোংবগী পরেং ময়াম অমা চঙশিল্লকপা থেংনখি, মদু মাইল নিফু শাংই হায়খি, অমদনা নুপী চামঙাখক্নি ...মখোয়গী থবাক, মনাতোন, মনা অমদি মখজায় ককথংপিরবী নুপী ময়াম ঐনা উবা ফংখি ... মখোয়গী মরক্তগী অমনা মথামক্কী মচাবু মাগী মীৎমাঙদা মৈদা লৌবদু উহল্লমই অমসুং মশামকসু মদুগী দশাদু তাহনখি ... অমনা মপুৱোইববু উগা পান্ননা পুল্লগা মাগী নুপীবু মমাঙমক্তদা ইজ্জৎ মাঙহল্লমই"।

মসি ময়ামসি মী অমত্তনা থেংনরকপা থৌদোক্নি। চাউরাক্না হোৎপদা ভারত্তা চেনশিল্লকপা খুলহোংবা মী কোটি তরেৎমুক্নি অমসুং মদুগী মনুংদা কোটি অমদি দিল্লিদা তুংনফম ওইরমই। মফমসি য়ৌরফাওবদা মখোয়গী অৱাবদু কোক্লোইদৌরি হায়বা উরে। য়োৎলীনা পল্লোন খারবা মনুংদুদা মখোয়বু শল ইরোই হোইবদৌনা হোইজিল্লি। লৈফমদু অসুক্কী মতীক চিনখ্রে মদুদি মখোয়গী মতুংদা লাকপা কাংবুদি ভারতকি অতোপ্পা মফমদা চৎখিনবা য়াথং পীশিল্লি। পুন্নমকসিগী মথক্তা নাতৈ চাদবা তোকঙা অমা শিম্বুংনা শন্দোরকই মদুদি, মখোয় মখোয়গী য়ুমদা মখোয়না তৌরম্বা শিনফমদুদা অমুক হঞ্জিনখিনবা, করিসু ইথোক থোকখিদবদৌনা মখোয়বু পাকিস্তান্দা অমুক হলহন্নবা থৌরাং তৌরি।

অওইবমক্তি তোকঙা অদুগী য়ুম্ফম অমা লৈ। মখোয় খঙই, মহাত্মা গান্ধীনা ভারত থাদোক্তুনা চেনখিবা মুসলিমশিংদু অমুক হলহন্নরুবা অমদি হিন্দুশিংগী মরক্তা ইংনা চীক্লা লৈহন্নবা সরকারদা কন্না তকশিল্লি। গান্ধী হায়বা মী মরক্তগী অথোইবা, মীপোক মীহিংঙস্বা, নীংতম লান্মী, সাধু অমদি অরানবা হায়বদু তৌফম্রবা মীদু ঙসি খুলহোংবশিংদদি হিন্দুবু নমথবা অমদি মুসলিমবু য়োকখৎপা য়েক্লবা অমা ওইনা উরে।

অহানবদি মখোয়না মহাকপু য়াওগুম খুদুং ইনবা অঙাওবা ভারতকি অঙস্বশিংগী মরাতমক লৌবা মী হায়দুনা মাবু খুৎ য়ান্দুনা শাপ তৌনরকই। মদুগী মথংদগী দিল্লিগী লম্বী সোরোক্তা লৈফম চাফম কোইথি থিরকপদা মখোয়না চঙরুখিবদি লীরবা সহর মখোয়গী লেমজনফম লৈবাক্কী কোনুংসিদদি মুসলিম মপৈ অমা নিংঙাইদনা লৈরি। মখোয়দু সরকারগী কর্মচারী ওইহৌবা নত্রগা ললোন ইতীক তৌবা মুসলিমশিংনি। অদুগীসু মথক্তা সহরগী ময়ায়মক্তুদা মুসলিম ঙাক্তনা পুন্না তারিবা মফম লৈরি। অমরোমদা গান্ধী মশামক অখন্ননা মুসলিম ফিরেপ অমা মায় পাকহন্নবা সহরগী কেম্পতুদা লাকখি। মহাক্কা মুসলিমশিংদা মখোয়না মফমদুদা লৈরিবা লেঙদনা লৈনবা থেমজিল্লি। অদুগীসু মথক্তা মহাক্কা নেহরু অমদি পটেলদা মুসলিমশিং মিপাইবা অমত্তা লৈতনা লৈজবা য়ানবা হিন্দু অমদি শিখশিং খুৎলাই থাদোকহন্নবা থবক পায়খৎনবা হায়।

পুন্নমকসিনা দিল্লিদা চেনশিল্লকইবা খুলহোংবশিংদদি মীচা শৌগৎপা মওং ওইনা উরে, মদুমক মখোয় লুচিংবশিংগী মশিঙ্খা পান্দবা মতৌ উৎথোরকপনি হায়না লৌরম্মী। পাকিস্তান্না মখোয়দা তৌরকপদুদি অসুম হায়না নত্তে!

মখোয়না মুসলিমশিংদা হায়ফম খঙদনা মৈ হৌবমখে শাওরমই, অমসুং ভারতকি মুসলিমন্নদি মখোয়গী মাঙনবা অমত্তা তৌখিদে হায়বদু মখোয়দদি মদুগী খেন্নবা অমত্তা লৈরমদে। মখোয়গী মীৎয়েংদদি পুন্নমক অদু য়েক্লবা ঙাক্তনি, মখোয়গী মরালনা মুসলিম ওইনা পোক্লুবদুনি। দিল্লিগী হিন্দু অমসুং শিখশিং মখোয়গী পাকিস্তান্দগী চেল্লকপা মচীন মনাওশিংদুগা খুৎশন্নদুনা লমন খুম্বগী লাঞ্জংসিদা পুনখিরম্মী। মখোয় ময়াম অমুক্তদা মখুৎতা পায়বা য়াবা খুৎলাই অমমম পায়রদুনা মুসলিমশিংবু ওৎপা নৈবা হৌরমই। মখোয়না পুন্নমকপু মপান্দা তাম্থোক্লমই অমসুং মখোয়গী ময়ুমশিংদুদা লৈশিল্লমই। মখোয়না দিল্লিদা লৈবা মুসলিম লাইনীংফম অমদি গীর্জা লৌশিল্লমই। ইংবনা চিংশিল্লবা নিংথমথাসিদা মখোয়গী কোকথক্তা য়ুমথক অমখক্তং ফংননবা মসিতনা অমগা ঙায়রবা পাম্বৈ ওইরমই।

দিল্লি হায়বসি অসুম হায়না, খুদম অমখক্তমক ওইরম্বদু তোক্সুনা জাৎ মশেল য়েংথীনবগী মপুং ওইবা মফম অমা ওইখ্রে। দিল্লিগী বেলিংডন প্লেন তাফমমক্তা মীহাৎ মীপুন অমা থোকখ্রে। মদু সহরদগী মাইলমুক্তং লাপ্পা মফম্নি, মাউন্টবেটেনগী লৈফম মনীংনি, গোভর্নমেন্ট হাউসকি ময়ায়মক্তদনি। মদু খোয়শাওনহল্লবা হিন্দু অমদি শিখশিংনা মুসলিম কর্মচারীশিংগী মথক্তা চৎথরকপা মীওৎ মীনৈনি।

মাউন্টবেটেনবু মীথশিং নাশিংহল্লমই। মহাক্কা মরুপ অমদা হায়খি, "ঐখোয় করিগুম্বা দিল্লি ফাওবা লাকশিনবা ঙম্লমদ্রবদি লোইরম্লগদবনি।

গান্ধীমকসু মাগা উন্নবা লাকপা অমদা মদুগা মান্নবা ৱাফম থরা হায়খি, দিল্লি চৎখ্রবদি ভারতসু চৎখ্রে অমসুং মদুগা লোয়ননা মালেমসিদা শান্তী পুরক্লবগী অরোইবা আশাদুসু মাঙখিবা তাবনি।

মখোয় অনিমক ভাব তারমই, দিল্লিমক্তা থোক্লিবা মীহাৎ মীপুন্দু নমথনবা হোৎনবদা মখোয় মায়পাকপসু য়াই নত্রগা মায় থীবসু য়াই।

কাশ্মীরগী লান্দা মায়পুন্ননা মথৌ তৌরিবা ভারতকি নোংথক অমসুং লৈমায়গী লান্মীশিং খরদুগী মতেংনা অমদি মাগী শক্তিনা মীহাৎ মীপুন্দু নমথবা ঙমগনি হায়বসি আশা উরক্লে। মসিগী অকিবা অসি মানা নেহরুদদি ফোংদোক্লমগনি, অদুবু ৱাহং অমদি গান্ধীদসু ফোংদোক্রমগদ্রা অদুগীসু মথক্তা মহাক্কা গান্ধীদা মীহাৎ মীপুন্দু লেপহন্নবা লন্নাইগী ওইবা থৌওং খরা পায়খৎপীয়ু হায়রমগদ্রা হায়বসিনি।

ৱাফম অসিদা নিউ দিল্লিগী মমিং লৈরবা জর্নেলিষ্ট ওইবতা নগুনা মশামক থৌদোক থোক্লিবদুগী মনাক নক্লতা লৈরুরবা মিষ্টর জে এন সাহনীগী মোততা, মাউন্টবেটেন্না মহাত্মা গান্ধী অমদি পণ্ডিত নেহরুদা মশক থোকপা থবক খরা পায়খৎশি হায়না তক্লরমই .... (অবা অনাদগী লাম্লবগীদমক্তা) মুসলিমশিংবু ভারত্তা লৈথবা য়ানবা .......... থৌওং অদু উবদা পাকিস্তান্নসু চপ মান্ননা তৌরক্লবা'।

করিগুম্বা মাউন্টবেটেন্না গান্ধীদা তকশিল্লম্বা তারবদি, মঙোন্দগী হান্ননা লৈরম্বা বৃটিশ মকোকশিংদগী থা খরতমক লৈথবতা ঙায়রিবা মহাক্কা ভারতকি মরমদা হেন্না মুন্না মশক খঙলে হায়বা উৎননবগীদমক্তনি। মীয়াম্বু মাগী খুদুম মনুংদা থম্বা ঙম্বা অঙকপা গান্ধীগী শক্তিদু মহাক মশক খঙই অমসুং মহাক্কা গান্ধীদা তৌ হায়না ইনশিনবদু মিত্রং অমগুম থোকখ্রবসু, মহাক চৎনবা য়াবা থবক তৌবা মীদি ওই, মরমদি গান্ধীনা কলিকাতা অমদি নোংপোক বেঙ্গোলদা পাঙথোকখিবদুমক মিত্রং অমগুম থোকখিবনি। মহাক্কা জাতী বিজাতী য়ান্নরকপা ইহৌ অমদা, থম্মোইগী ওইবা পাঙ্গল শিজিন্নদুনা

ওনশিন ওনশিন য়াম্নরিবা মীয়ামগী থম্মোয়গী অওনবা অমা পুরকপা ঙমখি। মহাক্না মদুগী থৌওং অদু দিল্লিদসু অমুক্তং পায়খৎতুনা য়েংলোইদবগী মরম লৈব্রা?

মাউন্টবেটেনগী থৌইনশিন্দগীরা নত্রগা লম্নাইগী ৱারেপলা জানুৱারী থানি, গান্ধীনা মাউন্টবেটেন উন্নবা নুমিৎতুদা ৱারেপ অদু লৌখ্রে। মাগী নিতীগী পাঙথোকপা লাইনীংবদু লোইখিবগা ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না মতম কক্কনা চরা হেনবগী অনীংবদু লাওথোকখি।

লৈপুং ফমদুনা ৱারী ৱাতাই শাবদগীসু খরা হেনগৎপা অদুগা ধর্ম্মশাস্ত্রগী পাওতাক নৈনবদগীসু খরা তাবা মওংদা হুমাং কাংবমখৈ শাংনা মীয়ামদা ৱা ঙাঙলুরগা অমদি প্রজাশিংগা নৈনরুরবা মতুংদা অমদি থারকপা চিঠি খরগী পাওখুম পীরুরগা গান্ধীনা তিল্লিবা মীয়ামদা হায়, "অহিংসা য়োকখৎচবা মী অমা ওইনা, সমাজসিনা তৌরিবা লঙজবসিদা য়ানীংদবা ফোঙদোকপা ওইনা, তৌদবা য়াদ্রবা চরাহেনবা অমা লৈ ... অমদি মদু অতৈ পান্থে অমত্তা উরকত্রবকান্দা তৌই ... (ঐগী চরাহেনবসি) লোইগদবদি জাতি মান্নদবা মশেন থম্মোইদা অমত্তা ওইবা মওং অমা ঐনা উবা ফংলক্রবকান্দুদনি।"

গান্ধীগী মফমদদি, চরাহেনবা হায়বসিনা মাগী লৈজবা খুৎলাই ময়ামগী অবোইবীনি। মদুনবু কান্নবা পুরক্কদ্রা হায়বদু তৌরগা খঙবা হায়বদুনি। অদুবু, ৱাফম অমদি শেংলে, করিগুম্বা গান্ধীগী চবা হেনবনা জাৎ য়েংথিনবদু অমত্তা ওইনা পুহল্লকপা ঙমদ্রবদি, কনামত্তনসু ঙম্নরোই।

অদুবু, গান্ধীনা মাউন্টবেটেন উন্নবা চৎপদু মাগী চরা হেনবা হৌরগনি হায়বদুখক্তা হায়বা চৎপা নত্তে। মাগী থম্মোয়দা মদু নত্তবা সমস্যা কয়া লৈ অমসুং মদুগী মতাংদা মাউন্টবেটেনগী পাওতাক লৌবা লাকখিবনি। থায়দোকত্রিবা ভারতনা তুংশিল্লম্বা পৈশা ভারত সরকারনা পাকিস্তানগী শরুক থুংলরোই হায়বা ৱারেপ্তুদা গান্ধীগী পুক্নিং লাংতক্নহল্লি। গান্ধীদি মদু য়াম্না তৌহৈদবা ৱারেপ্নি খনখি, অদুবু, কেবিনেটকি কনামত্তনদি মাবু শৌগৎতে। লৈবাক অনিদুগী মতাংদা অমগীসু অমগীসু মীচঙ নত্তবা ৱা খন্নবা য়াবা মীদি মাউন্টবেটেন মথন্তনি। করিগুম্বা গান্ধীনা খল্লিবা অদুম হায়না মাউন্টবেটেনসু খল্লম্বা তারবদি মহাক্কী চরা হেনবগী পান্দম অমা ওইনা পাকিস্তান্দা পৈশা শরুক থুংহনবদুসু য়াওশীন্নবা হায়রম্লোইদ্রা?

গান্ধীসি বনিয়া হায়বদি ললোন ইতীক তৌবা জাৎ অমনি, মখোয়সি ললোন ইতীক্কী পোরমদদি মৰৌ লৈবা মীনি অমসুং শাইরোঙ মক্ক অরোইবা অমত্তা ভাযবফাওবদা উচেক্তি অনি হাৎলু হায়বসি মখোয়গী ললোন ইতীক্কী পথাপনি।

লম খায়দোক্লবগী ফল অমা ওইনা অপুনবা লৈবাক্লা পায়রম্বা লনথুম পুন্নমক য়ানবা শরুক অমদা লৈবাক অনিনা য়েন্নবা তারমই জহাজদগী, এরোপ্লেন্দগী, নোংমৈদগী (মরূস্যু); রেল ইঞ্জিন্দগী, ওফিসকী ফন্নবা থন্নবা পোৎ চৈদগী, কদায়দগী ওফিসকী ফাইল ফাওবা য়েন্নবা তারমই। অমসুং মসিগী মনুংদা পৈশাসু য়াওফম থোকই। খায়দোক্লদ্রিঙৈদা ভারতনা রিজার্ভ বেঙ্ক ওফ ইণ্ডিয়াদা তুংশিল্লম্বা থল্লম্বা পৈশাসি লুপা ক্রোর ২২০ নি অমসুং মসিদগী শরুক মরিথোকপগী অমা হায়বদি ক্রোর ৫৫ (পাউণ্ড ৪০, ০০০,০০০) দি পাকিস্তান্দা খাইফম থোক্লে। পৈশা য়েন্নবগী মতাংসি য়ৌবগা অকনবা চয়েৎনবা অমসু থোক্লে অমসুং চাউরাক্লা শোক ১৯৪৭ কি অক্টোইবা পাকিস্তান শেমখিবগী থা অনিগী মতুং অদু ৱাইদা য়েৎনবদু লৈখায় তাখিবনি।

মতাং অসি কাশ্মীরগী লান চত্থরকপা থা অমা ফারকপা মতমনি, চীংমী লালহৌবশিংদু লাল্লোং তস্ফম শঙশিংগী বিদ্যা হৈরবা পাকিস্তানগী লান্মী মকোক্লা লুচিংবা লান্মী মপৈ অমনা হীকথোংই অমদি মতেংসু পাংশিল্লি হায়বসি ভারত সরকারসু খঙবা ঙম্লে। থোক্লিবদুগী মরমদা করিমত্তা মরী লৈনদবা শারদুনা পাকিস্তান্না লাওথোকচরবসু, লন্নাই ৱারী শানবদা জিনানা মাউন্টবেটেনগী মফমদা লালহৌবশিংদু মানা শেস্বনি হায়বদু য়াখ্রবনি। মখোয়গী উন্নবা অমদা মাউন্টবেটেন্না জিনাদা, ভারত লান্মীশিং অসুক্কী মতীক মপাঙ্গল কলহল্লে মদুদি লালহৌবশিংদুনা শ্রীনগর লৌশিনবদি সুকওই ওইথোক্লোই হায়বসি হায়খ্রে। মতাংসিদা জিনানা ইহা হাদমখৈ মখোয়না ফিভম অদু নেমথনবা হোৎনগনি অমসুং মাইগৈ অনিমক হন্দোক্লগদবনি হায়খি, মাউন্টবেটেন্না লালহৌবশিংদুবু হুকুম অমদা হেক্তা কৌথোকপা য়াগদ্রা হায়বগী চিংনবদু উৎলুবদা, জিনানা শরী শোন্দুনা থাজহল্লমই 'নংনা মদুবু পাঙথোকপিরবদি ঐ লোইনমক কৌথোকচগে'।

মসি পুম্বসি খঙলবা নেহরুনা, লুপা ক্রোর ৫৫ পীবদু লানগী খুৎলাই ময়াম লাঙবদা মতেং ওইখ্রনি হায়বসি খঙই, অমসুং মাগী ঙমথং ওইরিবা তেংবাংবা পটেলসু ৱাফমদু য়েৎনবা লৈতনা য়ানীংলমই। নবেম্বরগী তাং ২৮ নি, পটেলনা পাকিস্তানগী মীহুৎশিংদা থবৎ কক্লুনা হায় 'ভারতনা কাশ্মীরগী ৱাফম লৈখায় তাদ্রিফাওবা পৈশা অমত্তা পীবা তৌরোই'।

ভারতবাসি অমত্তনা ৱাফমসিদা য়েৎলক্কদবা লৈতে। কনাগুম্বা লান তৌনরিবা লৈবাক অমনা অমদা শেল মপৈ অমা পীফদে। অদুবু তোখাই তারবা মীওইদি গান্ধী মথন্তনি। মঙোন্দদি ৱাফমদু ইচম চম্বা মপাগী ফংফম থোকপা স্বতদা মনাওনিপাগী




## ডি মেন হু কিল্ড গান্ধী

শরুক থুংদনবা ময়াম্বা অহলনা থিংবগুম উক্করে। অচুম্বনা য়ু[illegible]ওইবা ব্বাশক কয়াবু থুগাইহবগী মরক্তা ঙরাংতা পোক্লকইবা ভারত সরকারনা, খুবাক [illegible]শগুন তৌনরবা যুগ অসিদা ইঙক ককপিরো হায়দুনা করম হায়না ইকোক থিন্দোক্লু[illegible]?

মাউন্টবেটেন্দি মহাক্কা মপুংফানা য়ানবমই। অলান কেম্পবেল জো[illegible], মহাক্কা গান্ধীদা হায়খি, 'পৈশা খাইদবসি লৈবাক ঙাক্লোন হৈত্তবা অমদি য়াম্না শিংদবগী মতৌ অমনি'। অতোপ্পদগী ফংবা পাওদা হায়রবদা, মাউন্টবেটেন্না হায়খি, মসিমক, 'ভারত সরকারগী অহানবা পুকচেল শেংদবগী থৌদৌনি'।

মহাক্কা তানীংদুনা খৌরাংলম্বা ব্বাফমদু গান্ধী তাবা ফংজরে। মহাক্কা মাউন্টবেটেন্দা হায়খি, মহাক্কা হীরম অদু নেহরু অমসুং পটেলদা পুখৎকনি অদুগা মতাংদুদা মাউন্টবেটেনগী মোত লৌরে হায়বসু খঙহনগনি হায়রম্মী।

গান্ধীনা চৎলগে হৌগৎলকপদা মাউন্টবেটেন্না মহাক্কী চরা হেনবগী লৌরিবা ব্বারেপ অদু 'মরিল লৈবগী থৌদৌনি অমসুং মদুনা অনৌবা থৌনা অমা হাপ্পগী মথৌ তারম্বদু মেনশিনগনি হায়বদু মহাক্কা থাজে" হায়খি।

মদুদগী গান্ধীনা মাগী অকনবা ব্বারেপ মতুং ইন্না মথৌ পাঙথোক্লবা চৎখ্রে। মদু অদুঙৈদদি ফনা কান্নখিবনি হন্দকসু মায় পাকপগী আশা লৈ।

ইংশোক ১৯২১ দা প্রীন্স ওয় ব্বেলস (মমৈথঙদা ব্বিঙসোরগী ডিয়ুক) না মথৌগী ওইবা খোঙচৎতা ভারততা কোয়রকখিবদা, মহাক্কা চৎলু চৎলুবা মফম খুদিংমক্তা হবতাল তৌননবা গান্ধীনা হায়খি। হরতাল হায়বসি শান্তী ওইবা মওংদা য়ানীংদবা উৎপা থৌওং অমনি। মসি তৌবদা দুকান ময়াম থোঙ লোপ্লি, মীপুম খুদিংমক ইমুংদা লৈদুনা লম্বী সোরোক পুম্বা ইতাক তাক্লা উই অমসুং মীপুম খুদিংমক্তা ছুটি ওইরমালে হায়না খলহনবনি। অদুবু, অহানবা খোঙথাংমক্তা প্রীন্স অদুমক্লা বোম্বেদা হেক থুংলরগা হরতাল অদু লাক্ল ফান ঙমদবা ওইখ্রে। খোয়শাওনরবা মীগী মপৈ মপৈনা ফীরাল অমুবা হাইরদুনা খোল্লাও লাওরমই অমসুং শাথীরকইবদি পুলিসনা তানখায়নবা হোৎনরুবদা নাকপাক অনি অওক, অথোম চখরকইবদুনি। পুলিসকী নোংমৈ গুলিদা মী য়াম্খৈ অমা শিরে মশীং লাকঙমদনা শোক্লে, অমসুং চরাংনবদু ভারতকি মচি কয়াদসু থোরকপা য়াবগী চিংনবা লৈরে।

গান্ধীগী পুক্নিং শোকখি। শান্তী পুরক্লবা, মহাক্কা মতম কক্তনা চরা হেনখি। নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা হাৎনা শুনবদু নেমখি।

চহী অহুমগী মনুংদা মহাক অমুকসু চরা হেনবা তাখি। অদুবু হন্দক্তি মহাক্না 'প্রাইশ্চিত' তৌবা ওইনা চরা হেনবনি হায়জে, করিগুম্বা পান্দম অমত্তসু য়াওদে অমসুং নুমিৎ কুনমাথোইনিগীনি হায়দুনা অকরুবা ওইনা তৌই। মহাক প্রজানা লঙজখিবা অদুগীদমক্তা মশামক্তা শান্তী পীজরিবনি। অৱাং নোংচুপ সিমানা লমদমদা কোলহাত কৌবা সহর অমদা হিন্দু মুসলিম ইমু নাইমু তানরমই, মফমদুদা জাৎ অনিমক্কী খোয়শাওনরবা ভারতকি অতে মফমদগী কাংলুপ ময়াম অমা লৈরমই। অমসুং হাৎন শুনবদু অতে মফমদসু শন্দোরকপা য়াবগী অকিবা লৈরে। গান্ধীগী চরা হেনবদুনা মখোয়বু নেমথহল্লমই অমসুং য়ামদ্রবদা মতমদুগী ওইনদি ফিভম অদু লাকশিনবা ঙমখি।

মদুগী মতুংদসু মরম অতৈগীদমক্তা চরা হেনবা কয়া অমা পাঙথোকখ্রে - অমনা ১৯৩২ দনি বৃটিশশিংনা ভোট থাদবা য়াবা মী খন্দোকপা মতাংদনি, হৌদোরকপা ৱাফম্না মতমদুদা অতোনবা নৎত্রগা শোক্ল পল্ল য়াদবা হায়বা কাংলুপ হায়না খঙনবশিংনা মখোয়গী মীহুৎ আইনসভাদা খঞ্জনবগী মতাংদনি। মসিদা গান্ধীনা উবা ফংলিবসি মহাক্না কুমজা কয়া চুপ্পা লাম্থেংনরক্লিবা, মীয়ামগী অপুনবা অমা পুররুবা হোৎনবদুদা চৈথেং পীদুনা শোক্লা পক্ল য়াদবা কাংবু হিন্দু মরক্তগী লাপথোকহনখ্রনি। মসিগী মতাংসিদসু তোঙানবা ভোট থাদবা য়াবা মী খন্দোকপদু তোকত্রবদি শিদ্রিফাওবা চরা হেনবগী থবক পায়খৎখি। লায়পুরবা নুমিৎ মশীংদুনি - নুমিৎ মঙানিদা ঙায়রিঙৈদা অতোনবা কাংলুপকি লুচিংবা ডা ঃ ভীমরাও অম্বেডকরনা মাগী ফিরেপ অদু খরা হন্দোক্লমই, গান্ধীসু পেল্লমই। ভোট থাদবদা মী খন্দোকপদু তোকখ্রে।

লৈবাক শীনবা থুংনা হৌরকপা ইহৌ 'ভারত থাদোকউ' হায়বদুদা লৈবাক্কী অঙম্বনা পুলিস অমদি লান্মী শিজিন্নদুনা নমথনবা তৌরকপদা, মশানা মশাবু চৈফু পীজবা ওইনা য়ানীংদবা ফোঙদোক্লুনা অমুকসু হন্না শোক ১৯৪৩ দা পাঙথোকখি। মিষ্টর চর্চিলনা লাংতক্লুনা হায়খি, চরাংনবা অদু সরকারগী লৈজবা উপাই পুন্নমক শিজিন্নদুনা নমথখি। গান্ধীগী পাওখুমদি চরা হেনবনি, অদুবু মদুগী মতাংদসু অকরুবা নুমিৎ কুনমাথোইনিগীনি। গান্ধীগী মশাগী চহী হুম্ফুতরামঙাদনি। মৈ ইকপী চাংয়েংদুদা মিত্রংগুম্না মহাক মায় পাকখি।

খ্বায়দগী ইকোন কোনবা গান্ধীনা চরা হেনখিবদু থা অহুমখকতমক হৌখ্রি সেপ্তেম্বরগী তাং অমনি। মহাক মতমদুদা কলিকাতাদা লৈরমই, মফমসিদা হিন্দুনা মশিং হেল্লমই অমসুং লাক্ল-ফান য়াদবা ওইরমই। বেঙ্গোলগী গোবর্ণর ওইরম্বা মিষ্টর

সি গোপালচারীনা মহাক্ক বারী শাননবা হোৎনরমই, অমসুং গান্ধীনা মহাক্কী পুক্নিংদা তুংদুনা লৈজরিবা কুইনা মমি তারক্লবা পোৎশক অদু পুথোক্লুনা শন্দোক্লা হায়রক্লবদা, হায়খি, 'নং নশানা নশাবু ঈশ্বরদা শিন্নজরবদি, করিগীনো নশানা খঙনা নংনা ঈশিংদা চম্প্রা মহী য়াক্লিবদো"?

নংনা হায়রিবদু চুম্মী গান্ধীনা খুমখি, চম্প্রামহী হায়বসি ঐগী থাদোকপা ঙমদ্রবা অশোনবা অমনি। ঐ চম্প্রামহী ফাওবা থক্লরোই।

মদুগী মতাংদুদদি চরা হেনবদুনা পুরকফম থোকপা কান্নবদু পুং তরাহুমদোইগী মনুংদা পুরকখি। মরম পুন্নমক্তা মাগী লৈজবী খুৎলাই ময়ামগী মনুংদগী অরোইবী ওইরবা খুৎলাইদুনা গান্ধীদা মপূং ফানা কান্নবা পীরি, অদুবু খোয়শাওনহল্লবা খুলহোংবা অমদি মখোয়বু শৌগৎপশিংগী মতৌসিদা হন্দকপু মসিনা কান্নবা পীগদৌরিব্রা? মখোয়দি নুপী নিপা লিশিং লিশিং শিবা মমীৎ থীৎনা উখ্রবনি। মখোয়গী মফমদদি গান্ধীগী পূক্সিদু কয়াম্বু লুনা লৌগদগে? মখোয়দি লমন খুম্বা পামই, 'কংশিল্লবা ঈবু চামথোক্লবা ঈখেং পামই'। মখোয় দিল্লিগী লমজাওদা চৎলি।

গান্ধীনা য়োকখৎচনীংবনা লাংতক্লবা 'শান্তী' মখোয়দি পামদে। "ঐখোয় অহিংসাবু তান্না হুন্দোক্রেমগদৌরমালে" মহাক্লা মহাক্কী সেক্রেটরি প্যারেলান্দা মতাংসিদা হায়খি।

থোকখ্রিবদুমক্তি, গান্ধীগী অহিংসাদু হিংসা মরক্তা মাঙখিবনি। কংগ্রেসকি মনুংদা অমদি মপান্দা খল্লকপা বাফম অমদি মহাক্কী অহিংসাদা থাজবা মী অমত্তা লৈরদ্রে হায়বসিনি। মপাল ফরিঙৈদা লৈজরম্বা পাঙ্গল অদু ঙসিদি ময়া কুমলে। অমসুং খুলহোংবা কাংবুবু পাকিস্তান্দগী চেল্লকই হায়দুনা খন্দোকপা অমসুং মখোয়বু অমুক হলহনখিবা হায়বদু অঙাওবগী থৌদৌমক নৎত্রবসু ইচা মীচা নাইবা মওংনি নত্রগা সাধু অমনা মাগী পুক্সিগী পান্দম অমা ইলহন্নবা হোৎনবদা শহিদ ওইহন্নবা হোৎনবনি।

"ঐনা হায়জবদা ভারতনা তাবিরম্বা মতম অমা লৈরমই, ঙসিদি ঐবু খোঙ্গাওনবিরে," গান্ধীনা হাপ্তা খরগী মমাঙদা বাকৎখি। ঙসিদি চবা হেনবগী পাম্বৈনা খুইথরবা পাম্বোমগী পাঙ্গল চাং য়েংগদৌরি। মাগী চরা হেনবসিনা অহিংসাগী অরোইবা সংস্কারনি।

থৌনা লৈবগী মতৌনি, গান্ধী মশাগী চহী হুম্ফুতরামাপল শুরে। মহাক হিংগনি হায়বগী আশা তৌরমখিগদ্রা? অমসুং মহাক শিরবদি লাক্ল ফানঙমদ্রবা লৈবাক্কী ফিভম অদুদা অনৌবা ঈনোৎ অমা হাপকৎলক্লোইদ্রা?

থোক্কদৌরিবা লৈবাক্কী ইরাংদুদা মীপুম খুদিংমক দিল্লিদা লৈদুনা কুম্মৈ য়েংনীংগনি অদুবু মাউন্টবেটেন্দি তৌখিদে। ঈংজবা তপচবা মী অমা ওইনা খঙনরবা মহাক হাপ্তা কয়াগী মমাঙদগী লেপখ্রবা নিংথৌ পানবা লৈবাক বিকানেরদা চৎপগী থৌরমদু হায়দোকপা তৌখিদে। মহাক মতম য়ৈথোক্তনা মহারাজাদুগা হয়েং মাগী লৈবাক্কী মতুংদা ওইরক্কদবা মওংগী মতাংদা খন্নবা অমদি উচেক কাপ্পনবা চৎখি। লৈবাক্কী বাথোক্কুগী য়েংদুনা য়ৈথোকখিবা হায়ববু—নৎত্রগা চরা হেনবদুবু ইকাইখুম্নবা উৎপা ওইনা মহারাজাদুনা গোভর্নর জেনেরেলবু ইকাইখুম্নবা উৎপা ওইনা শীঞ্জবা অচৌবা চাক্রেন অদুদি য়ৈথোকহনখ্রে।

# অনিশুবা তাঙ্কক

গান্ধীবু মতীক চানা দশুি পীননবা আইন্দদি পাম্বে অমত্তা লৈত্রে... মহাকপু ঈশ্বরনা লৌশিনখিবা ফাওবা ঙাইফম থোক্তে হায়বসি ঐ খল্লে।

- নথুরাম গোডসে

সোমদা গান্ধীনা মাউন্টবেটেন্দা ৱারী শারিঁডেদা, মহাক চরা হেনবা হৌরগনি হায়বগী ৱারেপ অদু ঈ-পাও ওইনা ভারত শীনবা থুংনা লোন তরামরিদা লাওথোকখ্রে। পুনাদদি নিপা অনিখক মন্থরক্লবা পাওচে পাফম লোয়শঙ অমদা পাও মচং পাথরকই। পারস্বদগী খঙহৌদনা মখোয়গী কল্লবা ৱারেপ অদু লৌখ্রে, গান্ধী হাৎপা তারে।

মখোয় অনিদু নথুরাম গোডসেগা নারায়ন আপটেগনি; মখোয় মথংশীংনা মরাঠি লোনগী নিতীগী ফোঙবা পাও চে হিন্দু রাষ্ট্র হায়বদুগী সম্পাদক অমসুং মেনেজরনি। গান্ধীবু হাৎপগী ৱাফমসি কনানা হান্না হৌদোরকপগে হায়বদু কনানসু খঙদে, মরমদি মখোয়গী মরক্তগী অমখক্তমক হাযবদি নথুরাম গোডসেতনা হাৎপগী মরাল লৈখি। মখোয়না মমৈথংদা হায়খি, ৱাফম অদু মখোয় অনিমক্তা মতম অমত্তদা চপ মান্ননা খনবা হৌরকপা ওইরম্বা য়াই, মরমদি অরুবা ৱারেপ লৌবদা মখোয় অনিগী ৱাখলসি অঙকপা ফংনা মান্নে। চহী অমা লৈরগা, হায়বদি মাগী ফাঁসি তৌগদবা নোংমতা ঙায়রবা কান্দা আপটেনা নথুরাম গোডসেগী মনাওনিপা গোপালদা হায়খি, "চৎখ্রিবা চহী মরিমখায়সিদা নথুরামগা ঐগা থবক তৌমিন্নবকপদা অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়না থল্লম্বা ৱাফমসি চপ হেক্তা মান্নরমই। চৎলু চৎলুবা মফম খুদিংদগী নথুরাম্না পাও চেদা হাপ্পবা মরুওইবা পাও হেক হেক থারকই অমসুং য়াম্না ঙকপদি ঐস্‌ মদুগী মরমদা মদুগা মান্নবা অমা হেক্তা ইরমই। ঐখোয়গী পান্দমসিদা পুক্লিং চঙবগী ৱাফমদা য়েংঙউরবদি ঐখোয় হকচাং অনি ওইজরবসু পুক্লিংদি অমত্তনি।"

মখোয়গী পান্দমদি হিন্দু সঙ্গঠননি মদুগী আর্থদি হিন্দুশিংগী একতা অমদি নৌনা থরায় হাপ্পা অমসুং মুসলিম্না খুদুম চনশিল্লকপগী। মাইয়োক্তা রাজনিতীগী অধিকার চপ চানা তানবা ঙমহনবনি। সঙ্গঠন ঈহৌগী শেংলবা অমদি অমত্তা ঙায়রবা পম্বুংদি ভারতপু ইস্থোর্কাপবদগী থিংবনি। মরম অদুনা মখোয়না অমুক পুনশিনহনবা ঙল্লরোইদবা মচেৎ

তাখ্রবা ভারত ওইখ্রবনিনা মখোয়গী পম্বুংদি য়ৌখিদ্রবনি। মখোয়গীদি খাওঙমদবা, খোয়দৌ থীৎপা, নীংহন্নবতা ঙায়হৌরে। বৃটিশশিংনা মীরৈহৎ ওইখি অদুগা কংগ্রেসনা লৈবাকসিদা অচৌবা মীওৎপা অমা ওইরে। ভারত নীংতল্লে হায়বসি মখোয়দি নোক্লিংদবা ফাগীনি, খোঙ্গোয়নবনি, মরমদি মদু ফংলে হায়জবগী ৱানি ভারত ইমাগীদি পাম্বোম ককপিখ্রবা নৎত্রনে? আগষ্টকি তাং ১৫ মখোয়দদি তেংথা নাওইবগী নুমিৎনি।

মখোয় অনি অমদি লোয়নবা কয়া ফম্মিন্নরদুনা চুওশিন্নরদুনা ৱাখলদা উংলদুনা মীয়াম্না মমীৎ থীৎনা উজনবা লৈবাকসি মথক মখা ওন্নিংলমই। পাকিস্তান্দা চৎলিবা নোংমৈ মরূ পূবা ট্রেন অমা থুগাইবা, জিনাবু হাৎপা অমদি মাগী এসেম্বলী অমুক্তদা তুমহনবা, থোং ময়াম কাপখায়বা, হায়দ্রবাদ লমদমদা অরোনবা লাঞ্জং চঙদুনা লৌশিনবা (হায়দ্রবাদ মতমদু ফাওবা ভারত্তা য়াওশিল্লকউ য়াদবা লৈবাক্তি) অমসুং মখোয়না পৈশা য়াম্না খোমজিন্দুনা অমদি অৱাবা কয়া লৌদুনা খুৎলাই অমদি নোংমৈ মরূ ফাওবা পৈশিন্দুনা মখোয়না পামইবা খোঙজঙদুদা চঙশিন্নবা তৌরমই।

তাঞ্জাদুমক্তা খঙহৌদনা মখোয়না তম্লকইবা পান্দমদু নোংথাঙগুম্না ফাওরক্লমই। 'ঐনা খনবদা রাষ্ট্রপিতা হায়না খঙনবা মাগী পুক্তি খমহনবা হায়বসে ঐগী তৌদবা য়াদবা ইথৌ অমা ওইরে' নথুরাম গোডসেনা লৈবাক কুম্মৈ ওইরগদবা থবক্তা মশামক কথোকচগদৌরি।

মথৌ অদু হেক পাঙথোকপগা, নথুরাম মুৎপা নাইররোইদবা তুকচ্চনিঙাই ওইরবা মিংচৎ অমদি পুরনি।

নথুরাম গোডসে বোম্বে পুনা রেল লম্বীদা লৈবা কামশেট ষ্টেশন্দগী মাইল তরা লাপ্পা অপিকপা খুঙ্গং উসকান্দা লৈবা চৎনবীবু ঙাকচবা ব্রাহ্মন ইমুং অমদা পোকখি। নথুরামগী মপা বিনায়ক গোডসে চিঠি য়েন্থোকফম লোয়শঙ অমদা থবক মচা অমা তৌজবা মীনি। ১৮৯২ দা মশাগী চহী তরাতরেৎতা ঙায়রিঙৈদা চহী তরাদা শুরিবী নুপীমচা অমগা লুহোংখি। বিনায়কী অহানবা মচাদু নিপা অমনি অমসুং অনিশুবদুনা নুপীনি। অহানবা মচানিপাদু চহী অনিশুবা মতমদা শিখি। মদুগী মতুংসু মচানিপা অনি অমগা পোকখি, অঙাং ওইরিঙৈদা অদুম শিখ্রে। শতাব্দী অদুগী লোইরমদাইদা বিনায়ক গোডসেগী ইমুং মনুংদা মচানিপা অহুম মথং মথং শিখ্রগা নুপী অমখক্তমক হিংহৌবদুনা তাক্লিবদি ইমুংদুগী অঙাং নিপামখৈসি শাপ অমা লৈবা তাই। য়াম্নসু চুমই খন্নবা মসিগী প্রতিকার অমদি ঈশ্বরদা মথং নিপা পোকপদু নুপী ওইনা য়োকচগে হায়জবসিনি। মদু অমুক য়েংলবদি কোকপসু য়াই।

বিনায়ক মতে মনাও ঈশ্বর নীংলমই। মথংগী অঙাংদু নিপা ওইনা পোক্রবদি নুপী ওইনা য়োকচগে লেপখ্রে। মহাক্কী মনাতোন মখুন ওইথংবদা নাসিকা অমা য়ানবিগানি হায়নসু নীংখ্রে।

মথংগী অঙাংদু নিপা অমা ওইরক্রে শোক ১৯১০ গী মে থাগী তাং ১৯ দা পোক্রে। মহাকপু রামচন্দ্র হায়না মিংথোল্লবসু, শমজিন্না রাম হায়না কৌই, নুপী ওইনা য়োকপগীদমক মনাতোন্দা নাসিকা অমা হুৎলি হায়দুনা মমা মপানা খরা অমুক হেঞ্জিন্না নথুরাম হায়বদি নাসিকা য়ানবা রাম হায়না কৌরমই।

লাই ফত্তববু পেলহন্নবা চবান থাদোকপদু ফনা কান্নখ্রে। নথুরাম অঙাং ওইরম্বদু মপুং মরৈ ফারক্রে, মশা মউ ফবা অঙাং অমা ওইরে। মথং মথং মনাওনিপা অহুম অমগসু মাগী মতুংদা পোক্রকখি। মখোয়গী মনুংদা ১৯২০ দা পোকখিবা গোপাল মথন্তা গান্ধী হাৎপদা শরুক য়াখি। সাইকোলোজিষ্টশিংনা য়েংবদা হায়রকপা য়াবসি নথুরামগী বাখলদা মীগা মীমান্নদনা লৈবসি নুপী ওইনা য়োক্রকপনা ওইবা য়াই হায়বসিনি।

চায়াম পোকপা ইমুংনি-নিপা মরি নুপী অনিনি—অমসুং য়াম্না নংলমই। মপা অদু অপিকপা সহর মচা মচাশিংদা পোষ্ট মাষ্টর অমা ওইনা বোম্বে মহানগর মনুংদা তোয়না হোংদোক হোংজিন তৌরমই। মশাগী মমারোল মরাঠিদা অহানবা মহৈগী থাক খরা তম্লম্লগা নথুরাম পুনাদা মেট্রিক থানবা লাকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী মাগী মপা মমা মচীন মনাওশিংনা মহাকসি লাই তোংই হায়না থাজনরমই। ইমুংগী লাইরেম্মগী লাইমাঙদা ফম্লগা কোরীগী শেম্পাক অমগী মথক্তগী কারক্রিবা ধুপকি মৈখুদুদা মমীৎ লাওথোকলদুনা ফম্লগা খঙহৌদনা সংসারসিগা শম্নদবা মী অমা ওইখি। অসুম্না লাই তোংলিঙৈসিদা মাগী মীৎ নহা অনিদা ময়েক খরা চোংথোরকই। অদুদগীদি ইমুংগী মীশিংনা মঙোন্দা বাহং হংই। মাগী পাওখুমদু লাইবাওনি হায়না থাজনৈ।

মাগী মনাওনিপা গোপালনা মাগী অসিগুমবা থৌওংসি য়াম্না উখ্রে, অমসুং ইরমই, মহাক্না সংস্কৃত শ্লোক কয়া অমুক্তসু ফাখিদনা থীথরকপা ঙমই ...অদুগা মাগী লাইতোংবদু হনখ্রবা মতুংদা অমত্তা থীবা ঙমদবতা নত্তনা মানা করি তৌখ্রবগে হায়বা ফাওবা নিংশিংদে।

মশাগী চহী ১৬ শুরবা কান্দতা নথুরাম মাগী লাইরেম্মা অদুগা ইমুং মনুংগগী লাইবাও ফাওনবা মাইবী ওইবা তোকখি। মহাক মাইবী অমা ওইবা তোক্কুনা মীচমগী পুন্সিরোমদা নম্না লেনবা হৌরে মসিদা মাগী মনাওনিপা গোপালনা মাগী লাইগী শক্তিদু মাঙখিবা তারে হায়দুনা বাজৈ।

মসি নত্তবা মাগী শাজৎ অতৈসু লৈরমই। মাবু অঙাং ওইরিঙৈদগী নুপী ওইনা য়োকচরবসু হকচাং শাজেন্দা চাং নাইবা মশা ফবা পাখং অমা ওইবতা নত্তুনা ইরোইবদা হৈশিংবগীদমক্তা মশামক চাওথোকচৈ। মী অমা ওইনা অচুম্বা য়োকখৎপা পামজবসি খিৎ হেন্দোক থোইদোকই। মহাক মরৈকায়দুগী লৈপাকমচা তাবা মী অমনি অমসুং মৈ ঈশিং খঙদবা স্কাউট অমনা তৌফম থোকপ থৌদৌ ঙাক্তা হৈনরকই। গুহাদা কোল-লীক, শা-শলনচিংবা তাখিবদা, অনাবগী সেবা-লাংবাদা, লাই-তিনগী থবক্তা, অমদি লায়রবা খুঙ্গংগী লুহোংফমদা মীগী সেবা তৌবদা হলেংবা লৈতবা মী ওইরমই। মখোয়গী ইমুংনা লোনাভলাদা লৈরিঙৈদা গুহাদা তাখ্রবা শোক্ল পন্ন য়াদবা অঙাং অমা মানা লৌখৎখি। ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা মানা মমা মপাদা তন্নুবদা, শোক্ল পন্ন য়াদবা অঙাংদু পায়রুবগী মাংবদু ঈশিং অশেংবনা শেংদোক্লিঙৈদা চঙলকই হায়দুনা মাবু চৈবিরমই।

মতম অদুদদি ব্রাহ্মান ইমুং অমদা অসিগুম্বা মীৎয়েংদি চৎনবী ওইনা তৌরমই, অদুবু নথুরামদদি মদুগুম্বকাদু চঙবিপোৎ নত্তে। মমৈদদি মমা মপাগী চৎনবীগী মাইয়োক্তা মহাক শোক্লা পন্ন য়াদবা লৌথোক্লবা হোৎনবদা মাঙ জিন থাবা মী অমা ওইরক্লে।

মহাক লাইরিক পাবদা চানি থক্কনি কাউবা মীনি, অদুবু মানা পামজবা হীরম অদুতদা পাবা ওইনা তৌই, খুদম ওইনা মী লাই শন্নরিঙৈ লাইরিক, ইতিহাস অমদি অরিবা ময়েক্লা ইবা লাইরিক 'অমসুং মদুসু মরাঠি লোন্না ইবনি। মহাক স্কুলদদি পূক্লিং চঙদবা মী অমা ওইরে অমসুং ইংলিস হোৎনবদা ৱানা থোক্লে। মদুগী ফল ওইনা মহাক মেট্রিক লানবা ঙমদ্রে।

মেট্রিক পাস তৌবা হায়বসি মতমদুগী সরকারগী অপীকপা কেরানী অমা ওইবগী চঙদবা য়াদবা মহৈগী থাক ওইরমই, অমসুং থবক পোত্থারমদাই ওইরবা মপাদুনা মচাদুবু মাগী থবক মফমদা থবক মচা অমত্তং ওইরবসু তৌহন্নিংবনা লাংতক্লরমই। মহাক্লা নথুরামবু পরিক্ষা অমুক থাননবা থৌনা পীরমই। অদুবু, নথুরামদি গান্ধীগী বৃটিশকি মথক্তা মতেং পীদবা অন্দোলন্দা পুক্লিং থিংজিনবা হৌখিবনা সরকারগী থবক অমা তৌবগী ৱাফমদু তোকপা তারমই। মহাক স্কুলগী নিয়ম নাইবা থৌরমদুদা খীরবা মী অমা ওইরদুনা লন্নাই হিংনবা হোৎনবগী ৱাখল খনবা হৌরমই। মহাক পুনা থাদোক্লুনা কর্জততা লৈবিবা মপাগী মনাক্তা লৈননবা লাক্লমই। মফমদুদা মহাক চহী অমা অনি উ শূবগী শিনফমদা চঙলমই, অমসুং মহৈ চারক্কদৌরবা মতাংদুদা মপাদু থবক মফম অমদা হোংবা তাবদগী মাগী ইমুং পূম্বা অমুক্লা য়ুম হোংবা তারমই।

শোক ১৯২৯ নি, নথুরামদি চহী তরামাপল শুরে। হন্দক্তি মখোয় রত্নাগীরিদা হোংবা তারমই, নোংচুপ থংবা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা লৈবা অচীকপা লমদম অমনি, অসুক্কী মতীক শকখঙদবা লমনি মদুদি মুরেগী মফম তান্নবা লাইরিক গাইড টু ইণ্ডিয়াদা ফাওবা মমিং য়াওদবনি। ইতিহাসতা রত্নাগীরিগী শক্তম অমা হায়ববু মফমদুদা বৃটিশ সরকারনা বর্মাগী অরোইবা নিংথৌ থিবাউবু লোই থাখিবনি। চহী তরাহুমদোইগী মমাঙদা থিবাউ শিখ্রে অমসুং রত্নাগীরিদু থায়নগী ফিভমদা অমুক হঞ্জিল্লে—শনম মিনম তাদ্রবা, সরকারগী থবক মচা তৌবা কাংবুগী পেন্সন ঙাইফল্লি।

নথুরামগী মফমদদি হরাও তয়াম্বনি। মহাক্না তাবা ফংলমই চহী য়াম্থে রাজনিতী বন্দি ওইরিবা মীওই অমা আন্দামান্দগী পূরক্কুনা লেমহৌরিবা মিয়াৎ মতমদু লেলহন্নবা রত্নাগীরিদা থল্লি। মফমসিদা বৃটিশশিংনা মাবু য়ুম অমদা থল্লি অমসুং মানা লৈরিবা জিলা মনুংদু কোয়না চৎপা য়াহল্লি, রাজনিতী দলগা শন্নবা য়াহনদ্রবসু মী কোয়রকপদি য়াহল্লি।

মহাক বিনায়ক দামোদর সবর্কারনি, ভারতকি রাজনিতীগী সংসারসিদগী মমিং মুৎথ্রবা মীওই অমনি অমসুং বৃটিশশিংনা আন্দামানগী কৈশুমশঙদা থম্বীখ্রবা, মশামক মহৈ হৈবা, ইতিহাসকার, কবি, ধর্ম্ম লান্না চৎপা থিংবা মী, বরিষ্টার অমা, অদুগীসু মথক্তা লময়ৌনা লৈবাকনীংবা, নহারোলশিংবু ফোংনা বৃটিশকি মথক্তা খুৎলাই পায়খৎনবা পূক্লিং থৌরম্বা অথৌবা অমনি।

রত্নাগীরিদা লাকপা নুমিৎ হুন্নিগী মনুংদা নথুরাম্না সবর্কার উন্নবা লাক্রমই।

সবর্কারগী লীচিং মখাদা হেক লাকখিবদগী নথুরাম হান্নগী মী অদু নৎত্রে। হায়স্কুল পরিক্ষা লানবা ঙমখিদ্রবা খুঙ্গংগী উ শূবা মী অমা ওইরুরবা মহাক সবর্কারনা তৌরম্বা দেশ সেবাদা পুক্লিং লুপশিনবা খোঙয়াঙবা নিপা অমা ওইবতা নত্তনা, রাজনিতীগী ওইবা, সমাজগী, ধর্ম্মগী, বৃটিশকি মফমদগী নীংতম্নবগী, ইমা লৈবাক মচেৎ তাদনবগী, মরাঠি লোন য়োকখৎপগী, জাৎ বিজাতি নাইবা থাদোক্নবগী, শোখহৌবা কাংলুপকি পুক্লিং থৌগৎনবগী, অমুক্তা তাদ্রিবা ব্রাফম ইসলাম অমদি খৃষ্টান ওলহনখ্রবা হিন্দুশিংবু অমুক হান্নগী ফিভমদা পুররুবা হোৎনবদা খোয়জঙবা মী অমসু ওইরে। সবর্কারবু নথুরাম্না লাইগী শক্তি চেনবা গুরু অমনি হায়না ইকাই খুম্নরমই। অমসুং মাগী ওঝাদুগী প্রলয়গী মশক ওইরবা পারা ময়ামদুদা খন্থবা লৈতনা পুক্লিং লুপশিল্লুবা অমদি মহাক্কী মচেৎ-মচেৎ তাররবা মঙালান মঙফাওনবা য়াবরা খোঙথাংদুদা লাম্হোং শীনবদা তায়োন্নখ্রবা মদুমক্না নথুরাম্না অঙাওবা, মীহাৎপা অমদি মশানা মশাবু মাঙহঞ্জবা মীওই অমা ওইখিবনি।

অদুগা অমরোমদা মসিসু অচুম্বনি নথুরাম গোডসেগা উন্নবনা সবর্কারগী পুল্সিদা মতমদুদা অওনবা অমত্তা লৈখিদ্রবসু, চহী তরামাপলগী মতুংদদি নথুরামগা মাগা লেপ্তুনা লোয়নরুব্বদুনা গান্ধী হাৎপগী কেশতা, পুলিসশিংনা (অমদি মাগী রাজনিতী য়েরুবশিংনসু) চেন্নহন্নবা মচাক অমদি ওইখি। কেশ অদুদা ফংখিবা অৱাবা চৈনা অমদি কেশ অদু লোইদ্রিফাওবা কৈশুমশঙগী পুল্সি লেনবা তাখিবা অদুনা সবর্কারগী হকচাংসু নীংখায়রকখি অমসুং ভারততা রাজনিতীগী শাফু অমা ওইরম্বদু মপুং ফানা মুৎখি।

শোক ১৮৮৩ দা নাসিককি মনাক্তা লৈবা অপীকপা সহর অমদা বিনায়ক দামোদর সবর্কার পোকখি, শোক ১৯১০ দা পুল্সি চুপ্পগী ওইনা আন্দামানগী কৈশুমশঙদা থম্বীখি। চহী কুনগাতরেৎ চুপ্পা অফা অপুন্নদুনতা অমদি অসুক খুদোংথীনিঙাই ওইনা হিংলকপা মীওই পংলৈ লৈরম্লোই।

মশাগী চহী তরানিথোইতা ঙায়রিঙৈদা মহাক্না খুঙ্গংগী ঈ চুপ্পা কাংবু নমথনবা কাংলুপ অমা শেমগৎলমই। চহী তরাতরুক শুরকপদা নাসিক্তা অৱাংবা থাক্কি মহৈ তমহন্নবা লৈরিঙৈদা বৃটিশপু নমথনবা লালহৌবা কাংলুপ অমা লিংখৎলমই। মহাক স্কুলদদি লাইরিক পংফ ফনা উদে অদুবু, ভারতকি ইতিহাস অমদি সংস্কৃত সাহিত্যগী মতাংদদি মাগী ওঝাশিংদগী ফাওবা খুৎলোয়বা হেল্লমই অমসুং মীতিন কয়াদা লেপ্পা লৈতনা মদুগী মতাংদা ৱা ঙাঙলমই। শোক ১৯০১ দা মেট্রিক পাস তৌরদুনা নাসিক থাদোক্লগা পুনাদা কলেজ তন্নবা লাকখিবা মতমদা, মফমদুগী মচীনতোঙবা মীওই কয়ামরুম্না মাবু নুংশিনা থিন্দোকপিরকখি। পুনাদা কলেজগী ছাত্র অমা ওইরিঙৈদগী মহাক রাজনিতীগী মাইগৈদা মশক খঙবা মীওই অমা ওইরে মরম অদুনা পুলিসনা মাবু কুপ্পা য়েংশিনবা হৌরমই। মহাক্কী কলেজগী অরোইবা চহীদা স্বদেশী অন্দোলনগী ঈহৌদা মহাকসু চোংশিনখিরমই। থৌরম ময়ামদুগী মনুংদা অমদি লৈপাক মমাঙদা মৈজাও হৌগৎলগা বৃটিশনা শাবা ফিরোল মৈ থাবনি। মদুগী মরমগীদমক্তা মহাকপু কলেজদগী তাম্থোক্লমই, অমসুং রাজনিতীগী মরমগীদমক্তা কলেজদগী তাম্থোকপিরবা ভারতকী অহানবা ছাত্র অমা ওইরে।

অদুমকপু বি এ গী পরিক্ষানা য়ৌশিল্লকবা মতমদদি অঙম্বশিংনা মহাকপু পরিক্ষা থাবা ফাওবদি য়াহল্লমই। মহাক মায়পাকখি, মখা তাবদা কাংলুপ কয়া পুনশিল্লগা মাগী ঈহৌদুদা য়াওহন্নবা হোৎনদুনা বৃটিশকি মথক্তা খুৎলাইঙ্গী লাঞ্জং অমা চঙশিন্নবা হোৎনখি। মহাক্না খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা ঈ শাগৎহনবা ৱা কয়া ঙাঙদুনা, অমদি লৈবাক নীংবা ঈশৈ কয়া শক্তুনা, অমদি ভারতকি প্রজানা অৱাবা নংইবসি কোরুবা মানা পুথোকচবা উপাই কয়াগী মরমদা চে কয়া নমদুনা চাইরমই। মদুগী চেফোংশিংদু থুনমক ফাজিনখিরমই অমসুং মদু পায়বদু মরাল অমা ওইহল্লমই।

অসুম হায়না মশাগী চহী কুন্নমাথোই শুরকপদা সরর্কার ভারতকি বৃটিশ শাশনগী মাইয়োক্তা ফোংনা চোংথোরকপা নিপা অমা ওইরে। মতাংসিদা মানা লৌগদৌরিবা শক্তমদুগী মতাংদা মতীক চাবা শিক্ষা অমদি জ্ঞান ফংবা ৱাংলি খল্লদুনা চহী খরা লমকোয়দুনা লাইরিক তমথগে খন্দুনা ভারত থাদোক্তুনা ইংলণ্ডদা বেরিষ্টার তমগে লেপখ্রে।

সরকারবু শীঙনবগী মরাল শীরদুনা মাবু ফারগে তৌরুরবা ভারত সরকারসু মাগী ৱারেপ্পু তাবদা খজিক্তুং শোর হোন্দোক্লমই। সরর্কার হৌজিক্তি ঈরাং চেনবা মী অমনি হায়না লৌদবসু য়ারে। মসিমদি শেংলবনি, ইংলগুনা মহাকপু 'সাহেব' হায়বদি নোংচুপকী চাকচা য়ুথক্কী ঈরাংনা চুরবা ভদ্রলোক অমা শোয়দনা ওইহল্লক্কনি।

মদু মতমদুগী চংনবী অমা ওইরমই, ভারতমচাশিংসি ইংলগুগী অচৌবা কলেজশিংদা লাইরিক তম্বা চংনরমই। নোংচুপকি চাউখৎপা উবদা মীৎ থক্লমই অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা চাউখৎপগী শাফুনা তেথহল্লমই। মখোয় নোংমদি সাহেব অঙৌবা ওল্লগা থোক্লক্কনি। অয়াম্বদি ইংলিস নুপীশিংগা নুংশিনরক্লমই অদুগা খরা অমদি মেম অঙৌবী কয়া মাগী নুপী ওইনা পুথোরুরক্লমই।

সরর্কারনা চংনবীদুদা য়াওরুবদি সুপ্নগী ইংলিস নুপী অমগা নুংশিনরুবদুতনি, মহাক্কী মমিং মার্গরেট লোবেন্স কৌই। অদু নত্তবদদি মহাক ভাবত মচা অমা ওইবদা হোংবা লৈতে। মহাক গ্রেজ ইন্দা িং চল্লমই অমসুং চহী মরিগী মতুংদা উকিল ওইনা কেশ লেপ্পা য়াবা মী অমা ওইরে। ইংলগুদা লেনখিবা মতম পুন্নমক মহাক হনবা নাইদ্রবা বাজনিতীগী থৌরমশিং লেপ্তুনা চত্থরমই। মহাক্লা ফ্রী ইণ্ডিয়া সোসাইটিদু লিংখৎলমই, মদুগী হাপ্তাগী মীফমদু ফোংনা পাঙথোক্লমই। অদুগা সংস্থান্দুগী মীওইশিং মরক্তগী মাগুম্না বিপ্লবকি পূক্লিং চেনবা নহারোল খরনা শাবা মনুংগী ওইবা সংস্থান অমগা শেল্লমই।

মখোয় ময়াম্না পৈশা খরা খোমজিন্নবা হোৎনরমই অমসুং বোম শাবা তল্লমই অমসুং মীহুৎ অহুম পেরিসতা থাদুনা রসিয়া মচা লালহৌবা কয়া থিরগা মখোযগী অপাম্বদুদা তেংবোংহন্নবা শিন্নখিরমই। পেরিসতা মবুক ফত্তবা প্রোফেসার অমনা নমথাক তৌবিবদগী মখোয়গী থৌবমদু মপুং ফানা কায়রমই। অদুবু, অরোইবদা রসিযাদগী ইম্বোকপীরবা নিপা অমা থেংনরে। মহাক্লা বোম শাবগী নিয়ম অমদি মদু বিপ্লবকি থবক্তা চপ চানা শিজিন্নবা যাবা মতাংসু তাক্লমই, অদুগীসু মথক্তা বোম শাবা অমদি মদু শিজিন্নবা য়াবা মতাং য়াওবা অতাঙবা লাইরিক অমসু পীরমই - পৈশাদি অমত্তা লৌরমদে।

ভারত পুলিসকি পাও মতুং ইন্না মসিগী বোম শাবগী অতাঙবা লাইরিকসি সরর্কারনা লণ্ডন্দা নমথোক্লগা য়েল্লকই হায়। লাইরিক্তু ভারততা থুনমক য়ৌরক্লমই অমসুং পুলিসশিংনা তক্কুনা থিগৎপা হৌরক্লমই কলিকাতা, এলাহাবাদ, লাহোর, নাসিক অমসুং পুনাদা। চহী অমা লৈরগা অমখক্তি সরর্কারগী ময়াম্বা অহাল বাবারাওগী ময়ুমদগী ফংখি অমসু সরকারগী মথক্তা লানহৌবগী মরাল শীরদুনা সরকারনা মহাকপু মপুন্সি চুপ্পা লোই থাবগী মিয়াৎ তাহল্লমই।

শোক ১৯০৮ দা বৃটিশকি শক্তি মথক্তা খুৎনা শাবা বোম ভারততা ইহান হান্না শিজিন্নবা হৌরক্নে। অহানবা চৈরাক ফংফম থোকপা মীদু বেঙ্গোলদা লৈবা মজফরপুর জিলাগী দিষ্ট্রিক্ট জজ ওইবা মিষ্টর কিংসফোর্ড হায়বদুনি। মসিগী দণ্ডিসিদা কিংসফোর্ডতা অতম্লনা তেমশিংইবদি মহাক্না সুশিলচন্দ্রসেন কৌবা অঙাং অমা পুলিসকা খৎনৈ হায়বগী মরান্দা চৈনা ফুবগী হুকুম তৌখিবনি। ক্ষুদিরাম বোস কৌবা নহা অমা মুজফপুরগী বৃটিশ ক্লবকি চঙফমদা লুমদুনা লৈরগা কিংসফোর্ডনা তোংলমগনি খনবা গাড়ীদু তম্না লংশিল্লই, গাড়ী অদু ওন্নরম্লে মদুদা নুপী অনি তোংলমই মিসেস কেনেডি অমদি মচানুপীনি। অনিমক শিখিরমই।

বোমশিংদু ভারততা মথৌ তৌরি, অসোমদা সরর্কারসু পোত্থাবা লৈতনা থবক শূরি।

নিতীগী ৱা খন্নবগী মতম, হাপ্তাগী মীতিন ফম্বা, লেপ্পা লৈতনা ইথরকপা, চে-চাং নম্বা য়োমশিনবা অমসুং কিপ্লবকি ওইবা লাইরিক অমদি চেফোঙ লিশিং-লিশিং ভারততা লৈবা মীওইশিং কয়াদা থাদোক্লবা হোৎনবা পুন্নমকসিগী মথক্তা মহাক চাং নাইনা পেরিসতা ফোঙবা পাও-চে 'তলৱার' হায়বদি থাঙশাং কৌবা অমদা ইবগী থবকসু লেপ্তে অমসুং ইটালিগী বিপ্লবী গুইসেপ্পে মজ্জিনীগী পূন্সি ৱারীদু মরাঠি লোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙই। লাইরিক অদু ভারততদি মপূং ফানা কান্নবা পীরে মরম অদুনা সরকারনা লাইরিক অদু য়োনবা থিংলমই অমসুং থিদুনা ফাগৎলমই।

মহাক্কী মথংগী থৌরমদি ১৮৫৭ কি নীংতম লানগী মরমদা অশেংবা শক্তম অমা উৎপা চেফোঙ অমা ইবনি, মদু বৃটিশশিংনা ১৮৫৭ ম্যুটিনি হায়না কৌবদুনি। মসিগী লাইরিক অসিসু সরর্কারনা মরাঠিদা ইবনি অমসুং মানা ইবা লোইরবা তাক্ককশিংদু ফ্রী ইণ্ডিয়া সোসাইটিগী হাপ্তাগী মীফমদা ইংলিসতা হন্দোক্লগা পাথবগী থৌরমসু চত্থরমই। সোসাইটিদুদা য়াওশিল্লকইবা বৃটিশকি অরোম্বা হুইরোয়শিংনা লাইরিক অদুগী তাক্কক অনিখক হুরানখিরমই অমসুং ভারততা থাখি। ভারত সরকারনা লাইরিক অদুগী মচাক অদু অসুক্কী মতীক খুদোং থীনিঙাইনি হায়না লৌরুরে মদুদি অমুক্তা থোকত্রিবা থৌদোক

অমা ওইনা লাইরিক অদু ফোঙবদি লায়রদুনা ইবা লোইদ্রিবঁদা থিংখিরমই। সরকারনা মাঙথ্রবা লাইরিক্কী তাঙ্কক অনিদু অমুক্তা হন্না ইখৎতুনা শোক ১৯০৭ তা লালহৌবদুগী চহি ৫০ শুবা পালন ওইনা মতমচানা ফোঙদুনা পুথোক্লমই।

খুৎইদু অমা লোন্না ভারততা পুশিল্লকই অমসুং মীনা খঙবিদবা অফোঙবা অমনা লোন্না সোলাপুরদা ফোঙননবা হোৎনরম্মী। অদুবু পুলিসশিংনা হান্ননা লাইরিক অদু থিগৎপা হৌরক্লে। মরুপ মপাং ওইবা পুলিস অমনা মাগী লৈফমদু থিহন্বা হৌরক্কদৌরে হায়না হুৎলকপদগী, অফোঙবা নিপাদুনা থুনা মাগী উনমদু থৈদোকখিরম্মী অমসুং খুৎইদু পুনাদা লৈবা সরকারগী মরূপ অমদা লোন্না নাথৈখিরমই, মদুগী মতুংদগীদি অনৌবা অফোঙবা মী অমা থোরকখিদ্রে।

সোমদনা সরকারনা লাইরিক অদু ইংলিসতা হন্দোকপদা পূক্নিং চঙলমই। ইংলিস লোন্দা ইথোক্লবসু মমৈথংদা হোলেগুদা ফোঙলমই। ফ্রী ইণ্ডিয়া সোসাইটিগী মরুওইবা মীওইশিংনা য়াম্না পামজনা লাইরিক চাম্মা চাম্মা লৈরগা ভারততা লেম্না য়েন্নবা থারকখি। লাইরিকশিংদু চার্লেস ডিকনস অমদি সার ৱাল্টর স্কোটনা ইবা মমিং লৈরবা লাইরিক্কী মখুন্না য়োমশিল্লগা থারকই। ঈহৌদুবু শৌগৎপা আমেরিকা মচাশিংনা লাইরিক অদু থুনমক মখোয়গী লন্নাই ফোঙজদুনা ইউরোপ্তা লৈরিবা মখোয়বু শীঙনরিবা কয়াগী মমাঙদা ভারততা লাইরিক কয়া লেম্না থারক্লে। লাইরিক কয়া অমা ভারতকি পুলিসনা ফংখ্রে, অমসুং ভারত সরকারনা হৌজিক্তি শেংনা খঙলে সরকার ইংলিস নুপী অমগা লোন্দিন্ননা লৈজরবসু য়াম্না লেমজবা সাহেব অমা ওইরক্লোইদৌরে, অমসুং ভারততা হল্লকপা য়াদ্রে হায়বা য়াথং অমা তাওথরক্লে।

শোক ১৯০৯ দা ইংলণ্ডদা ফ্রী ইণ্ডিয়া সোসাইটিগী খোঙয়াঙবা মীওই মদন লাল ধিঙ্গারানা সার কার্জোন ৱাইলি হায়বা ক্ষুদিরাম বোস অমদি বেঙ্গোলগী অতৈ লালহৌ কয়াগী মথক্তা লৈবা কেশতা সরকারগী উকিল ওইখিবা মীওইদুবু কাপ্পুনা হাৎলমই। ধিঙ্গারা মশামক ফাহল্লমই অমসুং মাগী ফুরিৎখাওদা মানা ইবা চেরোল অমা অসুম্না য়াওরমই, "ৱাইলিবু হাৎলিবসি মী খ্বায়না হৌনদ্রবা দণ্ডি কয়া ভারতকি নহারোলদা বৃটিশকি অঙম্বশিংনা পীহন্নবা তৌখিব্দুগীনি ... মখোয়গী মরাল হায়বব্‌ সুপনতগী মমা লৈবাকপু নিংতমহন্নবা খুৎলাই পায়রুব্দুদনি"

সরকারদি ধিঙ্গারাগা লুনা তিন্নবনি অমদি মী হাৎপদুদা চিংনরক্কন্বা মশামক পুলিসনা উবা ফংবা মফমদা অদুম লৈরমই। পুলিসতা লৈরিবঁদা ধিঙ্গারাগা অমুক্তং উন্নহৌই, অমসুং মাবু কন্ননবা পৈশা খোমগৎলমই. অমদি ইংলণ্ডদা লৈবা ভারত মচাশিংনা মীহাৎপদুদা নিন্দা তৌরকপদু ফোংনা শিংনরমই।

স্কোটলেণ্ড য়ার্ডনা মাবু কুপ্না শেন্নরমই, অসোমদা ভারততদি পুলিসনা মাগী ঈহৌদু নমথনবা থৌরাং কয়া লৌখৎলমই। মতম অসিমক্তা, কনাগুম্বা অমনা লোর্ড মিন্টোনা আহমেদাবাদতা কোয়রকপদা বোম লংশিল্লমই অমসুং পুলিসনা মরাল লৈবা নিপাদু থিবা ফংদ্রিঙৈদা সৰ্বকাৰগী মরম নাসিক মক্তা কানহেরে কৌবা মীওই অমনা মিষ্টর এ এম টি জেকসন হায়বা কলেক্টরদু কাপতুনা হাৎখ্রে। মদু সৰ্বকারগী ময়াম্বা বাবা ৱাওবু লোইথাবগী দণ্ডি পীখিবদুগী লমন খুন্নিৰ্বনি।

জেকসনবু কাপ্লম্বা পিস্তোল অদু সরৰ্কারনা লণ্ডন্দগী থারকপরা হায়না চিংনরমই, এংলো ইণ্ডিয়ান প্রেস অমনা অশাওবগা লোয়ননা হংলকই, 'অসিগুম্বা মীহাৎ মীপুন থোকহল্লিবা মীওই অদু মানা হৌরিবা লালহৌসিগীদমক্তা দণ্ডি তৌদ্রিবা করিগীনো'। সৰ্বকাৰ শোয়দনা ফারনি হায়বা উরদুনা মৰুপ অমনা থুনমক মহাকপু পেরিসতা থাখিরমই। শকখণ্ডদবা অইবা অমগী ৱারোলদা মফমদুদা হাপ্টা খরদি ভারত মচা ময়াম লৈরিবা চাউখৎপা কোল্লুপ অমদা অনৌবা পুন্সি মরেন অমা হৌননবা সৰ্বকাৰ মথৌ চিলহঞ্জরমই।

অদুবু, মহাক পেরিসতা লৈবা পরুদ্রে। মহাক ভারততা চৎতুনা লান অদু তশেংনা লানবুঙ মক্তদা থেংননিংলমই। অদুবু ভারতনা মাবুদি চঙহল্লরোই অদুদা নত্তনা সমুদ্র তোৰ্ব্বান য়ৌরুবদা ফাখিবা য়াই। মরম অদুনা মহাক ৱাথোকফমদুগা খরা নরুবা লণ্ডন্দা ওইনা হল্লগে লেপলে। মীয়াম্নদি খন্নরমই, মহাক মার্গরেট লোরেন্স থিবা ওইনা হনবা পাম্বা ওইরিনি। থৌদোক অদুদগী মহাক মার্গরেট লোরেন্সকা অমুক উন্নবা ফংখিদ্রবনি।

রেল অদুনা ভিক্টোরিয়া ষ্টেশন য়ৌবদা ঙায়রিঙৈদা মহাক ফাখিরমই। মহাকপু বক্সতোন জেলদা থাজিল্লমই মফমদুদা মহাকপু ভারততা থাররুবা ৱারেন্ট অমা পীরমই। ভারত সরকারনা ঙসিদি মহাকপু তাম্থোকপগী মহুত্তা ভারততা পুরগা সরকারগী মথক্তা লালহৌবগী মরান্দা দণ্ডি তৌনীংলমই। ভারততগী সন্ত্রি মকোক ওইনা অখন্ননা থাবরুবা পুলিসকি ডেপুটি সুপরিন্টেণ্ডেন্ট সি আই পৱারনা লুচিংবা সন্ত্রি খ্বায়দগী য়াম্না ঙকপা বন্দি অমা ওইনা মহাক ভারততা পুদৌরি। ইংলণ্ডগী স্কোটলেণ্ড য়ার্ডকি ডিটেকটিভ ইন্সপেক্টর ইডৱার্ড জোস পার্করনা পাৱার অমদি মাগী মী অতৈদু মতেং পাংনবা লোয়নগদৌরি। পেরিসতা লৈবা সৰ্বকাৰগী মচীন তোঙবা মরুপ খরনা ফ্রান্সকী কোর্টতা হবিয়স কোর্পস দরখাস্ত থাদুনা ফ্রান্সকী লমদম লাল্লকপদা থাদোকখিবা য়াবগী ওইথোকপা লৈবদু থৈদোকপা য়ানবা ফ্রান্সকি লমদম ফাওফম থোকপদু ফাওদনবা খন্নরে। অদুগী মহুত্তা ভারত ফাওবা লেপ্তনা চৎকদৌরিবা এস এস মাউরিয়া কৌবা জহাজ অদুদা অখন্ননা শেম্লবা কা অমদা সৰ্বকাৰবু অহিং নুংথিল খাক্তনা শঙদুনা পুরমই। মহাক্লা

মপাল ইপাল থোকপা ফাওবা গার্ড অনিনা থোঙগী ৱাংমদা ফমদুনা মানা তৌরিবদু অখন্ননা শেল্লবা শিলিং মথক্তা থেৎপা মিংশেল অমা থোঙদা হুৎপা অহোবা অমগা চানহল্লগা য়েংশিল্লি।

করিগুম্বা মরম অমগীদমক মাউরিয়াবু মার্সেলিদা ঙাইহাক পনবা তারমই। অহিং অদু সরকার তুমদনা লেল্লি, নাম্থোক্লবা উপাই অমা খল্লম্বদগী চীংখৈ ফীদুপ হুল্লকে, মহাক মনুং চঙগে হায়রমই। সন্ত্রি অনিদু মাগী থোঙজিন্দা লেপলি। সরকারনা থোঙ অদু মনুংদগী পৌরোল থারমই অমসুং অহোবদুগী মপাদা মাগী গাউন অদু য়ানশিল্লমই অদুদগীদি মহাক্না খুৎপায় থুনা ঈশিং চিথনবা য়োং মখুমদু থাংদোক্লমই অমসুং অখুবা অহোবদুদা লীৎথখিদুনা সমুদ্রদা তারমই গার্ডশিংদুনা মতমদুদা থোঙদু থুদেক্লবা কন্না হোৎনরি।

মহাক ঈরোইবদা খুৎলোয়বা মী অমা ওইরকপনা মাবু তান্নরক্লিবশিংদুনা হি মচাদু থাংথনবা থৌরাং তৌরিঙৈদা তোর্বন য়ৌখিরমই। মহাক হৌজিক্তি ফ্রান্সকী লমদমদা লৈরে, অমসুং মানা তৌগদবা হায়ববু পুলিস অমখক্তং থিরগা মাগী রাজনিতী চঙজফম লৌনবা হোৎনবনি।

মার্সেলিগী হিথাংফম লোম থংবা লম্বেল অদুদি মীনিনতনা থল্লি অমসুং ট্রাম চেল্লি। সরকারদি চোৎলবা ফুরিৎ পায়জমাদা ঙায়রে - খোঙউপসু তোংদে লম্বেলদা কোযচেন চেল্লি মতুংদনা পাখৎপগা লোয়ননা ভারত অমদি ইংলণ্ডগী পুলিসশিংনা হুরানবা থৎলো! হুরানবা থৎলো! হায়না তান্নরি। লম্বেলদা চৎলম্বা মী খরসু তান্নবা যাওরমই, মতমদুদদি সরকার লম্বেল চৎলিবা ফ্রান্সকী পুলিস অমগী মনাক য়ৌবা ঙমখ্রে। মহাক্না মীওই অদুদা কোল্লমই অমসুং মরোল শুদ্রবা ফ্রান্স লোন্দা মাবু মেজিষ্ট্রেট অমগী মনাক্তা পুবিয়ু হায়জরমই। পুলিস অদুনা ফীজোল অদু উবদা, জহাজদগী নাম্থোক্নুনা চেন্নবা হোৎনবা মীনি হায়না লৌরদুনা, মহাকপু জহাজগী অঙম্বশিংগী মখুৎতা শিন্নরমই। মার্সেলিদা নাম্থোক্লবা হোৎনবা থৌওং অদুনা সরকারগী শক্তল্লাংবেগী পুল্সিদা অরোইবা ওইখ্রে। মদুগী মতুংদগীদি মহাকপু বৃটিশ শক্তি অদুনা আইনগী শাবং মনুংদা ফাজিন্দুনা থম্বীখ্রে। মহাক্না খল্লম্বদি লণ্ডন্দা মহাক্না চৎথখিবা বিপ্লবকী থবক অদুগীদমক্তা ৱায়েল শঙ অমনা দণ্ডি পীরবদগী পীরবদা চহী তরেৎ মিয়াৎ মঙায হায়না খল্লম্বনি। অদুবু মহাক চহী য়াম্খৈ মিয়াৎ লৈবা তারমই মদুসু আন্দমান ঈথংকী শারংনাইরবা ময়াম্বা বাবা রাওনা হান্না লৈবা হৌরল্লবা কৈশুমশঙদুনি।

মহাক আন্দামান্দা শিরুদৌরে। চহী তরা লৈরগা মাগী হকচাং শোকচিল্লকই অমসুং ৱাখল ফাওবা চোইরকপগী মওংনি মরম অদুনা মাবু কৈশুম শঙদুদগী পুরক্নুনা

ভারতকি কৈশুম-শঙ অমদা অমুক থম্লমই। চহি মরি লৈরবা মতুংদা মহাক কৈশুমশঙগী মপান্দা থোকপা য়াহল্লমই অমসুং রত্নাগীরি জিলাদা থম্লমই। জেল অমদগী জেল অমদা মথং মথং মহাক চহী তরামরি শুম্লে, ভারত্তদি পুক্সি চুপ্পা বন্দি তারবা মীওই অমনা লৈগদবা মতম অদুশুম্বনি।

ইউরোপকী নিংথৌশেম্বা কাংবুনা লান্দাবগী মওংদা বৃটিশ শক্তিবু শীংনরুবা সরর্কার কৈদৌঙৈদা হোংবা লৈখিদে। তলবারদা ইবা চেরোল অমদা মানা হায়খি: অচুম্বা চৎপা অমদি ফোংনা ঙাঙববু ফমথোল পায়বশিংনা ফম্না থিংজরবসু, ঐখোয়না হায়রি মতাংসিদনি অরোনবা সংস্থান লিংখৎপা অমদি লান্দাবগী মথৌ তারকইবসে ... করিগুম্বা লৈবাক অমদা, অরানবা মওংনা, রাজনিতীগী য়াওল কয়া নমথবিরবদি লালহৌবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবনি।

অদুগুম্বা মীওই অদুনি নথুরাম্না শোক ১৯২৯ গী কালেন থাদা রত্নাগীরিদা উম্নখিবদো। সরর্কার মতমদুদা মশাগী চহী নিফুতরুক শুরে, মকোক তাঙলবা য়েংবদা লেম্লবা সাধুগুমই। কৈশুমশঙদগী মপান্দা থোকপা য়াবা চহী মঙাসিদা মাগী হকচাং অমদি পুক্নিংগী চপ চাবা পাঙ্গলদু হঞ্জিল্লক্লে। মহাক হিন্দুগী মরক্তা সমাজগী ওইবা অমদি ধর্ম্মগী ওইবা অওনবা অমা পুররুবা কন্না হোৎনরমই। মহাক মতম মাঙহনবা তৌদনা লাইরিক পারমই অমসুং অমদসু অমদসু শোক্তবা ৱারেং নাটক অমদি উপন্যাস কয়া ইরমই মদুদা অফোঙবশিংদুনা রাজনিতীগী ৱাফমদগী তাম্লবা খুৎইনি হায়না লাওথোকপা দরকার ওইরমই। অদুবু, পাঙ্গলগী শক্তিদুদি মপুং ফানা শিজিন্নবা নত্তে, অমরোমদা মদুগী শিজিন্নবা চপ চাবা মতাংসু ফংদে, মদুদি রাজনিতীনি।

নথুরাম সরর্কারনা খুদুম চনখিরমই। সরর্কারদি রাজনিতীগী থবক্তগী অথিংবা থম্বীখ্রবনি অদুবু, মঙোন্দা মাবু তাবিগদবা মীওই অমগা লন্নাই ওইনা রাজনিতীগী ৱাফম খন্নবদি থিংফম থোক্তে।

তাবগী শরুক্তা ওইরম্বদগী থা তরুক লৈরবা মতুংদা নোংমা সরর্কারনা মাগী সেক্রেটরি ওইবিয়ু হায়রকপদুদা নথুরামদি হরাও মথোই কারমই। মসিগী থৌ অসি হেক পায়রুবদগী মহাক ইংলিস নিংথিনা খঙবা ঙম্লে অমসুং মাগী ৱাখলদু মচা খায়না লেংথোকপা ঙম্বতা নত্তনা ভাষন পীবসু ঙম্লে। শোক ১৯৩১ দা নথুরামগী মপানা থবক্তগী পোখারবা তুংদা ইমুং মনুং পুম্বা রত্নাগীরি থাদোক্লমদাইদদি নথুরাম সরর্কারগী শিশ্য অমা ওইরে। নথুরামগী মপাদু অপীকপা খুঙ্গংদা লৈবনা তাংজফবা হেনগনি খন্দুনা সাঙ্গলিদা ওইনা খুন্দারমই। ইমুংগী অৱাৎ অপাদা মেনখৎনবা নথুরাম ফি ককপা অমসুং তুবা তম্লমই লোয়ননা ফুরিৎ তুফম অমগা ফম্লম্বই। খরা লৈরগা মাগী ফুরিৎ তুফমদা উহৈ ৱাহৈ য়োনফম অমগসু তপথোক্লমই।

মতম অদুমক্তদা হিন্দুগী লুচিংবা খরনা হিন্দু সঙ্গঠন কৌবা ঈহৌ অমা নাগপুরদা হৌরক্লমই। মদুগী পান্দমদি মাইগৈ অমদনা পুক্নিং লৈতাদবা মুসলিম শিংনা মরায় চায়থহল্লবা হিন্দু, অমরোমদনা কংগ্রেস লুচিংবশিংগী মুসলিমবু তেথহন্নবা থেমজনিংবা পাওজদবা মতৌদা শোকথরবা হিন্দুগী ফিরেপ্পু রাজনিতীগী মাইগৈদগী শৌগৎপনি। সংস্থান অদুনা হিন্দুশিংদা মশানা মরল ফোয়দৎচবগী মওংদা তারবা অহিংসাগী ফিরেপ্পু থাদোক্নুনা মশাগী মখোঙদা লেপচবা অমদি মশাগী অধিকারগীদমক্তা লাম্থেংনবা ওস্বা ওইরসি লাওরি।

হিন্দু সঙ্গঠন হায়বসি সরকারনা বৃটিশ শক্তিগা লঙনবদগী পোক্লকপা মচা অমনি। অমসুং রত্নাগীরিদা লৈরিঙৈদা সরকারগা ব্বারী শানবদা নথুরাম্না ঈহৌ অদুবু মপুং ফানা শৌগৎলি হায়বা খঙবা ঙমখি। মরম অদুনা চহী অমা লৈরগা হিন্দু সঙ্গঠনগী মশা অমা সাঙ্গলিদা হাংদোরকপা মতমদা নথুরাম মশানা খঙনা থবক তৌনবা চোংথোরক্লমই। মহাক মদুগী সেক্রেটরি অমা ওইরে।

নথুরাম চহী কুন তানখৎলক্লে অমসুং মচিঞ্জাক চাজবা মী অমা ওইরে, মমা মপানা মহাকপু ময়ুম মকৈ পালহন্নিংলমই। মহাক্না পুম্নিগী য়ুম পাল্লরোইদুম হায়রমই। মদু মানা তৌগে হায়না লেপখ্রবনি অমসুং মদু মাগী স্পার্টান পুম্নি মরেন অদুদা তৌদবা য়াদ্রবনি। মহাক মৈখু অমদি য়ু থক্তে, শেৎপদসু খ্বায়দগী চম্বা ফিজোল অদুগা রাজনিতী, ইতিহাস অমদি হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদা লাইরিক কয়ামরুম পারমই অমদি থবক কন্না শূরমই।

শোক ১৯৩৭ তা বৃটিশনা ভারতকি অনৌবা সংবিধান অমা ইরদুনা অহানবা মীখলদা শেম্বা সরকারদু বোম্বে প্রেসিডেন্সি হায়না খঙনবা মফমদুদনি। মসিগী সরকারসিনা অহানবা পায়খৎলকপা থৌদাংসি সরকারবু নাখৈ শেংনা থাদোকপনি। ঙসি মখোয়দদি মহাকসি বিদ্রোহী অমা নৎত্রে অমসুং ময়ামগা খেন্নজরবসু নীংতম লাম্মীনি লৌরমই। সরকারগী রত্নাগীরিদগী বোম্বে ফাওবগী খোঙচৎ অদু মরু ওইবা সহর কয়াদা লানঙম পাওজেল শন্দোকপা খোঙচৎ অমা ওইখ্রে অমসুং ফাওরকপা সহর কয়াগী মনুংদা সাঙ্গলিসু অমনি। মফমদুদা নথুরামগা সরকারগী মীওইশিংগা পুনখ্রে অমসুং খোঙচৎ অদুদা য়াওশিনখ্রে। সাঙ্গলি হায়বসি মানা তৌগে হায়না খল্লিবা থবক অদুগীদমক্তা পীকমনবা লম অমা ওইরে হায়বসি মানা উরমই। মহাক পুনাদা য়ুম হোংলমই অমসুং ফুরিৎ তুফম অমা হাংদোক্লমই। সিদসু মহাক হিন্দু সঙ্গঠনগী থবক তৌরমই। মদু সরকারনা রাজনিতীগী লমদা অমুক হল্লক্লবদা কন্না খুমাঙ চাউশিল্লকই অমসুং মায়গৈ কয়া লোঙথোরক্লমই। বৃটিশকি অচৌবাশিংসে হৌজিক্তি

লোয়রঙ শীংখোঙ ওইরদ্রে, তশেংবা য়েরুবদি মুসলিমশিংনি, মখোয়না ভারতকি মচেৎ অমা ককথৎতুনা মখোয়গী ওইবা পামই অমরোমদা ভারত রাষ্ট্রিয় কংগ্রেসকি অয়াম্বা লুচিংবশিংনা মখোয়গী দাবী অদু পীগদগুমসু তৌরি। সরকারগী লীচিং মখাদা সঙ্গঠনগী ঈহৌ অসি রাজনিতী দল অমা ওইনা ফুগাইনা শাৎলে। হিন্দু মহাসভাগী পান্দমদি ভারতপু তেকহন কায়হন্দবা অমসুং হিন্দু লৈবাক অমা ওইনা শেম্বনি। হিন্দুতগী লম হায়বা নত্তে। হৌজিক্তি মাগী মরোই মনাও শিংনা 'বীর' নত্রগা লানঙম্বা হায়না থোল্লবা সরকারনা মহাসভাগী পান্দমদু অসুম্না ফোঙদোকই,

ভারতসি য়ামদ্রবদা ধর্ম্ম অমত্তদা মীচং মীখায় নাইদবা লৈপাক অমা ওইগদবনি (নাগরিক খুদিংমক্তা) ধর্ম্ম, জাৎ অমদি কাংলুপ য়েংদনা মান্নবা অধিকার পীগদবনি। (অদুবু, ঐখোয়না) খাঙদুনা লৈরোইদবা রাফম অমদি লৈপাক-মচা তাবা নাগরিক অমগুম তৌদ্রবা মুসলিমশিংনা, মখোয়না ফংফম থোক্তবা কয়ামরুম হিন্দুশিংদগী শগুন তৌগে হায়বসিনি।

শোক ১৯৩৮ দা মহাসভানা, হিন্দুশিংবু তাথী তাওইনা তৌবদু য়ানিংদবা ফোঙদোকপা ওইনা নিংথৌ পানবা লৈবাক হায়দ্রাবাদতা সভাযাত্রা অমা চৎনবা লেপ্পরমই, মদুগী অহানবা খেপ অদুগী লুচিংবা ওইনা নথুরাম গোডসেবু থারমই। মহাকপু ফাজিনখিরমই অমসুং চহী অমা কৈশুমশঙদা লৈবা তারমই। মহাক্না থোরকপা মতমদদি অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও হৌরক্লে অমসুং ভারতকি রাজনিতীগী শক্তম খংওন ওনখ্রে।

অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা গান্ধীদি বৃটিশকী ফিরেপ্তু শৌগৎলি অমসুং লান্মী ওইনিংবশিং থবক হাপ্পুনা লাম্লেংনহল্লি, বৃটিশনা মদুগী থৌওংদুগী মনা ওইনা কাইসের-ই-হিন্দ হায়বা মিংথোল অদু পীরমই। মদুগী মতুংদদি গান্ধীসি পাঙ্গল লৈরবা বৃটিশকি মাইয়োক্তা ভারত নীংতম লানগী লুচিংবা অমা ওইরে, অমসুং হিটলরগী লান হৌরকপা মতমদুদা মহাক্না তুংইনবশিংবু লানগী শেম শাবদু শৌগৎতনবা হায়রমই। খরা লৈরগদি মহাক্না মখা চখ্বা ওইনা লৈবাক শীনবা থুংনা মতেং পীদবগী খোল্লাও অমসুং বৃটিশশিং খুদক্তা ভারত থাদোকউ হায়না লাওরমই। অমরোমদা নেহরুসু হৌরকপদদি বৃটিশতা মপুংফানা তেংবাং পীবা হায়না লৈরম্বা খুঞ্চমদু হোংদুনা গান্ধীগী মতুং ইনখি, মদুনা ভারত সরকারগী লানগীদমক্তা শেম শাবদু মহী ময়াই চমহল্লমই। মসিগীদমক্তা গান্ধী নেহরু অমদি অতৈ কংগ্রেস লুচিংবসিংবু ফাজিল্লমই অমসুং জেলদা থল্লমই।

অহানবদা পৃথিবী লাঞ্জাওদা সরকারদি আন্দামান জেলদা লৈরমই অমসুং জর্মন্না লান ঙমহন্নিংলমই, হৌজিক্তি মাগী মরোই মনাওসিংদা বৃটিশকি লানগী শেম শাবসিদা

মপুং ফানা তেংবাং পীনবা হায়রমই। মাগী পুক্লিংগী ৱাফম শেংনা লাওথোকই। মহাক্কী পোথীদি ইকুই কুইদনা থোক্লরগদবা খুৎলায় চায়নবদা হিন্দুশিংবু খুৎলাই শিজিন্নবদা খুৎলোয়হন্নবনি। মতম অমা বৃটিশশিংনা ভারত মচানা খুৎলাই পায়বা অমদি শিজিন্নবা তম্বদা হৌনদবা দণ্ডি কয়া পীরম্বদু, হৌজিক্তি লান্দা শিজিন্ননবা খ্বায়দগী অনৌবা মখলগী খুৎলাই কয়া তম্বীরমই। মসিগী তাঞ্জাসি মপুংফানা খুদোংচাবা লৌদবসি অপঙবা তাগনি। সৱর্কারদি অনিশুবা লান লোইরবা মতুংদা থোক্লগদৌরিবা বৃটিশনা লৈবাকসি হিন্দু অমদি মুসলিমশিংদা হেক শিন্নরম্বা মতমদা মশাবু ঙাকচনবগী মথৌ তারক্কনি হায়বদু উরি।

সৱর্কারনা করিগী অসুক য়াম্না মতেং পীরিবনো হায়বসি বৃটিশ শক্তিনা খন্থরুদে। মহাকসি বৃটিশশিংগী মরুপমক নৎত্রবসু মতম অসিমক্তদদি য়েক্লবা অমসু ওইদে। মখোয়না মহাকপু অফা অপুন অমত্তা লৈতনদি লৈহল্লি হায়ববু, মহাকপু কুপ্পদি য়েংশিন্দুনা থমই হায়বসি হৌজিক খঙলক্কনি। কংগ্রেসকি লুচিংবশিংসিনি মহাকপু য়েক্লবমক ওইনা নত্রবসু ফিদম মাঙথ্রবা মী অমদি কংগ্রেসনা বৃটিশ চৎখ্রো হায়না লাওবা মতমদা বৃটিশপু হীকথোংবা মী ওইনা লৌরিবসে। মপুক্তা ৱা থম্বা হৈতবা অমা ওইরুবদগী সৱর্কারনা কংগ্রেসকি মচিন তোঙবা মীওই কয়াবু মঙোন্দা য়েক্লা ৱাখল চেলহল্লমই অমসুং মসিগী নাখৈ শেংদোক্তবা থৌওংসিগীদমক্তা মহাক মমল পীবা তাখি।

সৱর্কারনা মাগীদল হিন্দু মহাসভাদু কংগ্রেস অমদি মুসলিম লীগকা থেঙ্গায়নবা ঙম্বা ওইনবা জাতিগী থাক য়ৌরবা সংস্থান ওইনা পুখৎনবদা মাগী পাঙ্গল পুম্বা শিজিন্নরমই। মসিগী খোঙজঙসি ভারতকি মফম খরদতা নত্তনা খুমাঙ ইচাও চাউশিনবা ঙমদ্রে, অদুবু মরাঠি লোন ঙাঙবা ভারতকি মচি খরদদি য়াম্না চাউখৎপা ঙল্লমই অমসুং পুনা অমদি নাগপুর সহরদি মসিগী মরুওইবা মফম ওইরে।

হায়দ্রবাদকি জেলদগী থাদোক্লক্লগা নথুরাম গোডসে পুনাদা হল্লক্লে অমসুং দলগী লোয়শঙদা মথৌ অমুক পায়বা হৌরমই। শোক ১৯৪১ দা মহাক্লা মশা খীঙবা নহা অমা থেংনরমই। মহাক পুনাদগী মাইল হুমফুতরা লাপ্লা সিফাইশিংগী থুংফম ওইবা সহর অহম্মদনগরগী দলগী থবক্তা থৱায় য়াওবা মীওইনি। মহাক্কী মমিং নরায়ন দাতাত্রেয় আপটে কৌই। মথংগী চহী অনিসিদা নথুরাম আপটেগা লুনা তিন্নবা মরুপ অমা ওইরে।

মশাগী চহী কুন্থামাথোই শুবা মতমদা নথুরাম গোডসে ফাগি য়াদবা, কন্থা করেংনবা অমরোমদা য়াম্না লেমজবা মী অমা ওইরে। য়ুম পাল্লরোই লেপথ্রবা মী অমা ওইনা মহাক নুপী অঙাংগী সঙ্গ অমদি মীৎথকপা য়াবা অরং অরাক্কী পুন্সিদগী

লাপ্লা চেনবা মী ওইরমই। ময়ায় ওইবপ চাউখৎপা সমাজ অমগী হৌন লোনচৎ খজিক্ত ফাওবা কায়খিদনবা হোৎনজবা মীওই অমা ওইনা ৱাখলদি য়াম্না ৱাংলমই। মহাক্না য়াম্না পামজবদি ধর্ম্মগী অমদি দর্শন শাস্ত্রগী মরমদা ইবা লাইরিক্কি, মাগী চাউথোকচবা অমনা মাগী ভাষন্দা মীয়াম ওমহনবা ঙম্বসিনি অমরোমদা মরাল য়াজরবা অশোনবা অমনা কোফী থকপগী নিশাদুনি।

নরায়ন আপটেদি পুমতোং তোঙানবা মীনি। মহাক ৱাপাং হৈবা, লৌশিং শিংবা লাইরিক হৈবা অমসুং লাইরিক লাইশু হৈবা ইমুং মনুং মচা ওইরমই। মহাক মৈখু অমদি য়ু থক্লমই, মমল যাম্বা ফিরোল শেৎলমই অমসুং পুন্সিগী য়াইফ নুংঙাই পুম্বা পাম্বা মী ওইরমই। মহাকসু নথুরামগুম্না জাৎতা ময়ায ওইরপ তৌবা ব্রাহ্মন অমা ওইজরবসু মাগী শাগে জাৎকী ওইবা অথিংবা কয়া মৱা লৌরমদে। মহাক য়াম্নমক নত্রবসু মশক্তি ফজবা অমদি নুপী মমাঙদা থৌনা ফবা মীসু ওইরমই।

কনাগুম্বনা নরায়ন আপটেবু নুপী ঙাঙনবা ঙম্বা (তশেংনসু তৌকবা) মীওই ওইনা লৌবদা কায়দে, অদুবু মীহাৎপা ওইনদি লৌবদি লানগনি, অদুবু নথুরামদি মোহর নম্লক্তবা চিঠি থানবগী টিকেট ফাওবা অমুক হন্না শিজিন্নবা ঙম্বা মী অমা ওইনা ফাওবা লৌবা য়ারোই। খেন্নবতনা পীক থল্লবা মীওই অনিসে করম্না খ্বায়দগী নরুনা তিন্নবা মী ওইরিবনো হায়বসি অঙকপনি। অদুবু, অয়াম্বনা খঙদি খঙই, মখোয় অনিগী মরুপ খুৎশান্নশি থোইদোকপা নত্তবা থবক্কী নত্তে, সঙ্গঠন ঈহৌগী মতাংদা ৱাখল মান্নরুবদগীনি।

নরায়ন আপটে শোক ১৯১১ দা পোকখি, মরম অদুনা মহাক নথুরামদগী চহী অমা নৌই। মহাকী ইমুং মনুং পুম্বা পুনাদা লৈরমই অমসুং মাগী মপাদি লৈবাক্না শকখঙনরবা ইতিহাসকার অমদি সংস্কৃত হৈবা মীনি। নরায়নগী মচল অহুম অমদি মনাও অমা লৈরমই, মচিন মনাও মরক্তা খ্বায়দগী অহলনি, পুনাদা মহৈ মশিং তম্লকই। শোক ১৯৩২ দা মহাক বোম্বে ইউনিভর্সিটিদগী বেচলর ওফ সাইন্সকি উপাধি ফংখি। মতমদুগী চরাংনবা মরক্তুদা থবক অমা ফংবা হায়বদু লুবমই অমসুং চহী অহুম ঙাইরক্লবা মতুংদতা অহম্মদনগরদা লৈবা মিস ব্রুসনা লিংখৎপা আমেরিকান মিসন হায় স্কুলদা উচিন নাচিন্না ওঝা অমা ওইজরে।

অদুবু, থবক অদু ফংদ্রিঙৈদা, পুনাগী ফড়টরে কোল্লুপকী নুপী চম্পা কৌবী অমগা লুহোংথোকউরে। লুহোংবদু নরায়নগী ইমুংগী খুদোংচাবা খরা লৈদুনা পাঙথোকখিবনি, হায়বদি ফডটবে কোল্লুপকী অহল লমন পুম্বা শোঞ্জিল্লক্লে, মখোয়সি মীনা মীশক মীমায় খঙবা অমদি মচীন তোঙবা মীওইনি। মতৌ অদুদা থবক ফংদ্রবা নহা অমগীদি মতাদুম ফনা চাবে খল্লদুনা মশামক্তা হংদনা অমদি খন্নখিদনা পাঙথোকপ্লবনি।

নরায়ন মথৌদা পুক্লিং চঙলমই অমসুং মশুং মমান্নবা অমদি ছাত্রশিংগী মরক্তা ময়ান্না য়াবা মী অমা ওইরক্রে। শোক ১৯৩৮ দা মহাক্না অহম্মদনগরদা, নহারোলশিংবু নোংমৈ অমদি মরুচৎপী শিজিন্নবা হৈহন্নবা রাইফল কাপ্পা তম্ফম ক্লব অমা লিংখৎনিংলমই, মতমদুদা শক্তি পায়রিবা বোম্বেগী কংগ্রেস সরকারনা মাগী ঝাফমদু য়াবিরমই। মরুচৎপী খুৎলাইদু তশেংবদি এয়ারগন অমদি কাপ্পবা মিশি মরুনি, মসিফাওবা ভারতমচাশিংনা পায়বসি বৃটিশ শক্তিশিংনা চিংনবা মীৎয়েংনা য়েংলমই, অমসুং নহারোলশিংবু খুৎলাই শিজিন্নবগী তাকপী তিকপী তৌবা করিগুম্বা ক্লব অমা লিংখৎপসি খুদোং থীনিঙাইনি হায়না লৌরমই। আপটেগী ক্লবতু মমিং য়াম্না চৎলমই অমদি মতৌ তম্নরক্রমই। চহী অমগী মনুংদা পুনা অমদি অতোপ্পা সহর মঙা তরুক্তা রাইফল ক্লব লিংখৎনরক্রে। শোক ১৯৩৯ দা আপটে হিন্দু মহাসভাগী মশা ওইবা লোয়শঙদুদা য়াওরমই অমসুং অতোপ্পা মীওই গান্ধী হাৎপগী লৌতুনবদা য়াওরক্কদৌরিবা নিপা অমগা অহানবা ওইনা উনরমই, মহাক বিষ্ণু কার কারেনি। মমিৎতা মিশুমঙম্বা শক্তি য়াওরবা, মশম খোইরপ তৌবা মীওই পংচাও চাওদবা ব্রাহ্মন অমনি, মীওই অতৈগী মতেং ইয়াও য়াওদনা অহম্মদনগরদা মহাসভা লিংখৎখিবা মীওইনি অমসুং হৌজিক্তি মদুগী মপুংওইবা মী অমা ওইরে। হৌরকপদদি আপটেগা কারকারেগা অমগা অমগা কয়া লোন্দিন্নরমদে। কারকারেগী মীৎয়েংদদি আপটেনা খৃষ্টান স্কুল অমদা থবক তৌরুবদুদা হিন্দু অমগী ফিদম মাঙখ্রবা অমা ওইনা উরুরে, অমরোমদনা আপটেনসু কারকারেবু পার্টি লোয়শঙদা মরু ওইজরবসু মপা মপু মীরক তিল্লক্তবা লাইরিক হৈতবা মীনি হায়না হহ্না য়েংলমই। নথুরাম্বনি মখোয় অনিবু চান্নহনখিবদো।

মতমসিদদি আপটে পার্টিগী থবক্তা থব্বায় ইয়াও য়াওদে। মহাকমক্তি তশেংনা য়ুম লেপ্তুনা অমদি ওঝা অমগী পুন্সি লেন্দুনা লৈরগে লেপ্নম্বনি, অমসুং মাগী মহৈগী থাক খরা ঝাংখৎনবা অব্বাবা কয়া খাঙদুনা বি টি (বেচলর ওফ টিচিং) পরিক্ষা পাস তৌথোক্লবা কন্না হোৎনরমই। মাগী নুপী চম্পাসু মচানিপা অমা পাক্লমই মদু মানা লুনা তৌরমই। মানা মচানিপাদু হিন্দুগী চৎনবী মিংথোল অমা থোল্লমই অদুবু, নুংশিদুনা পাপ্পান হায়না কৌরমই।

মাগী মচানিপাদু কোক্কী থাক মীমান্নদবা অমনি হায়বদু চহী অনি শুরকপদা খঙই। মাবু খঙবা মীওইশিংনা মানা ঝাফমদু খঙলকপদা আশা কায়রে হায়নৈ। মহাক অহম্মদনগর অমদি মদুগী পুন্সি ময়ামদু কাওথোক্লিংলমই অমসু ওঝা ওইবা তোক্লিংলমই।

শোক ১৯৪২ গী য়েন্নিংথা য়ৌরক্লবদা কংগ্রেসকি লুচিংবা অয়াম্বদি কৈশুমশঙদা লৈরমই, অদুনা সরর্কারগী হিন্দু মহাসভা দল মতম অমা ফনা খুমাঙ চাউশিল্লমই।

সৰ্বকারনা হন্দক্তি রাজনিতী দল অমনা ফোংনা তৌবা য়াদবা অরোনবা সংস্থান অমা লিংখৎলগে লেপখ্রে। শোক ১৯৪২ গী মে থাদা মিংচৎ য়াম্না লৈরক্লবা হিন্দু রাষ্ট্রদল হায়না মিংথোল্লবা সংস্থান অসিদা নথুরাম গোডসে অমদি নরায়ন আপটে অনিমক থৌ পুবা ওইনা থল্লমই। মখোয় অনিমক মখোয় মখোয়গী মরমদা চাং নাইনা কেম্প কয়া তৌরমই। দলদুদা য়েংশিল্লকপা সি আই ডি গী পাও মতুং ইন্না, কেম্পশিংদুদা তম্বীবদি ভারতকি ওইবা শান্নখোৎনবা, হকচাং শাজেল, এয়ারগন কাপ্পা তম্বীবা অমসুং সৰ্বকারগী ফিদম মতাংদা শিক্ষা পীবা অসিনি। অদুবু অসিগুম্বা পাও পীবা মীশিংগী মত মতুং ইন্না দলদুগী অপুনবা মেম্বর ১৫০ দগী সুকহেন হেন্দে হায়।

মরকসিদা 'অহম্মদনগর থাদোক্লিংলবা আপটেদি রিক্রুইটিং ওফিসার অমা ওইননবা দরখাস্ত থারমই। শোক ১৯৪৩ গী হৌরকপা অদুরাইদা মহাক রোয়েল ইণ্ডিয়ান এয়ারফোর্সতা এসিসটেন্ট টেক্নিকেল বিক্রুইটিং ওফিসার ওইনা থবক ফংখ্রে। মহাকপু ফ্লাইট লেপ্টনেন্টকি ফমথোল হাপ্লদুনা পুনাদা থবক মফম হোংলমই। থবক অদু অকক্লবা মতম হায়বদি লান লোইবা ফাওবতগীনি, অদুবু হৌজিক্তি মহাক ওফিসার অমগী হৌনবী ফিজোল, শেৎপা ইংলণ্ড নিংথৌগী কমিসন তৌরবা মীওই অমগী ফংফম থোকপা ইকাই খুম্নবদুসু ফংলমই।

মমৈথংদা আপটে অহম্মদনগর অমদি ওঝাগী ফমদগী মপুং ফানা মায় লৈথোকপা ঙমখ্রে। মাইগৈ খুদিংমক্তগী য়েংলবদা মদুগী কায়নবদু পুক্লিং শোক্লিংঙাইতা ওইখ্রে, মরমদি আপটে হেন্দোক থোইদোক্লা ময়াম্না পাম্নবা ওজা ওইরমই। হায় স্কুল অদু নুপী নিপা পুন্না তম্মিন্নবা ওইনা তৌই অমসুং অৱাংবা ক্লাসতা তম্বা নুপী ময়াম অমা মাগা উন্নবা লাকখিবদু মমীৎতা মপি ইরা চেন্নখি। আপটেনা মতাং চানা মখোয়দা নোক্লিংবা ভাষন অমা তৌশিন্দুনা মখোয়বু থেমজিল্লমই। তৌবগীদি মহাকপু অতোপ্পা লানফম অমদা থাবা নত্তে, পুনাদনি। মখোয় খরদা মহাক্লা মাগী পুনাগী লৈফমদুগী মরোল ইরদুনা চিঠি ইরদুনা করম করম পাল্লি হংননবা পীরমই।

নুপী ময়ামসিগী মনুংদা চহী তরাতরেৎ শুরবী মনোরামা সালভী অমনি। মহাক খৃষ্টান চৎপা ভারতমচা অমগী ইমুংগী অঙাংনি অমসুং অদুগুম্বা ইমুং অদুগী হোংফদ্রবা চৎনবীদুদা মহাকসু য়োক্লকই, হায়বদি নিতীগী ঈশ্বরগী পাওজেল তাবা অমদি লাইশোন শকপা। মহাক লাইরিক থরায় য়াওবী ৱা ঙাঙগন্দবী অমদি ইকাই থীগনবী অমা ওইরমই। মহাক্লা আপটেগী লৈফম মুন্না ইশিল্লমই, চহী অমা হেন্না লৈরবা মতুংদা বোম্বেগী কলেজ অমদা ছাত্রি অমা ওইরবা তুংদা চিঠি ইরকখি। মখোয় য়াম্না তোয়না উন্নরমই অমসুং নুংশিনরক্লমই।

পুনাগী এয়ারফোর্স লোয়শঙদু আপটেগী থবক পুক্লিং চঙবদুদা পেল্লমই অমসুং মতম কক্তনা কমিসন পীরমই, মাসু হরাওনা লৌরমই। রোয়েল ইন্দিয়ান এয়ার ফোর্সতা ওফিসার অমা ওইবা হায়বসি ইজ্জৎ লৈবা তাঙনা ফংবা থবক্কি অমদি থবক পোত্থারকপদা পেন্সনসু ফংই। অদুবু, থা খরগী মনুংদা আপটেনা মাগী মতম কক্তুবা থবক অদু থাদোক্লমই অমদি লান মনুংগী থবক তৌবা ওফিসার ওইনতমক লৌবিনবা হায়জরমই, মানা পীরম্বা মরম অদু এয়ারফোর্স লোয়শঙনা য়ানীংলমই। মরমদুদি ইকুই কুইখিদ্রি মপা শিগ্রে, মচা অহল নত্রগা কর্তা অমা ওইনা লুখ্রা ওইরবী মমা মচিন মনাও মচন মচাশিং য়েংশিনবা লোইনমক মাগী মথক্তা তারে, হায়খিবনি। মসিদি অচুম্বনি। ময়ামসিগী মথক্তা য়াম্নাহেক তঙাইফদ্রবা মরম অমদি আপটে থবক্তা লৈরবদি পুনাদগী মফম হোংগদৌরে। মাগী নুপী চম্পা ৱাখল লৈতাদবী ওইজরবসু মানা হিংদুনা লৈরিবসি নোংমা নোংমগী সোনোচুবা হেনগৎলক্লিবা মচা পাপ্লানগীদমক্তনি। ডাক্তর অমদি মকুপ মপাং কয়ানা অঙাং অদু অঙাও লায়েংফমদা থমখিনবা পাওতাক পীবদু খাঙদুনা লাক্লি। মসি ময়ামসিগী মথক্তা মাগী পীক্লিবা করিসু খঙদবা অঙাংমচাদু অদুগুম্বা লায়েংশঙ অমগী মথুংতা শিন্নবা হায়বসি খাঙঙমদবা অমা ওইবতা নত্তনা মাগী নুপীগী থম্মোয় কায়গনি। অঙাংদু শিবা ঙাইবা নত্তনা অতৈ কোক্লবা পাম্বৈ অমত্তা হেক লৈতবনি। 'অমরোমদা মানা নক্ক লৈজরবদি ফিভমদু শোকচিল্লক্তনবা য়েংশিনবা ঙমগনি মানা, লাপ্না লৈত্থবদি কমদৌদগে খনবদা চমম্নরমই।

মসিগী মরমসিমক্না আপটে এয়ারফোর্সকি কমিসন অদু হায়দোক্লমই, অদুবু, মাবু রিক্রুইটিং ওফিসার ওইনা পুনাদা লৈহল্লিমখৈদি থবক তৌদুনা লৈরোইদবগী মরম লৈতবনি।

মীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা অকনবা ৱারেপ্তু লৌদুনা এয়ারফোর্সকী থবক্তু থাদোকখ্রবদা আপটেনা লান মতুংদা তৌনবা থবক অমা থিরমই। অসুম তৌরিঙৈদা লোয়শঙগী অনৌবা থবক লৌবসু লেপখি, থবক য়াম্না হাঙলমই। মরম অদুনা নথুরাম্না পার্টিগী ফিদম খরা শন্দোক্লবা থৌরম অমা পায়খৎশি হৌদোকউবদা মহাক হরাওনা য়ারমই।

নথুরাম্না পাওগী চেফোঙ অমা হৌদোক্লবা হায়রুবদা বীর সরকারনা লুপা ১৫,০০০ খক থবক হৌনবা পীবমই।

মরাঠিগী নিতীগী ফোঙবা পাওচে আগরানী (হায়বদি মাঙজিন থাবা) হায়বদু হিন্দুগী চহী হৌবা শোক ১৯৪৪ গী মার্চকি তাং ২৮ দা ফোঙখি। খবরগী অহানবা লামায়দা সরকারগী শক্তম অমা য়েকই অদুগা সংস্কৃত শ্লোক অমসু থারি, 'লৈপাক্কী

য়াইফনবা তৌবা হায়বদি মীনা মীশক মীমায় খণ্ডবিবদুতা নত্তে'। নথুরাম গোডসেনা মদুগী সম্পাদক ওইরমই। নরায়ন আপটেমক রিক্রুইটিং ওফিসার অমগী ফিজোল শেৎনা শেৎনা মদুগী মেনেজর ওইরমই। হেক হৌরকপদগী হৌনা পাওচে অদু অপনবা য়াম্না থোক্লমই খুদম ওইনা, লান মতমগী অৱাৎ অপা, পাওচেগী চেনা মশিং করুবা অকরুবা নিয়ম, হাপ্না য়াবা য়াদবা য়েংশিনবা, সিঃ আইঃ ডিঃ গী অথৌবা মীৎয়েং, পূন্নমক্কী মথক্তা পৈশা ৱাৎপা। অদুবু সম্পাদক অমদি মেনেজরদুদি কৎথোকপা অমা য়াওনা থবক শূরমই। অৱাবা শরুক কয়া য়ামিন্নবদুনা মখোয় অসি চান্ন চিন্নবা থবক তৌবা হেলহল্লি, মখোয় অৱা অনা থিদনা অমনা অমগী মতেং পাংনরমই অমসুং শেল শান্‌বা মী অমদি মরুপ মপাং কয়াদগী পৈশা পুরমই অমসুং পাও চে অদু হিংহল্লমই।

হৌরকপদদি ভারত জাতিয় কংগ্রেসকা হিন্দু মহাসভাগা পান্দমগী মতাংদা খেন্নবা পংলৈ লৈতবনি; অনিমক মশাগী লম মশানা ঙাকচবা নত্রগা স্বরাজ পামই অমসুং অনিমক ভারতপু মচেৎ তাখিদবা পামই। খেন্নবা হায়ববু কংগ্রেসতি ভারতপু মচেৎ তাখিদনবগীদমক্তা মুসলিমশিংদা পীফম থোক্তবা দাবী খরা পীনবা ৱাখল লৈরমই, অদুবু হিন্দু মহাসভাদি অদুগুম্বা ফংফম থোক্তবা দাবী অদুগী মাইয়োক্তা লৈ। গান্ধীগীদি মশাগী ওইনা হন্না হন্না কপচখি, 'ভারতপু মচেৎ মচেৎ শোইদ্রিঙৈদা ঐবু হান্না মচেৎ মচেৎ শোইখো' অমসুং নেহরুগা অতৈগসু খরা পকচদবা মওংদা লম খায়দোক্লবগী মাইয়োক্তা লৈ হায়খি। মতুংদা মুসলিম লীগসি খান্নবা য়াদবা অমা ওইরকপদুদা কংগ্রেসসু মখোযগী পাকিস্তান লিংখৎপগী দাবীদু য়াবগী মওং অমা উৎলমই। অদুবু সর্বকার অমদি মাগী তুংইন্নবশিংদি খুৎথোক্না থিংনবা মাইয়োক য়ারি মতমদুদসু, অৱোইব, ফাওবসু অমসুং শেংনা হায়রবদা কংগ্রেসকী অয়াম্বা মীওইশিংসুনি।

ইকুই কুইদনা শোক ১৯৪৭ কি মার্চ্চ থা ফাওবা গান্ধীদি তকশিল্লকখি, করিগুম্বা কংগ্রেসনা লমখায়দোক্লবসি পান্নবদি মদু ঐগী অশিবা হকচাংগী মথক্তা ওইগদবনি। ঐনা হিংলিমখৈদি ভারত মচেৎ তাবা হায়বসে ঐ য়াবা ঙম্লোই।

অদুবু পুন্নমকসিদি মিত্রংগুম ফল ফংগনি থাজদুনা ঙাইবা মাইবনা হন্না হন্না শোনবা মন্ত্রগুমম্রে। মরমদি শোক ১৯৪৪ দা জেলদগী হেক থাদোরকপগা, নীংতম চহী অহমগী মমাঙদা, গান্ধী মশামক্লা লমমচেৎ তাদবা য়াররোইদবা ৱাফমদু য়াখ্রবনি। মতম অদুৱাইদা মহাক্তি চহী অমদা হাপ্তা খরা পুনাদগী মাইল য়াঙ্খেদং চৎলগা লৈবা পঞ্চগানী হায়বা লমদমসিদা মতম লেনবগী হৈনবী অমা লৈ। অমসুং মফমসিদা নবায়ন আপটেমক মাগী তুংইন্নবা কয়া অমা পুরগা ঙাওথোকখিবা ৱাহৈ ঙাক্তবগীদমক্তা গান্ধীগা ৱাফংনবা লাকখি।

ডি টাইমস ওফ ইণ্ডিয়া ১৯৪৪ গী জুলাইগী তাং ২৩ গী অহান্বা লামায়দা 'মিষ্টর গান্ধী হেকল্ড' হায়না থাবা পাওদুদা পুনাগী পাওমী এন ডি আপটে কৌবা অমনা হিন্দু নহারোল খরগনা, গান্ধীনা লমখায়দোক্লবগী ফিরেপ্তা মায়পাক্লবা নীংবিবগীদমক্তা, নিংঙাই শংদানখি, হায়না য়াওখি। ডি টাইমস্তা য়াওখিবদি, গান্ধীগী মনাক নক্লা খুৎলাই পাযদুনা লৈ। অপটে অমদি মাগী লোয়নবশিংদুনা অমুবা ফিল্লাল হাইরদুনা লান হৌরবদা পংয়াম য়াল্লমদবা মী চাম্মমুক্কী মপৈদ্‌ অসুম অসুম হেঙ্গৎলকপদগী পুলিসশিংনা আপটেবু নমদুনা ফারমই অমসুং অনকপা স্টেশন্দা ব্না হংনবা পুরমই। এন ব্নাই ডিউলকর কৌবা পুলিসকী ডেপুটি সুপরিন্টেণ্ডেন্ট মশা মউ চাউ শাংবা, চীংলেম্না লুম্বা খোনফম চেনবা, মরুপ মপাং ওইবগী মতৌ লৈবা মতমদুদা পঞ্চগানীদা থবক মফম তাবা, মশামক হয়েংবাই গান্ধী হাৎপগী কেশতা থিজিন খোৎচিনবদা মরুওইবা থৌদাং লৌখিবা মীওইদুনা, য়াম্না কুপ্না ব্না হংখি।

মসিগী পাওসিনা তাক্লিবনা যামদ্রবদা শোক ১৯৪৪ গী জুলাইদগী আপটে হায়বসি গান্ধীগা শীঙনরকপা নিপানি হায়বসিগী মরমদা পুলিসনা খঙলে হাযবগী প্রমাননি। মসিগী মতুংদসু গোডসে অমদি আপটে ইণ্ডিয়ান প্রেস ইমার্জেন্সি এক্ট থুগাইবগীদমক্তা অশুম্বশিংনা মশিং নাইদনা ফদোক ফাজিন তৌকই। মসিপুম্বসি খোকখ্রফাওবদা পুলিসনা হাপ্তা অমা মাঙজৌননা, মরাঠি চেফোঙ হিন্দু রাষ্ট্র কৌবা অমা মমৈদা অগরানী থোনখ্রবা চেদ্গী সম্পাদক অদুসু গান্ধী হৎপগী লৌত্নবদা যাওবা মীওইনি খঙল ফাওবদা মীহাৎপগী থৌদৌদু থিংবা ঙমখিদবনি। পাও অদু থাদোক থাজিন তৌনরিঙে অমদি লোয়শঙগী ক্রক ক্রক য়েংনবা কয়াদগী, মশামক গান্ধী হাৎপা মতমদা পুনাগী সি আই ডি গী ডেপুটি সুপরিন্টেণ্ডেন্ট ওইনা লৈরিবা ডেউলকবগী মফমদা চেফোঙগী লোয়শঙদুদগী হিদাক ঙাহুক অমগী লমতমক লাপচরবসু য়ৌহল্লকপা ঙমখিদে।

অগরানীদদি পঞ্চগানী থৌদোক্তুগী পাওদু হেন্না কুপ্না থারি। মদুগী অহানবা লামায়দা গান্দীগা মায়োক্লনা ফন্দুনা লেপ্লিবা আপটেগী ফোটো অমা য়াওরি, মখাদা থারি, "নংনা পাকিস্তান শেম্বা য়ানীংই হায়বদু, ঐনা হন্না হন্না চাম্মরক হন্না নবা লৌদে হায়রিবসিনি"।

থবক অনি তোকপগী লোইরান অদুগী মথক্তা মহাসভাগী রাজনিতীসিদা সিয়ৌনা হকচিন্না য়াওরবসিদা আপটে হাযবসি পোৎশক খুদিংমক্তা ইয়াওতা য়াওবা ওইনসু উবা য়াই। অদুবু মহাক্তি ময়ামদগী হেন্দোক থোইদোকপা পাঙ্গল চেনবা নিপা ওইরমই অমসুং সিদা নত্তনা অতে অতোপ্পা থৌরম কয়াদসু মতম খব কাইথোকপা মঙমই।

মরম অদুনা মহাক্না পঞ্চগানীদগী গান্ধীগা শীংনরুরগা হল্লকপদা মাগী হান্নগী ছাত্রি ওইরম্বী মনোরমা সালভীদগী, মাবু উন্নবা লাকউ হায়বা চিঠি অমা ফংলমই, মহাক হরাও তয়াম্না চৎখি।

"ঐনা পুনাদা আপটেদা চিঠি অমা ইরুই" মনোরামানা বোম্বেগী মেজিষ্ট্রেট অমগী মমাঙদা জবান পীখি, অমসুং নোংমা নিনি লৈরগা মা ঐবু অমদি অতোপ্পা মমাংঙৈগী ছাত্রি অনিখকপু উন্ননবা হোষ্টেলদা লাকখি।

হোষ্টেল অদু ৱিলসন কলেজগী ওইবা বোম্বেগী রমবাই হোষ্টেল হায়বদুদি। আপটে হায়বা চাওশাংবা শক্তমদুনা এয়ারর্ফোসকি ফিজোলদা নুমিৎ য়ুংবগীদুদা লাক্তুনা ছাত্রিশিংবু চেকশিনবদা ময়াম্না খঙনরবা মিসেস হেৱাটপু মখোঙ থীনবা সলাম অমা তৌরমলগা মোমোন নোকপা শুম্লাৎপা শক্তম অমা পুথোক্তুনা শুম্লাৎলম্লগা ছাত্রি অহুম অদু পুথোকখিরমই। মখোয় নুমিৎয়ুংবা মতুংগী সিনেমা অমা য়েংলমই মতুংদা ৱিলসন কলেজগী মমাঙদা লৈবা লৈঙোই মরক্তা চৎলমই। পুং ৭.৩০ তাবা অদুদা ছাত্রি অহুমদু হোষ্টেলদা অমুক হল্লকই।

মথংনা আপটেনা হোষ্টেলদা লাকপদদি মহাক্না মনোরমা মথক্তবু উক্সগে হায়রকখি। অসিগুম্বা উন্নবা থিঙখাঙ কয়াগী মসিনা অহানবনি অমদি মহাক্না মমৈদা নুপীসিগা লুনা তিন্নবা অমা ওইরে হায়বদু য়াজখি। মখোয় চেরোল কয়া চৎনরমই, আপটেনা মাগী চিঠিদু নুপী খুৎইদা ইরমই অমসুং মিসেস হেৱাটকি উগনবা মমীৎতুদগী নাষ্ট্রোক্লবা চিঠিশিংদুদা নির্মলা হায়না মিং থাই। চহী অদুগী লোইরকপদা মখোয় অনি মমিং লৈরবা হোটেল কয়াদা অহিং কয়া লেনমিন্নরমই। হোটেলগী রেজিষ্টারদা মহাক্না চিংনবা লৈতনা মখোয়গী মমিং মিষ্টর এণ্ড মিসেস আপটে হায়না ইরমই।

করিগুম্বা সি আই ডিগী ডেপুটি সুপরিন্টেণ্ডেন্ট এন ৱাই ডিউল্লকরনা নথুরাম গোডসে অমদি নারায়ন আপটেবু হিন্দু সঙ্গঠনগী লমহেনবা অমদি অন্দোলনকারি অমদি প্রেস আইন তোয়না থুগাইগনবনি হায়না খণ্ডবগী চপ চাবা মরম লৈরবদি মহাক্না মখোয়গা তোয়না লোয়নরিবা বিষ্ণুকারকারেবু হেন্না খণ্ডফম থোকই তৌবগীদি ৱারী অতেনবা কয়া শানখিবদগীসু মহাকপু ফজনা খণ্ডই।

কারকারেনা পুনাদা হেক লাকপগা মাগী অহম্মদনগরগী মরুপ অহল মিষ্টর বি ডি খেরগী মনাক্তা লৈ, মতমদুদা মহাক অগরানীগী সহ সম্পাদক অমা ওইরে, মহাক ডিউলকরনা লৈরম্বা য়ুম অদুমক্কী কা অমদা লৈ। মসিগী য়ুম নম্বর ২ নরায়ন পেঠ হায়বদু সহরসিগী লিরবা য়ুমজাও ময়ামগী মরক্তা অমা ওইরবা মথোল অনি শুমাঙ

অমগী অকোয়বদা লৈরিবা চাওবনা টেনিস শান্নফম লম্পাক অমগী তঙ্খায়মুক ওইরবা অমসুং মদুগী মতমগা চুনদ্রবা কা য়াঙ্খৈদু অচৌ অপিক খেন্নরবা কা কয়ামরুম ওঙ্খোক্লুনা মীনা ভারাদা লৈবা য়ানবা ওঙ্খোক্লে। ডিউলকরনা কারকারেবু য়াম্না তোয়না লাকথোক লাকশিন তৌবদু উবা ফংলমই অমসুং অমুকথক কারকারেগী ড্রামাগী কাংলুপ্না পুনাদা শান্নবা লাকপদা মরুপ মপাংশিংনা শীনবা পার্টি অমদা মহাকসু য়াওরুই। মদুগী পাটি অদু য়ুমদুগী শুমাঙদুদা তৌরমই।

কারকারেনা অহিংগী মতমদা তুম্বা মফমদু খেরগী য়ুম মশাদুগী ফাওনফম লম্বীনি মদু ডিউলকারগী য়ুমগা খায়দোক্লবা নুংশিংথোকফম পানবা ফক্লাং অমখক্তনি। অমসুং কারকারে অহিং তুম্না তুম্না ব্রা ঙাঙগনবা মীনি মসিমকসু ওইথোকপা য়াই মদুদি কারকারেগী অহিং ঙাঙথরকপা কয়াদা ডিউলকরগী তুম্বা কয়ারক কায়রম্বা য়াই, মিষ্টর খেরগী ব্রাহৈদা স্টেজদা অমুক ঙাঙখিবদু অমুক হল্লকপনি হায়।

# অহুমশুবা তাঙ্কক

ঐনা তৌদৌবিবসিবু (অহিংসা) মহে চাগদৌরিবা জাৎলা। অকি অখংতনা মাইগে খুদিংদা শন্দোবক্লবা, নুপী অঙাং অমদি মীওই খুদিংমক খুদোংথীবদা তারক্লবা অমসুং যুল্লোন কৈরোন্নবশিংস্ চীন্দা পাওদানরক্লবদা ঐ করি তৌবা তারি?

- এম ঃ কেঃ গান্ধী

চহী অনিদি অগরানী অনাব লোয়রদুনা কোক্কা মোনগা তাইনগুল্লে, শোরফাওবা হোন্দ্রবগুমই হিংলি হায়বতা ঙায়রে, মদু মেনেজব অমদি সম্পাদক অনিগী উইন কন্নবদুতনা হিংহন্দুনা লৈবি। যামদ্রবদা থা অমদা অমুক্তংদি নথুরাম্না সরর্কাবদা অগবানীগী মরমদা ইবকই অমসুং মানা চেরোল অমা অনিদসু ফোঙননবা ইবিয়ু হায়না আস্টৈন্সু হায়জরমই, মরমদি মখোয়না চেৎনা থাজে মদুনা পাওচেগী ইজ্জৎ হেনগৎপদা নত্তনা পোৎশিংস্ হেনগৎকনি। পাও চেদু হৌদোক্লবা শেল খরা তেংবাং পীবদুদগী সরর্কাবদি অগরানীগী মরমদা মায় খজিক্তা ফাওবা লৈশিল্লুদ্রে. মমৈথংদদি য়ানীংদবগী মওংদা চেবোল অমত্তা ফাওবা ফোঙনবা ইরকখিদ্রে।

মতমদুদা লান লোইরে, লোয়ন লোযননা আপটেগী রিক্রুইটিং ওফিসাব ওইবগী মতমসু লোইরে। বৃটিশশিং ভারত থাদোকতুনা চেন্নিংলবনি অদুবু জিনা অমদি মুসলিম লীগনা হান্না লৈবাক অদু য়েল্পোকপিরমখো হায়বি।

হিন্দু অমদি মুর্সালমগী মরক্তা উংখৎনবদুনা নাকপাক তানরক্লে। অগরানী হিন্দুগী রাখলতমক ফোংদোকপা চে ওইরম্বদু অওনবা অমা লাক্লে, মদুদা চেরোল কযা হাপ্পরক্লে পাক চাওনা কোনবসু ঙল্লে। থা খুদিংগী অতোংবা অমত্তা লৈরমদবদু ফরক্লে অমসুং অমরোমদা চাউথোকপা য়ানবা লম্বী ফাওবা লৈরে। মশাগী উনমখুৎলাই অমা লৈজরে অমদি টেলিপ্রিন্টর অমসু থম্বা ঙল্লে। আপটে অমদি নথুরাম্না মখোয়গী ওইবা যুস্ফ অমখক্তং ফংনবা মতা চাবা মফম য়েংলমই। মমৈথংদা মখোয়না অহাঙবা মফম অমা অফবা মফম অমদা ফংলে, ৪৯৫ শনিবার পেঠতনি, অমসুং য়ুম অমা শাদুনা মখোয়গী উনমশঙ অদু থম্নবা খম্নরমই।

অসুম্না খরা খৎনা লাওনা তৌদুনা শোক ১৯৪৬ য়ৌরকলে, নীংতম মমাঙগী চহী অমসুং মীহাৎ মীপুন হৌরকখিবা চহী অদুনি।

য়েনীং থানা লাক্লবদা লাক্লে মীখলসু, বিধান সভাগী অমদি কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেম্বলি নিউ দিল্লিগী। কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেম্বলিগী মথৌদি নিংতম ভারতকি সংবিধান অমা নমফুন্দা থোকহন্দুনা বৃটিশনা চুম্নগী রাজনিতীদল অমগী ৱা নত্তনা অনৌবা সরকারদুমা খুৎশিননবগী ৱানি। অনৌবা সংবিধান অমা থোরকত্রিফাওবা ভাইসরোইনা ভারতপু ঙাকপিশেম্বিবা অমা ওইনা থবক পুদুনা লৈবনি।

প্রদেশশিংগী মীখল তৌরকপদা বোম্বেগী কংগ্রেস সরকার অমা খল্লক্লে, অমদি খুদক্তা মসিগী সরকারসিনা অগরানীগী মরায় হাইগৎপসিদা য়েংশিল্লক্লে। জুনগী তাং ২৬ তা নথুবাম্না সরর্কারদা ৱাকৎলমই মদুদা সরকারনা অগরানীদা হাপ্লম্বা এডভরটাইজমেন্টশিংদু হুকুম থোক্তনা লৌথোক্লুনা পুনাদা ফোঙবা খবর লোকশক্তিদা শিন্নখ্রে। নথুরাম অমদি আপটেনা উবা ফংবদি ভারতকি মন্ত্রিশিংনা মখোয়গী ৱাখল অমদি থৌওংশিংবু য়ানিংদবদু বৃটিশ শক্তিগী অঙম্বশিংনা উৎলম্বদুদগী য়াম্না হেল্লি।

মখোয় অনিমক খঙলে অগরানীদা য়েংশিল্লক্লিবসি দল মশেন লৌ তান্নবদগীনি, অমবোমদা কংগ্রেসতি ঙসিদি সরকার পায়রিবনি। অদুবু মসিগীসু অচুম্বা খরা লৈজরবসু অগরানীদি প্রেস এক্টকি নিযম হায়বদি জাতি বিজাতি খায়না য়েক্লররুবগী মচাক যাওবা খুৎই অমদি জাতি অমগী থমোয় শোক্কদবা চেফোঙ থিংবা হায়বদুদা লেপ্তনা থুগাইদুনতা লাক্লি।

তশেংবসু জাতি মশেন উংখৎনবা হায়বসিমক অগরানীগী মচিঞ্জাক্লি। হিন্দুগী মরমদা শৌগৎপা অমা ওইনা মাগী মোততি মুসলিমশিংনা হিন্দুশিংদা চৎপা শা ঙাগী লমচৎপু তাইবঙ শীনবা থুংনা খঙহনবা অমদি সরকারনা হিন্দুশিংবু ঙাকপীবা ঙমজদবদু উৎথোকপনি অমদি হিন্দুশিং মশাগী মখোঙনা লেপচবা ঙমনবা হোৎনবিবনি। অগরানীবু নমথনবা সরকারনা লম হেক হেনবদা মৎপা য়ানবা লুপা ৬০০০ লৌবা হায়না হুকুম তৌই। য়ামথ্রবা শেনফম অদু অগরানীগীদি লৈজদে অদুবু নথুরামগা আপটেগনা খায়গৎলগা অমদি শেল শানবা মী কয়াদা পুরগা থীরমই। পৈশা অদু পীরবা মতাংদসু মখোয় হান্নগুম অদুম চথরমই, সবকারনা লমন খুম্বা ওইনা মখোয়গী পৈশাদু মৎলমই অমসুং পাওচে অদু ফোঙবা থিংলমই। আপটেগা নথুরামগা থোক্লগদবসি হান্না উদুনা শেম শারম্বজাৎনি, হুকুম অদু ইল্লমই অমসুং মথংগী নুমিৎতা অতোপ্পা খরব হিন্দু রাষ্ট্র কৌবা অমা হৌরমই। মখোয়না তৌরিবদুদি অতৈ নত্তে অগরানীদু অতোপ্পা মমিং অমা থোল্লগা পুথোকপনি। মসিগী খবর অসিসু মাঙজৌননা লমচৎ শাক্তং চুন্না চৎকনি হায়বগী ৱাফমদা লুপা ৫০০০/- লৌরমই অদুবু সরকারদা অঙকপা অমা ওইখিবদি সম্পাদক অদুগা মেনেজর অদুনা পৈশাদু মতম চানা পীবা ঙমখি। জাৎ

বিজাতি খায়বগী হাৎনে শুনবদু হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না হিন্দু অয়াম্বা মহাসভাগী ফিরেপ্তুদা শৌগৎলমই অমসুং খবর অদু শেল খায়দুনা হিংহল্লমই। সরকারগী মীৎয়েং চঙলক্কনি কিবনা কনাগুম্বা খরদি লোন্না শেম্বুংপী অদুবু শোক ১৯৪৬ তগীদি সম্পাদক অদুসু মেনেজর অদুসু শেল য়াম্না কোন্না শিজিন্নে অমদি মখোয়গী পান্দম পাকথোক চাওথোরকপনা রাজনিতীগী খোঙজংদু খুমাঙ চাউশিন্নবা খুৎলাই মরু অচৎপী কয়া লৈশিনবা হৌরমই। সরকারগী কিহনবা হুকুম কয়াদু নমখায়দুনা মখোয় পাও চেফোঙ মখা চখরমই অমসুং ১৯৪৮ গী জানুৱারী তাং ৩১ দা অরোইবা চেফোঙ নুমিৎ ওইখি মদুদা গান্ধী হাৎপগী পাও মচং য়াওখি।

পাওচেদা হাৎনশুনবগী মরম রেডিও অমদি প্রেসতা ফোঙলক্কনবা ফম্না থিংদুনসু জাৎ বিজাতি খায়না হাৎনরকপদি করিসু নেম্বা লৈতে। অমা খঙদে অমা খঙদে বোম্বেদা লৈবা কংগ্রেস সরকারনা, ১৯৪৬ তা 'হকথেংননা খুৎথাবা' ফিরেপ লৌরকপদা থিংনবা শক্তি অমা পুথোকপা ঙমখিদে।

হকথেংননা খুৎথাবা হায়বদু হৌদোকপা জিনাগী লম্বী অদুদি সংবিধানগী নিয়ম পুম্বদগী লাপ্পনি, ফ্রাঙ্ক মোরাসনা মাগী বায়োগ্রাফী ওফ নেহরু হায়বদুদা মোত ফোংদোক্লম্বদি 'মদু হিংচা য়াইতম্বগী মওংনি'। মদুদি, ইমু নাইমু তানবা, হাৎনশুনবা অমদি হিংসাতগী থৌদৌনি মদু ১৯৪৭ কি আগষ্ট ১৫ গী মতুং ফাওবা চথখি, মদুনা খুল হৌদুনা হোংলিবা থৱায় ১১,৫০০,০০০ নি, মদুনা ভারত অমসুং পাকিস্তান হায়বা ঈগী লৌখোং অনিনি, মহাক্লা হায়খি।

জিনানা খললল্লোইদবা অমদি মাগ হকথেংননা খুৎথানবা ইনশিনবদুনা অকিবগী শক্তম অমা লৌরকপা য়াই হায়বসিনি মদুমক থোকপসু মাদি পাল্লমদবজাৎনি। মাগী অফা অপুন য়াওদ্রবা হুইরোয় ময়াম কাতু কারন চৎলি। কলিকাতাদা উৎলিবদু ডি ষ্টেসমেনগী পাওদা খ্বায়দগী চাওবা মীহাৎ মীপুন্নি হায়রি। নুমিৎ খরনিতগী মনুংদা মুসলিম্না মীশিং হেনবা মফম কয়াদা বেঙ্গোলদা মদুগী মৈ অদু শন্দোক্লমই। নোৱাখালি কৌবা জিলা অদু শাগে জাৎ তুমহনবগী থৌদৌগী অরাবা খুদম অমা ওইরে, মফমসিদা মুসলিম মপৈ মপৈনা খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা য়ুম মৈ থাদুনা নিপা ময়াম হাৎতুনা নুপীশিংনা ফাদুনা পুরগা শলগুন্না লম্বীদা হোইদুনা পুরি।

ভারতকী পাও ফোঙবদা কনানা কনাবু হাৎনরিবা গী মরমদা লৈরিবা পাও পুম্বা ফোঙবা থিঙলমই। গান্ধী ফাওবনা মসিগী পুক ফত্তবা শরৌশি অয়াবা পীখি।

মহাক থোক্লিবা থৌথোক্তুগা নক্লনবা, তুংদা ওইরক্কদবা ভারতকি অথুবা খুদক্কী ওইবা ৱারেপ লৌফমসু ওইরিবা দিল্লিদা লৈরমই মতমদুদা। মহাক থোক্লিবা হাৎন

শুনবদু থিংনবা বেঙ্গোলদা চৎকে লেপ্লে। ঈশ্বরবু থাজবা থমোয়পানবা খুদিংমক্কা বেঙ্গোলগীদমক্তা তেংথাগনি, মহাক্কা হায়খি।

গান্ধীনা তোংইবা ট্রেন অদুনা চাকতাঙবগী চৈনানা পঙশিল্লবা বিহার ফাওদুনা চেল্লকপদা ফাওবা মহাক্কা খুঙ্গংশিং মৈ চাক্লকপগী মৈখু অমদি মৈরি উরি। বিহারদদি হিন্দুগী মশিংনা য়াম্লমই মখোয়না বেঙ্গোলগী হকথেংননা খুৎথাবদুগী চপ চাবা পাওখুম ওইনা ঈগী লমন ঈনা শিংনবা শেম শাখ্রে। কলিকাতা হেক য়ৌবগা গান্ধীনা চেরোল অমা থোক্লমই মদুদা বিহারিশিংগী ৱারক্তবা মানবা থৌওং' দুবু য়ানীংদবা ফোঙদুনা, পূং কুনমরিগী মনুংদা মখোয়গী অরানবা থৌওংদু হাম্লগী ফিভমদা হঞ্জিল্লক্রবদি চরা হেন্দুনা শিগনি লাওথোক্লমই।

'শিদ্রিফাওবা চরা হেনবা' হায়বা গান্ধীগী ৱারেপ অদুনা খাঙভমদবা চরাংনবা অমা অমুক থোকহল্লি। মতাংদুদা গান্ধী চরা হেনবা হৌদ্রবসু য়ারে মানা চরা হেনগনি কিহল্লকপদুনা বিহারিশিংবু তেথহনখ্রে মহনফমদা হঞ্জিলহনখ্রে - মতমসিদা গান্ধীগী অতৈ মফমদা পুক্লিং চঙশিন্দ্রি। গান্ধী কলিকাতাদা নুমিৎ খরা লৈরম্লগা নোৱা খালি পাংখি।

বেঙ্গোলগীদমক্তা খোয়দৌ থীৎচবা মী ময়াম অমা লৈরমই, মখোয়না মৈগী কুণ্ডদুদগী অৱাবা নংলবা মীওইশিংদুগীদমক্তা তৌবা য়াবা কয়া তৌনীংলমই। ময়ামদুগী মরক্তা বিষ্ণু কারকারে অমনি অহম্মদনগরগী মী মচাদু মফমদুদা হিন্দু মহাসভা লিংখৎখিবা মীওইদুনি।

কারকারে ব্রাহ্মন মচা অমনি, মাসু মাগী মরি মখোঙ খঙজবসু মসিতনি। মহাক মশাগী পোকপা নুমিৎসু খঙজদে মরমদি মানা পীক্লিঙৈদা মমা মপা অনিমক লৈখিদবদগী বোম্বেগী নোর্থকোট ওরফানেজদা চাওরকখি, অমসুং মদুদা মাগী পোকপা নুমিৎ চাউরাক্লা শোক ১৯১০ নি হায়না ইরি। অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক মনা অমত্তা তম্লক্তে তৌবতবু চাউরক্লগা মশানা হোৎনজদুনা হিন্দি অমদি মরাঠি ইবা ভাঙবা হৈজরে। চহী তবা শুরকপদা মহাক বোম্বেদা চায়োনফম অমদা চা য়োনবা য়াওবা অঙাং অমা ওইনা হৌরক্লগা মমৈথংদা পুনাদা চেনখি। চহী তরাগামঙা অকনবা থবক শূরুরগা অহম্মদনগরগীদমক্তা মাগী লৈজবা পোৎ চৈ পুম্বা বোরা অমদা হাল্লগা লেঙজুমদা থোঙ্গৎতুনা লাকখি। মফমসিদা গাড়ী থাফমগী নাকন্দা লৈবা শনগোন অমগী মচিদা মাগী চাগী দুকান হৌদোক্লমই। মানা য়োনবা হায়ববু চাগা পুরিগনি অমসুং মদুগা পানবা মোরোক অচারনি মাগী লোন্দা 'ঈ শেংদোক্লবা হিদাক্লি'

অসিগুম্বা ফত্তবা লাইবক্কী খেলনা খমথেংনো অৱাবদা নংলবা মী অমনা করম্না খুৎনা লাম্বা ফংদবা ইমা লৈবাক নুংশিবা নত্রগা ধর্ম্মগী মরমদা খনবা হৌরক্লিবনো, অঙকপা অমনি। মসিমদি শেংলে পোৎশক অনিসিনা মাগী পুন্সিবু থৌদুনা পুরি অমসুং মদুদা ঙাওজরি।

চায়োনফমদুগী মতাংদা মাগী মরাইবক চুপ্লমই, কারকারেনা মদু খরা চাওথোক্তুনা অহোঙবা হোটেল অমা ওঙ্ছোক্লমই মাগী হায়বা তারবদি লৈফম অমদি চাফম য়াওরবা য়ুম অমনি। হোটেলদসু মওং তারক্লমই অমসুং কারকাবেনা হোটেলদুদা ওইনা মশাগী ময়ুম লেপ্পা ঙম্লমই। মহাক ময়ুম পাক্লে অমদি হোটেলদু য়েংশিন্নবা মী থম্বসু ঙম্লে। হৌজিক মহাক মতম শংবা মী ওইরে অমসুং মমৈথংদা কায়াৎ অমা হেন্না লৈবাক সেবা তৌবা মী ওইরক্লে।

মশামক লাইরিক হৈহৌদ্রবদুদা মানা, মহৈমশিং তম্বদা অতোপ্পবু শৌগৎফম থোকই খন্দুনা মাগী হোটেলদা ছাত্রশিংদা ভাড়া মমল অতাবীদা নত্রগা করিগুম্বা মতাংদা লেম্না লৈহল্লমই। মহাক্কা লোয়নবদা নৌনা হৌগৎলক্লিবা ড্রামা কম্পনি খরা অমসু হিন্দু মহাসভাগী থৱায় কন্না য়াওশিল্লমই।

শোক ১৯৩৮ দা সরর্কার অহম্মদনগরদা দলগী থবক্তা লাকখি, মদুদা কারকারেনা সেবা অমা ওইনা ড্রামা অমা মাগী কাংলুপ্না উৎকে লেপখি। সরর্কারদি য়াম্না চিল্লমই অমসুং মমৈথংদা মিনিট তরামঙাদং লাক্কে হায়রকই। মহাক লাকখি অমসুং পুং অহুম ফমখি। কারকারে চঙরক্লমই।

শোক ১৯৩৯ দা আপটেগা মাগা অহানবা উন্নবদুদা কারকারেনা হিন্দু মহাসভাগী জিলাগী সেক্রেটরি ওইবে। চহী অহুম লৈরগা মহাক মিউনিসিপালিটী মীখলদা ভোট লেপ্লমই অমসুং লম্বা যাওদনা কারমই। অসুম্না মশাগী চহী কুম্থানিথোই শুবদা বিষ্ণু কারকারে অহম্দনগরগী কাপর বাজারদা লৈবা ডেকান গেষ্ট হাউসকি মপু অমদি মিউনিসিপালিটিগী লোয়শঙগী মীহুৎ অমা ওইরে।

অসুম্না নোর্থকোটকি পু পাং শুদ্রবা অঙাং লৈফমদগী অঙাং অমা হাৎনশুনবা থোক্লিঙৈদা নোৱাখালি হায়বা অরাপ্পা লমদমদু তানা লাকখি।

'ঐ করিগুম্বা খরা তৌবা পামই', কারকারেনা মরুপ অমদা হায়খি। 'হিন্দুদগী নমদুনা' জাৎ ওনহনগ্রবা কাংবুবু হঞ্জিলহল্লকপা অমনা ফাদুনা পুবিগ্রবা নুপী খরা কনবা - অমদি অতৈ অমা হেক্তা তৌগে লেপ্লে। ঐ করি তৌসিগে হায়বসি চপ চানা খনফম খংদ্রে। ঐনা খনবদা হান্না মফমদুনা চঙলুখিগে অদুগা খলক্কনি - করি তৌবা য়াই হায়বদু।

মহাক লৌশিংমত্তি মাঙত্রি হায়বদি মপাং খরা য়াওদনদি মথন্তা করিমত্তা ওইরোই। অমরোমদা মাগী মখুৎতো মতীক চানা পৈশাসু লৈতে। মরম অদুনা নিংঙোল চাক্কৌবা নুমিৎ 'হিন্দুগীনা মবুং মৌপ্পাগী নুমিৎ অসিদা মবুং মৌপ্পানা ঙমজবা পোৎ চৈ মচল মচেশিংদা খুদোল তৌনবা নুমিৎ অদুদা মহাক্না অহম্মদনগরগী প্রজাশিংদা মাগী দুকান্দা লাক্কুনা নোৱাখালিদা অৱাফম তারবা মচল মচেশিংগী মতেং ওইবা অঙস্বা মতেং পীরো হায়জরমই। নুমিৎ অদুগী য়াচঙবা ফাওবদা মহাক লুপা ৩০০০ খোমজিনবা ঙমখি। মহাক্না থমোয়শোক্না হায়খি, মহাক্না মতেং নিবদুদা প্রজাশিংনা শৌগৎপিরকপদু মীৎতগী পি তাখিবা খঙহৌদে। মহাসভাগী মীহুৎ তরুকখক্কা লোয়নননা মহাক নোৱাখালিগীদমক্তা খোঙশাল্লমই। মখোয় য়েংবদা তোপ তোপ্পা উরবা হিন্দু কোয়েৎ অমদি ফৈজোম শেৎলমই অমদি জাৎ মশক তাকপা ময়েক মায়দা য়েক্লি। খৎন চৈনা থোকপদা মখোয়বু অতম্বনা তৌরকপা য়াবদু নাম্বোক্লবা মখোয় চেন-পানবা জেকেট লিৎলি মদু কারকারেগা খঙনবা পুনাগী ডিগম্বর বডগেনা পীরকপনি। নোৱাখালিদা মখোয় খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা চৎলমই অমসুং বীর সৱর্কারগী মমিংদা মতেং পীরক্লবা য়ুম কয়া হাংদোক্লমই। মখোয়না উবা অমসুং তাবদুদা মখোয় তু চুংলমই। অহানবদা পুলিসশিংনা খুল্লক্তা চঙলক্কুনা নমদুনা খুঞ্জাশিংদা লৈজবা খুৎলায় মখল খুদিংমক থাংশাংদগীনা হৈজ্রাং ফাওবা পায়বসি আইন্না অথিংবা থম্লে। অদুদগী অফা অপুন লৈত্রবা খুপ্পদুনা ঙাকথোকচনবা খুৎলাই য়াওদ্রবা খুঞ্জাশিংদুদা শরাক তমই। ইনশিনবা কাংবুদুনা খরা ইনাক কৈরাক খুনবা হিন্দু য়ুমশিংদু থিন থিন্দুনা তাক্লি। অদুদগী মখোয়গী মরল মথুম পুস্বা লাকপী অমদি মৈ থাবি নিপাশিংনা হাৎলি নুপীশিংনা ইজ্জৎ মাঙহন্বী। হিন্দু নুপীশিংসি মুসলিম মচীনতোঙবা মীওইশিংগী মীনায় নায়থাঙগুম্বা মওংদা লৌবি। কারকারেদা, ফি পক্কবা নুপীশিংনা খুঙ্গংগী লমজাওদা হোইদুনা পুবা মতুংদা মখোয়বু ফারকপা জাৎ নাইদবশিংনা হোইবদুগী ফোটো অমা উহল্লমই।

মখোয়না নুপী খরদি মখোয়গী মমামচাগী মনাক্তা য়ৌহনবা ঙমখি অমসুং শিরম্লগদবা থৱায় খরসু কনখি, চরা হেল্লম্লবা অঙাং খরসু পীজখি, জাৎ ওলহল্লুরবা মীওই কয়ামরুম অমগা অমুক হঞ্জিললমই। ৱাথোক অদু পাক চাওখ্রে। মখোয়না তৌরুবা খরদুদি তৌরুদবগা অম্না ওইখ্রে। কারকারেনা পৈশা লৌবা তন্না অমুক হল্লকখি। অদুবু, পৈশা অদুনা লোইখিবগা মখোয় নিংঙমদবনা তুকথরদুনা লমন খুল্লুববসি শীঙল্লগা হল্লকখি। মসিগী ৱাথোকসিগী লৈখায় তাহম্নবা উপায় ইরৈ লৈতবনি, মসি মতুং অমুক থোরক্তনবা হোৎনগদবতনি। বেঙ্গোলদা থোকখিবা ইরাং অদুদা কবিগুম্বা হিন্দুশিংবু গান্ধীগী অহিংসা হায়বদি অমাঙ অতা তৌদবা হায়বা হিদাক অদু হন্না হন্না

থাবিরমদ্রবদি, মখোয় মশানা মশাবু লেপচবা হেক ঙমদমখৈ অসুক থীনদি শোক্লমলোইদবনি। পাওখুম অদুদি খুৎহনবা তাই। মদুদি মহাসভাগী পারানি। 'ঈগী লমন ঈনা শিংবা'।

মী মচা অদু ভারত ময়ায় ফাওনা চেল্লিবা মানা তোংলিবা ট্রেন অদুদা ফম্না ফম্না উংলমই। অমরোমদনা বেঙ্গোলগী অৱাবা নংহল্লিবা মীনি হায়না মখোয়না লৌরিবা মীদুদি নোৱাখালি জিলাগী খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা ফাও ফাওদুনা খোঙনা চৎলি, অমসুং মহাক লাকপদগী মরৈ অমা লৈশিনখিবদৌনা হিংচা য়াইতম্বগী থৌদৌ অদুসু লেপখিরমই।

গান্ধী নোৱাখালি থুংনা হাপ্তা তরেৎ চৎলমই, খুঙ্গং খুদিংগী নোংমা নোংমা লৈরমই অমসুং মহাক্লা ইৱাং অদু মপুংফানা নেমথরে হেক উবগা বিহারদা হল্লক্লমই। হিন্দুতগী লেপ্পা মহাসভাগা মান্নদবা হায়ববু গান্ধীদি মশামকপু অৱাবা নংলবশিংগী কুবিবা মীনি লৌজরমই। বিহারদা মহাক্কী চরা হেনগনি কিহনবদুনা হিন্দুশিংবু থিংবা ঙমখ্রবসু, চিংনবা অমদি মখোয়না গান্ধীবু মাগী রাজনিতী মথৌদা অমুক হনখিবগা মুসলিমবু অমুক ওৎলবা য়াই। মসি পুম্বা য়েংশিন্নবা গান্ধীনা বিহার শীনবা থুংনা কোয়রমই, হিন্দুশিংদা অমুক্কা হন্না তৌদনবা হায়রদুনা অমসুং মুসলিমশিংবু থেমজিল্লদুনা, বিহার ইরাংদা শোকখ্রবা মুসলিমশিংগী ওইনবা শেল খোমগৎলমই। লোর্ড মাউন্টবেটেন্না ভারত তা অনৌবা ভাইসরোই ওইনা লাকপা মতমদুদা মহাক বিহারদা লৈ। মাউন্টবেটেনগী উন্ননীংবগী কন্না তকশিল্লকপদুদা গান্ধী ১৯৪৭ কি মার্চকি তাং ৩০ দা দিল্লিদা হল্লকই। মতমদুদদি হাৎনশুনবগী ইবাংদু পঞ্জাবতসু থোরক্লে অমসুং খুলহোংবা কাংবু থোমজিল্লকপা হৌরক্লে।

অহম্মদনগর হায়বসি খরা মনুং চঙশিল্লগা লৈবনি অমসুং মফম অমদগী মদু য়ৌনবগীদমক্তা পুনা ফাওদবা য়াদে। কারকাবে মশামক অশাওবনা মৈ হৌরবা অমদি পৃথিবী পুম্বদা মানা নোৱাখালিদা উরকইবা মী খ্বায়গী হৌনদ্রবা তমথীখ্রবা থৌদৌ খঙহন্নিংবনা লাংতক্লরদুনা পুনাদা দলগী পাওজেলচে ফোঙলিবা মরুপ অনিদু উন্ননবা পম্থরমই। মহাক খঙই থৌদোক অদুগী পাওদম অমা প্রেস এক্টকি অথিংবা ময়াম নমখায়রগা ফোঙবা হায়বসে মখোয়তনা ঙমগনি। নথুরাম অমদি আপটেনা মীহাৎ মীপুন্দু উহৌদ্রবসু তাবদা মাগা মপা চপ মান্ননা থবক তৌরনি হায়না লেপ্পদু উবদা মাগী মমীৎতা মপি তারক্লমই। মদুদগী হেনবদা মখোয়না লমন খুন্নবা পোরম কয়ামরুমসু য়াৎলমই। মরুপ অনিগী পোরম য়াৎপদু তাবদা অসুক্কী মতীক হরাও মথোই কারদুনা মানা মরুপ অনিদুদা পোরম অদু পাঙথোকপদা মাবু তৌহনবীয়ু হায়জরমই।

শোক ১৯৪৭ কি কালেন্দগী কারকারে পোকখায়বী, মরুচৎপী অমদি মরক মরক্তা পৈশা ওইনা পীবা ঙম্বা মীগা উন্নবা পাওপুবা মী অমা ওইরে। মসিগী খোঙয়াঙবা থৌরমসি মখা চখনবা মহাক অহম্মদনগর অমসুং পুনা চেঙ্খোক চেনশিন তৌরমই অমসুং বোম্বে অমদি অতোপ্পা মফমশিংদা খঙহৌদনা তোয়না তোয়না চৎপা তারমই।

কারকারেনা পুনাদা লাকপদা পনফম ওইরিবা নথুরাম অমদি আপটেগী খবরদুগী সহ সম্পাদক ওইরিবা মিষ্টব বি ডি খেরনা হায়রকই, নথুরাম অমসুং আপটেনা য়াথলিবা পোরমদুদা কারকারেনা য়াওশিল্লুবদুনা মানা তুম্বা মতমদা অমুক ঙাঙথোরকই, মদু তশেংনা থোক্তিঙৈ ওইজরবসু তারুবদা মাগী থমোয় থক থক নীকই। করিগুম্বা অতোপ্পা কা অমদা লৈরিবা ডিউলকরনা মাগী মরোল ময়ামসি তাত্রবদি কমদৌবা? শোক ১৯৪৭ কি ডিসেম্বরদদি খেরসু অমগীসু অমগীসু কায়হন্দবা পাম্বা মী অমা ওইনা থৌনা অমা লৌজবগা কারকাবেদা মাগী ময়ুমদা অমুক হন্না লাক্তনবা হায়খ্রে।

# মরিশুবা তাঙ্কক

ঐ বম্বুলা য়োনবগী থবক্তা য়াওশিল্লে।

- মদনলাল পাহৰা

কারকারেনা মানা থেংনবা অকিবা মশক ফংলবা থৌদোক তম্লবদু আপটে অমদি নথুরামদদি, খুদোংথীবগী ৱাংমদা লোয়শঙ মকোক কাচীন অমদা লৈরিবা ওফিসারশিংদা, পাওপুবা লাম্মী অমনা লানপুঙগী শক্তম লীরবদু মঙায়রে। মখোয় অনিমক তশেংনা খঙবা ঙমই মদুদি মখোয়গী থমোয়দদি য়াম্না কৎথোকচরবসু থোক্লিবা থৌদোক অদুদা খজিক্তা ফাওবা মতেং ওইগদবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদ্রি হায়বসে। মখোয়না সম্পাদকী চরোলদা থৌরবা ৱাহৈদা কংগ্রেস লুচিংবশিংবু জিনা কনখৎপগীদমক্তা হন্দুনা ইরমই, প্রেস আইনসু থুগাইরমই অমসুং হিন্দুগী মথক্তা মুসলিমগী মীহাৎ মীনৈগী অশেংবা শক্তম কয়া ইদুনা ফোঙলমই অমসুং মখোয়না হিন্দু অমদি শিখশিংনা মুসলিমগী মথক্তা চত্থবা অওক অথোং মীওৎ মীনৈদা থাগৎফম থোকপনি নত্রবদি মখোয়গী থৌওংদু শৌগৎপনি হায়না লৌগনি হায়নসু ইরমই।

পুনাদা আপটেদি ইমুং মনুং শুনা লৈবা ইমুং বুধৱার পেঠতা লৈবা মথোল অনিগী য়ুম আনন্দাশ্রমদা লৈরমই। মানা য়েংশিললিবা মাগী ইমুং মনুংদু য়াম্না চাওই, মদুদা লৈরিবসি নুপী অঙাং অমদি মচনমচে মনাও তরুক অমগনি অমসুং য়ুমগী অহল অমা ওইনা য়াম্না কুপ্নসু য়েংশিল্লমই। অদুবু, মাগী ইমুংগী মথৌদু নত্তবদা মহাক হিন্দুগী মরমগীদমক্তা খোঙয়াঙবা মী অমা ওইনা চেনবা হৌরক্লি। লান মনুংগী এয়ার ফোর্সকি থবক থাদোক্লবা ওফিসার অতোপ্পা লমদা লাঞ্জাবা চঙলুবা অমদি পায়রক পাইখুদা বোম থাদবা, থোং কাপখায়বা ঈথৈখোং থুগাইবা য়াওরুবা কয়াগা নিতীগী উম্নে। মদুগুম্বা দগি অদুনি মানা হিন্দুগী য়েক্লবশিংগী মথক্তা পীননবগী মঙ মঙলিবা। মহাক্লা তরঙদা মথন্তা শাজিঞ্জরিবনা মশামক অকিঅখং ৱাংমা লাল্লবা লুচিংবা অমা থৱায় কৎথোক্লবা মীয়াম অমনা মানা হায়বতা ইন্দুনা তুংইল্লবা মদুদা মানা লেপ্পা লৈতনা খ্বায়দগী তমথীবা লাঞ্জংদা য়াথং তৌথরকপদুনি।

নথুরাম্না মখোয়গী পাওচেদুগী নোংমা নোংমগী থবক্তা মায় ওনশিন্দুনা লৈরিঙৈদা আপটেনা মাইগৈ থুংনা চেন্দুনা মদুবু হিংহন্নবা শেল খায়রি। মহাক ঙাংবদা

হলেংবা লৈত্রবা মতম মতমদুগী থোক্লবতা ঙাঙবা পোৎ য়োনবা অমগুমই, অমরোমদসু মকা লামই, অমদি মাগী থবক্তা পুক্লিং চঙবদুদি হায়ননীঙাই লৈতে। বোম্বেদা মহাক ইনাকখুনবা হিন্দু ললোনবা কয়াগা উন্নবদা খরা কান্নখি, মখোয়দু থমোয় তপ্পী অমদি মিনুংশি চেল্লি, অমদি পুক্লিং তিংনা মখোয়গী অমত্তা ঙায়রবা ধর্ম্মদুগীদমক্তা মাযপুননা চেল্লিবা মীওইদুদা পাম্মুদনা শেল থাদরমই।

বোম্বেদা তোয়না লাকপদা আপটেনা ঙাইহাক পোখাবা ওইনা মনোরমা সালভীবু হেক হেক পুদুনা চৎলি। মখোয় সিনেমা অমা অদুক য়েংই, নোংচুপলোমগী হোটেল ময়ায় ওইরপ তাঙবা অমদা নুংদাংগী চরা অমা অদুক চামিন্নৈ অমসুং কা অমা লৌরগা অহিং অমা করি অমা লেনমিন্নৈ। আপটে মোটর সাইকল অমা লৈরে, অমসুং মাইল ১২০ লাপ্পা বোম্বেগী অরাপ্পদু পূং কয়ামরুম চঙজরবসু মনোরমাগা লোয়নরুগদবনিনা করিমত্তা নাচুংবিদে, অমুক্তি মহাক্না মনোরমাবু পুনা ফাওবা শাংলবা লম্বেল অদু মোটর সাইকলদা পুরকখি।

বোম্বেদা লৈরিবা আপটেগী শেঙ্গুং থাদবিরকইবা মীওইশিংদুনা আপটেগী অফা অপুন্দগী নাম্বোক্তুনা নুংঙাইথোকপসি খঙলক্লবদি পূকচেল চাওথোকপদু লেপখিবসু য়াই, অমরোমদা মহাক খৃষ্টান নুপী অমগী প্রেমিক অমা ওইরি মদুমক্তু মখোয়গী মীৎয়েংদা হিন্দুগী মরমগীদমক্তা থৱাও য়াওজবদুদা পকচদবা ওইনসু উফম থোকপনি।

মশামকপু য়াম্না তমথীবা ল'ঙ্গাবা ময়ামগী লুচিংবনি লৌজরবা আপটেদি থামোয়দা অরোন অথুপ থম্বা হৈতবা ওইনা তৌই। পুনাদা মহাক্না থকপা চাবগী থৌরম শীল লাংই, লুনা তিন্নবা মরুপ কয়া তিলহল্লগা মাগী পোথী ময়ামদু পুথোক্লগা ৱারি শাই; অমসুং য়াম্না তোয়না, যেরুবনা, ড্রামাদা তৌবগুম্না অকিবা মশক ফংলবা শাফুদা তকথরকপগী খোঙজঙ চঙশিন্নবগী খুদম পীরগনি হায়বগী মওং উৎলি। মতৌ অদুদা মী অয়াম্বা মাগা উনদ্রবসু মানা তৌগদৌরিবা থৌওংদুগী ৱারিদি তায়।

ময়ামদুগী মরক্তা দাদা মহারাজ হায়বা জাৎ অচৌবা হিন্দু কাংলুপকি মকোক পুস্তিমার্গ বৈষ্ণব হায়না খঙনবদুগী মকোক্তুসু অমনি। মহাক চহী নিফুমরি শুরে অমসুং বোম্বে সহরগী মশক নাইরবা ভুলেশ্বর মন্দিরগী অকোয়বদা লৈবা যুম অমদা লৈরমই। মুকুণ্ড মালবিয়া কৌবা মী অমনা দাদা মহারাজদা হায়, মানা মী অমা খঙই, মীওইদুনা 'পাকিস্তানগী কন্সটিটুয়েন্ট এসেম্বলিবু থুগাইগদৌরি' মহাক্কী মমিং নরায়ন আপটে কৌই।

সংসার থাদোক্লবা ফিভম অমা ওইজরবসু দাদা মহারাজদি সংসারগী থবক্তা অদুম শম্নরি। মহাক ইউনিভর্সিটিদা চৎতুনা সংস্কৃত উপাধি অমসু লৌরমই, লোয়ননা

মহাক পাইলোট লাইসেন্স অমসু পায়রমই। মহাক মাগী ধর্ম্মগী মকোক অমা ওইনা পুক্লিং যাম্না চঙলমই, মশামক হিন্দু ধর্ম্মবু ঙাকশেনবা অমা অমদি মদুগী মরমদা শন্দোকপা মী ওইনা লৌজরমই। মহাক লাইরিক হৈবা, অমাং অতোং য়েংনা চৎপা অমদি মরৌ লৈবা মীসু ওইরমই। পুন্নমকসিগী মথক্তা মহাক ইনাকখুনবা মী অমসুনি, চহীগী শেন্থোক লুপা ৩০০,০০০ (পাউণ্ড ২৩,০০০) রোম ওইরমই মদু মাবু নীংবা শিষ্যশিংনা মাবু নুংশিজবদগী কৎলবদগী ফংবনি।

দাদা মহারাজসু কারকারেগুম্না নোৱাখালি থুংনা চৎতুনা পুন্নমক উরুবগা লমন খুম্বগী ৱাখল পুদুনা হল্লকখি। মহাক্না মফম মফম খুদিংদা চৎতুনা পাওজেল অমা শন্দোকই মদু সর্বর্কাবগী ফিদমগা য়াম্না মান্নে, - হায়বদি হিন্দুশিংনা মখোয়গী ধর্ম্ম অমসুং রাজনিতীগী ফিরেপ ঙাকচনবা লাম্থেংনগদবনি। মাগী ৱারেপ অদু পংলায় লাযবদি নত্তে, হিন্দুশিংবু ইচঙ-থৌহন্নবগীদমক্তা মহাক্না লোন্না অকাপ্পী অমদি পোকখায়বী খুৎলাই পৈশিনবা হৌরমই। খুৎলাইশিংদু নিজামগী লমদমদা কোয়না তারিবা হিন্দুশিংদা লেম্না য়েনগদৌবিবনি; অমদি পোকখায়বী খুৎলাইদু নিজাম লমদম মনুংদা থবক চথবদা শিজিন্নবনি।

অদুবু মসিগী থৌরমসিদদি দাদা মহারাজনা মন্দিরগী মনুং চনবদা লৈবা অতোপ্পা যুম অমদা মনাও ডিক্সিত মহারাজ হায়বা অমদা শিন্নথোকখ্রে। মচিন মনাও অনিদু যাম্না নকশিন্ননা পুক্লিং তিন্ননা থবক তৌই, দাদা মহারাজনা পৈশা থাংদোকপা হৌদোকপা অমসুং ৱাবেপ লৌবা মী ওইরমই, ডিক্সিতনা অকুপ অতাই মযাম য়েংশিল্লি। মশামক থৌশিলদুদগী খবা লাপ্পা লৈগে হায়জরবসু দাদা মহারাজ মাগী মনাওনা তৌরিবা পান্দমগী অশেংবা অমা, অমদি মাগা ৱা তান্নরিবনা কনানো হায়বসু খঙই, মরমদি ডিক্সিতজি মশামক দাদাগী হেন্দোক থোইদোকপা গুণ মশক খঙনা চৎলি অমদি মঙোন্দা লোইনা খঙহল্লি।

দাদা মহারাজনা খঙই ডিক্সিতজিদা 'পায়বা য়াবা খুৎলাই' হায়বদি লৈবা অমসুং যোনবদা লাইসেন্স দরকার ওইদবা পোৎ-চৈ ফংহনবা মীওই অদু দিগম্বর বডগে কোই, মশামক পুনাদা শস্ত্র ভণ্ডার হায়বদি খুৎলাই পুঁকৈ কৌবা দুকান মচা অমা আশা চাওনা ফমজবা নিপানি। মসিগী বডগে হায়রিবা নিপা অসি কারকারে অমদি মপাংশিংদা চেন পানবা জেকেট তরুকখক নোৱাখালি চৎপা খোঙচৎতা পীখিবদুনি। দাদা মহারাজনা বডগেবু কয়ারক উখ্রবসু ৱাবিদি অমুক্তা শারুদ্রি। নরায়ন আপটে অমসুং নথুরাম গোডসেসু ডিগম্বব বডগেগা খঙনৈ, অমসুং মমৈদা গান্ধী হাৎপগী লৌতুনবদা য়াওরিবদুনি। অদুবু শোক ১৯৪৭ কি জুলাইদা দাদা মহারাজনা অহানবা ওইনা আপটেগী

পাকিস্তানগী মরুওইবা মীওইশিং খুৎথা অমুক্তদা লোইশিন্নবা খুজিল তৌরে হায়বদু তাবা মতমদা, নথুরাম অমদি আপটে অনিমক্না বডগেগা কয়া লোন্দিননরমদে। মখোয়দি মঙোন্দগী ফোংনা পায়বা য়াবা খুৎলাইদমক লৈবতনি অমসুং মদু অরোনবা থবক্তা শিজিন্নরকপগী মওংদুদি হায়দে।

আপটেগী পোখী অদুগী ব্বা তাবদা দাদা মহারাজ অসুক্কী মতীক নুংঙাইবনা পুক্লিং ইরাং হৌরমই মদুদি মহাক পুনাদা তন্না লাকখি অমসুং মানা তৌবা য়াবা কয়াসু খনখি। শোক ১৯৪৭ কি জুলাইদা আপটেগা মহাক্কা ব্বা অনিরক তাননখি, অদুগা ব্বাতান্নবা অমদদি অনৌবা থব্বায় য়াওবা মপাং, মশামক আপটেনা দাদা মহারাজবু উন্ননবা কৌরুবা বিষ্ণু কারকারেসু য়াওররে। আপটে মশামক মতমদুদি এয়ারফোর্সকি ওফিসার অমা ওইরি অমদি পোরমখঙবা মী অমা ওইনা পাংথোক্কদৌরিবা থৌওং অদুগী মতাংদু হায়রদুনা দাদা মহারাজদা, পাকিস্তানগী এসেম্বলি কাপখায়নবা মোর্টর অনিদং লৈননবা লুপা ৫০০০ দং থংননবা হায়রমই। দাদা মহারাজ মশামক্তি মোর্টর হায়বদু করিনোদি খঙদে অদুবু থৌওং অদুগী মতাংদু তাবদা পেল্লদুনা মায় পাক্লবা বর পীরল্লগা বোম্বেদা চৎখিরমই. মমৈদদি মহাক্না মোর্টরদু লৈনবা আপটেদা পৈশাদু পীখি হায়বদু য়াখিদে, অমবোমদা মসিদি লৈরিবা মতৌদুদা ওইথোক্কদবসু মান্দবনি।

আপটেনা পামজরিবা মোর্টর অনিদুবু তশেংনা ফংখিব্রা অশেংবা খঙদ্রে। মতমদুদা পোর্টুগীজগী মখুৎতা লৈবা গোৱা হায়বা লমদমদুদা ফংবগী ব্বাফমদি মহাক্না দাদা মহারাজদা হায়খি। পুন্নমকসিগী মথক্তা মসি ওইরোইদবা ব্বারী অমনি। শেংনা হায়রবদা মহাক মোর্টরদু শুকফং ফংখিদ্রে। য়াম্না হেন্না অমুক লুরিবদি করিগুম্বা মহাক্না পোৎশকশিংদু ফংবা ঙম্নল্লবসু, মদু করমহায়না শিজিন্নগদগে হায়বা মহাক খঙদে. মরমদি মহাক মদু শিজিন্নবা তল্লক্তে, অমবোমদা মহাক্তি সিফাইশিংনা 'খুৎলাইমচা' হায়না খঙনবা খুৎলাইদু ফাওবা শিজিন্নবা তল্লক্তে মরম অদুনা হেন্না খুদোংথীহনবা ঙম্বা খুৎলাই হাযবদি মোর্টব নত্রগা (মমৈদা মানা শিজিন্নগে খনখিবা) মৈ-কাপথোকপী খুৎলাইগী মরমদদি হেন্নবু খঙদ্রবনি। লাম্মীগী থবক্তা লৈবা নত্রগা থবক পোথারবা সিফাইগুম্বা মাগী মরুপ খরনা মঙোন্দা মোর্টর কবম হায়না কাপ্পগে তাকহনববুদি য়াই অদুবু মদু শিজিন্নবদু তশেংনা থবক ওইনা উৎতুনা তম্বীবদি ওইথোক্তবনি অমসুং মদু মরু করম হায়না হানবা অমদি তাঞ্জা অমদি মরু পংমাঙ মাঙহন্দনা অরাপ্পা খঙদোকপনচিংবগী মতাং অদুসুনি। খঙহৈরেবা কযাগী মফমদফাওবা মোর্টব অমা হাযবসে শোয়দনা পানগনবা খুৎলাইসু নত্তে, সোমদদি আপটেনা মীফম ফল্লিবা পাকিস্তানগী এসেম্বলিগী মীওই শোয়হন্দনা লোইনা তুম্না মাঙহনবগী ব্বাফমলোমদা লাক্লি। ভাবত

লাম্মীনা মতমদুদা শিজিন্নবা মোর্টর মখল অনি লৈরমই, ইঞ্চি অনি অমদি ইঞ্চি অহুম, করিগুম্বা মহাক্না খরা অপীকপা খুৎলাই অদু ওইনা পাকিস্তানগী এসেম্বলিদা ওইনা লংশিনগে লেপ্লবসু শোয়হনবা নাইদনা অমদি মাঙজৌননা খঙখিদনা করম্না পাঙথোকউনি ? নৎত্রগা মহাক্না মথক্তা থাদরগা লোয়শঙদুমক থুগায়বা পান্নবজাৎলা, অদুবু মদুমক্কবু হেন্না ওইথোক্কদবা ফিরেপ ওইরিব্রা ?

মোর্টরগী পোত্থী ময়ামদু অরোয়বদদি মঙোন্দা খুৎনা থা লান্নবা হোৎনবদু ওইখ্রে, মদুগী থৌওং অদু মাগী শক্তিগী ৱাংমদদি লৈরবা মাগী মঙগুম্বনি। পুম্নমক্কু ফংলক্কুবদুদা আপটে খরা হন্থবা আশা অমা অমুক তৌরে মদুদি ষ্টেনগননি। পাকচাওনা ফংবা থোম্পসন সব-মেচিনগন হায়বদুদগী খরা শেমদোকপদনি ষ্টেনগন হায়বসে লানগী লোইরকপা মতমদদি খুৎলাই অদু ভারত অমসুং পাকিস্তানগী খোঙ লাম্মীনা শিজিন্নবা হৌরবনি। আপটে অমদি কারকারেনা পুনা অমদি অহম্মদনগরদা লাম্মীশিংনা লেঙজুমদা ষ্টেনগন য়াম্থরদুনা চৎপদু উরম্বা য়াই। ষ্টেনগন হায়বদুমক্তি ফংবদা পংৱা বাদ্রে। ভারত্তা থবক তৌরম্বা বৃটিশ লাম্মীদা অচৌবা অওনবা অমা লাকপসিদা মহনফমদা হন্নখিবা তারবদা (মখোয় অৱাবা পোৎলুম কোক্নে খল্লন্নবা) অমদি ভারত লাম্মীদা মচোই মচোই তারকপা অমদি খুৎলাই ফাওবা মফম মরাং খঙনরক্তবা মতমদুদা ষ্টেনগন অমদি পায়বা য়াদবা খুৎলাই মপৈ অমদি মীচমশিংগী মখুত্তা য়ৌরকখি। অদুনা শোক ১৯৪৭ কি কালেন্থাগী অদুৱাইদদি, মরম অদুনা, লীখুনবু খঙলবদি ষ্টেনগন নত্রগা বাইফল খরদি য়াম্না কোম্না ফংলমই। আপটেগা দাদা মহারাজগা ৱারী শানবদা মতেং পাংগনি হায়দুনা পুনাদা লাকখিবা মশামক মখা তানা লৈথরিবা কারকারেনা আপটেদা ডিগম্বব বডগে উন্নরগা মানা খুৎলাইদু পীবা ঙম্ব্রা য়েংলুসি হায়রে।

মতমদুফাওবদি মহাক আপটেগা নথুরামগদা খরা কোইনা চৎপা মী ওইরি। মহাক্কী শক্তমসি অহানবা হেক উবদা মতৌ মানবা শক নত্তে। শক চুমদবা মিংশেলদা য়েংবদা উবা শক্তম মানবা বডগে, য়াম্না পীকই, কাপমুক্তা ৱাংবগুমই অদুবু মশাদি কনবা মরৈ মরৈতাবনি য়েংবদা মুক্না যাত্রা মাল্লি। অঙাং ওইরিঙৈদা অশোক অপন নংখিবদগী মাগী মমীৎ অমা খরা হেন্না খুই, য়েংবদা থা শুদনা পোকপা মাল্লি। মহাক সিনেমাদা লানঙম্বা অমনা তৌবা মতৌগুমই, মশামক ৱাজাও ঙাঙবদা কুমপুরবা মী অমা ওইনা ঈশিং লীৎতবা মীনি, মীশিংনা মঙোন্দগীদা নাম্থোক্লগা লোইরে হায়দুনা মানা য়োনবা থাঙশাং অমদি থাঙমচা লৈনখ্রিবনি। মাগী মীওই পীকপা অমদি মমীৎ অনিদু মান্নদবদুনা মীয়াম মরক অমদসু লায়না খন্দোকপা ঙমই।

অদুমকপু মহাক ফীভম কায়বা মওংদা শাজিন্নগা শকলোৎপদা মশামকপু কনানসু অশেংবা শক্তম খঙবা ওমদবা মওংদা লোৎপা ওমই হায়না খঞ্জে, মদুগী প্রমাণ ওইনা মানা মাগী অলবম অমা লৈ মদুদা মানা য়ান্না শাথীবা অরোনবা থবক কয়া তৌবদা শকলোৎখিবগী ফিভম কয়ামরুম য়াওবা ফোটো ময়াম অমা য়াওরি। ফোটোশিংদু ফোটো নম্ফমশঙদা নম্বনি মদুদা শদুম য়োনবা মুসলিম, পূজা কৎলিবা ব্রাহ্মন অমা, লৌউবা শিখ অমা অদুদগী হেন্দোকখ্রদুনা থোঙঙাকপনা ঙাক্লিবা কৈশুমশঙদা লৈবা মী অমগী শক্তম ফাওবা শাখ্রে। নোংমদি মহাক্না দিক্ষিতজি মহারাজগী মনাক্তা শীনফমদা ঈশৈ শকপা শারদুনা মাগী মীনাই অমনা তাবলা মরু মনাও পায়রদুনা, ঈশৈ শকপশিংনা তৌবগুম্না লাকখি। দিক্ষিতজিনা থোরক্রবা মতুংদা বডগেনা পুংশিংদু শীদোক্রমই অমসুং থাঙ ময়াম অমা পুথোরক্রমই।

বডগেবু থাবদা মাগী মনাই শঙ্করকিস্তায়াগী বারী চীংথহৌরবদি মপুং ফারোই, অমসুং বডগেগী লমচৎসি মাগা মাগী মনাইদুগা লৈনরিবা মরিদু নত্তনা অতৈদি অরেপ্পা অমত্তা লৈতে। মখোয় অনিমকসি উফম অমত্তদা হৈদুনা শারকপগুমই।

শঙ্কর সোলাপুরদা পোকই অমসুং লাইরিক হৈত্রবসু তেলুগু লান ফাওবদি ঙাঙবা হৈ। শোক ১৯৪৫ দা মহাক মমাগা লৈরমই অমসুং উশূবা তম্বা মী অমা ওইনা লৈরমই মতমদুদা বডগেসু পোৎ চৈ য়োনবা মী ওইনা লাকপদা থেংনখি। বডগেদি মতমদুদা মাগী ললোনবা অমদগী অহোঙবা মমনদা লৌরকপা থাঙ ময়ামদু মখোক পানবা হৈবা মী অমা অসুম য়েংলম্বনি, শঙ্করদা থবক অদু শিন্নরমই। থাগী খুৎশুমনদি লুপা ২০ তনি চাবা অমদি শেৎনবা ফি পীরগা। শঙ্কর বডগেগা পুনখ্রে অমসুং পুনাদা লাক্রমই।

পুনাদদি মহাক লমদুগী লোন মরাঠি ফাওবা খঙদে অমসুং মাগী মপুগী মপান তাংবা তাই, মপুদুনা অমুক মঙোন্দা শুদবা তেলুগু লোন অমসুং হিন্দিদা মা ফাওবা খঙদবা মওংদা হায়বি। বডগেনা য়োন্নবা পুরিবা য়োৎ থাঙ ময়ামদু পুরিবা রিক্সাদু থৌবা অমসুং মাগী য়ুমগী মীনায় অমদি থিন্দোক থিজিন তৌনবা মীনি। চুন্না থবক খরা মতেং পাংহন্নবা লৈরম্বদুদগী, থবক ফবী য়ুম্বুবী অমনা তৌগদবা মথৌ ফাওবা তৌরক্লে, হায়বদি বডগেগী ফিরোল শুবা, হকচাং নম্বা, লম্বেলগী টোটিদগী ঈশিং হোনবা, ব্রাইরম শীৎপা, কৈথেল কাবা, চাক থোংবা অমদি বডগে অমসুং য়ুম থংননা লৈরিবা মাগী মচেনা তৌ হায়বত্তা তৌবা মী অমা।

পীগনি হায়না য়ানখিবা খুৎশুমন লুপা ২০ অদু মতমদুদা য়াম্না তারবা শেনফম্নি। ঙসিগী শেনফমদা য়েংলুরবদি মদু হাপ্তা অমদা পাউণ্ড অমা পীবগুমই। অদুবু তশেংনা থোক্লিবদি শঙ্কর অমুক্তসু খুৎশুমন শুনা ফংখিদে। বডগেনা হাপ্তা খুদিংগী লুপা অনি অহুমগুম্বা পী, শঙ্করনা পেন্দবা উৎলুবদা বডগেনা শূনীংদবা কতন হায়দুনা চৈবী, মাগী মচেদুনদি মসিদগী হেন্না থীনা চৈবী। অমুকথক শঙ্করগী মমানা সোলাপুরদগী পীথোক্তবা মচাগী শেনফমদু থৌবা লাকখি, অদুবু মচানুপাগী মরায়বক্তুদগী পংহেন হেন্দে। শোক ১৯৪৬ কি ময়ায় অদুরাইদা শঙ্করগী থা তরুক্কী খুৎশুমন তোল্লমই অমসুং ফংবগী আশা লৈরমদে। নীংবা কায়না মহাক চেনখিরমই। অদুবু বডগেদি মদুগী চেনফম লম্বী অদু থৎপা ঙমখি। মহাক্না পুলিসতা মাগী মীনায়না লুপা ২০০ লৌরগা চেনখ্রে হায়না রাকৎলমই। শঙ্কর মমাগী মনাক্তা চুমদ্রিং চৎখিবদু পুলিসনা সোলাপুরদগী ফাদুনা পুন্দুনা পুরক্রই। পুলিসকি লোকঅপতা অহিং খরা অমা লেল্লুবগা অমরোমদা পুলিসকি রা হংবগী মওং কয়াদু থেংনরুবদা শঙ্করনা বডগেসি চেল্লফাওবদা নাছোকফম লৈতবা শক্তিলৈবা মী অমনি হায়না লৌরমই। অমসুং মাবু ফনা থীনা তৌরবসু অরেম্বা মপুল্সিদু মাগী মপুদুগী মনাক্তা লৈরগে লেপ্লে। মহাক্না ঙাকপিনবা বডগেদা হায়জরমই, অমসুং মাগী মপু অদুনা মাবু জামিন্দা থাদোক্লবা হোৎনদুনা মাবু ময়ুমদা পুরক্রমই অমসুং মাগী খুৎশুমন লুপা ৩০ দা হেনগৎপিরমই। শঙ্কর বডগেগী য়ুমদা থবক অমুক হৌরমই পুমসুপ সুপ্লমই মাগী হান্না শাহাৎপুঙদা হমেং য়াওগী শক্তমদা লৈরম্বদুসু লোইখিরমই। মতমদুদা মহাক চহী তরানিপাল শুরে।

শঙ্করগী মথক্তা লৈবা কেশ অদু চথরকপদা বডগেনা ইথৌ থৌওইদ্রে। কয়ারক হন্না য়েথোক্লবা মতুংদা দরখাস্তকারি কাদবগীদমক্তা মেজিস্ট্রেট অদুনা কেশ অদু লোইশিনবীরমই। মতমসিদা চহী অমা হৌখ্রবনি, শঙ্কর পীগনি হায়বা পৈশাদু শুনা ইফং ফংদ্রফাওবদা মতমচুপ্লগী ওইনা বডগেগী য়ুমগা নক্লবা মীশক অমা মপুং ফানা ওইরে।

নোংতাবা নুমিৎয়ুংবা মতুং অমদা আপটেগা কারকারেগা অরায়বা কার অমদা খুৎলাইগী পুক্কে হায়বদি শাস্ত্র ভণ্ডার ৩০০ নারায়নপেঠতা লৈবদুদা লাকখি। বডগেনা মমৈদা শাক্ষি পীবদা হায়খি, আপটেনা মশক্লাইবা মীওই খরগী থবক খরা তৌরি অমসুং মদুগীদমক্তা মঙোন্দা সৈনগন অমত্তা লৈগে হায়খি।

বডগেনা শঙ্করবু দুকান্দু খরা শঙলম্মু হায়রম্লগা কারদুদা তোংখৎখি। মখোয় গুরদয়াল সিংহ কৌবা শিখ অমা হৌরুরে অমসুং মনীংথংবা য়ারবরা সেন্ত্রেল প্রীজনগী ফক্লাং নপ্পা চৎলিবা লম্বীদুদা লাকখি মদুদা গুরদয়াল সিংহনা ঙাইরম্নবা হায় অমসুং

কারদগী কুমথখি মিকুপ খরগী মনুংদা মহাক হল্লক্রমই। মাগী লেংজুমদা স্টেনগন অমা য়াল্লক্রমই।

মদু ওহ্লোক্লা লায়না হোৎনখ্রে। বডগে হায়বা মী মচা মখোয়না থৌওইবীরমদবদু মাগী তৌগুস্বদু উরে, মহাক পোৎ পীবা গুস্বা মী ওইরম্লে। মখোয়না গুরদয়াল সিংহ থিনবিরুরে অমসুং শাস্ত্র ভণ্ডারদা অমুক লাক্লে। আপটেনা বডগেদ মানা হায়বা মমল লুপা ১২০০ দু চিংনবা লৈতনা পীরমই কারকারেগা লোয়নরদুনা মহাক হরাওমথোই কারদুনা হিন্দু রাস্ট্র লোয়শংদা থুংলমই। মখোয়গী পম্বুংদু উবা ফংবগুম তৌরে।

ষ্টেন হায়বসি মী অমনা করম্না মরু হানগনি, কাপকনি হায়বগী মতাংদা ওঝা নাইরক্তবা য়াদবা খুৎলাই ওইনা তৌই। মসি নোংমৈ মরুনা নোং চুথরক্লবা মতাংদা শিজিন্নে অমদি মসি ফৈগনমরুদা গুারগা কাপ্পা ওইনা তৌবনা শোয়দনা পানগনি হায়বগী অরেপ্পা কয়া লৈতে। পুন্নমক্তুগী মথক্তা মসিদি নোংমৈ মরু য়াম্না চঙবনি! মসিমসু খন্নসি করিগুম্বা আপটেনা নোংমৈ মরু হাল্লগা মেগজিন তরামাথোই নিথোইমুক ফংলবসু মহাক কনাগুম্বা খঙহৈরবা অমদি থব্রায় পাম্মুদবা মীওই অমা দিল্লিদা ফমগদৌরিবা পাকিস্তান কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেম্বলিদা হৈথরুবা গুমগদৌবা অমদি দরকার লৈবনি! মমৈদদি স্টেনগন্দু অদুম শিজিন্নখিদ্রে।

মতমদি অসুম হৌজিনখি। নীংতম্বা ফংগদবা তারিক অদুদি নকশিল্লকই। জুলাই থা অসিমা পাকিস্তানগী লুচিংবশিং প্লেন মপোৎ মপোৎতা লেপ্পা লৈতনা হোল্দোকখিদুনা আগষ্ট তাং ১০ দদি অমা ফাওবা লেমহৌদ্রে। আগষ্টকি তাং ১৪ দদি জিনা অমদি মাগী এসেম্বলিদু মখোয়গী অনৌবা কোনুং করাচিদা তেক্তকায়দনা ফমহনখিরমই।

আগষ্ট তাং ১৫ দদি ভারততা নীংতম্বা লাক্লে। নেহরুনা মসিবু লাইবক্তা তমখ্রবা অরেপ্পা নুমিৎ কৌই, ইতিহাসিক ওইবা পুংফমনি হায়না মাউন্টবেটেন্না হায়। নথূরাম গোডসে নরায়ন আপতে অমদি মরুপ ময়ামশিংনা হরাও তয়াম্বদু শরুক য়ারমদে, মরমদি মদু মখোয়গী মফমদদি মায়খুবা অমদি খাগুঙদ্রবা চৈনাতনা থল্লি, পঞ্জাব পুম্বা মুসলিম্না মৈরি ওন্দুনা চাকহনখ্রবা, হিন্দুগী ঈতনা তুরেল ওইনা চেনখ্রবনি।

অমরোমদা মহাত্মাসু মশামক্কী ওইবা মরম অমদা নীংতম্বা নুমিৎ পাংথোকপা ওইনা চরা হেন্দুনা লাই নীংই।

বোম্বেদদি দাদা মহারাজ করিমত্তা গুমজদ্রবসু, মোর্টব অমনা তৌবা য়াবা অমদি য়াদবগী মরমদা থিজিন খোৎচিনবা তৌবি। মহাক্কী অনৌবা পোখীদুদা ওইথোকপা য়াকগী বাফম লাকত্রিঙৈদা আপটেদি হায়নবা য়াদনা হোংখিরমই, আপটে মশামক মাবু

নীংজবা কারকারেগা মাগী য়ুমদা লাক্রমই অমসুং খন্নরম্বা ব্লাফম থাদোকপা তাথিবগী মরম কয়ামরুম পীরমই। অদুবু, লোয়ন লোযননা মখোয়না দাদা মহারাজদা মদুগা মান্ননা শাথীবা পোত্থি অমা অমুক লৈরে মদুগী খন্নবা লাক্লিবনি হায়রমই।

ব্লাফম অমদি থবক চিল্লবা ওক্ত্রোইপোষ্ট হায়দ্রবাদ লোম থংবা সিমনাদা লৈবা অমদা অহিং নোংয়ায়দা লান্দাবা অমদি মদুগী লোয়শঙগী মী খরা ষ্টেনগন খপচিন্দুনা লোইশিনবা অদুগা নুমিৎ অদুগী লোকপা শেনয়ামদু ফন্না য়াল্লমগনি, মদু খোল্লকপা। মদুদগী পেক্লকপা শেলয়ামদুনা মখোয়গী থবক মখা চত্থবদা থাদগনি। মখোয়না পাম্বা মতেং হায়বতবু অচৌবা কার অমা মদুদা লান্দাগদৌরিবা মীশিংদু তোংবা চনবা, হায়বদি দাদা মহারাজগী চেভ্রোলেট ষ্টেশন ৱেগন অদুমক চপ চারবনি। অতোপ্পা থৌরম অমনা হেন্না অকিবগী মশক্তি, মদুদা বৃটিশশিংনা থনম্বা খুৎলাইগী পাকিস্তানগী শরুক পুদুনা চংকদবা ট্রেন অদু ঙাইরগা থুগাইবনি। অদুবু মসিগী মনুংদা থৌরম অমখক্ত পায়খৎপদা মখোয় লুপা লিশিং ১০,০০০ দি দরকার লৈ, মদু মৈ থোকপী বোম লৈনবনি।

দাদা মহারাজ অহানবা মাগা আপটেগা উন্নবদুদগী হন্দক্তি কয়াসু থবায় য়াওদ্রবনি, অমসুং ওকত্রোই পোষ্ট লান্দানবা কারবুদি পীগে হায়রমই অদুবু মৈথোকপী বোমদু লৈনবা পৈশাদি পীরমদ্রে, "ঐনা পোৎতু উদ্রিফাওবদি পৈশা পীরোই" হায়রমই। অমরোমদা মশামকসু হিরমদুদা ইখঙ খঙদবা মী নত্তে হায়বদু উৎননবা হায়রকই, ডাইনামাইট অমদি হেণ্ড গ্রেনেড খরা কদায়দা ফংই হায়বা মা খঙই, করিগুম্বা আপটেনা পাল্লবদি তাকপিগে হায়রকই।

অদুবু আপটেদি লান মতমগী ঈ পাওদা উৎপদা উখিবা মৈথোকপী বোমগী শক্তিদু পুক্লিংদা খন্দুনতা লৈখি অমসুং মদুগী পঙনা ফংদ্রবা খুৎলাইদু নীংদুনা লৈখি। মহাক গ্রেনেড অমদি ডাইনামাইট পীগে হায়বদু লৌদ্রে অদুগা কার অদুদি ব্লায়রে অমসুং মদু থৌরদুনা মনোরমা সালভী উন্নবা লাক্রে।

মথং থা অনিদি দাদা মহারাজ আপটেদগী করিমত্তা তাবা ফংখিদে, অমসুং ওক্তোবরগী হৌরকপদদি মহাক পুনাদা করি তৌনরিবগে হংবা অমসুং মাগী কার অদুসু পীয়ু হায়দুনা থৌবা লাকখি। হন্দকমুকসু আপটেনা মাগী দলদগী থবাই য়াওজবা নহা তরামাথোই নিথোইমুক কৌদুনা মাগা উন্নহন্দুনা কুম্মৈ অমা অমুক তৌরমই। হায়রমই, মখোয় মৈথোকপী বোমদু লাকপা ঙাইরি মদুনা মথংগী পাকিস্তান তানা খুৎলাই পুদুনা চংকদবা ট্রেন অদু থুগাইগদৌরিবনি। আপটেনা দাদা মহারাজবু পুক্লিং ফাথবা ওইনা মা অমসুং মাগী লোয়নবদুনা শাবা অনৌবা, মখোয়গী প্রেস অমদি

লোয়শঙগী মী ফম্নবা শাবা শঙদু শঙ্গাবিবম্নবা বার্ত্তোনসু তৌশিল্লমই। হিন্দু রাষ্ট্রদু ঙসিদি মশাগী যুম ইংখোল লৈজরে।

ওক্টোবর পোষ্ট লান্দাবদুগী মতাংদি করিমত্তা হৌদোবক্তে অদুবু দাদা মহারাজ মাগী কাবদু অমুক উবা ফংবদা লাইবক ফরে খঞ্জখ্রে। মদুগীসু মথক্তা মাবু শঙ্গাবগী থৌবমদু তৌবিনবা বার্ত্তোন তৌবদুমক্তা মথক্তা চাওথোকচরবাজাৎনি। মসি অতাবী অমা ওইনা সরর্কারতনা ফংফম থোকপা খুদোংচাবা অমনি, অদুবু হৌখিবা থা খরদগী সরর্কার হকচাং ইঙম ঙমদনা লৈরি, অমসুং বোম্বেগী মপান্দা তৌগদবা থবক অমত্তা লৌরমদে। অমা খঙদে অমা খঙদে হন্দকমুক্তা দাদা মহারাজ আপটেবু মতেং পাংনিংবগী মতৌদু উৎলমই অদুবু মৈথোকপী বোমদুগী পৈশা থাদবদি মানা মশক হেক উবা ফংদ্রিফাওবা য়ারমদে। দাদা মহারাজনা মমৈদা জবান পীবদা হায়খি; মদুগী মতুংদা থবক অদুদা শিজিন্নবা পোকখায়বী খুৎলাইগী মরমদা ৱাফম কয়ামরুমসু খন্নখি। পোকখায়বী খুৎলাইদু ফংবা য়াবা বডগেদু কৌরুনবা আপটেনা মখা তানা ৱা ঙাঙনখি।

দাদা মহাবাজ তশেংবদি বডগে কনানো হায়বা খঙই অমসুং মাগী মনাওনিপাগা থবক পুনবা মতাংদা অমুক অনিরকসু উখ্রবনি, অদুবু অমুক্তা নরুনদি তিন্নরুদে। মহাক্কী মরুগা কোন্নবা নোংমৈ, মৈনা, দিতোনেটর অমসুং ৮০৮ পেকেট হায়বা পোকখায়বী খুৎলাই (অরোইবগীসি নোবেলগী নাইট্রো গ্লেসেরিন হায়বদুনি) পুরদুনা থুংলরে। বডগেনা পুরক্লিবা লোইনমক দাদা মহারাজনা লৈরে অমসুং মদু মফম অমদা পৈশিল্লমই মমৈদা নোংমা বোম্বেদা পুরগা হায়দ্রবাদতা লৈবা হিন্দশিংদা মাগী মনাও দিক্ষিতজিদা থাবগা য়েষ্ঠোক্লবা খল্লমই। আপটেনা অদুদগী শেমদোক্লবা পিস্তোল অমা পুথোবকই লুপা ৪০০ দা লৈরকপনি হায়, মানা দাদা মহারাজদা মদুগী মহুত্তা হেন্না শোয়রোইদবা পিস্তোল শক্তিদি হেন্না লৈবা অমা ওনবিবা ঙমব্রা হংলমই। দাদা মহাবাজনা আপটেগী পিস্তোলদু লৌরদুনা হেন্না ফবা পিস্তোল অমা পীবা নৎত্রগা ঙমদ্রগা মাগী পিস্তোলদুগী মমল হনগে হাযনা হায়রমই। অদুগী মথংদগী মহাক্কী কার অদু থৌরদুনা চৎখিরমই কায়নরমদাইদা লাওরমই নোংমৈ মরু পুবা পাকিস্তানগী ট্রেন অদু শোয়দনা থুগাইদবা যাদেকো।

নোংমৈ পুবা ট্রেন থুগাইবগী ৱাখল অদু নত্তবদা আপটেগী পুক্লিংদা অতৈ অতোপ্পা ৱাখলসু লৈরমই। তশেংবদি মহাক ইমুং মনুংগী ৱাখলদা ফুম্বর্নরিবনি।

মতাং অমদি, মাগী মচানিপাগী ৱাখল চোইবদু চাং য়াম্না হেঞ্জিল্লকপদগী থা খরগী মমাঙদা মহাক মথম্মোই কনশিন্দুনা মহাকপু পুনাগী অঙাওবা লায়েংফমদা থমখিরমই। মহাক্কা অঙাং অদু য়াওদনা হল্লক্লে হায়বদু খঙখিবদা মাগী নুপীগী কাযখিবা

থম্মোইদু থেমজিনবা য়াদবা ওইখি। নুমিৎ খুদিংগী পাখৎতুনা লাক্লবা, অদুদা নত্তুনা, হাপ্তাগী ওইনা অঙাওবা লায়েংশঙদা মচায়েংবা চৎপা মতমদুদি খাঙবা ৱাবা মতমনি। মমা মচা চেজেৎ কোনশিন্নদুনা পংকপ্তা কপখিরমই অমসুং উনবা মতম্না লোইরকপদদি নাকল অনিমক শেৎতোক্লবা তাখি। অতোপ্পা লৈমিন্নরিবশিংনা মাবু লক্লবগী খাঙওমদবা ৱারী অদু অঙাং অদুনা হন্না হন্না লীরকই। হাপ্তা খরা অঙাওবা লায়েংশঙদুদা থম্মুবদা মচানিপাদু ফিভম শোকচিল্লকপা তারে হায়বসি খঙখ্রে। আপটেনা অঙম্বশিংদুদা অঙাং অদু লন্নাই শেন্নজরগে হায়দুনা থাজহল্লগা অঙাং অদু অমুক য়ুমদা পুরক্লমই। য়ুমদা হল্লকপা মতমদুদি য়ুমলোন কৈরোন্নবদা কল্লক য়েংথিনবা মতম ওইনা তৌদুনা অঙাং অদুগী হকচাং পংফ ফগৎলকপদি তৌদ্রে, অদুবু মমা মচাদি পুন্না অমুক লৈমিন্নজরে, অমসুং মহাক্লা আপটেবু হিংচায়াইতম্বদৌনা য়েংবদুসু তোকখ্রে।

অদুবু পুক্লিংগী অৱাবদু খরা শাফরগদ্রা খল্লুবদি ওইদ্রে। হাপ্তা অমনিগী মমাঙদা মাগী লোন্না তিন্নবা নুপী মরুপ মনোরামা সালভীনা মশা ৱাইশংদবগী ৱাফম মঙোন্দা হৌদোরকখি।

মহাক ৱিলসন কলেজদা তন্লি অদুবু নুপীগী হোষ্টেলদদি লৈত্রে। হৌজিক্তি মহাক বাইকুল্লাদা লৈবা পুলিস লোয়শঙগী কাংবু লৈফমদা মাগী মমা মপাগা লৈরি, মফমদু মাগী মপা দৌলতরাও সালভীনা মেডিকেল এসিষ্টেন্ট ওইনা থবক তৌরিবা নোর্থকোট পুলিস হোসপিতালগা হেক থংনবনি। মহাক অরোইবা বি এগী ছাত্রানি অমসুং বি এ উপাধি ফংগদৌরিবা চহী অদুমক্লি। মাগা আপটেগা নুংশি মরী লৈনরকপদু চহী অহুম মপুং ফারবনি।

সালভীশিং খৃষ্টান ঙাক্তনি। মদুদগী হেন্দোকপদা ইমুং মনুংদা ভারতনা মিসন কম্পাউণ্ড হায়না খঙনবা মফম অদুদা পাল্লকপনি মরম অদুনা ধর্ম্ম শন্দোকপশিংগী চৎনলোনচৎনা পুল্লমই। মখোয় শেম্বোক লৈবদা হায়রগা ময়ায় ওইরপ তৌবা থাক্লী খৃষ্টান্নি অমসুং ধর্ম্মদু ওল্লকপদগী হেন্না চুশিন্না লৈখিবনা মখোয়গী নুপী নুপা ওইবগী ধর্ম্মগী থাক অদু খজিক্তংসু শেমদোকচবা ঙমজদে। মচানুপীদুনা অনিমক্তু থুগাইরে। মহাক লুহোংদনা পোকপা মচা অমা লৈগদৌবদুগী মথক্তা, মপা অদু হিন্দুনি, অশেংবা হিন্দু ধর্ম্মদা থৱায় লুপ্পা মী অমদি নৎত্রবসু, মদুগী চৎনলোনচৎসু ঙাক্লা চৎচবা মীনি। ভারতমচা খৃষ্টান ওনবা ঙাক্তনা কুঙনা তাবা খুল্লক্তুদা মীমাঙ ফম্বা থৌদৌ অদুদি শরা শনবা তারমই।

মনোরামা শালভীনা মাগী মমা মপাদা মশা ৱাই শংদ্রে হায়বগী ৱাফমদু খঙহল্লমদে, হেন্না নোক্লিংবদি, ১৯৪৭ কি ওক্তোবর ফাওবা ইমুং অদুনা মচানুপীদুগা আপটেগা কুইনা লৈনরকপা মরী অদু খঙলমদে।

আপটেগী ব্রা ঙাঙগন্দবা মরুপ নথূবামগীদি, পুনাদা মশীং নাইদবা মরি মতা কয়া লৈজরবসু অদুগুম্বা থাঙফম খঙদবা অব্রা অনা কয়া লৈরমদে। তশেংবসু মাগী মপানা সাঙ্গলি থাদোক্লগা মাগী ইমুংহুপ্না পুনাদা পুরক্লমই, মাগী মচল মচে মনাওশিং লোইনা মযুম মকৈ পাল্লে। মনাও অমখক্তি পুনাদা য়ুমকৈ শাদুনা লৈরমই অদুগা অতোপ্পা অমা গোপাল হায়বদু সহরদগী মাইল মরি লাপ্পা লৈবা পুনাগী খুঙ্গং কিরকীদা খুন্দারমই। নথূরাম্না মাগী মরি মতা মক্তনা লৈরিক-লৈরাক থন্না লৈজরবসু, গোপালগা খরা নক্লা লোয়নরমই, মশামক্তি ৩৩৪ শনিব্রার পেঠতা ভাড়াগী কা অমা লৌরগা লৈরমই। মাগী সংসার থাদোকপা মশক মতৌ অদুসু ময়েক হেন্না শেংনা উরমই। মহাক খ্বায়দগী চম্বা চরাতমক চায়, অমসুং অচম্বা কম্পোর অমা লৈমাইদা তিংথোক্লগা করিগুম্বদনা তিংথোক্তনা তুমই। মাগী থাদোকপা ঙমদ্রবা হৈনবী অমদি কোফীনি; মদু মানা কপ তরুক্তি নিতীগী থকই। মহাক্কী মতম অয়াম্বা মাগী ওফিসতা লেল্লি মদু দম্বুব খন্থবা শঙ অমা হিন্দু বাসট্রগী শঙদুগী মতাইদা লৈবনি।

পুকচেল মান্নদবা মীগা লোয়নবা নথূরাম নীংহন্নবা নিপা অমা ওইরুরবসু, অব্রাবা থবক মায়পুনবদা হনবা লৈত্রবা অমসুং নোংমা নোংমগী থোরক্লিবা অব্রা-অনা কয়া হকথেংনবদা হলেংবা লৈতনা মী অমা ওইবদুদা মহাক্লা আপটেগা মরী অদু কায়নদনা লৈরমই। মহাক অমসুং আপটে অতৈ মরমদি নক্লদে। মখোয় অনিমক মখোয়গী মরম অদুদা পূক্লিং কৎথোক্লে হায়বসি য়ানরমই অমরোমদসু মদুদনি মখোয়গী কোক শাজরিবসে।

পাওচেদু হিংহন্নবা হোৎনবগী মতাং নত্তবদা, মাইগৈ পূন্নমক্তা নথূরাম্না আপটেবু লুচিংবনি হায়বা খঞ্জবমই, যামদ্রবদা লোযনবা ময়ামগী মকোক ওইনা খল্লমই। আপটেনা যাৎলিবা পোরম পূম্বা মহাক লোইনা খঙই, তশেংবমকসু মখোয় অনি চীক্লা অমদি মচাখায়না, নথূরামগী লোযশঙ খাঙপোক্তুদা ব্রাফম কয়া খন্নখ্রবনি। নথূরাম্না আপটেদগী নোংমৈ গুলিগী মরমদা খঙবদা ব্রাৎপা মরম্না মহাক্লা মতাং অদুদদি আপটেদা থোইনা ইঙ্গোক্লমই অমসুং আপটেগী যাথং পূম্বা হংনবা তৌদনা পাওথোক্লমই।

আপটে অমসুং নথূবাম অমরোমদা বডগেগা মাগী মনাই শঙ্করগা থৌওংদা মান্নদ্রবসু খুৎচারবা মী অনিনা শাবা তেঙ্গোল অমমমনি। অনিমক অদুদা অমা য়াওদ্রবদি মহুৎ শিনবীনবা লৈপোৎনত্তে। কাবকারেদি নাইতোম তারবা অমদসু অমদসু যাওদবা মী ওইরে। হৌজিক্তি মহাকসু মপাং অমা থিদুনা জুবা শেম্বা তাবে।

কাবকারে ময়ামদগী হেন্দোক থোইদোক্লা হোৎনবা কংবা মী ওইবম্মী, মদুমক্লা মশামক খ্বাইদগী তোনখ্রবা ফিভম অমদগী মীনা ইকাইখুম্নবা মযায ওইবপ তৌবা

থাক অমদা কারকপা ঙমখিবনি। মহাক পৈশা চাইথোকহন্দুনা মাগী কাববার পাকথোকহনবা হৈজরবসু মহাক মশামকসু য়াওশিল্লরে। মাগী ডেকান গেষ্ট হাউস অদু শঙ পান্নবা অমদা য়েংশিলহল্লগা শেন্দোংসু য়াম্না লোকপা ঙম্লে। হৌজিক্তি মহাক্কী মপাঙ্গল থৌনা পুন্বা লৈবাক্কী অমদি ধর্ম্মগীদমক্তা কৎথোক্লগে লেপখ্রে।

নোৱাখালিদগী হল্লক্লবা মতুংদা মহাক আপটেগী লৈফম পুনাদা হাপ্তা অমগী অমুক্তি শোয়দনা লাকই, অমসুং কয়ারক হান্না আপটেগা বোম্বেদা লাকখি, অদুবু, মহাক হৌজিকসু অহম্মদনগরদা লৈদুনা মাগী ডেকান গেষ্ট হাউস অমদি হিন্দু মহাসভা লোয়শঙ য়েংশিন্দুনা লৈরি। অদুবু নোংমগী শোয়ফদ্রবা থৌরমশিংদু মহাকা হেন্না থৱায় য়াওদে অমদি মদুনা পুন্দুনা লৈগন্দে। চহীদুগী ময়ায় চল্লকপদা মাঙজিন থাখিবা খুলহোংবা কাংবু অমা অহম্মদনগরদা থুংলখি, অমসুং কারকারে মানা নীংজরম্বা মীগী সেবা তৌনীংবদু ফংজরে মদুদি খুলহোংবা কাংবুগী সেবা। মহাক পামজনা থবক অদুদা লুপশিনবা হৌরমই।

কারকারেগী লোয়নবা অমা মমিংনা ঘনশ্যাম গীলডা, মহাক্কা চেরোল অমা পীখি, খুলহোংবশিংনা অহম্মদনগরদা অহানবা থুংবা মতমদা সরকারনা লৈফম চাফম মচেৎ অমা ফাওবা পীনবিখিদে। মখোয় লোয়নমক রেললম্বীগী নাকয়েৎতা শীজরো হায়বগী মতাগুম নুঙ লৈঙোই হৈদোকপদৌনা হৈথরমই কনানসু নীংশিংবিরমদে। গীলডাদা ঠিকাদার খরদগী ট্রকলোরিখরা ৱায়রগা মখোয়বু সহর ময়ায় তানা হোন্দুনা পুবমই অমসুং টিন্না কুপ্পা য়ুম খরদা থম্বীনবা হোৎনবমই। অদুবু মখোযবু পীজ পীথক তৌবগী অৱাবদুদি মতাংদু ফাওবদি কোকখিদে।

কারকারেনা মদুগী দায়ি লৌরমই ঐনা খুলহোংবা কাংবুশিংবু সহবদা পুদুনা ঐগী হোটেলদা পীজ পীথক তৌগনি। নুমিৎ খরা লৈরগা, কারকারেনা সিফাইশিংদগী টেন্ট খরা লৌরুদুনা খম্ভরমই। ভিসাপুর রিফ্যুজি কেম্প সবকারনা লিংখৎত্রিঙৈগী থা অমমুক্তি কারকারেনা চরা ২৫,০০০ দগী ৩০,০০০ ফাওবদি লেম্না য়েনখি।

ভিসাপুর কেম্প অহম্মদনগরদগী মাইল কুন্তরুক লাপ্না লৈবা মতম অমা জেল ওইবম্বনি, মদুদা খুল হোংবা ১০,০০০ মুক নমশিল্লমই। পাও লোযশঙগী মতুংইন্না খুল হোংবশিংদু য়াম্না খোয়রাং-খোয়শাওনৈ মৱমদি সিদসু দিল্লিগুম্না মুসলিমশিং মখোয়গী লৌবি ইংখোল অমত্তা কায়দনা মখোয়গী মথৌ তেক্ত কাযদনা পাযবা অমদি রাজনিতীগী ফিবেপ চেৎপা অমদি অৱা অনা অমত্তা লৈতনা লোযশঙগী অঙম্বশিংগী মকম থুপ্পা নুংঙাইনা পানবদু উরমই।

অহম্মদনগবদা তৌরম্লিবশিংদুগী মথক্তা খুলহোংবশিংনা দিল্লিদা থুংলুবা খুলহোংবশিংদগী হেন্না শাওবগী মরমসু লৈ। অহম্মদনগর জিলা নিংথৌপানবা হায়দ্রবাদ হায়বা লমদমদুগা হেক লোন্নবনি, মদুদা লৈবা মীশিং চাদা মরিফুদি হিন্দুনি মুসলিম নিংথৌমচা অমনা পাল্লি, মতীকচাওবা নিংথৌ নিজামনি। নিজাম্না মাগী ধর্ম্মগা মান্নবা মীওইশিংদা ফোংনা শৌগৎলি মদুদি সরকারগী থবকতৌবশিং চাদা মরিফুদি মুসলিম ওাক্তনি। অদুগী মথক্তা নিজাম্না মাগী লমদমদু নীংতম্বা ভারতকি শরুক অমা ওইহনবা পাম্লমদে, অমসুং নীংতম্বগী ব্রাফম খন্নবা হৌরকপা মতাংদুদা মাগী ইউরোপতা লৈবা হুইরোয়শিংনা লোন্না খুৎলাই পৈশিল্লি প্রজাগী লালহৌ অমা থোকহন্নবনি। মসিগী আক-পাক নাইদবা মাগী অঙাওবা খুৎলাই পায়বা তেঙ্গোল অদুবু মশানা মশাবু রাজাকারগী তেঙ্গোল কৌজে। মখোয় অফা-অপুন অমা য়াওদনা চোংথোরক্লে অমসুং হিন্দু মীশিংদুদা মিপাইবা পোকহল্লে অমদি নক্লবা লৈবাক্তা লান্দাবসু হৌরক্লে। রাজাকারগী মকোক অদু মশানা মশাবু থাগৎচবা অঙাওবা মমিংনা কাসিম রিজভী কৌই, মহাক্না হায়দ্রবাদ হায়বসি জয় তৌদুনা লিংখৎলকপা মুসলিম লৈবাক অমনি হায়না লাওথোকই, অমদি ফোঙনা অচাওরম কাজনা লাওথোকই, মহাক্না রাজকারগী লুচিংবা ওইদুনা দিল্লি ফাওবা জয় তৌগনি।

খুলহোংবশিংগী কেম্প অদুদা লৈবশিংদু লমন খুন্নিংবেনা ময়া কৃক কৃক চীক্লমই। মখোয়গী ইনক-নকপা খুৎচুম্বী তান্নফমদুদি লাইবক থীরবা অহম্মদনগরগী মুসলিমশিংদুনি। মখোয়গী হিংনবা থবক, ময়ুমমকৈ, দুকান পুন্নমক লৈ, মদু খুলহোংবশিংদুনা মখোয়গী ফংফম থোকপনি খল্লমই। মখোয় লৈরক খুল্লক্তা চৎপা হৌরক্লে, খোল্লাও লাওদুনা কিহল্লক্লে অমসুং মখোয়গী অপাম্বদু ফংননবা সভাযাত্রা চৎপা হৌরক্লে। মখোয়গী মতৌদুনা অঙম্বশিংদা অসুক্কী মতীক থুকৎহনখ্রে মদুদি খুদক্তা অহম্মদনগর জিলাগী মফম খুদিংমক্তা খুৎলাই পুবা থিংবগী হুকুম থোকখ্রে।

কারকারেনা হুকুম অদু অচানমিরায় নাইবনি হায়না উরমই, মদুগী ফলদি করি ওইগাদগে হায়ববু কাসিম রিজভীগী লালহৌদা হিন্দুশিংবু ওাকথোকচনবা লম্বীদু ককপনি। কারকারে মশামক হুকুমদু ইক্লোই হায়না খনখ্রে। ওন্নতৈনবদা মহাক আপটেনা হৌদেক্লম্বা ওক্ত্রোইচ্যেক পোষ্ট লান্দাবগী ব্রাফমদু শীনলাঙবদা থবক চিঞ্জরি। লালহৌবদু অহম্মদনগরদগী খোঙশানগদবনি অমসুং মখোয় পুন্নমক, থৌদৌদুনা থবক মচা চথবদা মতেং ওইনবা পৈশা লেম-পানা ফংগনি হায়বসি আশা তৌনরি। কারকারেনা কনাগুম্বশিং মঙোন্দা খরা হোঙনা হেণ্ডগ্রেনেড পীবা গুম্বা মী অমা থিরি। বডগেগী মদুগুম্বা পোৎচৈশিংদুগী মমলদি য়াম্না হেনগৎখ্রে অমসুং মদুগুম্বা অমদা লুপা ২০০ ফাওবা হায়রে।

মহাক্না তারমই, বোম্বেদদি গ্রেনেড য়ান্না হোঙনা ফংই, মরমদি মদু শাবা মী য়ান্না লৈ। মহাক বোম্বেদা হংবা চৎলমই অমসুং চেম্বুরগী খুলহোংবশিংগী কেম্পতগী মানা পাম্বা মীদু ফংলে-হেণ্ড গ্রেনেড তশেংনা শাবা হৈবা মী অমনি।

মহাক্কী মমিং মদনলাল পাহ্‌বা কৌই, মহাক্কী খুলহোংবগী ৱারিদু মমাংগী তাক্কক খরদগী তারম্লগনি। মহাক পাকপাটান কৌবা অপীকপা খুঙ্গং অমদগীনি হৌজিক্তি পাকিস্তানগী কাচীন অমদনি। মহাক মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা রোয়েল ইণ্ডিয়ান নেভীদা ৱায়ারলেস ওপরেটরগী থবক তৌবা হৌরমই। মহাক শোক ১৯৪৬ তা থবক্তগী পোত্থাহল্লমই অমসুং ময়ুমদা হনখিরনই। থা খরা লৈরগা হিন্দুশিংনা পঞ্জাবকি শরুক্তগী চেম্থোক্লরকপা হৌরকপদা মশামক খুলহোংবা মীয়ামগী মরক্তা অমা ওইনা চেল্লকপনি।

নেভীদা থবক তৌরিঙৈদা মহাক মতম খরা বোম্বেদা থবক মফম হোংদুনা লৈরমই। অহানবা খুলহোংবদা থোকখিবা তুচুংখিবা থৌদোক অদুগা ইরোইননা মহাক ১৯৪৭ কি কালেন্দা ভারত য়ৌরকখি, মহাক খুদক্তা থবক অমা ফংগনি হায়বগী অশাদা বোম্বেদা লাকখি।

মদনলান ঙসিদি চহী কুনমাথোই শুরে। মহাক চাওশাংবা শামু পাঙ্গনবা মীনি ৱাওথাংননা ঙাংলৈনবা কোক্কী শম অমদি নাতোন শুমাঙগী চুজাক মকোই মাল্লবা কোই মতেক থাকপা মীওইনি, মহাক খুত্তুম শীঙদুনা লাক্লগা খুবাম তিংনা হনগদবা মীওইদি ওইরমদে। মহাক লান্দাবদা হালেংবা লৈত্রবা, পৃথিবীমকসিদা য়েক্ল থরুম থম্বা শক্তম মাল্লি। শন্না হায়রবদা মহাক কমাণ্ডো লুচিংবা অমনা হরাও হরাও মাগী তেঙ্গোলদা য়াওহন্নিংগদবা য়ান্না শাথীবা নহা অমনি।

বোম্বেদা মদনলালবু চেম্বুর রিফ্যুজি কেম্পতা নমশীনবীরমই, মদু মীপুম খুদিংমক্না পান্নরোইদবা ইম্থোকপীরবা মী মপৈ অমনি, মদু চাউখৎপা সমাজ অমনা থৈদুনা চেন্নিংগদৌরবা মতৌ অমনি। মহাক য়ান্না হায়না তান্নবা য়াবা মরমওকপা খুলহোংবা অমা ওইদ্রে। অয়ুক খুদিংমক্তা মহাক সহরদা অমসুং মদুগী মৈশা লাংলবা লম্বেল খুদিংদা কোয়না থবক থিবা চৎলি। খুলহোংবা মপাং অমনা মাবু প্রোফেসার অমগা উন্নহল্লমই, মহাক দাদরদা লৈবা রুইয়া কলেজদা হিন্দি তম্বীবা ওঝানি, ডাক্তর জে সি জৈন কৌই, ডাক্তর জৈন মশামক মীনা খুৎথানদ্রিবা মতাং কয়াদা হিন্দি লাইরিক কয়া ইরমই, অমসুং মাগী লাইরিকশিংদু পু-পুদুনা য়োন্নবা য়ুম-য়ুমদা চৎপিবা ঙমগবা অমসুং মঙোন্দা নমথাক তৌবিরোইদবা খোঙয়াঙবা নহা অমা থিরম্বনি। মদনলাল মাগী খুৎসুমনদি ফংগদবা নত্তে অদুবু মানা য়োনবদগী ফংবা শেনফমদুদগী চাদা কুনমঙা ককহৌবগী ৱাদনি।

লাইরিকশিংদু য়াম্না শীংপা লাইরিক্তি ওইরমদ্রে অদুগা মদনলালনা য়াম্না হোৎনরগসু শোয়দনা শীংপগী থাজবসু লৈতে। থা অনি মহাক্না ডাক্তর জৈনগী লাইরিক য়োনবা মী অমা ওইরুবদগী ককপা যাবা শেনফম লুপা য়াঙ্খ্রেদগী হেন্দে।

মদনলালনা ডাক্তর জৈনগী লাইরিক্তু হারিঙৈদা, বোম্বেগী সমাজসেবিকা মিসেস মোডক কৌবী অমখক্না খুলহোংবশিংদা লেম্না, হবাও কুম্মৈ খরা উহনবীনবা মীচম খরা কৌরগা ড্রামাগী কাংলুপ অমা শেমগৎলমই। মদুদা মহাকপু প্রাইভেট সেক্রেটরি ওইনা থবক তৌবিয়ু হায়রমই। অদুবু মদনলালনা থবক মফম অদু হায়দোকপা তারমই, মরমদি মহাক্না মিসেস মোডক্তা হায়, মহাক বম্বুলা য়োনবগী থবক তৌরে।

ভারতমচাশিংসি লাঙবা হৈনৈ. মসি পুক্লিং তিংবগী খুদম অমনি, অমরোমদা অচৌবা মীগী মতৌনি। মরমদি থায়না মমাঙৈদদি খ্বায়দগী হৌবা পুং য়ৈবা ঙম্বা হায়বদু খ্বায়দগী ফম চাওবা মীগী মনাৎ ওইরমই। ঐখোয়গী হরাও কুম্মৈদা বম্বুলা মৈকাপ্লী কয়া য়াঙ্গোন-য়াঙ্গোন্দা থানরকপা মতমদা মীরমগী মচাশিং অমুক্তং য়েংহনবা য়াই, ভারতমচা ফাওবা সহরদগী খুঙ্গংদা চেন্দুনা য়েংনরিবনি। মবম অদুনা বম্বুলা শাবা হায়বসে মপান্তাংবা য়াবা থবক অমনি অমসুং মসিসু অচুম্বনি মদনলাল পহৱা মদুগুম্বদু শাবগী লাইসেন্স পায়ববা মেসর্স ভাসেন পুস্পাসেন হায়বদুদা থবক ফংলে।

অদুবু মসিগী থবক অসি, শেন্দোং য়াম্না ফংবা য়াম্না ফোংবদি য়াদবা থবক অমগী অহৌবা মতাংনি, মদুদি হেণ্ড গ্রেনেড শাবা। জাৎ-বিজাতি য়েংথিনবা মতমর্দুদি, অদুগুম্বা খুৎচাবী খুৎলাইদু যাম্না পাম্নরমই, পুলিসনা ফারক্লিবা অশাবা বোম মশিং ময়ামদু য়েংলুরগদি অদুগুম্বা পোৎশক্তু শাবা ফেক্তবি তরামথোই নিথোইদি লৈরমগনি।

মদনলালগী হন্দক মতাংগী বম্বুলায়োনবা য়াওরকপসিনা মহাকী পামজবা লম্বেলদা চঙশিঞ্জরমই। মহাক ফেক্তরিগী গ্রেনেদ শাফম খুৎলাই শূবদা নত্তনা মানা শাজবা গ্রেনেড য়োনবা অমা ওইনসু থবক তৌরমই থৌদৌ অদু প্রেফেসার জৈনগী য়োনবদা শীৎত্রবা লাইরিকশিংদুনা মীনা খঙলক্কদবদু কুপশিনবা ঙম্নমই।

মদনলালনা মাগী লাইরিক অদু য়োনবা ঙমখিবা মীওই অমদি দিক্সিতজি মহারাজনি, আপটেগী পোত্থীদা শুম্মৎখিবা দাদা মহারাজগী মনাওনিপাদুনি। লাইরিক অদুগী পীরকখিবা মমলদি লুপা ৫ নি। দিক্সিতজিসু মদনলালনা লাইরিক মরক্তা য়েপ্তুনা পুরিবা গ্রেনেড খরা লৈরমগদ্রা হাযবসি মখোয় অনীমক কনা অমত্তনা ফোংদোক্লরক্তে। অদুগা তৌরম্লোই হায়না লৌবসু য়াদে। অমা খঙদে অমা খঙদে ময়াম্বগী ওইনা খুৎশু খুৎলাই পৈশিনবা হায়বদু দিক্সিতজিগী মথৌ ওইরমই, অমরোমদা মদুগী নত্তমদুদনি

(আগষ্ট ১৯৪৭ কি লোইরকপা) মাগী ময়াম্বনা আপটেদা গ্রেনেড অমদি ডাইনামাইট ফংফম লীখুন খঙই হায়খিবদো। ওইনীংবা ওইখ্রসনু চুন্নগী লাইরিক অমখক্তং য়োল্লুবনা মীওই অনিদুদা য়াম্না নক্লবা মরী অমদি পুরক্লে। মদনলাল অমুকসু লাক্লিংলমই, অমদি মমৈদদি চাকথোংনবা কোল লীক অমদি ফিরোল খরা চেম্বুর রিফ্যুজি কেম্পতা য়েহ্লেক্লনবসু পীরকই।

তৌফম থোকপা ওইনা মদনলালনা অহানবা হেক লাক্লম্বদগী ময়াম্বা অহল দাদা মহারাজদা পাও পুম্বা তম্লমই। মসিমসু থোকখি মদুদি মদললালদি খঙহন্দনা দাদা মহারাজদা মহাক্লা লোন্না মশক য়েংহনখি।

কারকারে অহম্মদনগরদগী হেণ্ডগ্রেনেড ফংফম লোন্না থিরকপদা, সেপ্তেম্বরগী অরোইবা অমদি ওক্তোবরগী অহৌবদা মদনলালগা উনরে। মতমদু মদনলাল ফেক্তরিদা থবক শূবা ঙমদনা লৈবমই, মরমদি নুমিৎ খরগী মমাঙদা থিংবা ঙমহৌদবা থৌদোক অমদগী মাগী ওইগী খুদোম্বীগী তাং মতোন থংবদু ককখিরমই। মাগী খুদোম্বীদু নাষ্টোকখিবদগী খুৎলাইনা চপখিরমই। মাগী তেংবাংবদুনা খুৎলাইদু লেপহল্লমই, অদুবু খুৎচাদুদি ময়া পানবা তক্লরিবা চাকা অনিগী মরক্তা চপখিরমই অমসুং ঈ য়াম্না থোক্লমই।

মদনলালনা অইবসিদা চহী কয়া লৈরবা মতুংদা হায়, কাদুদা শাবা লোইফাত্রিবা বোম কয়ামুক চাইরি। ডাক্তর অমা কৌরুবা হায়বদুদি লাংফমদা খোঙ থাংজিনবনি। মরমদুনা ঐনা থাঙ অমা লৌরগা খুৎচাদু ককথৎলে।

কারকারে অপীকপা হোটেল মপু ওইবগী বাহে বাপাং হৈবা শেলসু খরা কোম্বা মীসু ওইরম্বনা মদনলালবু মাগা শোয়দনা অহম্মদনগরদা চৎনবা থেম্বা ঙম্লমই। অহম্মদনগরমক্তসু খুলহোংবা কয়া লৈজরমই, মহাক্লা হায়রকপা মতুংইন্না, ১০,০০০ গী মথক্তনি অমসুং অয়াম্বদি মদনলালনা লৈরম্বা পঞ্জাবকি শরুক্তগী ওইরমই। মদুমক্লা হায়দ্রাবাদ লমদমদা লালহৌবদা থানবা খুৎচাবী মীওই কয়া মহাক অমসুং মহাক্কী মরুপ্না খল্লম্বদু খুদোং চানা থোক্লে। মহাক্লা মদনলালবু মথৌ অমা পীরনি হায়বগী বাফমসু হায়রমই। অহম্মদনগরদু মঙোন্দা তাংজফবা লমদম অমা ওইখ্রে, বোম্বেদা মদনলাল মতম য়াম্না মাঙহনখ্রবনি।

খুৎচা ককখিবদু ওইশিল্লক্লবা মতমসিদা মদনলাল অনৌবা থবক অমা অমুক পাম্লক্লে। মহাক কারকারেগা লোয়ননা টিনগী উপু থন্না বোম, পোকখায়গনবা পোং খরগা মৈনা খরগসু হাপ্তুনা কোয়চৎ চৎলমই।

মদু মদনলালগী লাইবকফবা খোঙথাং অমা ওইখ্রে। মহাক্লা হেক চৎখিবগা ভাসেন পূস্পাসেন হায়বা বোম শাফমদু পুলিসকি মীৎয়েং চঙলক্লমই অমসুং থবক

শূবা ময়ামদুগা মপুদুগা ফাখিরমই। করিগুম্বা ফেক্টরিদুদগী মদনলালসু ফারম্লবদি চহী অমা জেলদা লৈরম্বদি শোয়দ্রবনি। অদুবু হন্দক মহাক জেলদা লৈরমগদবদগী নাম্বোকহৌবসিদি অচৌবা ৱাথোক অমদা ওইনা চোংশিন্নবা তাখ্রে -গান্ধি হাৎপগী লৌতুনবা অমসুং পুক্সিচুপ্পগী মিয়াৎ তাখিবদুনি।

মদনলালনা ডাক্তর জৈনগা হিসাব অমত্তা শেংদোক্লদনা চৎখিবনি, অদুনা অহ্‌ম্মদনগরদগী চিঠি অনিখক্তি থাখি, অদুগা মহাক্না ডিসেম্বরগী ময়ায়ৱাইদা বোম্বেদা লাকখিবদা জৈনগা মাগী ময়ুম মঙ্গল নিৱাস, শিবাজী পার্ক দাদরদা উন্নখি। হিসাব অদু পানবদা মাগী পুক্নিংদা কয়া পেন্দ্রবসু মাগা জৈনগা লৈনবা মবীদু ইকায় কায়নবদি থোকখিদে। জৈনগী ৱাফম মতুংইন্না, মদনলালনা মঙোন্দা অমুক হায়খি, মহাক্না জৈনবু মপা অমগুম খল্লি।

অহ্‌ম্মদনগরদা মদনলাল উহৈ য়োনফম অমা ফম্বা হৌরে নৎত্রগা মহাক্না ডাক্তর জৈনদা কায়নথংদা হায়খিবা মতুং ইন্না, মহাক, মাগা মরুপখরগী মতেংনা মপু তাম্বোকখ্রবা মুসলিম হৈয়োনবা অমগী দুকান্দুদা ফম্বা হৌখি। মহাক্কী ললোন ইতিক্কী শেল থংবিবদি মাগী মরুপ মতাক্না কারকাবা সেঠ কৌবা কারকাবে সেঠ হাযবদি শেঙাও পায়বা লনগী মপু হাযবনি। খুলহোংবশিংগীদমক্তা কারকারেনা তৌবিবদু উকবগা মহাক্না পুক্নিংদা কাবকারেবু লাৎচরমই, অমসুং কাবকাবেনা হৌদোবকপা থৌশীল পুন্নমক্তা থৱায় য়াওবমই। অহ্‌ম্মদনগবদা লাকপা হাপ্তা অনিদা ঙায়রিঙৈদা মহাক মখা লৈথরগে লেপখ্রে মহাক্না মমৈদা জবান পীবদা হায়খি, ঐগী কারাবাবসি মতম অমা ফনা চাউখৎলক্রে। মদুদগী হেন্দোকখ্রদুনা হাপ্তা অনিদুগী মনুংদা মহাক খুঞ্জা নুপী অমগসু মরুপ শান্নরক্রে।

ডিসেম্বরগী থায়ায়দা তাঙ্কক নাইনা পুনা কোয়রকপদা কাবকারেনা মদনলালবুসু লোযনবক্লমই অমসুং আপটে অমসুং নথূরামগা শকখঙ-মাযখঙনহল্লমই। অপটেনা অখন্ননা পেঞ্জবদি মমৈথংদা মখোয় পোকখায়বী খুৎলাইদা খুৎলোযবা ফংজবদুদনি। মখোয় মরিমক হিন্দু রাস্ট্র ওফিসকি সম্পাদক্কী লোযশঙদা ফমিন্নদুনা ওক্তোই পোষ্ট লান্দাবগী পোখীদু খন্নরমই। হৌজিক মখোয়গী ৱাৎলিবা হায়ববু কাব অচৌবা অমত্তা ঙায়রে। আপটেনা অমা হেক শীনবা গুম্বদা নথূবামগা মাগা অহ্‌ম্মদনগর থাদোক্লদৌরিবনি। মখোয় অদুম্না তৌরসি লেপ্পরে।

প্রজাশিং খুৎলাই পুবা য়াদবগী অথিংবা হুকুমদু অহ্‌ম্মদনগব জিলা শীম্ভুংনা নবেম্বর তাং ৬ শোক ১৯৩৭ তা চৎনহনখ্রে। মবম অদুনা পুলিসশিংনা জাতি-নিজাতি মরক্তা য়েন্নবদু হুম্বরগনি খল্লমই।

অদুবু থোক্লরিবনা, অহম্মদনগরদা কনানো অমগী হেণ্ডগ্রেনেড মপৈ অমা লৈরি, অমসুং ময়ামদুদগী মরিখক্তি নবেম্বর ২৪ দগী ডিসেম্বর ২৬ ফাওবগী মনুংদা লংশিনখি। অমদি মী থন্না ফম্বা সিনেমা হোল অমদা পোকখায়খি, মদু বসন্ত টোকিজদনি অদুগা অমনা মোহরম উৎসবকি সভাযাত্রা চৎলিবা মুসলিম মপৈ অমগী মরক্তনি।

অঙকপা অমদি, বোম অমত্তনা কনাগুম্বা অমত্তদা অমাঙ অতা থোকহনখিদে, অমসুং কনাসু শিখিদে মোহরম সভাযাত্রাদা লংশিনবদু কাপর বাজার হায়বা অহম্মদনগরগী ডেকান গেস্ট হাউস লৈবা মফমদুমক্তি।

অহানবদদি কনামত্তনা মসিগী বোমশিংসে কারকারে, নৎত্রগা মদনলালগা মরী লৈনহল্লকপা ঙম্লমদে। খুলহোংবশিংগী য়ানীংদবা ফোঙদোকপা সভাযাত্রা কয়াদা অনিমক মাঙজিন থানা য়াওই হায়না পুলিসশিংনা খঙজরবসু মখোয়না অনি অসিবু খোল্লাও-লাওবদা হলেংবা লৈত্রবা অন্দোলনকারি ওইনতা লৌরমই অমসুং মীহাৎ মীপুন পাম্বা ওইনদি লৌরমদে। অতোপ্পা মরম অমনা পুলিস লোয়শঙগী অয়াম্বদি হিন্দুনি। মখোয় খুলহোংবশিংদুগী মতৌদু য়েংবা ঙম্লমদে অমরোমদা খুলদুদা লৈবা মুসলিমশিংদা মখোয়না য়েংনিংদবা অমনা মখোয় কাসিম রিজভী অমদি রাজাকারশিংবু শৌগৎলি হায়না থাজরমই অমসুং খুলহোংবশিংগী খোয়দৌ শাওগৎনবা মখোয় মখোয়গী য়ুম অমদি গীর্জাদা পাকিস্তানগী ফিরাল পাইহল্লমই। পুলিস খরদি মদনলাল অমসুং কাবকারেদা মিনুংশি লৈরমই, মখোয় অনিদি খুলহোংবশিং কনখৎপা মীনি হায়নসু লৌরমই।

কারকারেগী মমিংগা বোমদুগা মরি লৈনহনখিবদু তাঞ্জানা অসুম থোকখিবনি। খা খবগী মমাঙদা পুনাদা মীহাৎপগী থিজিন-খোৎচিনবা তৌবা মতাং অমদা, পুলিসনা কারকারেগী মেনেজর মিস্টর এস ভী কেটকরগী ময়ুমদা থিজিন হুমজিনবা দরকার লৈরমই। থিজিনবা অদুদা কেটকরগী মীশিদুনা মরী লৈনবক্লবা খুদম অমত্তা ফংলমদ্রে, অদুবু অসুম থি হুল্লকপদা টিন উপু অমা, হেণ্ডগ্রেনেড, রিভোলভর অমা, থাঙশাঙ কয়া পোকখায়বী খুৎলাই কয়া মৈনা অমদি পিস্তোল অমদি রাইফলগী মরু চাম্মা চাম্মনা পীক থন্না য়াওরবা অমা থেংনরমই। করি অমুক হায়রব্রনি অখঙ-অহৈশিংনা গ্রেনেডশিংদু সিনেমা হোল অমদি মোহরমদা হুঞ্জিল্লকপদুগা চপ মান্নবা জাৎনি হায়না পুথোক্লমই। কেটকরনা পুলিসতা টিন উপু অদু মাগী মপু কারকারেনা থম্লম্বনি হায়রমই। মসিগী পোৎচৈ ফংখিবসি জানুৱারীগী তাং১ দনি হায়রুদুনা কান্নদে পুলিসনা কারকারেগী ময়ুম অমসুং হোটৈলদা থি-হুম্বা চথ্বরমই অদুবু, থোইদোকপা শোক্লিঙাই ওইবা পোৎচৈদি ফংলমদ্রে। মসিগী থৌদোকসিগী মতুংদা কারকারেগী খোঙথাঙ খুদিং কুপ্পা য়েংশিন্নবা

হুকুম থোকখ্রে। অদুমকপু পুলিসসু কারকারেগী মফমদা কা হেঞ্জিন্না কোমথোকহল্লি। মখা থি হুম্বা চথরিঙেদা মাবু ফাজিনবা নহান্না য়ারবনি। পোকখায়বী অমদি মরু চৎপী খুৎলাই পৈদুনা লৈরম্বা হায়বসিমক য়াম্না হকচীনবা মখলগী মরালনি।

পুলিসকি ঋাকৎ মতুং ইন্না মদনলালগা কারকারেগা পকশিন্নদুনা 'ইরাং থোকহনবা মীনি' হায়না ইরমই। ইকোন কোনবা মহাক্না অহম্মদনগরদা ইরাং থোকহনবসি জানুৱারীগী তাং ৫ দনি, মদুদা কংগ্রেসকি লুচিংবা রাওসাহেব পটবার্ধননা জাতি খুদিংমক চান্ন-চিন্ননা লৈনবা ৱা ঙাঙবা লাকখিবা মতাংদনি। মদনলালনা মশিং নাইদনা মাবু য়ৈথৎলমই, অমসুং মশামক্কী মতুং ইন্না প্লেটফর্মেমদা চেনখৎতুনা পটবার্ধনগী মচিন্দগী মাইক্রোফোন্দু মুল্লমই। মহাকপু মফমদুমক্তা ফারমই অমসুং পুলিস ষ্টেসন্দা পুরগা মথংগী অয়ুক ফাওবা লোক অপতা থম্বীরমই।

জানুৱারীগী তাং ৯ অহম্মদনগর পুলিস ষ্টেশনগী ইন্সপেক্তর রাজাক্না মদনলালগা কারকারেগা ফাজিন্দুনা থন্নবা অচৌবগী অয়াবা লৌনবা চে থাগৎলক্লমই চে অদু অরোইবা ওইনা থোক্লবদা নুমিৎ হুন্নি চঙলমই। মতমদুদদি মদনলালগা কারকারেগা চেনখিরমই-তশেংবদি রাজাক্না মখোয়বু ফাননবা চে থাগৎলকপা নুমিৎ অদুমক্ত মখোয় চেনখ্রবনি।

চিংনবা লৈতবা ঋাফম অমদি পুলিস লোয়শঙগী মরুপ খরা অরোনবা ফাইলদু উকরুগা মখোয়দা তাকথোবকপা জাৎনি। ইন্সপেক্তর জে এন জোসি মতমদুদা অহম্মদনগর ডিস্ট্রিক্ট পুলিস সুপরিন্টেণ্ডেন্টকি সেক্রেটরিদুনা মমৈদা হায়রকখি, মহাক্না অহম্মদনগর রেল ষ্টেশন্দা চেন্দুনা মদনলালদা জানুৱাবীগী তাং ১০ অদুৱাইদা অশেংবদু তাকথোকখিবনি অমসুং, মদনলালনা মঙোন্দা হায়রমই মদুদি মহাক লুহোংবা চৎলিবনি। জোসিনা নুমিৎ মরি মঙানিগী মনুংদা মদনলাল ফাননবা ৱারেন্ট থাগদৌরে উরদুনা, মদনলাল চৎখ্রে হায়বা ঋাফমদু মাগী মবুঙোদা হায়গে খন্দ্রে। তশেংবদি মহাক ঋাফমদুগী মরমদা তাং ২১ জানুৱাবী ফাওবা করিমত্তা কাঙথোকখিদে। মতম অদুদদি মদনলালনা দিল্লিদা গান্ধীগী লাই খুরুমফমদা বোম অমা লংশিল্লুরে, অমসুং অতোপ্পা পোকখায়দ্রিবা গ্রেনেড অমসু পায়রিঙেদা হকথেংননা ফাখ্রে।

মদনলালগী ওইর্নদি লোন্না চথোক চৎশিন তৌবদু য়াম্না ৱাবদি নত্তে। মহাক্না ইন্সপেক্টর জোসিদা হায়বদুমকসু অচুম্বনি। মহাক দিল্লিগী লম্বীদা লুহোংবগী ৱাফমসু খন্ননবনি। মহাক্না ইন্সপেক্টরদা বোম্বেদা ঙাইহাক পনগনি হায়না হায়বমদ্রবসু, বোম্বে হেক য়ৌবগা নুমিৎ নিনিগী মনুংদা মহাক্না মাগী চান্নবীগী মফমদা চিঠি অমা ইখি মদুদা মহাক্না বোম্বেগী লৈফম অমা ইরকই মদুদা নুপীদুনা চিঠি থাবক্লবা। মদুগী লৈফমদু মাগী অইবা মরুপ অদুগীদুনি প্রোফেসার জে সি জৈন মঙ্গল নিৱাস, শিবাজী পার্ক দাদর।

নুপী অদুগী মমিং শেরবস্তা কৌই। পুলিসনা তশেংনা মদনলালনা ইবাং তৌরক্তিভেদা ফাগে হায়নবু খল্লল্লবদি শেরাস্তনা থারকপা চিঠিশিংদা শেন্নরগা লোইরবনি মদুনা অদুম মহাক্কী লৈফম তাকচবগদবনি। চিংনবা মীওইশিংগী চিঠি থংলগা য়েংবা হায়বসি ভারতা য়াম্না চংনবসু ওইরমই। অদুবু পুলিসশিংনা, শেরবস্তগী অফ ফস্ত খঙজদনা মদনলালদা থস্মোয় কংথোক্রমগনি হায়বসি থাজরুদবনি। তৌবতবু মখোয়দি মদনলালবু কুপ্না য়েংশিনবতনি।

শেরবস্ত লাইবক চাওবীনি। মহাক্কী লৈফম হৌফম কনানসু খঙদবনি, অমসুং থারক্লিবা চিঠি অনিদু হল্লকপা পাওখুম চিঠি অনিদুদা নত্তনা কদায়দসু য়াওদবনি। মসিমদি শেংলে মহাক পৎ তৎনা নুংশিরুবে অমদি মসিমদি খঙদে মী অদুনা মহাকপু ঙাইহাক পুন্সি লম্বীদা থেংনবনি তুংকোইগদবা নত্তে হাযবসে। মহাক লাইরিক খরা হৈহৌবদনি, অদুবু মহাক্কীদমক্তা থমোইগী লৈরিবা ৱাফমদুদি ফোঙদোক্লিংলমই; মসিগীদমক্তা মহাক্না থায়নগী চংনরম্বা মতৌ তল্লমই, মদুদি হিন্দিগী কবিতা আর্থ অনিথোক্লা লৌবা য়াবা কয়া চিঠিদা ইবদা হাপ্লকপা, মদুগী আৰ্থদি মঙলৈবাক্তা তাওবা প্রেমিকা অমগী মওং নংএগা পুক্লিং মথুম মবাঙ হৌহনবা ঙম্বা ৱাফর্মনি।

অহানবা ইরকপা চিঠি জানুৱারীগী তাং ১৫ গীদু থোইদোকপা অকাযবা যাওদে। মদু মদনলালনা ইরকপদা হায়রকপা ৱাফম পুন্নমক মহাক খঙলে হাযবকপতনি। মহাক্না নুমিৎ নিনিখক নুংশি শাশিন্নরগা থুনা চংখি, মাগী থমোযদি খাঙঙমদে হাযনা ওইনবি। মহাক্কী চিঠি অদু টেলিগ্রামনি হায়না লৌবো অমদি খুদক্তা হল্লক্লো অর্মদি মাগী ৱাহে পবেংশিংদুনা হায়বিবদুদগী হেন্না খল্লু হাযনা ইবি।

অনিশুবা চিঠি অদু মথংগী নুমিৎতা ইবা ওইরমই, মদুদা মাগী থমোয়গী কংথোকচবদু পন্দুনা ইরি। মাগী নিংশিংবনা নুপী ওইবীগী থমোইদা চৈনা পীরি হায়রদুনা খুদক্তা হল্লকউ অদুগা মাগী শাড়ী অমগা খুদোন খোংউপ অমগসু লৈরকউ ইরি। 'থুনা লাক্লো ঐগী লাংতক্লবা কোকহল্লো', মহাক্না লোইশিল্লমই অমসু ইথরকই,

ঐগী লৈকোল তরক তরকই, নঙনা চংখ্রবদা,<br>
পাইরক্লো নীংঙাইদবা থোইমু<br>
অহিং কযা হৌখ্রে ইনুং কয়ারকসু ঙানখ্রে<br>
ঐগী পুক্লিংদি তয়াং তশোইরি<br>
য়েনীংথাসু লাক্লে লৈরাংসু ফুগাযনা শাংলে<br>
ঐগী পুক্সিগী নুংশি খোঙলোয়, মৈশা লাংহল্লনুনে

হায়নিংবদি কয়ানি করম্নবু পাওদম্লশিগে
অরেম্বনি নং য়াওদ্রবা পুক্সি
পাইরক্লো ঐগী নীংঙাইদবা খোইমু।

হন্দক্তি শেরন্ত মদনলালগী চান্নবী অমা ওইনা মমিং ইরক্লে অমসুং অতোপ্পা চে মচেৎ অমসু ইরমই মদু কোর্টনা নেকপা আর্থ হন্দোকপা মী অদুনা পাবা থোক্রে হায়খি।

খোইমু মায়থকপা অদুদি অহানবা চিঠিদুনা য়ৌদ্রিঙৈদা বোম্বে থাদোকখ্রে। চিঠি অনিদু মহাক্না অহানবা পাবা ফংবদুদি সরকারগী উকিলনা মদনলাল অমদি অতৈদা কেশ শাগৎনবা সাক্ষী ওইনবা কোর্টতা উৎলকপা মতমদুনি।

শেরন্তগী ওইনদি মাগী নুংওনবা চিঠি অনিদু ইখিবগী নুমিৎ মরিনিগী মতুংদা মদনলাল ফাখ্রে হায়বা তারম্লনি। জানুয়ারী তাং ২০ দা মহাক দিল্লিগী বিরলা হাউসতা গান্ধীনা লাই খুরুম্লিঙৈদা বোম লংশিল্লুবগী ফাখ্রবনি।

# মঙাশুবা তাঙ্কক

অহিংসাগী মতাংদদি, অদুগুম্বা পল্লেপফম খণ্ডব্রবা নাম্থগল্লবা চীংমায়গুম্বদুদা
মীওইবগী থবায় কোটি নিফুবু নপ্তুনা হিংহল্লু হায়বসি খনবদা মমই

- নথূরাম গোডসে

জানুবারী তাং ৯ দু ঈরাই নুমিৎ ওইরমই। কারকারে অমদি মদনলাল নুমিৎমুংবা মতুংগী রেলগাড়ীদা অহম্মদনগর থাদোক্লুনা পুনা য়ৌবদা অহিং থেঙলে। হৌজিক্তি মখোয়না চেকশিন্না লোক্তুনা থমজরম্বা খুৎলাই মপৈদুসু ফাজিনবিখ্রে, মখোয়গী অহানবা মথৌদি, মরম অদুনা পোৎ খরা ফংননবা হোৎনবনি। রেলস্টেশনদগী মখোয় শগোল গাড়ী অমা নেক্লদুনা বডগেগী পোৎচে পৈফম য়ৌবদা নুংদাংগী পুং ৮-৩০ তারে। বডগেনা মমৈদা জবান লৌবদা হায়খিবদি, কারকারেনা, মদনলালগা মাগা অহানবা শকখঙনহল্লমই। কারকারেনা অদুদগী ঐঙোন্দা মাল করি করি লৈরি য়েংগে হায়রকখি।

বডগেগা কারকারেগদি মরাঠী লোন্দা ঙাংনবমই, অমসুং মাল হায়বদি পোৎচে হায়বনি অমসুং মদুগী ৱাহে অদু মখোয়না শিজিন্নবদি ফোংনা পুবা য়াদবা বডগেদা লৈবা খুৎলাইবুনি হায়বদি, পোকখায়বী, মরু চৎপী, ডিটোনেটর, অমসুং নোংমৈ মরুনি। বডগেনা মাগী মনাই শঙ্করদা য়ুমগী য়েনখাদা নুঙপাক্লা নন্দুনা লোক্তুনা থল্লিবা মফমদুদগী পুথোরকউ হায়খি। শঙ্করনা, বোম, হেণ্ডগ্রেনেড, নোংমৈ মরূ পিস্তোল অমা, মৈনা অমা পুরদুনা থোরকপা মতমদুদা, মদনলালনা খণ্ডহৈরবা মীগী মীৎয়েংদা তাপ পায়দুনা য়েংলগা, হায়রকই, ঐ পোৎচৈশিংসি শিজিন্নবা হৈ।

ইরোইলোইবা পুনাদগী বোম্বে চৎপা ট্রেন্দু নোংয়ায়গী অদুদনি। মদুমক্লা কারকারে অমদি মদনলালদা আপটে অমদি নথূরামবু কুইনা উন্ননবা খুদোংচাবা পীরমই অমসুং কুইনা থন্নবা ফংনবা তাঞ্জাসু ফংলমই। বডগেনা য়োল্লিবা পোৎ পুম্বা মদনলালনা উবা ফংলমই, অমসুং মদু পুম্বদু শিজিন্নবা য়ারনি খনবদা নুংঙাইরম্মী, অদুবু বডগেদি পোৎচৈ তাঙনা য়োল্লি হায়বসি লোয়না হায়নরে। শেল থুম ৱাৎপগীদমক লাংতক্লরিবা আপটেদি পোৎ খরা হোঙনা ফংবা মফম থিনিংলমই। মদনলালগী অহানবা থবক মফমদু খুৎ লেপ্তুনা লৈরে, অদুবু মহাকসু চেম্বুর কেম্পতা খুলহোংৱা কাংবুশিংদগী বোম শাবা হৈবা অমদি হোঙনা য়োম্থোকপা ঙমগদবা মী অমা থিরমই।

মহাক থুনমক হনবগী মওংদি নত্তে, মরমদি মাগী মখুড়া অমদি মপানা ইরকপা মতুং ইন্না দিল্লি চৎপা লম্বীদা লুহোংনবা নুপী য়েংনীংলম্মী। অদুবু, নুমিৎ খরনিগী মনুংদা বোম্বে হেক য়ৌবগা পোৎচৈ পীবা ঙম্বা থাজবা য়াবা মী অমা থিরগা মদনলালগা বোম্বে ফাওবা লোয়নদৌরিবা কারকারে সেঠকা উন্নহনগে হায়বসু খল্লি।

কারকাকেগী মতুং ইন্না, অমুক হন্না বা খন্নবদু হন্না হন্না চখরে, হায়দ্রবাদতা লালহৌবা, খুৎশু খুৎলাই পুবা ট্রেন্দা লান্দাবা, ওক্তোই পোষ্ট লৌশিনবা। হৌজিক্তি খঙহৈরবা মীসু মখোয়গী মরক্তা অমা য়াওরে থবক অদু ওইথোকপা লোমদা চঙশিল্লক্লে। অহানবা পোথী অনিদু মখোয়গী মতীকচাবা খুৎলাই লৈরমদবনি, অহুমশুবদুগীনা মতীকচাবা কার অমা লৈতবনি।

কাসিম রিজভী অমদি মহাক্কী শীঙনরক্লিবা ধর্ম লৈতবা মতৌ অদুদা মখোয়সু খোয়দৌ থীৎলমই, মখোয়না গান্ধী, নেহরু অমসুং অতৈ লুচিংবশিংবু রিজভী অমদি মাগী রাজাকারশিংবু অমদি মুসলিম পুন্নমক্কীসু মথক্তা অকনবা থবক পায়খৎলক্তে হায়দুনা খুৎয়ান্দুনা শাপ তৌরমই। জেলদগী থাদোরক্লবা মতুংদা কায়নথঙদা, ব্বাফম পুন্নমক লোন্না থন্নুবগী ইকান কান্নবা লৈরক্লবা মতমদুদা, মদনলাল অমদি কারকারেনা অইবসিদা হায়খি, -'জানুব্বারী তাং ৯ গী নুংদাংব্বাইরমফাওবা গান্ধী হাৎপগী ব্বাফম হৌদোক্লরক্তি।

তশেংবসু তৌগদবা অশেংবা অমত্তা লেপথোক্লদ্রি। মদনলাল অমদি কারকারেদি বোম্বেদা কোয়না চৎতুনা পোৎচৈ পীবা ঙম্বা মী অমা থিবা তারি। আপটেগা নথুরামগনা পুনাদা লৈথবা তারি অমসুং করি পায়খৎপা য়াবা খন্নগদৌরি। ব্বাফম অমদি মখোয় লোইনা য়ানরে মদুদি মখোয় লোইনা ফুম্বংনদুনা লেপ্তুনা লৈরে হায়বসিনি। আপটে অমদি নথুরাম বোম্বেদা কারকারে কদায়দা উন্নবা ফংগদগে হায়বা খঙই, মরমদি মহাক মাগী নুপীগী মচে অমগীদা লৈগল্লি মিসেস ললিত কৌই গীরগাওমগী অকোয়বদা লৈ, নৎত্রগা মিষ্টর জি এম জোসি কৌবা থানাগী খুঙ্গং অমদা লৈবা মরুপ মশামক্লা দাদরদা শিবাজী প্রিন্টিং প্রেস কৌবা উনমশঙ অমগী মপু ওইবা অমগীদনি। য়াম্না পাইরক পাইখুগী ওইবা উন্নদবা য়াদ্রগা মখোয় হেক হেক উন্নে। মখোয় অমা লাক্কনি কা হায়নখিবদি লৈনদে।

জানুব্বারীগী তাং ১০ গী অঙনবা অয়ুক্তা মদনলাল অমসুং কারকারে বোম্বেদা থুংলরে। মিসেস ললিতকি য়ুমদা ঙাইহাক পন্দুনা চা কপ অমা থক্লে অদুদগী চেম্বুর রিফ্যুজী কেম্পতা থবক খরা তৌবা লাকখি। তাঞ্জাদু য়ুমগী মীপুম খুদিংমক পুনবা মতম ওইদুনা য়াম্না নুংঙাইরমই।

নোংমাইজিং নুমিৎকি য়াচঙবা মতমদি মদনলাল মাগী মরুপ প্রোফেসার ডাক্তর জৈন উন্নবা দাদরগী প্লাজা সিনেমাগী মমাঙদা লাক্লমই অমসুং নুমীদাং উন্নব লাক্কনি হায়খি। মহাক পুং ৮ দা লাকখি মতমদুদা ডাক্তর জৈনগী মরুপ ফিগী ললোনবা অঙ্গদসিংহ মদনলালগা হান্না উন্নখ্রবা অমসু লৈরমই। অঙ্গদ সিংহনা হায়বা মতুং ইন্না মদনলালনা, মহাক্কী অহম্মদনগরদা ওইজ ওইথক ফংবগী মতাংদা রাজাও য়াম্না ঙাঙখি। মুসলিমশিংবু তাম্থোক্লবা মখোয়না অহম্মদনগরদা কাংলুপ অমা লিংখৎখিবগী রাফমসু হায়খি, কাংলুপ অদুগী শেলগী অরাৎ অপা মেনবনা মবুক ফরবা মরুপ কারকারে সেঠ কৌবা অমনি, অদুদগী মখোয়না মুসলিমশিংনা ফমজরম্বা হৈয়োনফম দুকানশিংদু তাম্থোক্নুনা লৌশিল্লে হায়নসু তমই, অমসুং কংগ্রেস লুচিংবা রাওসাহেব পটবার্ধন্না অশাওবা নেমথৌ অমদি হিন্দুশিংনা মুসলিমশিংবু মচিন মনাওদৌনা খল্লু হায়বদুদা মহাক্না, মদনলালনা, থাঙ অমা শৎতোক্নুনা মাগী ঙকশমদু পায়রগা চিংথদুনা মানা ঙাঙখিবদু ঙল্লগা অমুক্কা হন্না ঙাঙউ, হায়খি অসিনচিংবা।

মদনলালনা অদুদগী মাগী ফুরিংখাওদগী মরাঠী পাওচে খরা পুথোক্নুনা ডাক্তর জৈনদা পীরগা মদুদা থাগৎতুনা ইবা য়াম্না য়াওরে হায়রকখি।

জৈন অমসুং অঙ্গদ মরাঠী নিংথি নুংঙাইনা খঙদে, অমরোমদা জৈনদি মদনলালদা তোনখিবা পৈশাগী মতাংদুগী মহুৎতা পাওচেদু মদনলালগী মবমদা য়াওরক্লিবদুদা হেন্না থরায় য়াওশিনখ্রে।

পুং ৮-৩০ গী অদুদা অঙ্গদ সিংহ চৎখ্রে। মদনলালনা জৈনদা নোংমা নিনি লৈরগা লাক্নুনা অতোনবা পৈশাদু শিংদোক্কে হায়রমই। অদুদগী মহাক চেম্বুরদা অমুক হনখ্রে। অহিং অদুদা মহাক্না শেৱস্তদা চিঠি ইরমই, অহম্মদনগরদা লৈবী মাগী মরুপ অদুনি, পাওখুম হল্লকপদা ডাক্তর জৈনগী লৈফমদু থারকউ ইখিরমই। অদুবু চিঠি অদু নিংথৌকাবা নুমিৎকি যম্না থেঙলফাওবদা থাদখিদে মদুনা শেৱস্তনা যুমশকৈশগী অয়ুক ফাওবা ফংলমদে, জানুৱারীগী তাং ১৪ নি।

হাপ্তা অদু ইংনা চীক্লা হৌখিরমই। পাওচেদা য়াওবা মরু ওইবা পাও হায়ববু মাউন্টবেটেন্না ভারতকি নিংথৌমচাশিংগা ৱারী শানবগী মতাংদনি।

মথংগী নিংথৌকাবা ফাওবদি অচৌবা অওনবা অমত্তা থোকখিদে। গান্ধী চরা হেল্লনি হায়বগী ৱারেপ লাওথোকখ্রে, অমসুং মদুগী পাও লোয়শঙগী পাও মচং খোমজিল্লকপদা য়াওরক্লে পম্বদনা নথুরাম অমসুং আপটেনা গান্ধী হাৎলগে হায়না লেপখ্রে।

খুৎচুম্বী তান্নফম পোৎশক অমা মশানা খঙনা থোকচরক্কে। পাঙথোক্কদবা নুমিৎ অদু জানুৱারীগী তাং ২৩ হায়না লেপ্পরে।

মীওই অনিদুগী মতৌদুসু অঙকপনি, - কবন্না হাৎকদগে, করি খুৎলাইনা, অমদি দিল্লিদা হাৎপা চৎপদুদা কনাবু মতেং পাংহনগদগে হায়বদুতমক খন্নরমই। অতৈ অকুপ্পা থৌরম কয়াদি মতমগী মতুং ইন্না খন্নগদৌরিবনি, খুৎলাই খোমগৎলে, অমদি মানা মানা লৌগদৌরিবা শক্তমদুগী মতাংদা মী খোমজিন্নে থবক শীন্নখ্রে।

মথংগী হাপ্তা চুপ্পদুমা পুনাদা, বোম্বেদা, নিউ দিল্লিদা টেক্সিদা, ট্রেন্দা, অমদি বোম্বেগী লমজাও শোরোক্তা মখোয়গী শাগৎচরিবা ৱাখল অদু পাকথোরকই মমৈথঙদা ৱাফম অদুনা মখুৎ মশিং নাইদনা লোঙলবা হিংচাবা অমগী শক্তম লৌরমই। মী অমা হাৎননবা ৱাফম অদুনা অচৌ পিশক য়েংদনা মশিং লাকঙমদবা মীয়াম অমা হাৎপ তাবমই। গান্ধীবু হাৎননবগীদমক, মাবু কোযশিল্লিবা নুপী অঙাং কয়াসু মশিং নাইদনা অশি অনা থোকপা তারবনি। মদু মীগা মীমান্নদ্রবা অঙাওবতনা তৌগদবা থবক্কি, মদু খ্বাযদগী তমথীবা য়েক্কবা নমথনবা লানগী লুচিংবা ফাওবনা য়েক্কবগী লমদমদফাওবা হেনমল্লি খনগদবা ৱার্ফন্নি। অরোইবদা ৱাফমদু অরেপ্পা ওইখ্রে, দিল্লিগী কোন্নাউট সার্কসকি মেবিনা হোটেলদা জানুৱারীগী তাং ২০ য়াচঙবা মতম্নি, মতৌ অদু অকি তুজুংতন্না য়ানশিন্নরবা মতাং অমদি ড্রামাগুল্লবা মতাং অমদনা মীহাৎপুংগুল্লবা অমনি। মদুমক্তা নথুৰাম অমদি আপটেবু অয়স্বা অম ওইনা উহন্দ্রবসু, থৌনা ফবা মী অমগুম উহন্দ্রে, মরমদি মখোয়না খ্বায়দগী খুদোংথীনিঙাই ওইবা শক্তম মথৈ মখোয়গী মখা থাবাশিংদা ইম্পোক্কে অমসুং মখোয়না মরুমদা লৈহৌনবা শীন্নে। মখোয়না খ্বায়দগী শোঞ্জখ্রবা বডগেগী মনাই শঙ্কর কিস্তায়াদা পীস্তোল অমা হেক পীশিন্নে। লাইবক থীবা শঙ্করদুদি গান্ধী কনানো হায়বা ফাওবা খঙপোৎ নত্তে, অমদি মানা কবি তৌখিবা অমদি পিস্তোল অদু মঙোন্দা কাপকদৌরিবনা করিগীনো অমত্তা খঙদে।

শরৌ অদুগী মতাংদা নথুরাম্না অহানবা পায়খৎলকপা থবক্তি য়াম্না চঙখোল্লি। চহী অনিগী মমাঙদা মহাক লাইফ ইন্সুরেন্স অনিথক য়াওই অমদি লুপা ৩০০০ গীনি অমনা লুপা ২০০০ গীনি। জানুৱারীগী তাং ১৩ গী অয়ুক্তা মহাক ইন্সুরেন্স কম্পানিদা মদুগী ফংফম থোকপা মীওইশিংদুগী মমিং পল্লমই। অহানবদুগীনা সিন্ধু গোপালগী নুপীনি; অনিসুবদুনা চম্পা নরায়ন আপটেগী নুপীনি। আপটে মশামক কবিগী হাপ্পমদ্রিবনো হায়বদুসু খঙবা ঙমই, অদুবু, মসিমসু নথুবাম শেংনা খঙবগুম তৌই মদুদি আপটেগা মাগনা থেংনগদৌরিবা খুদোং থীবা কয়াদা গোপালদি চীৎথরবোইদৰনি।

গোপাল গোডসে চহী কুনতরেৎ শুরে। য়াম্না চীংলেম্বা, ৱা ঙাংবদা হাদবা, মীনুংশি চেনবা মীশক্তি, কনাগুম্বনা মহাকপু মপুক তপ্পা য়ুম পুদুনা লৈবা মী অমনি হায়বিবদা পকচগনি, মওং মতৌ লেপ্পদা ৱাবা মীনি। হিন্দুগী শক্তম য়োকখৎনবগী ময়াম্বগী থৌদৌ অদুদা পুক্নিং লুপ্পা মী অমা শোযদনা ওইৱে মহাকসে, অদুবু কয়া কন্না নহানমখৈদি য়াওশিল্লগে খল্লুদবনি। মহাক নোংমা নোংমগী হিংবগী অৱা অনাসিদা খঞ্জদুনা লৈবা মীনি, হায়বদি য়ুম অদু পুবা, মাগী মথৌ শোয়দনবা হোৎনবা, মাগী কৈরোই লৈকাইগী মীনা নুংশিনবা হোৎনবা।

মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা মহাক লাম্মীগী অচা অথক থাদোক থাজিনগী লোয়শঙদা ওফিস কেরানী অমা ওইরমই। লান হৌরকপা অদুৱাইদা মহাক সমুদ্র ৱাংমদা থবক তৌগে হায়না চোংথোক্লমই অমসুং ১৯৪১ দা মহাকপু পাইফোর্স হায়না কৌবা বৃটিশ তেঙ্গোলদা য়াওদুনা ইরান অমদি ইরাক্তা চৎলমই। মথং চহী অহুম মহাক পাইফোর্সতা য়াওরমই অমসুং ১৯৪৪ গী এপ্রিল থাদা ভারত্তা হল্লক্লমই। মদুগী মথংদগী মহাক অনিশুবা লনকৈ পান্নবা ওইনা কিরকিদা লৈবা অচৌবা ওর্ডিনান্স ডিপোটতা লৈহল্লমই মদু পুনাদগী মাইল মরি লাপ্পী। থবক্কী মতাংদদি য়াম্না পুক্নিং চঙজবদুদা মহাক ফমথোল অমা থুনা ফংবা য়াই হায়না আশা তৌজরম্বনি। মহাক ময়ুম পান্দুনা মচানুপী অনি লৈরে, অমনা চহী অনি শুরে অমদি থা মবিতমক ঙায়রি। কিবক্কী বাজারগী মনীংদা মাগা মাগী নুপীগা লৈবা য়ুমদুদগী ইহ্নোক্তুনা শাবা কা খরা মহাক্না ভাড়াদা শান্দোক্লমই, মাগী নুপীদি নুমিৎ খরনিগী ওইনা পুনাদা লৈবা মপামদা মচাসু পুরগা চৎখি।

গোপাল অখন্ননা নথুরামগা য়াম্না নকশিন্নে মবম অদুমক্না নথুরাম্না অমদি মাগী লোইনবদুনা খল্লিবা ৱাফম পুম্বা চাওরাক্না খঙই, অদুবু মশামক য়াওশিনগে হায়নদি থোইনা খল্লুবা লৈতে। বডগে হিন্দু রাষ্ট্র লোয়শঙদা য়াম্না তোয়না লাকপা মী অমদি নথুরামগা আপটেগা খন্ন নৈনদুনতা লৈজরবসু গোপালগা অমুক্তা উন্নখিদে।

গোপালবু য়াওহল্লক্নবা মখোয়না পাল্লিবদুদি অতৈ নত্তে, মহাক্কী রিভোলভর অমা লৈবদুনি। মদু মহাক্না পাইফোর্সতা য়াওবিঙৈদা থবক্কীদমক্তা পীবা রিভোলভবনি, ৱানা হোৎনদুনা ভাবত্তা পুথোরকখি। থবক্কী পীবা রিভোলভরদি অখন্নবা পোৎনি মদু মীচম্না লৈবা নত্রগা য়োনবা য়াদে। অমরোমদা গোপালগী লৈজরিবা সমাজগী থাক অমদি শেম্নোক অদুনা অখন্নবা মখল নৎত্রফাওবদা পিস্তোল অমগী লাইসেন্স পায়বা য়াবসু ওইদে। ময়ুমদা হল্লক্নগা মদু মহাক্না মাগী খুঙ্গংদা য়ুমগী মনীংদা লৈনুংদা ফুমজিনখিরমই।

মসিগী রিভোলভরসি অমুক পুথোরকপদুনা ওইবা তাই মাগী লমচৎতা অহোংবা অমা লাক্লিবসে, মরমদি মাগী ময়াম্বা অমদি আপটেনা তৌগদৌরিবদু হেক তাবগা গোপাল ঈ খৌরাংলবা লালহৌবা অমা ওনগ্রে। মাগী য়েংবেদা ঈংজ তপচবদুনা মায়খুমফি অমা ওইনা অশেংবদু কুপখিরমই, হায়বদি মাগী পুন্সি চুপ্পদু হু পানবা ময়া অদু অমুক্তং শিজিন্ননবা ঙাইরকপা ওইনা থোকখ্রে। মহাক্না লাওথোক্লমই, রিভোলভরদু মশামক্না শিজিন্নদ্রিফাওবা থাররোই হায়দুনা অমদি মাগী অনীংবদু নথূরাম্নসু হোংহনবা ঙম্বগী বা লৈত্রে। লৌতুনবা ময়ামদুগী মরক্তা মহাকসু অমা ওইরক্লে অমসুং মহাক্না বাশকই, মীহাৎপগী থৌদৌদুগী মতম চারক্লবকান্দা মহাক্না রিভোলভর অদু দিল্লিদা পুরক্কনি। নথূরাম্না মঙোন্দা অৱাৎ অপা মেন্ননবগীদমক্তা লুপা ২৫০ খক পীখিরমই।

গোপালগী লমচৎ শাজৎ জেকিল অমদি হাইড কা ফনা মান্নে হায়বা তাই, হায়বদি মী অমা হাৎলুনবগী ফাওবা ওফিসতগী ছুটি অমা লৌদ্রবদি ঙমদ্রে। তাং তরামরিগী অয়ুক্তা মহাক নুমিৎ তরেৎনিগী ছুটি পীননবা দরখাস্ত থারমই তাং তরামঙাদগী হৌহনবীয়ু হায়রমই, মরমদি মাগী খুঙ্গংদা চৎতবা য়াদবা অথুবা থবক অমগীনি হায়রমই। মখোয়গী কমাণ্ডিং ওফিসারদুনা মাগী দরখাস্ত অদু ককথৎপ্রবদা মহাক্না অতোপ্পা দরখাস্ত অমামুক থারমই মদুদা তাং ১৭তগী অমুক ছুটি পীবিনবা হায়জরমই। হন্দক্কী মতাংদদি য়ারক্লে, অদুতদা মহাক থবক অদু পাংথোক্লুনবা খোঙশানখিরমই।

মরম অদুনা গোপাল রিভোলভর থাংদোকপা মী অমা ওইরে। লুচিংবা অনিদু মখোয়না চৎপদা গ্রেনেড খরগা পোকখায়বী খুৎলাই খরগসু পুরসি লেপ্লরে, মদু বডগেগী দুকান্দা মদনলালদা উহনবদা মদু শিজিন্নবা হৈ হায়খিবদুনি। আপটৈনা বডগেবু কৌহনখ্রে।

মদু পুন্নমক্তু জানুৱারীগী তাং ১৩ দা থোকখিবনি। বডগেদি লমকোয়বা চৎলুবদগী হল্লকপদা পুং খরতা ঙায়রিবনি, মদনলালদা উহনখিবা গ্রেনেড অমদি পোকখায়বী ময়ামদু লৈগে হায়খিবা আপটেগা উন্নবা লাকখি, অদুবু পোৎচৈশিংদু পীথোক পীশিন তৌনবদি বোম্বেদা তৌনসি হায়রে। মসিগী ওইবা য়াবদি আপটৈনা বোম্বে ফাওবতদি নোংমৈ গুলি ময়ামদু কোকথোং নাদুনা পুবদা ফাহনখিদনবনি। অতোপ্পা মীৎয়েং অমদনা মহাক্কী পৈশা অমত্তা লৈজদবদগী বোম্বেদগী খোমগৎকে খল্লম্বসু য়াই। বডগেনা ৱাফমদুদা য়ানীংদবা অমত্তদি লৈতে অদুবু মাগী মনাইদুগা মাগগী চৎথোক চৎশিন ভাড়া পীবা তাই হায়রমই। মখোয় মথংগী য়াচঙবদা বোম্বেগী হিন্দু মহাসভা ওফিসতা উন্নসি হায়নখ্রে।

ডেকান এক্সপ্রেস পুনা রেলষ্টেশনদগী নুংথিলগী পুং ৩-৩০ দা থাবদুনা বোম্বেগী ভিক্টেরিয়া টার্মিনসতা, পুং মরি চৎলবা মতুংদা থুংই। জানুৱারীগী তাং ১৪ দা বড়গে শঙ্করগা লোয়নরদুনা থার্ড ক্লাস ডাবা অমদা তোংলমই। শঙ্করনা থাকিনা তুবা পাইতু খাও অমা লেংদা য়াম্বরি, মদুদা হেণ্ড গ্রেনেড মঙাখক বোম অনি ডিটোনেটর তরুক অমদি মৈনা মকোন অমসু য়াওরি, মদু আপটে অমসুং গোডসেদা বোম্বেদা পীগে হায়নখিবদুনি। বড়গে মশামক পুলিসনা যাম্না য়েংশিনবা মী ওইরুবনা য়াম্না চেকশিল্লি। করিগুম্বা হকচাং মাদুনা য়েংবা তারক্রবদি শঙ্কর মথন্তা ফাখিবা য়ানবা শীল্লবনি। মহাক শক্লোৎনীংবসু পোকই। মহাক হৌখিবা হাপ্তা খরদা মকোই কোক্তনা থৌওইনা শাংহল্লে, ঙসিদি মহাক উরিবোম শঙবা ফি অমদি খুউ যৌবা অচোনবা উবৈরোম ফুরিৎ লীৎলমই। মঙক্তনা উইহে অকংবনা লেংবা পরেং অমা শিরগা মমায়দনা উৎ তৈশিল্লে। মহাক লাইনীংবা সাধু অমা ওল্লে। সাধু অমত্তনা অমুক্তা অসুম্না ফিজোল শুনা শেৎনদবনি, মদুসু মী চিনখ্রবা থার্ড ক্লাস রেল ডাবা অমদনি বড়গে উবদা খুদোংথীবগী খুদম ওইরবা মৈ মচু অমা মালমগনি। অদুবু মাগী শক্লোৎপদুনা মাবু হেন্না অতম্বনা উহল্লব্রা হায়বগী ৱাখলদু বড়গেদি ইখন খল্লুবা লৈতে।

ডাবা অমা অনি খল্লগা ইহাঙ হাঙবা সেকেণ্ড ক্লাসকি ডাবা অমদা নথূরামগা আপটেগা ফম্মী। মখোয় থোঙনাও মনাক্কী মায় ওনর্শিন্নবা ফম্ফম থিদুনা ফল্লমই। বড়গেনা শক্লোৎচনবা হোৎনবদা ড্রামাগী নাযক অমগুম্লবনি, অদুবু নথূরামগা আপটেগদি মখোয়গী শক্লোৎচবগীদমক থোইনা খল্লুদে। নত্রগা মখোয়না মদুগুম্বা ৱাফমদু খন্নদ্রিঙৈদা আপটেনা, শকফজরবী নুপী অমনা কোয়না চৎতুনা থোঙনাও মনাক্কী ফম্ফম অমা থিরিবদু উরকই। আপটেনা হৌগৎতুনা মাগী ফম্ফমদু পীরমই অমসুং মশামক মাযোক্নবা ফম্ফমদুদা নথূরামগা থংননা ফল্লমই। ট্রেন অদুনা হেক থাখিবগা মহাক্লা নুপীদুদা মহাক বিস্বা নৎত্রা হংলমই, মমিং লৈববী সিনেমা য়াওবীনি, অমসুং মশামক্লা চুমই হায়রকই মদু মাগী সিনেমাগী পুন্সিদা কৌনবা মিংনিসু হায়রকই।

ট্রেন অদুনা বোম্বেগী খুঙ্গং দাদর হাযবদু নকশিল্লকপা মতমদদি মখোয় চুন্নগী ৱারী ৱাতায়দগী য়াম্লা খঙননা তিন্নরক্লমই, মশামক দাদর কুমগদবা আপটেনা বিস্বাসু দাদরদা লৈবনি হায়বদু খঙবা ঙম্লকখি। নুপী অদুবু ময়ুম য়ৌনবা থিল্লুরা হায়না মহাক্লা হংলমই, অদুবু মাগী মবুংদু ওকপা লাক্লে। নুপী অদুনা, করিগুম্বা মানা লৈরিবদুগা নক্নরবদি আপটে অমসুং নথূৰামবু থাদবিবমগে হায়রে, চৎফমদি শিবাজী পার্কতনি। মাগী ময়ুমদু মানা হায়বা মতুং ইন্না সবর্কাবগী ময়ুমগা হেক থংনবনি অমসুং সবর্কার সদন কৌই।

আপটেগা গোডসেগদি অশেংবা হিন্দু মহাসভা ওফিস য়ৌনীংবনি মদু সর্বকারগী ময়ুমদগী মাইল মখায়মুক লাপ্পনি, অদুবু আপটেনা বিশ্বানা থিনবিরমগে হায়বদু হরাওনা য়াথোকউরে। মহাক্না মখোয় অনিবু সর্বকারগী য়ুমগী চঙফমদা থাদবিরল্লে অদুবু মখোয় চঙখিবদি উখিদে।

নুপীনা য়াবা নিপানি হায়না পোঙজবা আপটেনা মাগী মায়োক্তা শাক্ষী ওইনা শিজিন্নবা য়াবা মচাক লাঙশিঞ্জবতা নত্তনা, মখোয় করি তৌদৌরিবনো খঙজদবা সর্বকারবুসু চেন্নবা তৌরমই। মরমদি বিশ্বানা মীচঙ মীথোক ফবা নহা অদুগা অমদি চীংলেশ্বা মরূপ অদুগা মানা থিনবিরম্বদু নিংশিংলম্মী, অমসুং মানা কোর্টতা জবান পীবম্বা অদুনা, সর্বকারবু লৌতুনবদুদা মরুওইনা শীল্লিবা মীনি হায়বা ৱাফমদু লায়না কোনশিল্লকপা ঙমখি।

বিশ্বাগী কারদা ঙাইহাক হকচীৎ লাঙউবদুনা মখোয়বু, বডগেগা উন্নশি হায়নখিবা হিন্দু মহাসভা ওফিসতগী লাপ্পা পুথোকখি, অমসুং পুং ৮-৩০ হেল্লবা মতুংদতা মখোয় লাকই। মহাক্না মমীং চৎলবী সিনেমা য়াওবী অমগা তাঞ্জা চাদুনা থেংনবদু বডগে অমসুং শঙ্করদা তমথোকউদবনা ফরম্বনি, মদুগী ফলদুনা বডগেসু ৱাফমদু লোইনা খঙদোকখ্রে।

অচৌবা সহবদা কোয়বা লাকপদুদা শঙ্কর কিস্তায়াদি পুক্লিং নুংঙাই ইপাক্তা তাওবমই, অদুবু বডগেনা মখোয় দাদরদা কুমগদবনি হায়রকপদা নীংবা কায়রমই। মানা তকখৎলকই, - কবিগীনো? মরমদি মফমসিদনি ঐখোয়না পোৎচৈ পীথোক পীশিন তৌনগদৌরিবসে।

আপটেগা নথুরামগসি মখোয়না ট্রেন অমত্তদা তোংলি হায়বসি খঙদগুমসু তৌরি, মখোয়গা প্লেটফোর্মদসু থেংনদবগুম তৌই। সংসার থাদোক্লবা মীওই অমগী শক্তমদুদা বডগেদি হিন্দু মহাসভা লোযশঙ ফাওবা চৎনীংলমই।

লোয়শঙ অদু মথোল অহুমগী য়ুমজাও অমনি। মরুওইবা কা মদুদা লোয়শঙগী মীওইশিংনা ফমদুনা লাইরিক পাদুনা ৱারী ৱাতাই তৌনদুনা (কবিগুম্বা কান্দা অহিং লেকফম ওইরিবা) মফমদু অহানবা মথোন্দনি, মদু থাক পানবা লম্বী অমদা কারক্লগা অতৈ মথোলশিং য়ৌনবদা শোয়দনা ফাওদবা যাদবা কানি। বডগেনা, নথুরামগা আপটেগা মফমদুদা লৈরমদ্রে উবদুদা ঙাইথরগে খল্লে। পুংখায অমগী মতুংদা শঙ্কবগা মহাক্না চা গ্লাস অমা থক্লুনবা মখাদা কুমথরুগে তৌবগা, আপটেগা গোডসেগা কাদুনা কাখৎলকই।

আপটেদি বডগেদা পীননবা পৈশাদু খোমজিল্লকুবা মতম ফংলক্তে। মখোয় ফম্মিন্নদুনা ৱারী ঙাইহাক শারুরগা অসুন্না লেপ্পরে মদুদি বডগেনা মাগী খাও অদু চেকশিন্না কদায়দনো অহিংদুমা থল্লগা মথংগী অয়ুক্তা অমুক পুরক্লবা; অদুগী মতুংদগী, বডগেনা মতুংদা হায়রকপদগী খঙবদি, মখোয় টেক্সি অমা লৌরগা ভুলেশ্বর মন্দিরগী মনুংদা দিক্ষিতজি মহারাজগী ময়ুম তন্না থৌহল্লকখি, মফমদু য়ৌবদা পুং তরা হেল্লে অমসুং দিক্ষিতজিদি তুন্নস্মে। অদুবু বডগেদি য়ুম অদুদা কয়ারক লাকখ্রবনিনা, দিক্ষিতজিগী মনাই নরায়নবু খঙই, অমসুং খাও অদু মঙোন্দা পীরগা হয়েং অয়ুক লৌগে হায়রল্লগা চৎখি। বডগে অমসুং শঙ্করনা দাদরদা হল্লকপদদি নোংয়ায় য়ৌরে অমসুং হিন্দু মহাসভা লোয়শঙদা থুংলে, মফমদুদা আপটেনা অহিং অদু লেকউ মথংগী অয়ুক্তা উন্নসি হায়রম্বনি। মখোয়না কা অচৌবদুদা চঙলকপদা মৈ অয়াম্বা মুখৎনরম্লে, লৈমায়দু মী মরি মঙা অমসু হিপ্তুনা লৈবা উরমই। মী অমখক হৌগৎতুনা ফমই, অদুগা হায়রকই, বডগে কব আয়ে? (বডগে নং করম্বা কান্দা লাকই) ? বডগেনা অসুক খুৎচঙনা শকলোৎপদুদি অরেম্বা তারে। ৱাহং হংলক্লিবদুদা চঙরুনা য়েংশিন্নরগা, নোল্লুক্না শক ওন্নরমান্নে হায়না হায়রুই, অদুবু মিকুপ খরগী মনুংদা মহাক অদু মদনলাল পাহৱানি হাযবা খঙবা ঙমখি, মহাক্তু কারকারেনা মাগী দুকান্দা নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা পুরকখিবনি।

শকখঙনবদু অমুক হৌরে, মখোয় ৱারী কয়াসু চীকথনা শারে, অমসুং মদনলালগী হিপ্ন চানবা মরাং কায়রমই অমসুং মখোয় অনিদা হিপ্ননবা কম্পোর অনি অমগা থানবা অমগা পীরমই।

মথংগী অয়ুক্কী পুং ৮-৩০ দা মদনলাল য়াহৌবদা ঙায়রি আপটেগা নথূরামগদি থুংলরে। অহিং অদু মখোয় অনিদি মেরিন দ্রাইভতা লৈবা সি গ্রীন হোটেল (সাউথ) তা লৈরুই অমসুং পুং অমগী মমাংদা থাদোক্লম্বনি। মখোয় ফোর্ট মনাক্তা লৈবা টাটা এয়ারলাইন্স ওফিসতা জানুৱারী তাং ১৭ তা চৎতুনা, নুমিৎ নিনিগী মতুংদা নুংদাং ৱাইরমদগী দিল্লি পাইগদবা প্লেন টিকেট লৌরুরবনি। মখোয়না টিকেট অদু অশেংবা মিং লোৎতুনা কক্লমই, আপটেনা ডি, এন কর্মরকার অমসুং নথূরাম্না এস মরাঠে কৌরমই।

মহাসভাগী কাদা মখোয়না মদনলালদা মথং উন্নরসি হায়রল্লগা বডগেগা শঙ্করগা পুরগা থুনা থোরক্লে। লম্বেলদগী টেক্সি অমা ফারে অমসুং কারকারেগী মরুপ জি এম জোসিনা হোৎনরিবা দাদরদা লৈবা মাইল অমমুক্তা লাপ্পা শিবাজী পৃন্তিং প্রেস তন্না লাক্লমই। প্রেস চঙফমদুদা মখোয় কারকারেগা থেংনরে। আপটেগা নথূরামগনা কারকারেবু নাকল অমদা পুথোক্লগা মখোয়না লেপ্পখ্রবা ৱাফমদু তন্নমই, অদুদগী মখোয়

লোইনা টেক্সিদা ফমদুনা হিন্দু মহাসভা লোইশঙদা অমুক লাক্রমই। মফমদুদা মদনলালনা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মী, মাগী হিপ্পবা চানবদু নিংথিনা কোনশিল্লম্লে। বডগেনা শঙ্করবু মহাক্কী কাদা লৈরুচো হায়না থাদোকখ্রে অদুগা মদনলালনা মাগী কোনশিল্লবা হিপ্পা চানবদু পুথোকখিদুনা টেক্সিগী মনমগী পোৎ হাপ্পবদুদা থাঙৎলুরে অদুগা চঙলকই। মখোয়না টেক্সি অদু দিক্ষিতজি মহারাজ লৈবা ভুলেশ্বর মন্দির তম্না থৌনবা হায়রমই।

দিক্ষিতজি ফমুংদা লৈরম্মী, মহাক লৌনগল্লবা উনশাগী লায়না অমনা নাদুনা লৈরমই। অরাকপা পুম্বা মনুংদা চঙলক্লবা হায়রমই। মহাক, আপটে, নথুরাম, বডগে, মদনলাল লোইনা অমুক অমুক উন্নখ্রে অদুবু কারকারে হায়বসি কনানো হায়বা খঙদে। অতৈনা কারকারে কনানো হায়বা খঙহল্লবা তুংদতা দিক্ষিতজিনা মাগী মীনায় কৌদুনা ঙরাং অহিং থম্লম্বা বডগেগী খাও অদু পুথোরক্লবা হায়রমই।

দিক্ষিতজিনা, বডগেনা মঙোন্দা খঙহন্দনা মাগী ময়ুমদা অৱাবা নংবা য়াবা পোৎচৈ থমজিল্লম্বগীদমক্তা য়াম্না খোয়দৌ শাওগৎতুনা লৈরম্মী, অমদি বডগেনা করিগুম্বা অবোন অথুপ অমত্তা হেক লৈতবমখৈ খাওদুদা য়াওরিবা পোৎচৈদু পুথোবকপদুসু য়ানীংলমদে। বডগেনা মরুপশিংদুদা গ্রেনেড অমা করম্না শিজিন্নগদগে হায়না তাক্লিবদু উবদা অমুক্কা হেন্না থীনা হায়নীংদুনা লৈরি, পোকখায়ফমগী মচৈদু হুঞ্জিন্দ্রিফাওবা পায়শিন্দুনা থমগদবনি হায়বসি বডগেদি খঙদবগুম তৌই। তৌবগীদি দিক্ষিতজিসু গ্রেনেড অমা অমুক্তা শিজিন্নকদ্রিবনি, অদুবু করম্না হুঞ্জিনবগে হায়বদুদি ফিল্মমদা য়াম্না উখ্রে, অমসুং মসিমদি খঙই খুৎপায়ফমগী মচৈ অদু থাদোক্লগা গ্রেনেড অমা পায়দুনা লৈবা হায়বদুদি মীশি থীনা শিবগী ৱানি। মহাক্না ময়ামদা শন্দোক্না তাক্লমই, স্প্রিং অদু কন্না পায়শিন্দুনা থমগদবনি। অদুদগী মহাক্না অমুক হায়রমই, সিনেমাদা উবদুমক্কি, -পিন অমা য়াওরিবদু য়ানা চিক্লগা শৎকদবনি।

ওয়োকপা হায়বদুনি, নিংশিংবা য়াবা অমনা মদনলাল মশামক বোম শাবা হৈবদা নত্তনা হুঞ্জিনবা য়াওখ্রবসু, লাম্মীশিংনা শিজিন্নবা হেগু গ্রেনেডকি মরমদি ইখঙ খঙলমদে। ময়ামদগী হেন্দোক থোইদোকপা জ্ঞান উৎলম্লগা সংসার থাদোক্লবা নিপা অদু ঙমদনা হৌগৎতুনা অনাবা ফনবা ইরুজনবা চৎখিরমই, অদুবু মাগী পেন্দবদুদি অদুম ইকোক কোক্তে, মমৈদা উরক্কনি, মহাক অমুক হল্লক্তুনা মখোয়গী মরক্তা য়াওরবা মতমদদি য়াম্না তেংবাংনীংদবগী মতৌ অমসু উরে।

তুম্ফম কাদুদা কোয়বা লাক্লিবা মীওই মঙাদু মথক্তা হুন্দোকপিরম্লে। মফমদুদা কারকারেনা মদনলালবু মচি অমদা কৌথোক্লুনা হায়রমই, মখোয় গান্ধী হাৎলসি হায়বগী ফিরেপ লৌনরে। মদনলাল হায়বসি ৱারেপ লৌবদা থুগনবা মখোঙ য়াঙবা মীওইনি,

ব্রাফমদুদি য়াম্না চঙখোনবনি হায়রদুনা বডগেগী খাও অদু পায়খিরমই। ঙাইহাক লৈরগা খাও অদু হিপ্পা চানবা ফি কোনশিনবদা য়াওহনখিরমই মদু মহাক্না চঙফমদা থম্লম্বদুনি।

মদনলালনা দিল্লিদা চৎলিবদু মাগী মরী মতাশিংনা নুপী কয়ামরুম অমগা উন্নহনগদৌরিবনি, মখোয়দুগী মরক্তগী মাগী কন্যা ওইগদবী অমা থনগদৌরিবনি অদুনা থুনা চৎনীংলমই। মাগী মতৌদুনা উৎলিবদি মহাক গান্ধী হাৎপদা হকথেংননা য়াওরোইদৌরি অমসুং মাগী লুহোংবগী ব্রাফমদু অদুম পাঙথোক্লিংবনা লাংতক্নরি। মদনলালবু শেম্বীরকপা মীওই কারকারেনা খুদক্তা হৌদোরকই, অফংবা ট্রেন অমদা বোম্বে থাদোক্লসি হায়দুনা। দিল্লি য়ৌরগা মখোয় হিন্দু মহাসভা ভবন দিল্লিদা লৈরসি লেপ্লরে, মফমদুদা নথুরামগা আপটেগা জানুবারী তাং ১৮ গী অয়ুক্তা উন্নসি হায়নখ্রবনি।

আপটে অমসুং নথুরাম হৌখিবা নুমিৎ হুন্নি মখোয়না পাঙথোকদৌরিবা শরৌ অদু হন্না হন্না খল্লবা মতুংদা খল্লকই, শোয়দনা মায় পাক্নবগীদমক্তা রিভোলভর অনি অমগসু দরকার ওইরি। দিক্সিতজিনা হায়দ্রবাদ লমদমদা লৈরিবা মাগী মীওইশিংদা রিভোলভর অমদি মরূচৎপী খুৎলাই কয়া পীখ্রে হায়বসি মখোয় খঙই, তশেংবসু মহাক বডগেদগী রিভোলভর অহুমদি লৈখিবনি। আপটে হৌজিক্তি রিভোলভরদু ফংননবা দিক্সিতজিবু থেম্বা দরকার লৈরে হায়দুনা নথুরামদা খঙহল্লমই, কারকারে অমদি মদনলালবু কাদু থাদোক্নবা হায়খ্রে, অদুগা মহাক্না মদনলালগা দিক্সিতজি হল্লকপা ঙাইহৌই।

হন্দক্তি দিক্সিতজি থরা হায়না তানবা য়ানা উরে অমরোমদা আপটেনা কাশ্মিরদা খোঙচৎ অমা চৎপগী নুংঙাইরবা ব্রারী অমসু লীশিল্লে অদুগা মখোয় রিভোলভর অমা দরকার লৈ, দিল্লিগী ব্রাংমদা চৎপদা খুদোংথীনিঙাই য়াম্না লৈ হায়রমই। অদুবু, হন্দক্তি দিক্সিতজি মতেং পাঙঙু য়াদ্রে। ওইথোকপা য়াবদি ময়াম্বা দাদা মহারাজদগী আপটেগী থৌশিল পুম্বা মতেং অমত্তা পাংদনবা য়াথং ফংলম্বসু য়াই। রিভোলভর অমথক্তং লৈননবা শেল খজিক্তং থংননবা ফনা কন্না হোৎনরম্লগা মায় পাক্লদুনা আপটেগা বডগেদা চৎখিরমই।

ভুলেশ্বর মন্দিরগী লাইমাঙদা ঙাইহৌরিবা ময়াম তন্না মখোয়না থোরক্লিংঙৈদা, বডগেগী ব্রারোল মতুং ইন্না, আপটেনা মহাকপু দিল্লিদা চৎমিন্নসি হৌরমই।

বডগেসু, মখোয়না ঙাঙনরিবা তানরিবা পুন্নমক্তা য়াওরিবা মী অমা ওইনা তৌদৌরিবসি করিনো হায়বদু খঙলমদবা হৌনদে। অদুবু আপটেনা দিল্লিদা করি তৌবা চৎকদৌরিবনো হায়না হংলমই, সবর্কারনা আপটে অমদি নথুরামদা গান্ধী অমদি নেহরু লোইশিল্লো হায়না হুকুম তৌরক্লে।

বডগেনা জবান পীবদু 'এপ্রুভর' ওইননি হায়বদি মরালদি লৈবা অদুবু সরকারগী কেশতা শাক্ষী পীশিন্দুনা তেংবাংবগী মহুৎ ওইনা ঙাকপিনবা নিজবা মীনি। লৌতুনবা অমা য়াওই হায়বসি প্রমাণ তৌবা ঙম্বতা নত্তনা সর্ব্বকারনা মপুং ফানা শীনবনি হায়বসু ঙমগদবনি। অদুবু নেহরুগী মমিং য়াওহন্দবদুদি করি মরমগীনো হায়বা ঙমদবগুম তৌই, মদু পুক্নিং শোকপদু হেনগৎলক্তনবা তৌবা ওইরম্বসু য়াই।

অদুবু, মশাগী ৱারী মতুং ইন্নদি মহাক পুক্নিং শোকপা নৎত্রগা নুংনাংবা অমত্তা লৈখিদে। মদুগী ওন্ন তৈনবদা মহাক শরৌ অদুদা অঙকপগা নুংঙাইবগা য়াম্লনা শরুক য়াখি। মানা হায়রকপা ৱাফম অমত্তংদি পুনাদা নোংমতং পম্বরগা ইমুং মনুং অমুক্তং য়েংশিল্লম্বতনি।

ইমুং মনুংগী থবক অদুদি অতৈ নত্তে মাগী লেমহৌরিবা য়োন্ননবা পোকখায়বী অমদি হেণ্ডগ্রেনেডশিংদু মফম চানা লোইশিল্লম্বগী ৱাতনি। গান্ধীদা পিস্তোল কাপ্লুরবা মতুংদা অমুক ইংনা হল্লক্তুনা পুনাদা মাগী কারবারদা করিমত্তা থোকখিদবদৌনা অমুক হল্লকনি হায়বসে মহাক মশামক ফাওবা খল্লুদ্রবজাৎনি।

অসুম হায়না বোম্বেদা ভুলেশ্বর মন্দিরগী লাইমাঙদা আপটেগী ৱাহং অমদা খুমদোকউবা পাওখুম অমদগী বডগেসু লৌতুনবদা য়াওবা মী অমা ওইখ্রে। অদুগা বডগেনা কদায়দা শঙ্করনা কদায়দা মখোয়না হাৎকদবদু কনানো অমদি করিগীনো করিমত্তা খঙদবা মহাকসু মদুদা চোংশিঞ্জে।

অদুবু থোক্লিবা থৌদোকশিংসিনা তাক্লিববু বডগেদি লৌতুনরিবশিংদুনা পৈশা পীথোক্লকপা ঙাইবদুনা মাঙওইনদুনা মফমদুদা চিংশিল্লকপনি। মহাক পৈশাগী ৱাখলদা ঙাওরে, মাগী পোৎ লৌথোক লৌশিন তৌনবা কয়া অমনসু মঙোন্দা মতম চানা শেল শিংদোকপিদ্রে অমরোমদা মহাক, নথুরাম অমদি আপটেগী পুন্সি অদুবুসু পামজরুই। বোম্বেদা নথুরামনা মরক মরক্তা লুপা ৫০ হেক হেক পী, মদু মাগী চৎথোক চৎশিন খরচ ওইনবনি হায় অদুবু, পোৎচৈ লৌনবগী শেল অৱাৎ অপাদি তপ্না শিংদোক্লগনি হায়। বডগেনা মশানা য়াজনা হায়বা মতুং ইন্না বোম্বে য়ৌরফাওবদা লুপা ১০ ফাওবা চঙদে, মহাক হরাওবা অমদি ঙকপদা খমথেংবদি মাগী মখুৎ চাওবদুনি। মখোযসিদি তিন্নবা য়াবা মীনি খনখি। আপটেনসু মাগী দিল্লিদা চৎপগী অচঙবা খবচ অদুসু হঞ্জিনগনি হায়খি, অদুগীসু মথক্তা বডগেনা যাজদ্রবসু আপটেনা মখোয়গী খোঙচৎতু হেক মায় পাকপগা অচৌবা মনা অমসু পীগনি ৱাশকখি।

মতম্না হৌখিবদু নুংঙাইবা ৱাখল অমদা ওইখি। তৌরিবা থবক্তি খজিক্তা অদুবু ফংগদবা ওইজ ওইথক্তি মপাল নাইদ্রবনি, অমবোমদা হাওর হাওরবা চরা কয়া হোটেলদা

চারিবা মরক্তা রমগী নিশা লোয়ন লোয়ননা অরাপ্পা লমদমদা কোয়বা মদু সিফাইমচা অমদা ওফিসারগী টেবলদা ফমহনবগী খুদোং চাবা পীবগুম্বনি। বডগে মথৌ কন্না শূরমই ঙমজবী থাদুনা অরোইবা ফাওবা মাগী শিংলি পুম্বা শোষ্ট্রিফাওবা। অদুবু মমৈদদি মহাক মনাদু ফংবদা মতীক চাবা মী ওইখিদ্রে।

অমরোমদা খোঙচৎ অদুদা মানা পীখিবা খুৎশু খুৎলাইদুগী মমলশু ফংখিদ্রে।

মসি শক্তম্লাংবা ময়ামদুগী চাওরাকপা শক্তম উৎপনি। মখোয় পুন্না তরেৎনি; জুরা অহুমদু আপটে/নথুরাম, কারকারে/মদনলাল অমসুং বডগে/শঙ্কর অমদি নাইতোম তারবা গোপাল, মশামক পুনাদা ছুটি লৌনবগীদমক্তা মকোক শাজরি। অতোপ্পা তরুক অদুনা লাইশুমাঙদুদা চীবোন চীবোন তৌনরম্লগা কায়নখ্রে। বডগে পুনাদা অমুক হল্লুবা অদুশু য়ুম কৈ লোইশিল্লম্লগা তাং ১৭ কি অয়ুক্তা বোম্বেদা মখোয়গা অমুক উন্নবা হায়না লেপ্পরে। মতম অসিদা রিভোলভর অমা ফংবগী মওং উরক্তুবদা, অমরোমদা গোপাল তশেংনা দিল্লিদা মাগী রিভোলভরদু পুরগা লাকপা ঙমগদৌরিব্রা হায়বসি খঙদ্রবদা, নথুবাম মশামকসু পুনাদা নোংমতং চৎতুনা গোপালগী রিভোলভরদুতংদি শোয়দনবা, লৌরুগে লেপ্লে।

পঞ্জাব মেল হায়বা মদনলাল অমসুং কারকারেনা বোম্বেদগী তোংসি লেপ্পরিবদু ভিক্তোরিয়া ষ্টেশন নুংথিলগী পুং মঙাদা থাদোকই। ট্রেন অদু মখোয় পুদনা অদুম চৎলম্লে। মতম ঙাইহাক্তং ঙায়শিল্লক্রবা মতমদুদা মদনলাল দাদরদা ডাক্তর জৈনগী ময়ুমদা মাগী চিঠিকা লাকপ্রা য়েংনবা চেল্লুই। চিঠি অমত্তা লৈরমদে। মদনলাল ডাক্তব জৈনগী তোনবা শেন্দোল শিংদোক্লম্লে অদুদগী উৎচনীংবা মওংদা ড্রামাগী নায়ক অমগুম মাগী মপু অদুদা খঙহল্লমই মদুদি মহাক দিল্লিদা চৎকদৌবিবনি অমদি মাগী খুপ্পদুনা কনাগুম্বা লুচিংবা অমগী মপুন্সি লোইশিনবগী শরৌ শীন্নরি হায়রমই। জৈননা মমৈদা হায়দোরকখিবদু, লুচিংবদু কনানো হায়দুনা মানা তক্কুনা হংবদা মদনলালনা মহাত্মা গান্ধীনি, হায়রমই। মদুগী মথংদি জৈনসু মাবু চৈহৎতুনা অঙাংদৌনা তৌনু জ্ঞান তাও হায়দুনা ৱারী শাংনা শারমই অমসুং মানা তৌগদৌরিবদু তৌদনবা কযা থেম্লমই।

ৱারী অসি শানহৌবদুনা, ডাক্তর জৈননা হায়রকই, মদনলালনা মঙোন্দা হায়রকখি, মহাক ঐনা হায়বা ইল্লগে মরমদি মহাক্লা ঐঙোন্দগী মতেং কয়া ফংখ্রবনি অমসুং ঐবু মপাগুম্না খল্লি, অমসুং কবিগুম্বা মহাক ঐগী পাওতাক ইন্দবা তারবদি মুৎপা ওইগেসু হায়খি।

ডাক্তর জৈন্না করিগী অসুক লুবা ৱাফম অমা অতোপ্পা অঙম্বা অমদা নুমিৎ তরুক্কি ফাওবা হায়দোক্তনা লৈরম্মীবনো মদুগী মরম মাতনা খঙই, অমসুং মদু বোম্বে

সরকারগী মন্ত্রি অমগা উন্নদুনা পুলিসতা মাগী মমিং য়াওবদু লৌথোকহন্নবা হায়নবা লাকপা মতাংদু ফাওবা হায়দোক্তে, মদনলালনা লৌতুনবা অদুগী মরমদা কদায় ফাওবা তাকথোক্লম্বগে হায়বদু অশেংবা খঙদে অমদি কৈদৌঙে হায়দোকখিবগে হায়বসু খঙদে। ডাক্তর জৈনগী জবান্দু কয়া থাজবা য়াবদি ওইদে। মদনলালনা হায়রম্বদু মহাক্না তাকথোকপা মতমদুদদি মদনলালদি গান্ধীগী লাইখুরুম্ফমদা বোম লংশিল্লুবদগী মাগী ফুরিংখাওদা হেণ্ড গ্রেনেড অমগা কোন্ননা ফাখ্রে। অদুনা জৈননা, মদনলালনা বোম্বেদা হায়রম্বা ৱাফম্নি হায়রিবদু অশেংবা থৌদোক্তু থোকপদগী হেজ্বিন্না হায়জিল্লকপা ওইবা য়াই। খুদম ওইনা হায়রবদা জৈননা মমৈদা হায়খি, মহাক লৌতুনবদা য়াওবা মীওই অমদি মদনলালদা ইনশিনবা মীসু জানুৱারী তাং ১০ দগী খঙই হায়খি। মদনলালনা ৱাশক্তুনা হায়, মহাক তাং ১৫ ফাওবদি লৌতুনবা অদুগী মরমদা করিসু খঙদ্রি, অমসুং মদু থৌদোক অদুনা উৎলি। অমসুং কারকারে মশামকসু মহাক্কী ৱাফমদু শৌগৎলি। অদুম হায়না, ডাক্তর জৈননা মদনলালগা উন্নবদুদা, হিন্দু মহাসভাগী সৱৰ্কারনা অহম্মদনগরগী মাগী ওইজ ওইথক্কী মতাংদু তাবদা মাবু কৌরদুনা পুং অনি ৱারী শাখি অমসুং নঙ্গন্দা নাল্লদুনা মায় পাকউ হায়না হায়বিরমই হায়না হায়জরবসু, মেজিস্ট্রেট মমাঙদা জবান লৌবদুদদি সৱৰ্কারগী মমিংদি পনবা লৈখিদে।

অদুবু মসিমদি শেংলে, জানুবারী তাং ১৫ গী নুংথিলদা, মদনলাল মীহাৎপগী শৰৌ অমদা চিংশিনবিখ্রে হাযবশি ডাক্তব জৈন খঙখ্রে, হায়বদি ডাক্তর জৈননা হায়বা মতুং ইন্না গান্ধীবু মদনলালগী অখন্নববা মরুপ মানা কারকাবে সেঠ কৌবদু শোয়দনা লৌতুনবদুদা য়াওবা মীশক ওইরমগনি হাযবসি মহাক্না শাজিনবা ওইবম্বা তাই। অদুবু অশেংবমক মহাক খঙদবনি, মহাক্না মদনলালগী অতোপ্পা লোয়নবশিংদু খঙই হায়না হায়জিনবগী ৱানি, মঙোনদা মদনলালনা মখোযদু কনানো হায়না হংদোকখিবসু লৈতে।

অমা খঙদে অমা খঙদে, মদনলালগী মথৌ খঙবা ৱাশক হায়বদি মহাক জৈননা হায়বদা হীক্তোকপা তৌরোই অমদি মপানি হায়না খল্লি হায়বদুগী ওন্ন তৈনবদা জৈনদি তৌফম থোকপা করিমত্তবু তৌবিখিদে। নুমিৎ নিনি লৈরগা জৈননা, মদনলালনা মঙোন্দা হায়রম্বদু লোয়না অঙ্গদসিংহদা তমথোক্লমই, মহাক য়ুমদা তোয়না কোয়রকপা নক্লবা মরুপ অমনি, নিংশিংবা য়াই মহাক জৈননা মদনলালগা শকখঙনহনখ্রবনি। অঙ্গদসিংহনা খুল হোংবা মীচেন অমগী ৱাজাও ঙাঙবদুদা লুনা খঞ্জিনবা তৌদনা তাকফম থোকপা মীদা তাকউ হায়না হায়রমই। জৈননা কনাদা তাক্কদগে হায়বা খঙলমদে।

জৈনগী য়ুম থাদোক্লবা মতুংদা মদনলাল ভিক্তোরিয়া টার্মিনস য়ৌগদবা বস অমা ফারে। মফমসিদা কারকারেনা টিকেট পায়রদুনা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মখোয়

পেশাবার এক্সপ্রেস কৌবা ট্রেন অদুগী থার্ড ক্লাস ডাবা অমদা তোংনবা হোৎনরে, পেশাবারদি পাকিস্তান মনুংদা লৈবা লম্নি, অদুনা হৌজিক্তি ট্রেন্দু পেশাবার য়ৌদ্রে। রেল অদু মতম চানা নুংদাংগী পূং ৯-৩০ দা থারে।

পূং অমা লৈরগা ষ্টেশন অদুমক্তদগী বডগেগা শঙ্করগা মদ্রাজ মেল ফারে, মদুদি পুনা য়ৌগদবা মী তোংহন্দবনি মদু বডগে খঙই। অদুবু মদুনা বডগেম্বা টিকেট য়াওদনা রেল তোংবদা কুমপুরবা অমদদি অপনবা নত্তে। অদুগী মহুত্তা মানা প্লেটফোর্ম টিকেট অনি কক্রে অমসুং ট্রেন অদুনা হেক চেনবা হৌবদা শঙ্করগা মহাক্কা ডাবা অমদা চোংখৎলমই। য়ৌরবা কান্দনা মহাক্না টিকেট কলেক্তরদা নামৈশেন খরা য়েপশিনবিরল্লগা নীংঙাইদনা চেম্থোরকপা ঙমখি।

আপটে নত্তনা পূন্নমক জানুৱারীগী তাং ১৫ শগোলশেন নুমিৎকী নুংদাংদা বোম্বে থাদোকখ্রে, মহাক্তি লৈথগে হায়না খল্লি, মানা হায়খি মহাক শেল খরা খোমগৎতুনা মখোয়গী চৎননবা ওক্নবা শীন্দবা য়াদে। অদুবু পুক্নিংদদি পৈশাদগী হেনবা ৱাফমসু লৈরি। মহাক গান্ধী হাৎলুরবা মতুংদা মাগী হান্নগী পুন্সিদা হল্লকপা ঙমগনি হায়বসি খল্লে। মহাক মনোরামা সালভীদা মখোয়না পাঙথোক্কদৌরিবা থবক অদু তাকথোক্লমই, অমসুং অরোইবা ওইনা কায়নরসি হায়রমই।

মথং নুমিৎ নিনি আপটে সি গ্রীন হোটেল (সাউথ) তা ৬ শুবা কাদা লৈরমই। মথংদি মহাক সি গ্রীন হোটেল নোর্থতা লৈগদৌরি। মরমদুনা মসি খঙবদা মথৌ তাই, হোটেল অনিমক শঙ অমত্তদা লৈবনি অদুবু শীল লাংবদি তোঙাল্লি, কন্নাগুম্বনা অমদগী অমদা চৎকে হায়বদা লমজাওদা অমুক্তং থোক্রুবদি য়াদবনি।

নুমিৎ নিনিদুদা আপটে শেল খোমজিন্নবা করিমত্তা তৌখিদে। অয়াম্বা মতমদা মাগা মনোরামা সালভীগা লোয়ননা লৈ, মহাক তুফক তুফায় চন্ন লৈ, মতুংদা মানা জবান পীবদা হায়, - ঐগী পুক্নিং শোম্থরকখি ঐ কপ্লী। মহাক্না ঐবু থেম্বীখি। মানা হায়খি, মঙোন্দা ফত্ত নুংদা থোকখ্রবসু, (ঐ) লাঙতক্লরুনু অদুগী মহুত্তা নুংঙাইথোক্নবা হোৎনৌ।

মদু তাবদা চমম্নবা ৱানি। মদু মনোরামা সালভীদদি বজ্রনা থাবগুম্বনি। মহাক মশাগী চহী কুন শুরে, অমসুং মহাক আপটেদা খোয়দারমদ্রবদি, থা অহুমগী মনুংদা বি এ পরিক্ষা ফম্বা য়ারগদবনি। লোয়ননা সালভী শাগৈ মনুংদা অহানবা বি এ অমা ওইবত্তা নত্তনা খুল অদুদা অহানবা কলেজ লোইরবী নুপী অমা ওইরল্লগদবনি। অদুম হায়না মচু মরাংতনা থল্লবা পুন্সিদা নত্তনা মীরক তিনবা মপুরোইবা ফংজবদা নত্তনা

মানবু পাম্লবদি মফম চাওবা থবক অমসুনি। হৌজিক্তি মহাক লুহোংবসু হোঙলরোই বি এ সু ওইররোই। পুন্সিচুপ্পা লমচৎ নাইদ্রবী অমগী মরালদা মপা মশক খঙদবা অঙাং অমা পোকপগী সমাজগী মীনোক মৈশা মরক্তা হিংগদৌরি। খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুনা শেমগৎলম্বা অপীকপা খুল্লক অদুদা মাগী পুন্সি মরেন অদুদা মাগী ইমুং মনুং পুম্বা চেষ্টদুনা তিনশিংৎ মায়শীৎনরগনি।

মশুংলোংগী অবা পোৎলুম লৌরিবা মহাক অদুদি তমথীরবা খোঙচৎ অমদা চৎখিবদগী হল্লক্কনি হল্লক্রোই খঙদ্রবনি। থোক্রিরিবদি করিনো মনোরামা খৃষ্টান ইমুং অমদা পোক্রুরবসু, লেনগদবা মপুন্সিদুদি হিন্দু লুখ্রাবী অমা ওইননি, মদুদা সংসারসি থাদোকপা তাই হৃরাও তয়াম্বদগী লাপ্পা তাই, মীরক্তা চন্নদ্রবা জাৎ তারবী অমগুম। গান্ধী হাৎপগী লৌতুনবদা মনোরামাদি য়াওজদবীনি অদুবু মানা ফংলিবা দণ্ডি অদুদি লৌতুনবা য়াওবা মীওইশিংদা জজশিংনা পীবদুদগী হেন্না শাথীরবনি।

বডগেনা তোংবা রেল অদু পুনাদা জানুৱারীগী তাং ১৬ কি অয়ুক পুং ২ দা থুংই। মীয়াম থোকফম থোঙদুদা থৎলিবা টিকেট কলেক্তরদুগী মখুৎতা হৌনবা খঙবগী মওংদা লুপা অনি চৎপী অমা নমশিল্লমই অদুগা মাগা শঙ্করগা লাম্বোরক্রমই। তু-খোঙ উরক্রবা মতমদা মঙালনা শন্দোরক্রবদা শঙ্করনা য়ুম য়েনখাদা লৈনুংদা ফুমখিবা খুৎলাই মপৈদু তাম্বোরক্রমই, অমসুং মাগা বডগেগা মখোয় অনিনা মদু খাওজাও অনিদা নমশিল্লমই। মদুবু মাগীদমক্তা শঙবিনবা কনাগুম্বা অমা থিবা ফংবা হায়বসি অরায়বা নত্তে অমারোমদা মঙোন্দা খুদোংচাবা লৌশিল্লক্রোইদবা থাজবা য়াবা কনাবু লৈরিবগে, অদুনা নুংদাংগী পুং ৭ তাদ্রিফাওবা মহাক কনাসু ফংখিদে। মহাক গনপত খবতকি মযুমদা, ১৪৮ নারয়ন পেঠতা চৎলমই। খরত বোম্বেগী লেজিসলেটিভ এসেম্বলীগী কংগ্রেস টিকেটতা থল্লবা মীওইনি, অমসুং কংগ্রেস শক্তি পাযবা মীনি, মীনা মীশক মীমায় খঙবা মী অমনি।

খরতনা মমৈথংদা হাযবা মতুং ইন্না, বডগেনা মযোম অদু পুরকপা মতমদা মহাক খোঙ হাম্নিংদুনা মনুং চঙই। মহাক বডগেনা হায়দ্রবাদ ষ্টেট কংগ্রেসকি মরী লৈনবা খাওনি অমুক্তা থল্লমগে হায়বকই, ঐসু হোয় খুমখি। মিনিট ৩/৪ লৈরগা খরতনা থোরকপা মতুংদদি বডগে চৎখিরম্লে। খবতনা মমৈথংদা পুলিসতা হায়বা মতুং ইন্না, মহাক খাওদুদা করি য়াওবগে হায়বা খঙদে অমসুং মানা হায়রিবা ৱাফমদু য়েৎনবা লৈতরে। অদুমকপু খরত খাওশিংদু মামক্কী ময়ুমদা থম্বদু য়ানীংলমদবনি। বডগে চৎথ্রবা পুং অমগী মনুংদা, মাগী রাজনিতী থৌরমদা তেংবাংবা অনিমক লাক্রমই, অমসুং মহাক্না খাও অমমম্ মখোয় অনিদা শিন্নরমই অমসুং চেকশিন্না থম্নবা হায়রমই।

পুং ৮ তাদ্রিঙৈদা বডগে মাগী পোৎ পৈফমদা হল্লকই, নথুরাম্না উন্ননবা হংলমই অমসুং অনিরক দুকান্দা লাক্লমই হৌজিক মাগী লোয়শঙদা ঙাইগে হায়রমই হায়দুনা শঙ্করনা হায়রকই।

নথুরাম বোম্বেদগী অয়াঙবা নুংথিলগী রেল ডেকান কুইন তোংখিবনি, কিরকিদা কুমথরমই, অমসুং মনাওনিপা গোপাল উন্নবা লাক্লমই। গোপাল থাংজ নুমিৎ তাং ১৭ তগী ছুটি ফংলগনি তাবদা খরা খীৎ শাফরমই। গোপালনা মহাক ইরাই নুমিৎতা (মাগী খুঙ্গং) উকসান্দা লৈনুংদা ফুমখিবা রিভোলভরদু লৌরক্লগনি হায়, অদুদগী খ্বায়দগী হান্না চৎকদবা বোম্বেগী ট্রেন অমা তোংগনি হায়। মহাক্না, মরম অদুনা, বোম্বেদগী নুংথিল থাগদবা পঞ্জাব মেল ফাননবা মতম য়াম্না ফংলমগনি। নথুরাম অমসুং আপটে গোপালনা তোংখ্রিবা রেল অদু দিল্লি রেল ষ্টেশন্দা তাং ১৮ দা হেক্তা উন্নরক্লরসি হায়না লেপ্নরে।

মচীন মনাও অহিংগী চরাদুমা চামিন্নরে অদুদগী নথুরাম মশাগী কাদা পোখাবা চঙখ্রে। ইরাই নুমিৎকি অয়ুক অদুমা নথুরাম অতোপ্পা পিস্তোল নত্রগা রিভোলভর অমা ফংননবা কন্না চেল্লি, অমসুং য়াম্না পীকপা '২২ পিস্তোল অমা লৈবা ফংলমই। অদুবু মহাক মদুদা ইপেন পেন্দে। মহাক মখুল খরা লাওবা, পিস্তোলগী মহুত্তা রিভোলভর অমা ওইনা পামই।

বডগেনা হিন্দু রাষ্ট্র লোয়শঙদা লাক্লবা মতমদা নথুরাম্না অহানবা হংবসি মহাক মখোয়গা লোয়ননা চৎপগী ৱাখল লৈরবরা হংলমই, বডগেসু চৎপগী শেম শারে হায়রকই। বডগেনা মমৈদা নিংশিংলক্কুনা হায়খিবা মতুংইন্না, নথুরাম গোডসেনা অদুদগী পিস্তোল অমা পুথোরক্কুনা ঐঙোন্দা পীরমই'। মহাক্না পিস্তোল অদুগী মহুত্তা অচৌবা রিভোলভর অমা ওইনা ওম্হোররক্লবা হায়, অদুগা করিগুম্বা অচৌবা রিভোলভরদু ফংদ্রবদি পিস্তোল অদুমক বোম্বেদা পুরক্লবা হায়রকই।

বডগে মসিগী অরোইবা থবক শিন্নবসি য়েৎনবা লৈতনা লৌরমই, মহাক্কীসু অতোপ্পা ফাগদবা রেল অমা লৈ হায়বসি মহাক হায়খিদ্রে। মহাক্না পিস্তোল অদু ফুরিংখাওদা হাপ্লমই অদুগা থুনমক চেন্দুনা এস ডি শর্ম্মা কৌবা মী অমা উনবা চেল্লমই, হাপ্তা খরগী মমাঙদা মহাক্না রিভোলভর অমা মঙোন্দা য়োনখিবনি, মদু মানা নিংশিংবদা চাওবা হেল্লি। শর্ম্মনা পিস্তোল অদুগা ওম্হোরক্লসি হায়বদু লায়না য়ারমই, 'ঐনা পিস্তোল অদু পীরম্লে, রিভোলভরদু অমুক পুরক্লে', বডগেনা জবান পীবদা হায়খিবনি। অদুগা শর্ম্মনা রিভোলভর অদুগা কোন্ননা মরূ মরিখকসু পীরমই।

মসিগী বিভোলভরসি ·৩২ লাওবনি অদুবু শর্ম্মনা পীরকপা মরূদুদি মসিদা কাপ্পা য়ারবসু থবা পীকই, মদু পিস্তোল অমদা শিজিন্নবা ওইবজাৎনি। লৌতুনরিবা খুপ্পু অদুদি মদু অরানবা মরুনি হায়বদু গান্ধী হাৎসি হায়না লেপ্লবা নুমিৎতুগী অয়ুকতমক খঙলকই।

বডগেদা পিস্তোল অদু পীরবা মতুংদা নথুরাম মমা মপাগা উন্ননবা মতম য়াম্না ফংলমই, বোম্বেগী রেল পুং ১১ তাবদনি বডগে শর্ম্মাগা বা লোইশিন্নবা নোংয়ায় মতুং ফাওবা লোইরমদে অমসুং মদুগী মথংদগী বোম্বে য়ৌনবা রেল অদু পুং ২ দনি। মহৌশাগী হৌনবী থার্ড ক্লাসতি মীনা কৃক কৃক ইন্নরি অদুগা মহাক্কা শঙ্করগা মদুদা চঙদুনা ফমখিরমই। লেমহৌবিবা অহিং অদু মখোয় অনি কল্লবা উপাকথাবা ফম্ফমদুদা ফমদুনা লেল্লমই। শঙ্করনা দাদরদা কুমদুনা হিন্দু মহাসভা লোয়শঙদা বডগে ঙাইবা হাযনা লেপ্লরমই। পুং তরেৎ তাববদা রেল অদু ভিক্তোরিয়া ষ্টেশন্দা পঙ্গুং য়ৌনবা চঙলকই। বডগে কুমথরে। আপটেগা নথুরামগা প্লেটফোর্মদা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্লে।

# তরুকশুবা তাঙ্কক

(গান্ধী শিজখ্রসনু
ঐখোয়গী লৈফম পীয়ু)

গান্ধীকো ?
মরনে দো।
হমকো ?
মকান দো।

- খুলহোংবশিংগী খোল্লাও

নথুরাম গোডসে ডিটেক্টিভ ৱারীদা ঙাওজবা মী অমা ওইরমই, মাগী পামজবা অইবদি আর্ল ষ্টেনলি গার্ডনরনি। আপটেদি ওন্ন তৈনবদা আগথা কৃষ্টি ওইনা পামই। অদুবু শাজিনবা ৱারিশিংদুদা মখোয়না ফনা খুৎলোয়রবসু মদুনা তশেংনা থবক্তা ওম্প্লোকপদদি অমত্তসু কান্নদে। মমৈদদি মখোয় নহানা মাইবা শাবগী ফিভমদা মখোয়না তৌরুবা খুদিংদা মাঙনবগী ফিভম ওইদুনা নীংহন্নরমই। নথুরামদি মখোয়গী মতেং পাংবশিংদা পৈশা কয়াম থাদখ্রবগে হায়বদু খঙনবা হিসাব বোই অমসু পায়রি। মখোয়গী লম্বীদুদা চৎতুনা লমথুংফম য়ৌবদি লায়রদুনা মখোয়না থাংলিবা খোঙথাংদুনা মীনা শামিন ফংখিনবতা ওইখ্রে।

বডগেনা শান্নপোৎ মানবা পিস্তোলদু ওম্প্লোক্তুনা চৎনবা য়াবা খুৎলাই অমা পুরকপদুদা হরাওরমই, মখোয় অয়ুক অদু মখোয়গী খোঙচৎ অদুদা থাদনবা পৈশা খোম্নবা লেপ্লরমই। মখোয় টেক্সি অমা ৱায়রে অদুগা বোম্বে শীনবা থুংনা চৎতুনা হিন্দুগী মরমগীদমক্তা শেম্ষুং পীবা ঙম্বা মখোয়গী শেল থোকফম মী ময়াম অমগী ময়ুম ময়ুমদা লাক্লমই। মরক্তুদা মখোয় অতৈ মফমদসু চৎলি। মফম অমদি দিক্সিতজি মহারাজদা মাগী পিস্তোলদু অমুক্তং লৌনবা (মদু মহাক মশাগা থাদোক্লিংদ্রে হায়), মফম অমনা হিন্দু মহাসভা লোয়শঙদা শঙ্করদা থবক শীল্লম্বা। অদুদগী ফোর্ট মনাক্তা সি গ্রীন হোটেল (সাউথ) তা লাক্তুনা পিনা থুম্মৎলবী মনোরামা সালভীবু থিল্লুবা মহাক মাগী ময়ুম মনাক্তা থম্মোয় শোক্লা কপ্লমই। অদুদগীদি বডগেনা হায়বা থাজবা তারবদি, মখোয় লোইনা দাদরদা শঙ্করবু লৌবা চৎলি অদুদগী সৱর্কারগী ময়ুমদা লাক্তুনা মহাপুরুষ অদুদগী বর নিবা লাকখি।

বডগেগী, মিকুপ খুদিং থোকখ্রিবা পূম্বা মরীক চুম্না নিংশিংবা ঙম্বা অমসুং ঙসি ফাওবা কাওদবসিমক চিংননিঙাই অমনি, মানা শাক্ষী ওইনা জবান পীবদি লৎপা লৈত্রবা ড্রামাগী নায়ক অমনা ঙাঙগদবা পূম্বা তমদুনা লাকপদগী ৰাহৈ অমা ফাওবা চেন্নদবগুমই। মানা হায়খি ঃ

ঐখোয় টেক্সিদগী কুমথরে, অদুগা সরর্কারগী ময়ুমদা চঙলে। শঙ্করবু থোঙ্গান্দা ঙাইনবা হায়রমই ... আপটেনে নথুরামনে ঐনে য়ুমদুদা চঙলে। আপটেনা ঐবু য়ুমদুগী লৈমায়রোমথংবা কাদুদা ঙাইরম্নবা হায়। নথুরামগা আপটেগা মথক্তা কাখ্রে। মখোয় মিনিট ৫/১০ লৈরগা কুমথরকখি ... মতুংদা টত্যারাও (সরর্কার) ইন্নরকই, মহাক্না মখোয় অনিদা হায়, য়েশাসৰী হৌ য়া (লেপ্তুনা মায় পাকপা ওইয়ু)

নথুবাম অমদি আপটেনা মখোয়গী খোঙচৎ অদু চৎত্রিঙৈদা সরর্কারবু উন্ননীংবদি মশানা তাবনি। কংগ্রেস কাংবুনা গান্ধীবু নীংজবগুম্না মখোয় অনিমক্না সরর্কারবু নীংজৈ, অমসুং মাবু অমুক্তং দর্শন তৌহৌবনা খোঙচৎ অমদা মায় পাক্কনি হেক খঞ্জবনি। মসিগী খোঙচৎ অসি থোক্লম্বা তারবদি মসিদগী লৌবা য়াবসি, সরর্কারনা মখোয় অনিদা গান্ধী হাৎলুনবা ইনশিনবনি নৎত্রগা মহাক্না অসুক তমথীবা অমদি জুৎ চাদবা মওংদা মী হাৎলুচো হায়না হায়রমগনি হায়বা তারবদি নুংশিহৈতবনি। টেক্সি থৌবা নিপাদু য়ুম অদুবু উবা ফাওবা ফংপোৎ নত্তে, শঙ্করদি থোঙ্গান্দা লেপহৌবনিনা সরর্কারবু অমুক্তসু উহৌদে। বডগেগী শাক্ষী ওইনা শক্তম্লাংবদুদা বডগেগী জবান্না য়েংবদা নুংঙাইহল্লবা রঙ্গমঞ্চগী মৈঙানগুমহল্লি পুলিসকি হাজোৎতা লৈরিঙৈদা ফাওবা বডগেনা শঙ্করবু কোর্ট মমাঙদা করম্না খুমগদগে হায়বদু শুগাইনা তাকপি তম্বীরম্মী। মহাক্না মতাং চানা বডগেসি কয়াম ৰানা শূনোমদুনা হৌরকপগে হায়বদুসু থেৎচিল্লকই।

নুমিৎয়ুংবা মতুংদা এরোপ্লেন তাফম য়ৌনবা গাড়ী তোংনবা নথুরাম অমদি আপটে টাটা এয়ারলাইন্স ওফিস চৎপা মতম যৌরকপদুদা মখোয় লুপা ২০০০ দি খোমজিনবা ঙম্লে, মখোয়না চৎকদবা মফম অনিখকসু ৰাৎলি মখোয় খবা থেঙনা উন্নসি হায়বনি। পৈশা পীগনি হায়বা অনিদুগী মরক্তা অমদি কুরলাগী খুঙ্গং অমদনি মহাক্না লুপা ৪০০ পীগে হায়রকপনি, অতোপ্পা অমদুনা কল কারখানা অমগী মপু মহালক্ষ্মীগীদুদা লৈবনি, মহাক কয়া পীগদগে হায়দ্রফাওবদা শেনফমদি খরা চাওনা পীরক্কনি আশা তৌরম্বনি। মখোয়না বডগেদা খরচ ওইনবা লুপা ৩৫০ অমা পীরে অদুগা কুরলাগী মী অদুদগী লুপা ৪০০ লৌশিল্লুনবা হায়রম্লগা মখোয়মক কলকারখনা মপুদু উন্নবা চৎখি।

মফমসিদা মখোয় লুপা ১০০০ গা ফংলে অদুবু মখোয় পুং অমা পুরা মাঙহনখ্রে, অদুনা মখোয়না গাড়ী থৌবদুদা সান্তাক্রুজ এরোপ্লেন তাফম্মক্তা চৎননবা হায়রমই, মদু মাইল তরামঙাদি লাপ্লনি। মখোয়গী প্লেন অদু পুং ২ দা পাইখৎকদবনি। চৎনা চৎনা মখোয় মায় পাকপগী মওং অমা উরকই অমরোমদা ফ্রোন্টিয়ার মেল ফাবা ফংখ্রবা বড়গেগী মথৌদা আপটে পেঞ্জরমই, মহাক্কা, মথংগী নুংথিলদা নিউ দিল্লি ষ্টেশন্দা উন্নশি হায়নখ্রবনি। অদুগা করিগুম্বা মরম অমদগী মখোয় ষ্টেশন্দা উন্নবা ফংহৌদ্রবদি বড়গেনা হিন্দু মহাসভা ভবন তানা চৎকদবনি, মদুদা মাগীদমক্তা কনানো অমনা ঙাইরমগনি।

মসি ময়ামসিতনা টেক্সি থৌবদুনা ৱাফম পুন্নমক নিংশিংবা ঙম্লম্বনি, মরমদি বড়গেনা টেক্সি অদুমক্তদা কুরলাদা লুপা ৪০০ লৌবা চৎখিবনি, অদুগা মদুমক্না অমুক শঙ্করগা মাগা স্টেশন ফাওবা থিলহল্লমই।

মতমদু মপূং ৩ হেনখ্রে। টেক্সি অদু অয়ুক্কী পুং তরেৎতা নেকখিবনি, অরাপ্পা ওন্ননবা টেক্সিগী ঘড়িদুদা লুপা ৫৫.১০ তারে, হায়বদি মতমদুগী মান্নবা ইংলিসকি পৈশাদা হায়রগা পাউণ্ড ৪ গা শিলিং ১০ নি। নোংমগী টেক্সি থৌবা অমনা মতমদুদা তানবা পৈশাসি লুপা ৩০ গী ঙকয়ানি। বড়গেদি হৌজিক ফাওবা মৈগী মচু পূরবা সাধুগী ফিজোল শেৎলি, পৈশা অদু পীথোক্লমই অদুগা টেক্সি থৌরিবদুনা ঙকখিবদি মহাক্না রিসিট অমা পীয়ু হায়খি। গাড়িথৌবা আইটাপ্পা কোটিয়ানসু মদু হরাওনা পীখি।

মসিনা উৎলিবদি বড়গেদি আপটেনা শিন্নবগুম্না ফ্রোন্টিয়ার মেল ফাগে হায়নদি খল্লম্বজাৎনি, অদুবু মানা তোংগদবা রেল অদুনা নুংদাং পুং তরেৎ তাবা ফাওবা থাদ্রবদুদা অমদি প্লেটফোর্মদা ঙাইদুনা লৈবা তল্লক্তুনা অরিবা মরুপ মিষ্টর নাভরে দাদরদা আসরা হোটেল মপু ওইরিবা মীদুগা উন্নবা লাক্লমই, মদু মখোয়না লৈরিবা মফমদুদগী লাপ্তে। নাভরেনা, বড়গেবু মাগী অতিথী অমা ওইনা অহিং অদু মাগী হোটেলদা লৈনবা হায়রমই, অমরোমদা বড়গেদি মানা হায়দোকখিবা ঙাক্লবা হৌখিবা নুমিৎ মরিনিচুপ্না কোয়চেন চেনবদা অহিং অমত্তসু মপুংফানা তুম্বা ফংলক্তবনি অদুনা অমোনবা অনানবা ফমুং অমদা পোত্থানীংলমই। মহাক মথন্ত হায়জৈ, করিগুম্বা মথংগী নুংথিলদা বোম্বে থাদোক্লফাওবদা, মহাক দিল্লিদা মতমচানা থুংদুনা গান্ধী হাৎপদা মানা লৌগদৌরিবা শক্তমদু লৌবা নংগনি। এরোপ্লেন তোংদ্রিঙৈদা নিনথোকখিবদুনা আপটে অমসুং নথুরাম্না অরানবা মিংদা টিকেট লৌরুবদু করিসু কান্নদে। মখোয়না তোংলিবা প্লেন অদু আহমেদাবাদতা পনফম থোকপা ওইরমই অমসুং আহমেদাবাদতা পাঙথোক্তদৌরিবা অচৌবা ধর্ম্মগী থৌরম অমা য়াওরুনবা আহমেদাবাদ য়ৌগদবা

মীশিংগী মনুংদা দাদা মহারাজসু অমনি, হৌজিক্তি মহাক্কী কৌনীংগুম কৌনিংদবগুম তৌবা মতৌ অমসু তৌরক্লে মদুমক্তা মখোয় মহাক্কা বোম্বেদা কৌনরুদ্রবনি। প্লেন মনুংদা মহাক্কা লৈদুনা অমুক্তং মখোয়দা য়েংলকই অদুগা খুৎ হাইরকই মখোয়সু ওক্তুনা খুৎ হাইরমই। আহমেদাবাদ প্লেন তাফমদা দাদা মহারাজ মাবু নীংজবশিংনা হুক্রকপা লৈপরেংনা নম্বো পোরমই, কা ময়ায়দু য়ৌবদা আপটেবু কৌরক্লমইঃ "নং ৱাদি য়াম্না ঙাঙখিগুম তৌই অদুবু থবক ওইনদি অমত্তবু উদেদা।"

মদুদা আপটেগী পাওখুমদি ঃ ঐখোয়না থবক তৌরক্লগা উবা হায়বদুনিদনা।

মখোয়না তৌরম্বা থবক্কী খোঙ্গুল তাহল্লম্বগী মতাংদা অনিশুবা খুপ্পু কারকারে অমসুং মদনলালদি মখোয়গী মবুঙো অনিদুনা তৌরম্বদগী খরবু হেন্দোকখ্রবনি।

কারকারে হায়বা অসিদি মাগী শেন্দান পূম্বা মীঙোন্দা দান তৌথোক্তুনা লাকপনি অদুনা মাগীদমক্তা পৈশা শিজিন্নদবদা য়েংলুরবদি অনংবা খাঙবদা হলেঙবা লৈত্রবা নিপানি। মখোয়না তোংশি খন্নবা রেল অদু নাম্থোকখিবদগী খোঙজেল তপ্পা রেল অমা তোংদুনা পূং কুনমরিদা চঙগদবদু পূং নিফুগী মথক্তা চঙলগদবসি ফাওবদা মাগা মদনলালগসি থার্ড ক্লাসতা অদুম মতোংই।

রেলগী কাদুদা ইন্নরিবা মীয়ামদুগী মরক্তা অংচেকারসু অমনি, মহাক পাকিস্তান্দগী খুলহোংলকপনি, পাকিস্তান্দা লৈবিঙেদা মফম অচৌবা থবক তৌরমই, হৌজিক মহাক দিল্লিদা মাগী পাকিস্তান্দা তৌরম্বা থবক মফম অদু ভারততা হোংহল্লক্নবা নোম্বা চৎলিরবনি।

মসিগী অংচেকাবসিনা বেলতোংলিবা মযামগী মরক্তগী অমগা অমগা মরাঠি লোন্না ৱা ঙাঙনবা অমা তারকখি, মরাঠিদি অংচেকারগী মমালোন্নি। অংচেকার চঙলক্তুনা মীদুগা ৱারী শারমই, মহাক্কি মমিং কারকারে কোই হায়না হায়রক্তুনা খঙলে, মহাক হিন্দু মহাসভাগী থবক তৌবা মীনি হায়নসু শকতাক্লক্লে অদুগা মহাসভাগী থবক অমগীদমক্তা দিল্লিদা চৎলিবনিসু হায়রক্লে। অংচেকারগী অৱাবদুসু তারে, অমদি দিল্লিদা অহানবা লাকপা ওইনসু তৌরে লৈফমকাসু অমত্তা খঙদবগুমসু তৌই, অমরোমদা কারকাবেদি খুলহোংবশিংবু মতেং পাংনিংদুনতা লৈবকপনি, অদুনা অংচেকারদু হিন্দু মহাসভা ভবন্দা চৎলসি হৌরুরে, মফমদুদা দলগী থবক তৌবা মীশিংগী লৈননবা কা খরা লৈ অমসুং মাগা মদনলালগসু মদুদা লৈবগী ৱাফমসু লৈ।

পেশাৱার এক্সপ্রেস দিল্লিগী ষ্টেশন অচৌবা য়ৌবদা থাংজা নুমিৎকি নুংথিল ওইরে। কারকারেনা শগোলগাড়ী অমা লৌরুরে মদুদা মখোয় লোইনা হিন্দু মহাসভা

ভবন তম্না লাক্রে অদুবু কা অমত্তবু হাঙলমদ্রে। অদুদগী মখোয় বিরলা মন্দিরগী ওইনা লৈরবা সরাই (মীথুংফম শঙ) তম্না লাক্রে মদুদসু পীক থল্লম্বদু উরে। অরোইবদদি মখোয় চান্দনি চোক তা ফমুং অহুম থাবা কা অমা হোটেল অহোঙবা অমদা লৈরে, 'ডি সারিফ'। হোটেলগী রেজিস্টারদা কারকারেনা মাগী মমিং এম বায়স হায়না ইরে, অদুবু অংচেকার মথংদা সোই তৌবদুদা অশোয়বদু উহৌদ্রে, মদনলালদি মাগী অশেংবা মিং ইরমই।

কারকারেদি দিল্লিদা তৌগদবা মথৌ য়াম্না লৈবগুম তৌই অমসুং মতমচুপ্পদা চৎতুনতা লৈ, মরম অদুনা মদনলালগা অংচেকারগা হোটেলগী কাদা মতমচুপ্পদা লোয়নরমই। খুলহোংলকপদা থেংনরকপা ৱারীময়ামদু মখোয় অনি নৌনা অমুক লীথোক্লরমই অমসুং অমনা অমদা থৌনা হাপ্লরমই, অমসুং নোংমাইজিং নুমিৎতা মদনলালনা মরী মতা খরগী ময়ুমদা চৎমিন্নদুনা লুহোংনবা নুপী য়েংবা চৎলুসি হায়রমই। অংচেকারনা মমৈদা হায়রকখি, 'য়ুম অদুদা মখোয়বু চা পুথোরক্লুনা তরাম-তরাম তৌরকই অমসুং নুপী কয়া অমা মদনলাল য়েংবা লাক্রমই'। মদুগী নোংমাইজিং নুমিৎকি নুংদাংদু অনি অদু হজিল্লক্তবদুদা কারকারে শাওবনা মৈ হৌরমই, অমসুং নিংথৌকাবা নুমিৎতা অংচেকারনা মফম হোংদোক-হোজিনগী লোযশঙদা মমিং পীরুনবা চৎখ্রফাওবদা অমদুদি লাকপা লৈত্রি। নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ৩ গী অদুদা অমদুনা হল্লকপদুদদি কারকারেনা অতোপ্পা মী অমা পুরগা হোটেল কাদা থুংলরে।

(মহাক গোপাল গোডসেনি অংচেকারগদি উন্নহৌদ্রে।) মখোয় অহুম ৱা খন্নদুনা লৈরম্বদগী অংচেকার চঙলকপদা চপ লেপ্পী, ঙাইহাক লৈবগা কারকারেনা অংচেকারদা হায, মখোয় লোইনমক মদনলালগী লুহোংবগীদমক্তা জলন্দরদা খুদক্তা চৎকদৌরে অদুনা কাদু থাদোকপা তারে অদুনা মহাকসু কাদু থাদোকপা তাই। অংচেকার মাগী দিল্লিদা তৌগদবা থবকপুম্বা লোইরদুনা নুংদাংগী বোম্বে য়ৌগদবা রেল অদু তোংলগে খল্লদুনা লৈরম্বনি অদুনা কাদুদা লৈবগী দরকারসু লৈত্রে। মহাকপু ময়াম মরক্তা লৈহনবগী তৌবিমলখঙবা উৎলদুনা, অংচেকারনা কারকারেদা মাগী লৈফম হংলমই। অদুদগী কারকারেনা য়াম্না ঙকপা ৱা অমা হায়রকই। মহাক্না অংচেকারদা হায়রকই, ঐগী লৈফম খঙবা নংগী দরকার ওইদে।

করিগুম্বা কারকারেনা মাগী খোঙ্গুল অমত্তা তাহৌদনবা হোৎনগে হায়রবদি খরা থেঙমল্লবনি। টেক্সি থৌবা কোটিয়াম্না মহাকপু শোয়দনা শক তাকথোকখিনি হায়না আপটেনা খনবগুম্না কারকারেসু খনখি অংচেকারনা মাগা মদনলালগা শোয়দনা নিংশিংগনি হায়বসে। তোররিংবা শাজৎ অদুনা মখোয়গী মোংফম ওইহনগদৌরি। নথুরাম গোডসে'

গান্ধীবু হেক হাৎলুবা মীশক্তুদি মরাল য়াজরমই, অদুগা মদনলালবুনা হুকথেংননা ফাখি। অদুবু কারকারেগা আপটেগগী মথক্তা কেশ অমা শাগৎখিবদু, করিগুম্বা মখোয় অনিনা লংলা লংজিন ওইরুবা, মখোয়গী শক্তমদু অতোপ্পা মীওইশিংদা উৎথোক্লমদ্রবা অমদি লম্বেল চৎচবা কয়াবু ফরবা শাক্ষী ওইন্নবা হোৎনরমদ্রবদি ঙম্নবা পাম্বে অমত্তসু লৈতবনি।

হন্দকমুকসু গান্ধীগী শিদ্রিফাওবা চরা হেনবদু নুমিৎ মঙানিদগী চোম্বা দরকার ওইখিদ্রে। মতমদু লৈপাকশিঙ্গুংনা খোয়রাঙ খোয়শাওনবা মতমনি। য়ুমদা উংলুবা মী অমনা ঙাওবা ফবা হৌরকপা মতমদা অরুবা ব্বারেপ লৌবগুম লৈবাক্কী ব্বাখল তনিক তনিকপা অমরোমদা অশেংবা অমা খঙদ্রিঙৈগী চাংয়েং মতমনি। য়ৈনফমগী মচি অমদা ফমদুনা কুম্মে য়েংলিবা আলান কেম্পবেল জোন্সন্না ইখি, 'মশাগী শক্তি চাংয়েংলিবা গান্ধীগী শিদ্রিফাওবা চরা হেনবগী লোয়রান মরক্তা হিংবা তারি'। চরা হেনবা অদুনা পাওচেগী অহানবা লামায়দদি কাশ্মির লাল অমসুং জাৎ-বিজাতি খায়বা হাৎনা-শুনবদু নমথরে হায়রি। নেহরু অমদি মশুং মমান্নবশিংনা গান্ধীগী শয্যা মনাক্তা চঙলক্তুনা মাগী ফিরেপ অদুগী মরমদা ব্বারী শানবা হোৎনরি। মাগী পাওখুমদি মাগী অনিশুবা দাবীদু তানবনি। ভারতনা পাকিস্তান্দা লুপা কোটি ৫৫ পীগদবনি, নত্রগা গান্ধী শিরগনি, লৈবাকসি পাকিস্তানগা লাল তৌনরবসু নাচুংলুনু, সিনি। গান্ধীগী দাবীসি দিল্লিগী মীওইশিংগী থমোই হোংহন্নবা তৌবতা নত্তনা ভারত সরকারদা অরোইবী ব্বাফম অমসুং চেরোল ওইনা লানশিনখ্রে।

কংগ্রেস লুচিংবশিং দিল্লিগী অকোয়বদা কোয়না চৎলি, নাগরিক অতৈশিংগা ব্বাফম কয়া খন্নখি অমসুং প্রজাশিংবু নমদুনা য়াহন্নবা করিগুম্বা য়াৎথোক্লবা ব্বাফম অমা পুথোক্লবা হোৎনরি। গান্ধীবু নমথাক তৌদুনা দিল্লিমচাশিং শান্তী ওইরে হায়বসিসু অরায়বা নত্তে। অমরোমদা খোয়শাওনহল্লবা খুলহোংবশিং বিবলা হাউসকি অকোয়বদা লমনখুম্বগী খোল্লাও মাবু তানবা লাওরি। মদুগী মথক্তা গান্ধী লন্নাইগী ওইবা খনবা ঙম্বগী শক্তিসু লৈ। নুমিৎ খুদিংগী মহাক চিঠি চাম্মা চাম্মা ফংলি মদুদা মখল কয়াগী মীওইশিংনা নক্লরবা মরী মতাগুম মঙোন্দা অব্বাবা ব্বারী লীবি, অমবোমদা কয়া অমনা মখোয়গী অব্বাবদু কোকহল্লু হায়না দাবী তৌবা লাক্লি।

বিরলা হাউসতা লাকপিগনু হায়না ঐনা মরুপ মপাংশিংদা নিজরি, নত্রগা ঐবু লাংতক্লহনবিগনু অমদি ঐগীমক্তা নুংনাংবিগনু, গাম্বিনা তাং তরানিথোইদা লাইখুরুম্ফম শঙদা হায়খিবনি, অফ-ফত্তা পুম্বা ঐ ঈশ্বরদা শিন্নজখ্রে।

মসিগী অথিংবা হুকুমসি করিসু ইল্লোইদবনি হায়বসি গান্ধীসু খঙলমগনি। মী কয়া বিরলা হাউসতা ইন্নরদুনা চঙলকই অমদি গান্ধীগী মনাক নক্লা নুপী নিপা কয়ানা

কোয়শিল্লিবদুদা য়াওরে। বিরলা হাউসকি লম্পাক অদু হীয়াঙ কুম্মৈদু ঙায়রে। অশিবগী মনিন ফংবদা শাহিঙ চাবা শানা ওমশিল্লকপগুম পৃথিবীগী অচৌবা পাওচে কয়াগী পাওমীশিংসু ওমশিল্লক্রমই অমসুং মখোয় মখোয়গী টাইপরাইটরশিংদু মফমচাবা উখা অমমমদা থল্লদুনা অচৌবা মী কয়া চৎথোক-চিৎশিন তৌবগী মওং মতৌ ইশিন-খোৎচিল্লি অমসুং মখোয়গী মওং মতৌ ফিভমদু উরগা খল্লমগদবা ৱাখলগী মতাং অমদি মশাগী মোৎ ইশিল্লি। খ্বায়দগী তাবদা নুংঙাইগদবা মতাং অমদি গান্ধীগী ঈশ্বরগী ৱায়েল য়েংবদুদা য়াওশিল্লুবদগী মখুবাক্তা পোম্বা অমা নাই কায়খিবগী ৱারীনি।

বিরলা হাউস হায়বা, মাউন্টবেটেন্না লৈরম্বা গোভর্ণমেন্ট হাউস হায়বদু নত্তবা অমদি নেহরুনা লৈবা ১৯ শুবা য়োর্করোড অদুসু নত্তবা মফম অদু কোনুং অসিগী মরুওইবা মফম ওইরে, অমসুং মদুগী মফম হোংবদু য়ানীংলদুনা নেহরুনা বিরলা হাউসকি লমহাংদুদা মাগী কেবিনেট ময়াম্মু পাকিস্তানগী শেল শরুক ফংফম থোকপা-থোক্তবগী মতাং খন্ননবা কৌবনি।

মীতিন অদুদা সরকারনা গান্ধীবু নীংশিংই। মখোয় হায়বা ইনবা অঙাং ওইদুনা পাকিস্তানগী শরুক লুপা কোটি ৫৫ দু পীথোক্লনি হায়রে। হৌজিক্তি অতোপ্পা ৱাফম অদুতমক ঙায়রে পাঙথোক্কদবা। শেংনা হায়রবদা মদুগী ৱারেপ অদুদি গান্ধীগী ফমুং মনাক্তা ফল্লিবা মী তরামাথোই নিথোইদুনা ফুক হৌগত্তুনা মখোয়গী লীচিং মখাদা লৈবা ময়ামবু কৌথোক্তুনা তৌহনবা য়াবা নত্তে। মদুদা মীৎনা উবা খুদম কয়ানা উৎকদবনি হায়বদি মুসলিম ময়ামধু হাৎপ-তুপ্পদু লেপহনবা তাবনি. অমদি অৱাবা নংলবা কয়াদুনা থোরক্তুনা মখোয় অৱা-অনা লৈত্রে হায়রবা তাবনি অমসুং কাংলুপ অনিমক পুনশিন্দুনা অমগী হরাও-কুম্মৈ অমনা য়াওশিনবা মতম অমদা তৌরম্বদৌনা চান্ন-চিন্নবা উৎপা তাবনি। মতমসি ফাওবা হৌজিকসু ওইথোকহনবা য়ারি। ইৱাং অদু তশেংনা নেমথরকপগী মওংনি। গান্ধীগী প্রাইভেট সেক্রেটরি প্যারেলালনা হায়বা মতুংইন্না, প্রজাশিংসে অচুম-চুমদা ৱাখল খন্থবা ঙম্লে অমদি মহৈ-মহৈ হৌনরদুনা পুক্নিংদা লৈরিবা নিংঙাই শংদানবা কোক্লনবা ৱাখল শন্দোক্লবা হৌরক্লে।

অদুবু চরাহেনবদুনা ইপোম অদুবু তেথহনবা ঙম্লবসু মদুনা অতোপ্পা তোর্ব্বান অমদদি মথি ফোংলকই। লমদমসিগী লুচিংবা কয়ানদি দিল্লিগী নাগরিকশিংদা ভাব তাহনবা ঙম্মী অদুবু, পাকিস্তান্দগী খুলহোংলকপা ময়ামশিংদুদি মফমসিগী নাগরিক ময়ামমুক য়াম্লবনি, মখোয়দি লমদমসিগী লুচিংবশিংদা ইকাইখুম্নবা অমদি তৌবিমল খঙবা লৈরমদে। খুলহোংবশিংসি হকথেংননা মুসলিমশিংগী মীওৎ-মীনৈ খাঙলক্লবনি, অমসুং মখোয়দি লমনখুম্বা নত্তনা করিমত্তা পামদে। গান্ধীনা, মখোয়না মুসলিমশিংবু

মতীক থোকপা লাক্লবদু থোকহন্দনবা মশাগী পুন্সিবু কথোক্কদৌরি খনবদা তুক্কচ্চবা পোক্লমই। অদুগীসু মথক্তা পৈশা য়াঙ্গোল অমা পাকিস্তান্দা পীথিগদৌরে হায়বসিমক মখোয়গী মীৎয়েংদদি লৈবাক অসিবু নমথবনি হায়না উরমই।

মখোয়গী য়ানীংদবা খোল্লাওদু বিরলা হাউস তানা লাক্লগা লাওরি। তৌফম থোকপা ওইনা মখোয়বু ঙাকশেল্লিবশিংদুনা থোঙ্গান্দা থৎলমই। থোঙদা থৎলিবা ঙাকশেনবশিংদুগা চীন্দা-পাওদানরবা মতুংদা মখোয় লমজাও নাকল অনিদা লেঙদনা লৈরি। লেপ্পা লৈতনা লাওরি খোল্লাও ঃ 'মরতা হৈ তো মরনে দো! (শিজরগে হায়রবদি শিহনখ্রো) অমসুং 'খুনকা বদলা খুনসে লেঙ্গে!' (ঈগী লমন ঈনা শিংগনি)। বিরলা হাউসকি থোঙনাওদা নুঙ খরসু থাজিল্লক্লমই। মখোয়গী খোঙথাংদু খরা হেক হেনজিল্লকপগা পুলিসনা লাঠি চার্জ তৌই অমসুং তানখায়। অদুবু, মথংগী মিকুপ্তা মখোয় অমুক হেক্তা পুল্লি।

করিগুম্বদা মন্ত্রিশিংগী কারনা মনুং-মপাল চঙথোক-চঙশিন হেক তৌবগা মখোয় থরায় ফুকপমখৈ লাওখোংই অতোপ্পা মন্ত্রি কয়াদি তাশিন্নদনা মুক্কুনা কাবদা ফমদুনা চৎখি ঙাঙইবা লাওবিবা মযামদু অমত্তকা তাদবদুমঙায়, অদুবু নেহরুদি মাগী কাবদু খামহল্লগা চোংথরক্লমই।

কনানো, গান্ধী শিজখ্রসনু হায়না লাওরিবদু থৌনা লৈরগা অমুক্কা লাওরকউ। ঐগী ইমাঙদা মদু লাওরিবা নিপাদো খঙড়ু, মহাক ঐবু হান্না হাৎখিগদবনি।

নেহরুগী খোনফম কায়রবা ৱাহৈশিংদুনা লাওবিবদুদি তোকহনবা ঙম্মখি অদুবু, মানা লৈরিবা মনুংদুদনি। ফমুংদা হীপ্পুনা তুম্বা থেম্না-থেম্না গান্ধী খোল্লাওদু তাবদা অমুক-অমুক স্বাই স্বাই পাখৎলমগনি, আনবুকাবকী বোডতগী লাওরি, মরতা হৈতো মরনে দো। খুনকা বদলা খুন সে লেঙ্গে। অমুক মবক মবক্তা খল্লমগনি, মাবু হন্দক্কী মতৌসিদা ইরাংসিবু নেমথহনবা ঙমগদৌবিব্রা?

মা ঙমদি ঙমখি। মদু জনুৱারী তাং ১৫ গী নুংদাংদনি, মাগী চরা হেনবা নুমিৎ হুল্লিদা ঙায়রিঙৈদা, সরকারগী ওইবা পাও অমা লাওথোক্লমই মদুদা পাকিস্তান্দা শেল শরুক থুংলোই হায়না লৈরম্বা ফিরেপ্পু হোংলে হাযবমই, মদু চান্ন চিন্নবা পুরক্লবা অমদি পুক্লিং চিংনবা কোক্লনবনি হায়রমই। মদুগী ৱাবেপ অদু, চেরোল অদুনা মখাতানা খঙহল্লিবদি, মসিগী ৱাবেপ অসি গান্ধীগী লৈপাকমচ' তাবা শক্তমদা অহিংসাবু যোকখৎপা মী অমা ওইনা শান্তী অমদি চান্ন চিন্নবা পুবিরকপগী ইকাইখুম্নবা উৎপনি হাযবি।

গান্ধীনা মাগী শয্যাদগী পাওজেল অমা থারকই মদুদি সরকারনা খঞ্জানদুনা নাখৈশেংবা পোৎ অমা চনৈনহল্লম্বদু শেংদোকখিবগীদমক্তা অপেনবা ফোঙদোক্লকই।

সোমদা কোয়েৎ অঙাঙবগী অমসুং চৈগী মতেংনা খুল হোংবশিংগী পেন্দবা ফোঙদোকপা খোঙচৎ অদু থিংখ্রে, য়ামদ্রবদা মখোয় বিরলা হাউস য়ৌগদবা মাইল অমা ৱালিঙৈদগী চঙলকপা থিংখ্রে। শিরো হায়না শাপ তৌবদু তারুবনা গান্ধীগী পুক্নিং খোয়রাং-খোয়শাওনবদুদি, তাং তরাতরুক্তগী কোক্রে।

কংগ্রেসকি প্রেসিডেন্ট ডাক্তর রাজেন্দ্র প্রসাদ মশামক ইকুই কুইদনা ভারতকি প্রেসিডেন্ট ওইরকখ্রবনি, মহাত্মা গান্ধীগী চরা হেনবদু তোক্লবা হিরম তরেৎকি থৌরম অমা হৌদোক্লমই। মদু হিন্দু অমসুং শিখশিংনা মুসলিমবু ওৎনৈরোই হায়বগী ৱাশক অমনি, মদু রাজনিতী দলগী লুচিংবশিংনা য়ানীংনা লৌশিনগদবনি লোয়নননা খুলহোংবগী সংস্থানশিংনসু, ধর্ম্মগী সংস্থানশিংনসু অদুগীসু মথক্তা মুসলিম্না নম্না তাবা সহরদা লৈবা নাগরিক সংস্থানশিংনসু। মসি কা মনুংদা পুন্নদুনা লৈরিবা লুচিংবশিংদা অমনা অমদা চীন্দা-পাওদানবা তোকহন্দুনা, অমরোমদা শাহিংচাবা শাশিংনা ময়াম পুন্নমক শোক্কদবা খুদোংথীবা অমা থোক্লক্কদবদা য়েক্ল-ৱাখল থাদোক্লদুনা থোক্লগদৌরিবা খুদোংথীবদু পুন্না মায়োক্লমিন্নদুনা মীৎশিং-নাশিংনা লৈবদুগুম্বনি-মদুদি গান্ধীশিবা। মদুমক ওইরফাওবদা শোই তৌনবা মতমদা ফিঙ্গর ক্রোসিংগী মতাং হায়বদি ভারতকি ওইবা চৎনবিদা মরৈ খুনীংমুক শাংনা তিংথোক্লবা কয়াসু য়াওখিবা জাৎনি। অহিং অদুনা মপুং ফানা ফল্লুরবা মতুংদা তাং তরাতরেৎতা, রাজেন্দ্র প্রসাদনা মানা পাম্বা সোই ময়ামদু খোম্বা ঙমখি। নোং ঙাল্লক্রবদা সোই তৌরুবা ময়ামদু মায়পাক্রে হায়বগী মওংদা গান্ধীগী মনাক তানা লাকখিরমই।

দিল্লিগী প্রজাশিংনা, মুসলিমশিংগী পুন্সি, পোৎচৈ অমদি ধর্ম্মগী থাজবদা খুৎ থিংজিল্লবোই হায়না কৎথোক্রে অমসুং ৱাশক্লমই, দিল্লিদা থোকখ্রিবা থৌদোক অদু অমুক হন্না থোকহল্লরোই।

গান্ধীনা ফুনগৎলবা খোনফমদা মখোয় ময়ামদা হায়খি, মহাক কয়াগী মতীক পেল্লে হায়বসে অদুদগী কপথোকখিরমই। ঙাইহাক লৈরগা লাই খুরুম্বগী থৌরম অমা চৎখি, মদুদদি জাপান, মুসলিম অমসুং ফারসি ধর্ম্মগী লাইরিক্তগী ইরম্বা ঈশ্বরগী পাওজেল কয়া থীরমই, মন্ত্র খরসু থীরমই।

'চিংবিরো ঐবু মায়াগী সংসারসিদগী
অচুম্বগী লম্বীদা
অমম্বা লোক্লুংদগী
মঙালগী সাংসারদা
অশি লমদম থাদোক্তুনা অমরগী খুভমদা'

অসুম্না মহাক চরাহেনবদু থুগাইদুনা, মুসলিম মরুপ অবুল কলাম আজাদনা লাল্লকপা হৈ মহী গ্লাস অমা থক্লমই।

প্লেনতাফমদগী গাড়ীনা আপটেগা নথুরামগা নিউ দিল্লিগী ময়ায় ফাওবা থিল্লমই, অমসুং তাং ১৭ জানুৱারীগী নুংথিলদদি মখোয় কোন্নাউট প্লেসতা লৈবা মেরিনা হোটেল হায়বদুগী নম্বর ৪০ শুবা কা অদুদা থুংলে। নিউ দিল্লিগী মেরিনা বোম্বেগী সি গ্রীন হোটেল অদুগা মান্নবনি মদু ময়ায় ওইবা থাক্কী নোংচুপলোমগী চৎনবিদা শেম্লবা হোটেল অমনি, অদুবু শীনবা লাঙবদি ভারত মচা ঙাক্তনা তৌবনি। হোটেলগী রেজিষ্টারদা মখোয়গী মমিং এম ডেশপান্দে অমদি এস ডেশপান্দে হায়না ইরমই। কনানা করম্বা মিং ওইদৌরিবনো কনাসু খঙখিদ্রে, মদু থোইদোক্লসু কান্নদ্রে। মখোয় অহিংগী চরাদুমা চারে অদুগা হিন্দু মহাসভা ভবন তানা লাক্লে মফমদুদা কারকারেনা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈরমই। মখোয় মহাক্কা ঙাইহাক ৱারী শারে অদুগা হোটেলদা হল্লক্লমই। মথংগী অয়ুক্তদি কারকারে মখোয়গা পুন্না চবা চানমিন্নরমই, অদুদগী মখোয় অহুম্মক শগোল গাড়ী অমা তোংলগা গান্ধীনা লৈরিবা বিরলা হাউস অদু অমুক্তং য়েংথোকপা লাক্লমই।

বিরলা হায়বা মিং অসি ভারততদি তৌবা ঙম্বদা, মীচঙ মীথোক্তা, লন লৈবদা হায়বা তারবদা ইউ এস এ গী রোকফেল্লরস নত্রগা জাপানগী মিটসুবিশি গুম্বনি; বিরলা হাউস মতমদুদা ইমুং-মনুংগী মকোক, ঘনশ্যাম দাস বিরলা লৈরমই। ঙসিদি বিরলা হাউস জাতিগী ওইবা ফুড়া দলান অমা ওইরে, অমসুং মদু লৈবা লম্বী অদু মতমদুদা আলবু করকী রোড কৌরমই, মমৈদা তীস জানৱারী মার্গ (জানুৱারীগী কুন্থা লম্বী) কৌদুনা গান্ধী হাৎখিবা তারিক অদু নিংশিংহল্লি।

গান্ধীগী পুং মঙাগী লাইখুরুমম্ফম শঙলেন চঙনীংবা কনানা বিরলা হাউসকি মনুংদা চঙলকপা য়ারবসু, অতৈ মতমদদি থোঙদা ঙাক্লিবা পুলিস অদুদগী চঙনবা ঙাঙনবদা অরায়বা অমদি ওইদে। অদুবু মনুংগী লৈকোল অদুগী লৈরিবা মঙং অমসুং লাইখুরুমগদৌরিবা মফমদু য়েংবগীদি মনুংদা চঙদ্রবসু য়াই। ফাওনফম লম্বী য়ুমসিগী নাকন অনিদা অমদি মনীংদা লৈরি অমসুং মনীং ইথং থংবদা লৈরিবা গাড়ী থম্ফম ময়াম অমদি থবকশুবশিংগী শঙ ময়াম তাবা কোম্থোং অমসু লৈরি। লম্বী মচাশিংসিদগী অমদি লমজাওদগী ফাওবা লৈকোনগী শরুক অয়াম্বা খাঞ্জিল্লি, অনেম্বা চেক্কী ফক্লাংনা খঞ্জিন্দবা শরুক্তা উবা ফংবদি অয়ুক খুদিংগী গান্ধী লীগী চৌক্রি অমদা ফম্লদুনা নুংশা য়াইরগা মাগী ফিমতেক অমনা লেংদা য়াম্থরদুনা পাওচে পাদুনা লৈবা অমা নৎত্রগা মাগী সেক্রেটরিদা করিগুম্বা খরা ইহন্দুনা লৈবা অমা।

নিংশিংবা য়াই, মখোয় অনি করিগুম্বদা হেক রেল ষ্টেশন্দা উন্নদ্রবদি, মখোয় হিন্দু মহাসভা ভবন্দা ওইনা হেক খুন্দিন্নফম ওইরসি হায়নখি, মফমদুদা কারকারেগা মদনলালগসু লৈরমগদৌরিবনি। নথুরামদি মশকনাইরবা অমদি মীচঙ শঙ্গ লৈরবা দলগী থবক পুবা মী অমা ওইরুবনা দিল্লিদা পাঙথোকখিবা মীফম কয়াদা য়াওরুই, অমসুং দলসিগী সেক্রেটরি ওইরিবা আশুতোশ লাহিড়ীবু মুন্না খঙনৈ। মহাক্না কারকারেবু শক্তাকপা চিঠি অমা লাহিড়ীদা থাখি, মদুনা মরম ওইদুনা নম্বর ৩ শুবা কাদু কারকারেদা তাং তরানিপানগী নুংথিলদগী হৌনা লৈহল্লমই।

মদুগী নুংথিল অদুদি মদনলাল অংচেকারগা লোয়ননা চান্দনি চৌকী অকোয়বদা লুহোংবা য়াবা নুপী য়েংবা চৎলমই, অমরোমদা আপটেগা নথুরামগা কারকারেগা গান্ধীগী লাইখুরুম্বগী মীয়াম পুনবা মরক্তুদা য়াওরি। গান্ধীদি থোরক্রে, মহাক শয্যাদা হীপ্লি, অদুবু মহাক্কী পাওজেল অমা মাইক্তা পাথোরুবা পীরকই। নুমিৎ অদু গান্ধীগী চবাহেনবা লেপ্লগে খল্লবা নুমিৎ অদুনি, অমসুং মাগী পুন্সি বারী ইবা দি জি টেন্দুলকরনা হায়, নুমিৎ অদু মাগী নুংঙাইরবা নুমিৎনি অমসুং ময়াম পুন্নমক্কীসুনি। নুমিৎ অদুগী মীয়ামদু নিতীগীদগী খরা হেল্লি, অমসুং ময়াম পুন্নমক খঙহৌদনা ছুটি থাদোকপীরবা স্কুলগী অঙাংশিংগী মতৌগুম মনুংদুদা কোয়চৎ চৎলি। লৌতুনবদা য়াওরিবা অহুম অদুসু লৈকোলদু থুংনা চৎলুরগা মখোয়না পায়খৎকদবা থবক মওং অদু লেপথোক্লমই। হৌজিক্তি চরা হেনবসু লেপখ্রে, গান্ধী নুমিৎ হুন্নি মরিনিগী মনুংদা মপাল থোরক্তুনা লাইনীংবদা য়াওররনি হাযবসি মখোয় লৈরিবা ফিভম অদু ফজনা মওং তারে হায়বা উরদুনা মখোয় নিউ দিল্লি রেল ষ্টেশন্দা বোম্বেদগী লাক্লিবা পুং অনিগী মনুংদা মথং-মনাও নাইনা থুংলরগদবা পঞ্জাবমেল অমসুং ফ্রোন্টিয়ার মেল ঙাইরমই। বডগেগা শঙ্করগা ফ্রোন্তিয়ার মেলদা লাক্কদবনি অদুগা গোপাল গোডসেদি পাঞ্জাবমেল তোংলক্কদবনি। ট্রেন অনিখক মতম পংকায়-কাযদনা ষ্টেশন্দা থুংলরে অদুবু মখোয় অনিনা রেল গাড়ী অদু মকোক্তগী মমৈফাওবা লৈদুনা মথকমখা ওনবমখৈ থিরবসু বডগেগা শঙ্করগা অমদি গোপালসু উবা ফংলমদে। অমরোমদা বডগেগা শঙ্করগদি বোম্বেদা নোংমা লৈথরম্বনি অদুনা রেলদুদা য়াওরক্তবনি, অদুবু পাঞ্জাবমেলদা তোংলকপা গোপালদি তশেংনা থুংলরবা জাৎনি। থোকত্রিবনা করিনো হায়বদা মহাক্তি রেল অদুনা লেপত্রিঙৈদা হান্না চোংথরবা জাৎনি অদুগা মফম অমদা ঙাইগে লৈতদুনা চীক্লা চায়না ঙমদ্রবা মীয়াম মরক্তুদা মখোয়বু থিদুনা লৈরুরবজাৎনি। মখোয় অনিনা খল্লমই, মহাকসু রেলদু ফাবা ঙমহৌদ্রবনি। মখোয় ইহান-হানবা ওইনা তুফক-তুফাই চনবা অমদি পল্লেপফম খঙদনা মেরিনাদা হল্লক্রমই, মদনলালনা মাগী লৈজবা পোকখায়বী খুৎলাই

ময়ামদু পুরক্লবসু মখোয়গী রিভোলভর অমত্তা য়ৌরক্তি। আপটে য়ু গ্লাস অমত্তং থক্কনবা মী ওইজরবসু ঙসিদি স্কোটচ য়ুদু খুৎথাদুনা থকচিল্লমই।

অহিং অদু কারকারে শরিফ হোটেলদা হন্দ্রে অমসুং হিন্দু মহাসভা ভবন্দা মঙোন্দা লৈহল্লম্বা কাদুদা লেকখিরমই। মহাক্না খল্লকই, করিগুম্বা মহাক্না গোপাল অমদি অতোপ্পা অনিদুগা রেলষ্টেশন্দা মাঙনরবসু, মখোয় মহাসভা ভবনদা লাকফম থোকপনি, মখোয়গা উন্নদবদি হিসাব অমা কায়গদৌরি। অদুবু বডগেগা শঙ্করগা লাক্তে, গোপালসু। মথংদা লাকপা বোম্বেদগী ট্রেন অমা চৎখ্রবা ফাওবা ঙাইরুরগা গোপাল বেঞ্চ অমদা তিংথোকপদগী তুমখিরমই, করিগুম্বদা মাগী ময়াম্বা নত্রগা অতোপ্পনা অহিংদা থিবা লাক্রবদি উনন‌বনি।

তাং তরামাপলগী অয়ুক অঙনবদা আপটে অমসুং নথুরাম টেক্সি অমদা তোংদুনা হিন্দু মহাসভা ভবন্দা লাক্লমই অমসুং মাঙনখ্রবা মপাংশিংদু মতমদু ফাওবা লাক্লমদবদুদা খোয়রাং-খোয়শাওনরমই।

অদুবু মখোযনা করিদি তৌবা য়ারি। নথুরাম অমসুং আপটে সেক্রেটরিগী লোয়শঙ তানা লাক্তুনা ঙাইহাক আশুতোষ লাহিড়ীগা ঋবী শানরমই নত্রগা মানা ঙাঙবা তারমই মহাক শান্তী পুররুবা শেম্বা পীশ কমিটিগী শুপ্পম শাশনগী মওংদুদা মখা চীক্তুনা খাঙদুনা লৈরমই, মদুদা হায়রল্লিবদি মাগী দলসু গান্ধীবু চরা হেনবা লেপহন্নবা পাম্বে থৌরম তরেৎকি ঋারেপ অদু সোই তৌরে সিনি। লাহিড়ীনা হায়বা মতুংইন্নদি মহাসভানা অদুগুম্বা অমত্তা তৌখিদে হায়রি, অদুগা মানা অতোপ্পা মীহুৎ অমদসু মদুম তৌখিনবসু হায়বা লৈতে। মহাক্না পাওচেদা চেরোল অমা থোক্লমই, ঋাফমদু শেংদোক্রবনি। উন্নবা লাক্লিবশিংদুদা মহাক্কী ঋারোল অদুগী ফোঙদ্রিঙৈগী শিন্দোক্লবা মরোলদু পাহল্লমই।

নথুরাম অমদি আপটে চপচাবা করম্বা কান্দা লাহিড়ী উন্নবা লাকখিবগে হায়বসি কনা অমত্তা খঙদে, নত্রগা মখোয় মাগা কয়া কুইনা লৈরম্বগে হায়বসিসুনি। ঋাফম অসিনা মমৈদা মরু ওইরক্লিবদি নুমিৎ অদুগী অয়ুক অদু কনাগুম্বা অমনা বোম্বেদগী লাহিড়ীগী ওফিসকি নম্বরদা ট্রঙ্ককোল অমা লাক্লমই।

মতম অদুঋাইদা ভারততা ট্রঙ্ককোল অমা তৌনবা হোৎনবদা ইন্সুরেন্স ফংনবা ইথোক-ইশিন তৌবা চেগুম্না চেচাংগী থবক য়াম্না লৈরমই করিগুম্বা অচৌবা সহর মঙা-তরাদা নত্তনা তৌফম থোকপদুদি ইমান মান্নরমই। অদুগুম্বা ফোন অদু অইবা ওইনা লানশিনগদবনি টেলিফোন এক্সচেঞ্জদা মদুদা কৌরিবা মী অদুগী নম্বর, চে লানশিনবগী মতম মানা কৌগদৌরিবা মী অদুগী নম্বর কনাগা ঋারী শানীংবা হায়বদুগী

মিং, মথং-মনাও (হায়বদি ইচম চম্বরা, নত্রগা য়াম্না পাইরক-পাইখু ওইবরা) হায়বদুসু ইবা তাই, অদুগীসু মথক্তা ৱারী শান্নগদবা মতম, অমদি চঙগদবা মতম, চঙগদবা পৈশা পুন্নমক রেজিষ্টার অমদা ইশিল্লমই।

মদুগী মথক্তা লম লাপ্না টেলিফোন্দা ৱারী শাবা হায়বসি য়াম্না তৌদবা য়াদ্রবা মতমদতা তৌবনি অদুনা কনাগুম্বনা টেলিফোন তৌবা তাবদা মপু অদু খঙদনা তৌবা য়াফমসু থোক্তে। মরম অদুনা লাহিড়ী নৎত্রগা কনাগুম্বা সংস্থান্দুগী মৱাচৎপা মী অমনা টেলিফোন্দু কনানা তৌরকপনো হায়বদু খঙলম্লোইদবা লৈতে।

মসিগী টেলিফোন অসি অথুবা ওইনা তৌরকই, অয়ুক পুং ৯-২০ তারে। বোম্বেগী নম্বব অদু সৱর্কারগী ময়ুমগীনি, টেলিফোন তৌরুরিবা মীদুনা ৱারী শাননীংইবা মীদুগী মিংদি সৱর্কারগী সেক্রেটরি জি ডামলে নত্রগা অপ্পাকাসার সৱর্কারগী বোডিগার্ডনি।

মমৈদা থিজিনখোৎচিন তৌবা কাংবুশিংনা মসিগী টেলিফোন অসিদগী লংজিন ফংখি, মখোয়না হায়খি, মদু নথুরাম্না সৱর্কারগী ময়ুমদগী গোপাল বোম্বে থাদোক্লবরা হায়বদু খঙনবা হোৎনখিবনি। মসিগী মতাংসিনা লেপ্পা ঙম্লকদৌরিবনি, মদুদি লৌতুনবদা য়াওবা মীওইশিংদু দিল্লি চৎত্রিঙৈদা সৱর্কাবনা থৌদাং শিন্নবনি নৎত্রগা য়ামদ্রবদা পুক্লিং থৌনা ফাওবদি হাপখিবনি। গোপালনা থৌনাফম্না অইবসিদা হায়খি, মহাক্তি সৱর্কারগী ময়ুমফাওবা কদাযদা লৈবগে হায়বা খঙদে। অমবোমদনা দিল্লিগী হিন্দু মহাসভাগী সেক্রেটবিনা সৱর্কারদা ৱারী শানীংবগী মরম চাম্মা লৈ নৎত্রগা য়ামদ্রবদা পাওজেল অমত্তং মাগী তেংবাংবা অমগী মতেংনা য়ৌহল্লরুবা হোৎনখি। ফরবসু-ফৎত্রবসু গান্ধীগা কংগ্রেসকা লৈবিবা মবী অদুমক সৱর্কারগা হিন্দু মহাসভাগা লৈনৈ, মীখলদদি মখোয়গী প্রেসিডেন্ট অমমম লৈজববসু মখোয় দলদুগীদি মকোক ঙাক্তনি। অমরোমদা লাহিড়ীদি, নিংশিংবা য়াবা অমনা, য়ানিংদবগী খোয়োক অমা থোকহল্লরুবা তৌরিবনি মদুনা, প্রজাদা অমদি সরকারদা নোংমৈ শীংজং তাবমুক শাফু পীরদৌরিবনি।

গান্ধীনা শীরবদা, বাজনিতীৱালা অমদি অঙম-অথৌশিং চপমান্ননা অরোংবা উনানা উপ্পুনা উপ্পম্বা উনানা লোংহন্দুনা থি-হুম্বা চত্থবদুদফাওবা, কনামত্তনসু সৱর্কারদা কনানা টেলিফোন তৌরম্বনো হায়বদু হায়দোক্লবা পান্নদে, মরম অদুনা কনানা টেলিফোন তৌরকপনো হায়বা পাখোঙ অসি ফোঙবা ঙম্নখিদে। পুলিসকি পাওমতুং ইন্নদি মদু নথুরাম্না তৌবনি হায়বদুদি য়ুমফম যাওদবনি। করিগুম্বা ওইরম্লফাওবদা, মদুনা মাগী থবক অমত্তদা মতেং ওইরোই মরমদি টেলিফোন্দা ৱারী শাবগী থবক অদু তোকখ্রবনি। ট্রাঙ্ককোল অদু পুং ১১-৩০ ফাওবা ঙাইরবা মতুংদা মদু তৌনবা শীল্লম্বা মী অদুনা

লাক্কুনা ককথংখ্রে। মদুগী টেলিফোন তৌনবগী খ্বাফম অদুনা পুরক্লিবদি লংজিন অমা থন্নখ্বনি মদুদা সবর্কারবু গান্ধী হাৎপদা য়াওবা মী অমনি হায়না চেন্নহন্নবতনি।

অদুবু কারকারেনা হায়বা মতুংইন্নদি, মতমদুগী পুং অমমুক্কী মমাঙদা, মখোয়না লাংতক্সনা ঙাইহনদুনা লৈরিঙে, অমদি করি তৌশিগে খনফম খঙদনা চমন্নদুনা লৈরিঙেদা, মখোয়না শগোল গাড়ী অমা লাকপা তারমই, অমসুং কনা লাকপগে য়েংনবা থোরকখি। মদুদা মী অমখক তোংলকই মহাক গোপালনি।

মহাকপু ইমুংদা থুনা চিংশিল্লমই, অদুদগী ইহান হান্না হংবা খ্বাফমদি মহাক্কী রিভোলভরদু পুরক্কুব্রা হায়বদুনি। মহাক পুরক্লে। অদুগী মতুংদা আপটে, নথুরাম অমদি কারকারেনা মাবু ইরুজদুনা পোখাহন্নবা মথন্তা থন্নম্লে, অদুদগী অমুক্কা হন্না বিরলা হাউসতা মফমদু য়েংথোক্লবা থুনা লাকখি।

নুংদাং খ্বাইরমদি কারকারে হিন্দু মহাসভা ভবন্দা হল্লক্রমই, অমসুং গোপাল হৌরদুনা শারিফহোটেলদা মাগী কাদা লাক্লে। মফমসিদা মদনলালগা গোপালগা অহানবা উন্নবনি। মখোয় অদুম্মক কল্লবা হোটেলগী য়োৎকি ফমুংদুদা ফল্লদুনা অংচেকার হল্লকপা ঙাইরমই, মঙোন্দা হায়গদবদি মখোয় লোইনমক দিল্লি থাদোক্কুনা জলন্দরদা মদনলালগী নুপী য়েংবা চৎকদবগী খ্বাফমদুনি। অংচেকারদগী নাম্বোক্লবা মতুংদা মখোয় অহুম্মক হিন্দু মহাসভা ভবন্দা কারকারেগী কাদা লাক্লমই। বডগেগা শঙ্করগদি মতমদু ফাওবা লাকপা লৈত্রে।

নুংথিলগী মতমদা মদনলালগা গোপালগা কাদা লৈহৌরি, কারকারেনা চৎলুবদা উরমই আপটেগা মথুরামগা মেরীনা হোটেলদা লৈরি, মফমদুদগী মখোয় অহুম নিউ দিল্লি রেলষ্টেশন তানা লাক্লমই, মখোয়না বডগে অমদি শঙ্করনা তোংলকফম থোকপা ফ্রোন্তিয়ার মেলদু ঙসিসু য়েংনীংলমই। হন্দকসু মখোয় হাঙনা হল্লক্লে। গোপালগা উন্নদবা অদুম হায়না মখোয়গসু মাঙনরমাল্লে খল্লদুনা মখোয় হিন্দু মহাসভা ভবন্দা অমুক লাকপদদি মখোয় অনিসু লাক্কুনা লৈরম্লে। স্টেশন্দা উন্নদবদি মখোয় ফ্রোন্তিয়ার মেলদা লাক্লে পাঞ্জাব মেল ওইনা তোংলক্লে।

নৌনা থুংলরিবা কাংবুদুগী কা অমত্তা লৈত্রে, অমরোমদা মদুগীদমক্তা নাচুংবিবা মীসু অমত্তা নত্তে। আপটেনা মখোয়বু শগু অচৌবদুগী মনুংদা তুম্নবা হায়রে, অমসুং মফম অদুমক্তদনি অনিদুনা অহিং অদু পোথাখিবদো।

দাদরদা লৈবা আসরা হোটেলদি তাজগুম্বা নত্তে, অদুগা মসিমসু অচুম্বনি বোম্বে শিন্থুংনা থিবদা অহোঙবা হোটেল অমা থিবসু অরায়বা নত্তে। অদুবু মফমদুগী ভারতকি

অথুম-অহাও অমদি শা-ঙা য়াওদবা ইঙ্গ্লাংগী মথেলগী নিংথিজবদা চাওথোকচরবা অমদি হোটেল মপূগী অতিথী ওইনা তরাম-তরাম তৌরবা বড়গে অমসুং শঙ্কর কা অমদা লৈথরমই। মখোয় থেঙনা তুমখিবদগী হৌগৎতুনা পুক্লিংতাবা মথেলগী চরা খরা রানশিল্লে অমসুং দাদর কৈথেলদা ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎলমই। বড়গেনা শঙ্করগী টুপী অমা লৈবিরে অদুগা অইংবা দিল্লিদা অহিং শুপ্পুনবা কম্পোর খরা অমগা লৈরে। নুমিৎ য়ুংবগী অদুরাইদা মখোয় আসরা হোটেলদা অমুক হন্নক্লে অমসুং নোংমাইজিং নুমিৎকি অখন্নরবা চাক্লেন্দু চাথোক্লে অদুগা মিষ্টর নাভরেদগী লড়ু পোলাং অমা (ভারততা চৎনবা অথুম অহাও অমনি) ট্রেন্দা চারুনবা পূরক্লে।

য়াচঙত্রিঙৈদা মখোয় খুল্লক ফাওদুনা চেনবা রেল অমা তোংদুনা ভিক্টোরিয়া টার্মিনস ফাওবা লাক্লে অদুগা পুং কয়ামুক কোয়চৎ চৎতুনা পঞ্জাব মেল হায়বা ফ্রোন্তিয়ার মেলদগী খরা ঙনবা রেল অদু থুংবা ঙাইরমই, মদুদা বড়গে শোয়দনা তোংলক্কনি হায়খিবনি। হন্দক্তি বড়গে অমসুং শঙ্কর ময়ায় ওইবা থাক্কী ডাবাদা তোংনবা টিকেট লৈরমই, মদু থার্ড ক্লাস টিকেটতগী খরা হেন্না তাঙবনি অদুগা ফমফম অমমম ফংই। জানুৱারী তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎকি নুংথিল মখোয় দিল্লি য়ৌরে। গান্ধী হাৎশি হায়দুনা লেপখিবা মতমদু পুং মুক হেন্দোকখ্রে, অমসুং ময়াম পুম্বা লৈবাক্কী কোনুংদুদা পুল্লম্লে।

প্লেটফোর্মদা মখোয়গা কনামত্তা উন্নদ্রে, অমরোমদা বড়গেসু কনামত্তা উন্নগনি হায়বগী আশাসু তৌদ্রে। পাইরক্কী লৌশিং লৈবা মী অমা ওইনা মহাক শগোল গাড়ী অমা তোংলদুনা হিন্দু মহাসভা ভবন তম্না থৌরক্লমই। নোংসু লাকপ তারক্লি নিংথম থাগী চিংশিল্লবা নুংথিল অদুদা মখোয় নুংদাংগী চরাসু চাদ্রি অদুবু লাইবক ফবদি লড়ু পোলাংদু তঙ্খায় অমা হেন্না য়াওরি। বড়গেগা শঙ্করগী হিন্দু মহাসভা ভবনগী শঙ অদুগী মনুংদা চঙলকপদা মদনলালগা অতোপ্পা নিপা অমগা উরমই মহাক্তু নথুরামগী মনাও নিপা গোপাল ওইরমগদৌরিবনি।

'৩২ গী বিভোলভর বড়গেনা শঙ্করদগী লৌবদু মঙোন্দা য়াওরি নৎত্রগা শঙ্করনা পায়রি, থবক তৌবগীদমক্তা পীবা গোপালগী রিভোলভরদুসু লৈরে অদুগা পোকখায়রী খুৎলাই ময়ামদুনা মদনলালগী হীপ্ন-চানবা মকোলদুদা য়াওরে। মকোক ওইরিবা আপটেগা নথুরামগা রাই পুমশং শংলে।

দিল্লি ঙসিদি নোংলৈ-নুংশিৎ অচৌবা অমা হেক খমখ্রবা মতুংগুমই, পাপ পুম্নমক চামথোকখ্রবা সহরনি হায়বা য়াই। তাং তরামাপলগী অয়ুক্কী পাওচেদা হায়রিবদি মুসলিমশিং লম্খেলদা অকি-অখং লৈতনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা উরে, মদুদগী

হেন্দোক্কুনা মখোয় থরদি পরেং লেংদুনা লম্বেলদা চৎলি মদুদা হিন্দু অমসুং শিখশিংনা অথেনপোৎ উঁহৈ-ৱাহৈ অথুম-অহাও কয়া লান্নদুনা ওক্লমই।

চিংনবা য়াবদি মদুদা উৎলিবদু অশেংবা নত্তবদা রঙ্গমঞ্চগী শক্তম্নাংহনবগী মওং অমনি অমদি মদুগী অশীন-অরাঙ ওইরিবদু শক্তি পায়রিবা দল অদুনি। হৌজিক মক্তসু গান্ধীগী পুক্সি কন্ননবা হৌরকপা ইহৌ অদু নেমথগ্রবনি, অমসুং মীওই কয়ানা শান্তীগী ফিরেপ অদুদা কুপ্না য়েংশিনবদা উগদবদি মদু মীয়াম্না খনখিবা য়েৎনবা লৈতনা য়ানখিবদুনি খনবদুদি নত্তে। হিন্দু মহাসভাদা লৈরিবা কা হেনবা লীচৎ চৎপা শিংদুনদি, করম্না কংগ্রেস লুচিংবশিংনা মখোয়গী দলগী ফিরেপকি মায়োক্তা চঙশিল্লক্কুনা খুবাক ময়ায়দা শগুন তৌথ্রিবনো হায়বদু থিবা হৌরকই। মসিগী মরাল শীবসিবু থৌনা ফনা মিস্তর আশুতোষ লাহিড়ীনা য়ানীংদবা ফোঙদোকখি। মহাক অমসুং দলগী কনাগুম্বা অমত্তদা মহাক্না হীরম তরেৎকি ৱারেপ অদুদা শোই তৌহনখিবা লৈতে হায়রি।

অদুবু, মখোয়না তশেংনা ৱারেপ অদুদা সোই তৌরমদ্রবসু, মফমদুদগী মহাসভাগী লুচিংবশিং পুন্নমক মফমদুগী থম্মোই তনীকপদুনা শোকহনখিদবদি নত্তে অমসুং মখোয়না গান্ধীগী কাদুদা লৈরিঙৈদা ময়াম্না ৱারেপ্তুদা সোই তৌবদুদা লেপ্পুরবনিনা সোই তৌগ্রে হায়না খন্নবগী ৱাতনি। কংগ্রেসকি লুচিংবশিংনা পামলম্বদি মদুতনি। লৈবাক ৱাথোক অদু নেমথরে, গান্ধীগী পুক্সিসু কল্লে। হৌজিক্তি মখোয়গী থৌনা লিংজেল পুম্বা মতুং তাবা থৌরম, হায়বদি গান্ধী গা চৎলু-চৎলু মফম খুদিং হিন্দু মুসলিম, অমদি শিখশিং উঁহৈ-ৱাহৈ অথুম-অহাও লান্নদুনা চামিন্নবা উহনবগী ৱানি।

মদুনা মহাসভাগী লুচিংবশিংদদি অয়ম্বা অমা ওইনা উহল্লবনি, অমসুং লাহিড়ীদি হনবা নাইদনা মীয়ামদা মখোয় শান্তীগী ৱারেপ অদুদা য়াওই হায়না উবদু অবানবনি হায়না লাওনবা হোৎনরি। লোয়না-লোয়ননা হিন্দু অমসুং শিখ লুচিংবশিংনা মখোয়গী তুংইনবশিংদা ইনশিনবা তোকহন্নবা সরকারনা কাংলুপকি ওইবা মীতিন ফম্বা অমসুং সভাযাত্রা চৎপা পুম্বা থিংলমই অমসুং লাহিড়ীদি পাও চেরোল অমা প্রেসতা থোক্লমই অমসুং মদুদা পেম্থোক্লমই। মদুদা মহাক্না গান্ধীগী চরা হেনবা লেপখিবদা মীয়াম্না নে তাবদু মহাকসু নুংঙাইবা ফোঙদোক্লমই অদুবু মহাক্না শেংনা হায়রমই, মহাক্কী দলগী মীহুৎ অমত্তনা হিরম তরেৎকি ৱারেপ অদুদা সোই তৌখিদে অমসুং মখা তানা হায়রি মাগী দলনা মদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মতেং অমত্তা পাংলোই। মহাক্না মরাল শীরমই চরা হেনবদুনা হিন্দুশিংবু মখোয়গী মরম্মক্তা অমদি পাকিস্তান্দা লৈবদা ফিভম শোম্বহনবদা মায় পাকখিবতনি, লোইশিনবদা হায়রিবদি মখোয় মশাগী মখোঙ থোংনা মমং থিবা থোক্কদবা থৌশিন্দুদা য়াওবা লৈতে হায়না লাওথোক্লি।

মসিগী চেরোল অসি তাং তরামাপলদা থোকখিবনি অমসুং নথুরামগা আপটেগদা লাহিড়ী মশামক্তা চেরোলদুমক্কী শিন্দোকপা মরোলদু পীরমই, মখোয় অনিসু পেল্লমই। মখোয়গী দল ঙসিসু গান্ধীবু থেন্নবা থৌশিলদুদা য়াওদনা মশাগী ফিরেপ হোংদ্রি উবদা নুংঙাইবা পোক্রমই। হৌজিক্তি থবক পায়খৎকদবা মতমদুদি নকশিল্লক্রে, মখোয়গী ৱারেপ অদুদা থৌনা হাপ্পা য়াবা অকোয়বদা থোক্নিবা থৌওং কয়া মখোয়সু য়েংদুনা লৈরিবনি।

নুংথিলগী পাওচেদা হেন্না নুংঙাইবা পাও অমসু য়াওবা থেংনরে। গান্ধী, মশামক্কী হকচাং চরা হেল্লুবগী অরোইবা নুমিৎ নিনিদুদা শোকথরুবদু, ফগৎলে অমসুং মহাক মথংগী নুমিৎতা শোয়দনা লাই খুরুম্বা ময়াম মরক্তা য়াওবা ঙম্লগনি হায়বগী মতৌ উরে অমসুং মাগী অকোয়বদা তিল্লিবা মীশিংদুদা ৱা খরা ঙাওবসু ঙম্লগনি হায়রে।

অসুন্না থবক ওইনা পাঙথোকপদা অপনবা লৈরম্বদু নাখৈ অমা শেংলে। মখোয় গান্ধীবু হাৎপা লাক্লিবনি, অদুবু গান্ধীনা ফমুংদা হীগুনা লৈদুনা মপান্দা থোরক্লুবদি থবক্তু পাঙথোকপদা অৱাবা অমা ওইরমগদবনি। মহাক্কী অকোয়বদা মতমচুপ্পদা মাগী অচানবা মনাই ময়াম্না কোয়শিন্দুনা লৈ অদুগা তোয়না লাকপা মীতনা কা মনুংদা চঙবা য়াবনি। মহাক মপান্দা থোরক্কদৌরে হায়বসিদি য়াম্না খুদোংচাবা অমনি, মহাকপু মপান্দা হাৎপনা অরায়বা ওইগনি।

# তরেৎশুবা তাঙ্কক

*তমথীরবা থৌদোক কয়া থোকহন্দুনা পাকিস্তান শেমহনখিবা পুন্নমক্কী মরুদি গান্ধীনি।*

-নথুরাম গোডসে

তাং তরামাপলগী নুংদাংদা মদনলালগা গোপালগা হিন্দু মহাসভা ভবনগী কাদা, অদুগা বডগেগা শঙ্করগদি চঙফমগী শঙশাঙদুদা লেকই। কারকারেনা, আপটেগা নথুরামগা লোয়ননা মেরিনা হোটেল কাদা লেকই।

অহিংচুপ্পা নোংখিকপদু লেপ্পা লৈতে অদুবু নোংঙাল্লকপা মতমদি পাথরক্রে অমসুং ৭.৩০ তাবা অদুবাইদদি অতিয়াদু পুমশেং শেংলে। মথংগী নোংঙাল্লকপদা মখোয় উন্নশি হায়নখিবনি। অদুবু ৮.৩০ ফাওবদা আপটেগা কারকারে নত্তবা কনাসু লাক্কে। মখোয়না হায়বদি নথুরামগী মাগী হান্নগী লমঙ্গন নুংশিৎ লৈবদু কাঙলক্কুনা মকোক হাইগৎপা য়াদদুনা লৈহৌই অমসুং খরা থেংনা লাক্লগে হায়হৌই হায়বসিনি। আপটেনা অদুদগী বডগেগা শঙ্করগদা, বিরলা হাউসতা চত্তুনা মফম অদু তাক্কুনা মখোয়না করম্না থবক পাঙথোক্কদগে তাক্কে হায়রে। বডগে অমসুং শঙ্করদা হাৎপগী শরৌ অদুদা মরুওইবা থৌদাংদি পীজরবসু, মখোয় বিরলা হাউসতা অমুক্তা চৎখিদ্রি, হন্দকসু ইরুজনবা ঈশিং লুপ্লি হায়দুনা আপটে মখোয়গা চৎপদা য়াওদ্রে। কারকারেদি মখোয়গী থবক পাঙথোক্কদৌরিবা মফমদু হান্ননা খুৎ লোয়দুনা লৈবনা মতম মাঙনবনি হায়দুনা হিন্দু মহাসভা ভবন্দা অদুম লৈহৌরে।

আপটেনা টেক্সি অমা ফারগা বডগেগা শঙ্করগা বিরলা হাউসতা পুখিরমই। মিকুপ খরা থোঙ্গাল অচৌবদুগী মমাঙদা চৎলুবগা আপটেনা মখোয়বু থবকশুবা মীশিংগী শঙ লৈরিবা য়ুমজাওগী মনীংদুদা পুরমই অদুগা ফাওনফম লম্বেলমচাদুদা ফাওদুনা মখোয় লম্পাক মনুংদা চঙলক্রমই। বিরলা হাউসকি লৈকোন নাকল অমদি নমথখ্রবনি অমসুং পাক্রবা লমহাং য়ুমজাওগী মমাঙদগীনা অপীকপা কালেন্দা লৈনবা শঙমচাদু ফাওবা শন্দোক্লিবদু থাক অনি লৈ। বডগেদা আপটেনা গান্ধীনা লাই নীংবদা ফম্বা মফমদু তাক্লমই, মদু লমহাঙদুগী বাংখৎপা শরুক্তনি অমসুং মদুগী লমহাংদু থবকশুবশিংগী মনীঙগী শঙগী থোঙনাও অমদগীদি খোঙকাপ অমা অনি কাল্লগা লৈবনি হায়বদুসু উৎলমই।

মদুগী নম্বর অহুমশুবা কা অদু বিরলা ইমুং-মনুংগী কারথৌবা মীওই চোটুরাম লৈবনি অমসুং থোঙনাও অদু থেন্দুনা থম্বা নুংশিৎ চঙফমনি ফক্লাংগী চেক ময়াম অমা হোহল্লগা শেম্বনি। মদুগী নুংশিৎ চঙফমদুগী অকুপ্পা মরোল অমা দিল্লি পুলিসকি ডেপুটি সুপরিন্টেন্ডেন্ট সরদার যসবন্তা সিংহনা জবান পীবদা য়াওই, মহাক্না তশেংনা অহোবশিংদু ওন্দুনা য়েংলুবনি।

হোহল্লিবশিংদু পরিং চুন্না লৈতে..... অহোবশিংদু চাওবা অমত্তা মান্নদে ... খ্বায়দগী লাওবা অহোবদু ৬"x৩" অদুগুম্বা অহোবা নিপালখক লৈ। নুংশিৎ চঙফমদুদা লোয়নমক্তা অহোবা ২৬ লৈ।

আপটেনা নুংশিৎ চঙফমদুদা য়াম্না নকশিল্লমই, অমসুং বডগেনা হায়বা মতুংইন্না অহোবদুগী অরাওবদু লং অমনা নাপ লৌরমই।

আপটেদি মপুন্সিসিদা গ্রেনেড অমুক্তা লংশিল্লুবা লৈত্রি। অমরোমদা মহাক্তি গ্রেনেডকি মচৈ ফারিবা পিন অদু য়ানা শৎকদবনি হায়বতনি খঙবা। মাবু তশেংবা রিভোলভর কাপ্পা কাসি হৈরেমগদ্রা হায়বসি চিংননিঙাইনি। অদুবু মহাক্না হায়রক্লে, নুংশিৎ চঙফম অহোবসিদা রিভোলভর অমা কাপশিনবসু য়ারে গ্রেনেড অমা লংশিনগেসু য়ারে।

অদুগী মতুংদা অনি অদুসু থবক তৌবশিংগী শঙ মনীংদা পুরদুনা লাক্লে অদুগা অহোবদু লৈবা কাদু অমুক উহল্লমই। মহাক্না বডগেদা হায়রমই, মানা তৌগদবা হায়ববু ফোটো নমগে তৌবনি হায়জিন্নরগা কাসিদা চঙলগা অহোবসিদা থিন্দোক্লগা গান্ধীবু কাপ্নবা মতুংদা মখা চখবা ওইনা গ্রেনেড অমা অহোবদুদা মনুংদা হুজিনবগী ৱাফমনি।

আপটেসু বডগেসু কা মনুংদুমক্তি চঙলুবা লৈতে অদুবু মখোয়গী থবক অদু ঙম্লনি খল্লে। শঙ্করদি কমদৌরি, আপটেনা বডগেদা য়াম্না লোন্না ঙাঙবদা নত্তনা মরাঠি লোন্না ঙাঙবদুদি মানা খঙবা ঙম্পোৎনৱে, অদুনা মাবু করিগী বিরলা হাউসকি লৈকোলদা চৎপা য়াওহল্লিবনা করিগীনো, মানা তৌগদবা করিনো মা করিসু খঙদে। আপটেনা হৌজিক্তি মাগী খুপ্পুদুদা নোংমৈ শীংজঙ মরক্তা নোংথাঙগুম্না পাইবা লাঞ্জংগী পোরম অমা উৎখ্রে হায়না খল্লদুনা মথং পায়খৎকদবা থৌরমগীদমক্তা হিন্দু মহাসভা ভবন্দা পুদুনা লাক্লে।

মখোয়না মফমদু য়ৌবা মতমদদি পুং তরামাথোই হেনখ্রে, গোপাল মথন্তা কাদুদা লৈরমই শেমশাবা ইরুজবা লোইরদুনা, অতোপ্পা অনি কারকারেগা মদনলালগা চাক-ঈশিং চাবগী থোকখিরমই। মখোয় তরেৎকি মনুংদা অহুম অমা ৱাৎলফাওবদা

আপটৈনা মাগী খুৎস্লুদুদা অতোপ্পা পারা অমা লৌথগে হায়না খল্লে। ঐখোয় মনীংদা লৈবা উমংসিদা চৎতুনা রিভোলভর অনিদু চাং য়েংলুখিবা তারি, মানা অতৈদুদা হায়রকই।

নোংমৈ কাপ্পা তম্বদুদি ফাগী তাখ্রে, তৌবগীদি শক্তম্লাংলিবশিংদু মানা মানা লৌগদৌরিবা শক্তমদুদা থৱায় য়াম্নদি য়াওজবনি। বডগেনা নিংশিংলকপা মতুং ইন্না, উমং হেক য়ৌবগা আপটেনা গোপালদা মাগী রিভোলভরদু পুথোরক্কবা হায়খি। মদু পুথোক্তুনা নোংমৈমক্না হাপফম হাংদোক্নবা মচৈদু নম্বদা হাংদোকফম থোকপদু হাংদোরম্মে

৺৩৮ বেবলি স্কোট গোপালনা ভারততা পুথোরকখিবদু চহী মরিদি লৈনুংদা ফুমদুনা লৈরুবদগী কোট্লীং অমদি লৈবাক্না নপশিন্দুনা ইফুন ফুঞ্জিল্লবনি।

আপটৈনা হায়, বডগেদি অৱাবা নংগদবা খুৎলায় অমত্তা মশাদা পক্তবনি শঙ্করদা পায়হনবনি, অদুনা শঙ্করদা পুথোরক্কবা হায়রমই। আপটৈনা অদুদগী শর্মানা পীরকপা মরু মরি অদু হাঞ্জিল্লে অদুগা শঙ্করদা পীরগা উ অমদা কাপ্পবা হায়রমই। শঙ্করনা মাদি কাপ্পা হৈতে হায়রকই, অদুবু আপটৈনা কাপনবা মচৈ অদু খুদোম্বীনা চিংউ হায়রমই। অদুদগী শঙ্করনা মরু অমা কাপ্লমই। নোংমৈ মরু অদুনা উদু য়ৌবা ঙমদনা লৈমায়দা তারমই।

বডগেগী রিভোলভরদুদি ৺৩২ গী য়াম্না ফবা পোৎনি। অদুবু কায়রিবদি শর্মনা পীরক্লিবা মরুদু চানদ্রবরা নত্রগা অমনবরা অমা ওইরে।

আপটৈনা ময়া ক্রক-ক্রক চীক্তুনা, অপীকপা রিভোলভরদু কান্নদ্রবা খুৎলাইনি হায়না চৈরমই। হৌজিক্তি পুন্নমক গোপালগী রিভোলভরদু থুনা শেম্বদা লৈরে। গোপালনা নিংশিংলক্লমই, মাগী ভবনগী কাদা য়ুবী থাও লিক্লি অমগা ছোৱি অমসু লৈহৌই, শঙ্করবু থাদুনা মদুবু পুরক্লবা লোয়ননা শীদোক্লবা রিভোলভরদু অমোৎ-অকায় পকহন্দনা থম্নবা কম্পোর অমসু পুরক্লবা হায়রমই। শঙ্করনা শাংলবা লম্বেলদ্ চেপ্থোক-চেনশিন তৌরমই। কম্পোর অদু তিংথোক্লে উখা অমদা 'গোপালনা রিভোলভর মনুংগী কোট্লীং অদু তকথোক্লমই' অতৈনা ঙক্না য়েংদুনা লৈরি।

খঙহৌদনা থক্কৎপা থৌদোক অমা থোকখ্রে। মখোয়না মী খরা ৱারী শাবা তারমই অমসু রিভোলভর অনিদু কম্পোর মখাদা লোৎশিল্লমই সিফাইগী ফিজোল শেৎপা মী অহুমখক মখোয় তম্না লাক্লি। মখোয়না উমংদা করি তৌরিবনো হায়বা খঙনবা লাকপা মাপ্লি। বডগেবু থুনা কম্পোর মথক্তা হীপহল্লে নাবা শাজিন্নহল্লে অদুগা শঙ্করনা লিক্লিদগী থাওদু খোঙ খুজেংদা নোইরমই। মীশিংদুনা নকশিল্লক্লবা মতমদা খঙলে মখোয়দু উমং ঙাকপা কাংবুনি। গার্ড অমনা মখোয় কৈদৌরিবনো হংলমই,

অমসুং গোপালদি সিফাই ওইরিঙৈদা পঞ্জাবী লোল হৈহৌবনা মখোয়দা হায়রমই মখোয় অচীকপদা লাকপনি অমসু মখোয়গী মরক্তগী অমা মখোঙ লৈথেকখ্রে। গার্ডশিংদু মখোয়গী পাওখুমদুদা মখা হংনীংবা উদ্রে, চৎখ্রে অদুবু আপটে দি নীকপা হন্নবা লৈখিদ্রে। মহাক্না ময়ামদা রিভোলভরদু অহাঙবদা শেম্বদু তোক্তুনা মনুংদা তৌরুশি খন্নরে। অদুগী মতুংদা মখোয় মরিমক ভবন্দা কাদা হল্লক্রমই, কারকারেগা মদনলালগসু হল্লক্রন্নে।

নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং মঙা চৎখখ্রে। আপটেনা মাগী মী ময়ামদু খোমজিল্লে অদুগা পোৎচৈ ময়ামদু পুরদুনা টেক্সি অমদা মেরিনা হোটেলদা পুরক্লে। মানা অদুদগী বডগেগা শঙ্করগদা মখাদা চাক চাফমদা চাক চারুনবা থাদোকখ্রগা, মখোয় লৈত্রিঙৈদুদা, মৈনাদু চাকপদা কয়ামকুইনা চঙবগে হায়বদু খঙনবা থবক অমা তৌরমই। থোঙ অদু লোনশিল্লে অদুগা মৈনা অশাংবা অমা মৈ চুরমই। কারকারেনা হায়বা মতুংইন্না; মীৎথকপা মৈঙান অমা হৌরকই, ফী কাম্বা মখোল অমসু লোয়নরকই। ঐখোয়না মীৎ পাঙথোক্লকপা মতমদা কা অদু অমুবা অমম্বা মৈখুনা ফুল্লমই ঐখোয় হাদুনা লোক খুরমই। ঐখোয়না ফমুং অমদগী মোম্পাক ফিদক অমা চিংথোক্লগা চাকপা লোইহৌদবা মচেৎ অদুদা নমদুনা মুখৎলমই। হোটেলগী থবক তৌবা মী অমা করিনো য়েংনবা হোৎচিল্লকই অদুবু আপটেনা থেল্লগা থাদোকখিনবা তৌরমই বারী অমা লীশিল্লমই মোম্পাক ফিদক অদু চুরুপ্তগী মৈ বায়বনি হায়খি।

চাক ঈশিং চাবা লোইনরগা বডগেগা শঙ্করগা মথক্কী কাদা হল্লকপদদি ময়াম পুন্নমক হরাওমথোই কানা উই। গোপালনা মাগী রিভোলভব শেম্বদু মায় পাক্লে। য়ামদ্রবদা মহাক্না ইনপ নপশিল্লম্বা পোৎ অদু ফজনা মথৌ তৌহনবা ঙম্লে। অদুবু মসি তশেংনা কাপ্পা য়ারব্রা হাযবদুদি চাংয়েংবা য়াদ্রে খুৎচুম্বী য়েংবগী মতম লৈত্রে।

থোঙ চেৎনা লোনশিনখ্রে মথং পুংখায়মুক্তি মখোয় চেকশিন্না হেণ্ড-গ্রেনেডশিংদু লোইশিল্লে, নোংমৈ মরু হাল্লে অমদি বোমদা মৈনা পানশিল্লে। অদুদগী মখোয় লানগী মীফম অমা ফমথরমই।

মখোয়গী খুৎশু-খুৎলাইদি গোপালগী ·৩৮ গী রিভোলভরনি মদু মখোয়না ফজনা য়ারে খল্লবনি, বডগেগী ·৩২ রিভোলভর মখোয়না কান্নদ্রে খল্লবনি, ৩৬ হেণ্ড-গ্রেনেড মঙাখক অদুদা সেকেণ্ড তরেৎকি মৈনা হাপ্পবনি অমসুং পাউণ্ড অমগী গনকোটন বোম সেকেণ্ড মরিফুতরাগী মৈনা পাল্লে। মদনলালতদি মমাঙদসু পোকখায়বী খুৎলাই লোয়নদুনা লাকখি, অদুবু মখোয়গী মবক্তগী অতৈ কন্নামতফাওবা রিভোলভর অমত্তা কাপখিদ্রি নত্রগা ৩৬ গ্রেনেড অমা লংশিনখিবা লৈত্রি, অদুগীসু মথক্তা মখোয় খুৎলাইশিংদুগী তৌবা ঙম্বা অমদি ঙমদবশিংদুসু অমত্তা খঙদে। খুদম

ওইনা, বডগেদি (শেমদোক্লবা থৌশিল অমগী মখাদা) ফুট কুপ্পা লাপ্পা মফমদগী মাগী রিভোলভর অদুনা গান্ধীবু শোয়দনা হাৎলনি হায়দুনা লৈরি, অদুবু অদুক লাপ্পদগী মী কাপকে হায়রবদি য়াম্না তম্বা তাই। হেণ্ডগ্রেনেডশিংদুনা, মখোয়না গান্ধীগী মনাক নকশিল্লগা মীরক্তা মাইগৈ পুন্নমক্তগী লংশিনবগী বানি, মখোয়না খঙদবগী বানি মখোয়না পাক্তক্লনা মী হাৎপদুদা মখোয়সু য়াওখিবা য়াই হায়বসে।

নথুরামদি মাগী লমহুন নুংশিৎ অদু খরা নেমথরকপদগী থৌরম অদু চৎনবী কায়দনা হৌদোক্লমই, মখোয় লোয়নমক মখোয়গী পান্দম অদুগী অচুম্বা পুরক্লবা অমদি মায় পাকপসু শোয়দ্রবনি থাজদুনা কথোকপা অমা য়াওনা থবক তৌবা তাই, মরমদি হন্দক্কিসিনা মখোয়গী অরোইবা খোঙজঙনি। আপটৈনা অদুদগী মখা চথবা ওইনা থবক ওইনা পাঙথোক্কদবা মতাংশিংদু লীথরকই। মখোয়না তৌগদবা অহানবা থবক্তি চরাংনবা অমা থোকহনবনি অদুদগী গান্ধীবু হাৎকদবনি মদুদা মনুংদা থোক্লিংবমখে থোকখিবা য়াই অদুবু রিভোলভর কাপশিনবা অমদি গ্রেনেড ময়াম অমা লংশিনগদৌরিবনি। চরাংনবদু থোকহন্নবা গনকোটন বোম অনি পোকখায়হনগদবনি। মদনলালনা অমা পাঙথোক্লনি। অমদুদি কনানা তৌগনি?

মহাক উয়ুংদৌনা লেপ্তুনা তুমিন্না লৈ। মরমদি, কনামত্তা পোকখায়বীগী থবক্তা হৈশিংদে অমসুং করম্না পাঙথোক্কনি হায়বসু খঙদে। বডগেদি মরূচৎপী অমদি পোকখায়বী খুৎলাই ময়াম অমা য়েনবগী থবক তৌজরবসু, মমৈদা মরাল য়াজবদা হায়দোরকই, ঐদি হেণ্ডগ্রেনেড শিজিন্নবগী মওং অমত্তা তম্লক্তে, লোয়ননা গনকোটন বোম, রিভোলভর, পিস্তোলনচিংবসু অন্মানি ঐ হেণ্ডগ্রেনেড অমত্তা লংখিবা লৈত্রি, গনকোটন অমত্তা পোকখায়হল্লুবসু লৈত্রি।

ফরে বডগেনা আপটৈদা হৌদোক্লমই, অমত্তমক পোকখায়হল্লসি? ঐখোয়না অনি পোকখায়হনবগী করিসু কান্নবা লৈতে।

মমৈদা লেপ্পরে, গনকোটন বোম অমত্তমক মদনলালনা থাবক্লনি, মহাক্তা সেকেণ্ড মরিফুত্তরা চঙবা মৈনাদু চুরম্লগা গান্ধীগী অকোয়বদা ওল্লিবা ময়ামদুগী মরক্তা য়াওশিন্দুনা মাতম্না গ্রেনেড অমা লংশিন্নবা শেমশাদুনা লৈগনি।

পোকখায়বদু হেক তাবদা, বডগেনা গোপালগী থবক তৌরিঙৈগী রিভোলভরদু নুংশিৎ চঙফম অহোবদুগী থিন্দোক্তুনা গান্ধীদা কাপকনি, অহোবদু অয়ুক্তা মঙোন্দা উহনখিবদুনি, অদুগা শঙ্করনা গান্ধীদা নকশিনবা য়াবা লম্বী য়েংদুনা লৈরগা লৈরম্বা মফমদুদগী বডগেগী '৩২ রিভোলভরগী মরূ অহুমদুনা কাপশিনগনি। রিভোলভরদুগী মরূদু লোইরবা মতুংদা বডগেনা হেণ্ডগ্রেনেড অমা নুংশিৎ চঙফম অহোবদুদগী

রিভোলভর মচিন্দুনা ইনশিনখিনি। রিভোলভর মখোন্দুনা হেক তাবগা গ্রেনেড লংশিনগদৌবা ময়ামদুনা গান্ধী লৈবা মাইকৈদা লংশিন্নরক্কনি। মসিগীদমক্তা মখোয়না পুরকপা গ্রেনেড মঙাদু য়েম্থোক্লরম্মী বডগেদা, শঙ্করদা, কারকারেদা, মদনলালদা অমসুং গোপালদা। আপটে অমদি নথুরাম অনিমক খুৎলাই অমত্তা পায়রোই অদুবু, মখোয়গী মথৌদি খোঙজঙ অদুদা খুদম তৌদুনা শীনবিবগী বানি।

করি করি য়ানীংদবা লৈ ?

কনাগুম্বা অমত্তা চিংনবা লৈনদ্রে। থৌশীল অদু যম্না মচু তারে। থোইদোকপা চেন্নগদবা লৈত্রে। গনকোটন বোম অদু হেক পোকখায়বদা ময়াম খা-রাই খঙদবমখৈ চেন্নগনি, বডগেনা গান্ধীগী ফম্ফম মপাদা লৈবা কাদুদা চেনশিনগনি, গোপালগী রিভোলভরদু কাপথোরক্কনি, অপীকপা রিভোলভর অদুগী মরূ অদু অয়ুক্তা নীংবা কায়হনখিবদু লাইগী নোংদমদগী শোয়দনা শক্তি লৈবা ওইরক্কনি। মখোয় পুম্নমক অদুদগী হেগু গ্রেনেড ময়ামদু অঙাং লমহেনবনা পুখ্রিদা নুঙ হুম্থদুনা শান্নবগুম্না লংশিন্নরক্কনি অদুগা হেক লোইবদা মীহাৎ-মীপুন মরক্তুদগী মী অমত্তা খঙহন্দনা অশোক-অপন য়াওহন্দনা নাম্থোরকপগী বানি। মখোয় মশা মশাগী কাদা চেল্লক্তুনা নোংমা নিনিদি তুমিন্না তাশিন্দুনা লৈরগা মখোয় মখোয়গী প্লেন অমদি রেল ফারগা মখোয়গী মহনফমদা হন্নরকপগী বা ওইনসু খল্লরমই। অমসুং মসিমসু খল্লমই থুনমক লৈবাকপুম্বনা মখোযনা তৌরম্বদু খঙলক্কনি থৌনা ফবা, লৈবাকপু শেম্বী-শাবিবা, অশেংবা দেশভক্ত অমা অমদি মমা লৈবাকপু নৈহৎতুনা ধর্ম্ম মাঙহন্নবা হোৎনবা মীফত্ত লাইপোক অমগী মখুত্তগী মরৈবাকপু কনবা মী ওইনা লৌনরক্কনি।

আপটেনা হায়রিবা অয়াম্বা শঙ্করদি খঙদবনি নৎত্রগা তশেংনা গান্ধী হায়বদু করমহায়না তৌবগে হায়বদু খঙদ্রবসু থোইদোক্না চিংনরমদে। শঙ্কর হায়বসি বডগেগী মমি অমগুম্বনি, অমসুং মঙোন্দা শন্দোক্না তাকপা হায়বদু বডগেগী মথৌনি। অমসুং বডগেনা মঙোন্দা শন্দোক্না তাকপগী মওংদি মানা বোম হুঞ্জিনবা মীদুদা মহাকসু হেগুগ্রেনেড লংশিন্নবা হায়বনি, মরমদি মশামকসু রিভোলভর কাপকদৌবিবনি হনুবা গান্ধীজি কৌবা নিপা অমা লোইশিনগদৌরিবনি।

মখা থোইদোক্না খন্নগদবা লৈত্রে। লুচিংবা অনি অসি মায়পুন্না পুগদবা করিগুম্বা শক্তম অমত্তা লৌদে, অমসুং মখোয় খুৎলায় ফাওবা অমত্তা পায়রোইদৌরি হায়বসি অতোপ্পদা থোক্রবা মতমদা মখোয়না উবা ওইরম্লবদি মখোয়না অঙাওবগী থৌদৌ ওইনা উরম্লোইদ্রা।

মখোয়গী খোঙজঙদু চঙশিনগদবদি পুংমুক্তা ঙায়রে; পুং অদু মখোয়না মমৈ মকোক অমত্তা খঙদ্রবা থৌশিন অদু মওং তানবা শীন্নবদা মতম মাঙহল্লমই।

অসুম্না হন্দকসু অরেম্বা তাহল্লে। পুংনা তরানিথোইরোমদা নকশিন্নকইবমখৈ মখোয়গী থমোই ইথক থক্কৎপা অমা তৌবতা নত্তনা পুক্লিং থৌনাসু হঙ্করকপগুম তৌরমই।

আপটেনা য়াথং অমা তাওথরক্লমই মদুদি মখোয় পুন্নমক নুমিৎ অদুগী ওইনা মশাগী নত্তবা মিং কৌগদবনি, নথুরাম্না দেশপান্দে আপটেনা কর্মরকার; কারকারেনা ব্যাস; বডগেনা বন্দোপান্ট অদুগা শঙ্করনা তুকারাম কৌবা তারমই। গোপালগা মদললালগদি করি হায়না থোনখিবগে হায়বদু কনাসু নিংশিংদ্রে; য়াম্না লুশিন্নক্রবা মতমদা মখোয় তরেৎকি অরানবা মিংশিংদু কাওখিবা য়াই হায়বদু কনাসু খল্লুবা লৈতে।

কারকারেনা অদুদগী হৌদোরক্লমই, মখোয় শক্লোৎকদবনি, অমসুং পুন্নমক ৱাফম অদু হৱাওনা য়ানরমই। মখোয় অমনা অমগী ফি লৌথোক-লৌশিন তৌনরমই, পুন্নমক মানা শেৎপা ফি নত্তবা অমা শেৎননবা কন্না হোৎনরমই।

বডগে মহাক্কী উঁরেরোম শঙবা ফিদু থাদোকখ্রে অদুগা খুউ য়ৌবা নেহরু ফুরিৎ অমা লীৎলমই অঙৌবা ফৈজোম অমা শেৎলমই অদুগা ফিমতেক অমনা লেংয়ানফি ওইরমই। নথুরাম্না পুলিস অমগুম্না খাকি ফুরিৎ অমগা খোঙ্গাও মকক অমগা শেৎলি আপটেনা অমম্বা মচুগী সুট অমা ওক্তা অমুবা ফি য়েৎলি, মদনলালনা আপটেগী এয়ার ফোর্সকী হিগোকমচুগী সুট শেৎলী অদুগা কারকারেদি নাতোনগুমাঙ কোইয়েকশিন্নমই, পীগুমসু হেন্না মুহল্লমই অদুগা লাইবক্তা অঙাঙবা মফম অমসু থল্লমই।

অসুম্না খুঙ্গংদা গুমাঙ লিলা শান্নবা লাকপা ময়াম অমগুম্না মখোয়না মহাত্মাদু হাৎননবা থোরক্লে।

মখোয় মশাগী ৱাখলনা মশাবু পঙথহল্লমই। মখোয় গান্ধী হাৎকদৌরি (মফমদুদা মী যম্না য়াম্না লৈদুনসু) করিমত্তা থোকখিদবদৌনা তুমিন্না পাঙথোকপা য়ানি খল্লি। মখোয় অসুক্কী মতীক থাজরে মদুদি মখোয়বু চিংনবা য়াবা করিসু লৈত্রে অমদি মখোয়না করিগুম্বা অথুবা দরকার ওইবা লৈরবসু থুনা দিল্লি থাদোক্লুনা চৎলুবদা লেপ্লরে। মদুগী অয়ুক অদুমক নথুরাম অমদি আপটেনা হোটেলগী ধোবীদা (ফীশুবা মী) ফী শুননবা পীরমই মদু মখোয়না তাং কুন্নিথোইদা শোয়দনা লৌরগেসু হায়রমই।

সুরজিৎ সিংহ কৌবা মীনা খঙবিদবা শিখ নহা অমা পাকিস্তান্দগী চেল্লকপনি, মাগী কার অদু করিগুম্বা উপাই অমা তৌদুনা পুথোকহল্লমই। মহাক মতমদুদা নিউদিল্লিদা

লন্নাইগী কার অমনা টেক্সি ওইনা চেন্দুনা লৈরমই (হায়বদি মহাক টেক্সি চেন্নবা লাইসেন্সতি পায়বা নত্তে) মাগী কার অদু ময়ামদগী হেন্দোক থোইদোকপা নাপু মচুগা অশংবেগা য়ান্নবনি হায়দুনা মানা চাওথোকচৈ মানা হায়বা মতুংইন্না মুঙ্গিয়া (চানাগী মচু) নি মদু তশেংনমকসু দিল্লিদা নৎত্রগা লন্নাই লাইসেন্স লৌববু ওইরবসু মনঙ্গন্দা পোৎচৈ পূনবা যাওবা অমত্তা ঙায়রবা টেক্সিনি। জানুৱারীগী তাং ২০ গী নুংথিলদা সুরজিৎ মী খরা তোংবিরনবা রিগাল সিনেমাগী মমাঙদা ঙাইদুনা লৈরমই, মতমদুদা মীওই মরিখক তোংখৎলক্লমই, টেক্সিদুনা মিটৰ অমা য়াওদবদুদা, মখোয়বু বিরলা হাউস য়ৌনা থিনবগী অমদি পূংখায় অমা ঙাইরগা হল্লকপগী ভারা হান্না লেপথোক্লবম্মী।

মঙোন্দা তোংননবা লাকখিবশিংদু আপটে, গোপাল, বডগে অমসুং শঙ্করনি। আপটেনা সুরজিৎপু মাগী কার অদু বিরলা হাউসকি মনীংদা থৌননবা হায়রমই, অদুগা মখোয় লোইনা থবক তৌবা মীশিংগী শঙ মমাঙদুদা কুমথরমই। সুরজিৎনা মখোয়বু লৈকোলদা চঙখিবদু উহৌই। মহাক্কী কাবদু মনাক অদুদা ঙাইহাক লেপ্লুনা লৈবম্বদগী, গান্ধীগী লাইনীংবদু য়েংলুগে হায়দুনা মহাকসু কোনথোঙদুদা চঙলকই।

বিবলা হাউসতা লাক্লিবা ময়ামগী মমাঙথানা নথুবাম মদনলাল অমসুং কাবকাবে মাঙথঙনা চঙখি। মখোয় অহম্মক মথক্তা কাখৎলক্কুনা হায়রবে, শীন্নবা মতুংইন্না থবক পাযখৎপা হৌবে হায়না। মদনলালনা হাযনবা মতুংইন্না পোকখায়বী অদু মফম চানা থমদুনা আপটেনা ঈঙ্গিৎ পীরকপগা লংশিনগদৌবি, অদুগা কারকারেনা নুংশিৎ চঙফম যাওবা কা অদুদা লৈবা মীদুদা বডগেনা ফোটো নম্বা চঙগে হায়বা য়ানবা শীনখ্রে।

নথুরাম অমসুং আপটেনা বডগেগা লোয়ননা কাবোমদা চঙলকপদা, বডগেনা মমীৎ নাম্মতা পাঙবা মী অমা উরমই মহাক থোঙ মনাক্তা হিদান অমদা ফমদুনা লৈ।

মসিদি ফত্তবা খুদম্নি। থবক অমা হৌবকপদা মমীৎ নাম্মতা পাঙবা মী উবসিদি মায় পাক্লোইদবগী খুদম্নি। বডগেনা আপটেদা ওনশিন্দুনা হাযবকই, হৌজিক ঐহাক কাদুদা চঙবগী ৱা লৈত্রে।

বডগেগী থমোইদা অকিবা অমনা তু চুংহল্লমই। মহাক্লা উবমই কা অদু লাং অমগুমই, হায়বদি মহাক্লা করিগুম্বদা মমীৎ নাম্মতা পাঙবা থোঙ ময়াগী নিপা অদু লাছোক্কুনা কা মনুংদা হেক চঙলুবদা হিংনা অমুক থোরকপগী ৱা লৈত্রে। মাগী লোয়নরিবা অনিদুদা মহাক্লা গান্ধীবু হকথেংননা য়ান্নবা ওইনা থৌদাং পীবিরো হায়না নিজরমই অমসুং মদুসু মীতিন ফম্লিঙৈদা। নথুরাম অমসুং আপটেনা মঙোন্দা কিনিংঙাই

লৈতে, অমদি মখোয়গী নাপ্তোক্লবা পোবম অদুদি কবিসু চেপ্লবা লৈত্রি হায়না থেল্লি। অদুবু বডগেগী থমোইদি ওনবগী বা লৈত্রে। সোমদা মতমদি হৌজিনখি। গান্ধী মফমদুদা থোবক্লে, অমসুং লাইনীংবা হৌবগী মন্ত্র অদু মীযাম্না থীবা হৌবক্লে, মবক্তুদা নুপীমচাশিংগী খোঞ্জেলসু যাওবক্লি। লাই খৃকুম্বগী মীযাম পুনবা অদু মিনিট কুনমঙাদগী পংহেন হেন্দবনি। মতমদু নুমিৎ তাবগী পৃংফম লাক্লে, অমসুং পুংখায় অমগী মনুংদদি মমখিবনা শক-শা অমত্তা খঙলবাই। যেৎনবা নত্তনা হাযনবা অদু যাবা তাবমই। বডগেনা মীযাম মমাঙদা চোংশিন্দুনা গান্ধীবু কাপ্পা তাবে।

অদুবু, বডগেদি গান্ধী হাৎপগী থ্রাখলদি খাদোকখিবা কুইবে। হাৎপগী শরৌ অদু শান্নবা মতাংদা কন্না গুপ্পা এমনা হেন্দে। যাওনীংবা অদুগুম্না মাসু যাকই, অদুবু চিংবা মতম্মাসদদি মদু মঙোন্দা ইনশিনবিবক্লে। মাগী পুক্লিং অদুদা খগ্ববা হৌবক্লমই। খলহৌদবা মীকুপ্তা থোবকপা শাশিন্নবা থৌনা অমদগী থোকহনখিবা মৈবিব অদুগী মৈজাওদ্ তনাকপা থ্রাখল অমখক্তনা মুৎহনখিবমই। অদুবু মমীৎ নাম্মতা পাঙবা চোটুবামগী কা নম্বব ৩ গী মমাঙদা যম্লম্বদুনা গান্ধীবু নুমিৎ তবানি হেন্না হিংহনখিবনি হাযনা লৌবদি চুমদে। তুংদা থোক্লিবদুনা তাক্লি বডগেনা কবিগুম্বা থৌশীল অদুদা যাজদুনা কাদুদা চঙলম্নফাওবা অহোবদুদগী গান্ধীবু কাপ্পদি ওইথোক্তবনি

হাংদোক্লবা পোবম অদু শম্বদা তাক্লনবা বডগেনা ... টেক্সি শাবিবা অদুং পুথোক্লমই, সোমদা অভোপ্পা লৌতুবা যাওবা কাংবুদুনা নৈকোন্দা হিক্তল শদনা কোয়চং চৎলি। তাঞ্জা চানবা ওইনা টেক্সি ড্রাই ভরদু টেক্সিদুদা লৈরমদ্দ, অদুগা বডগেনা মহাক্কি অমদি শঙ্কবগী বিভোলভবদু মাগী লেংযান ফিদুনা যোমশিল্লমই। মযোম অদ মচ... টেক্সিগী মনীংগী থক্নমদা থম্মী। অদুদগী মহাক্না মতাক্কী তেশুগোনড অদ শঙ্ক... সাযশিন্নু হায়বগা মঙোন্দা চেকশিন্না হাযবমং মহাক্না হাযবদি বডগেনা ইঙ্গিৎ পীরক্লুবম... মদু শীশিংবা যাদে হাযবদুনি অদুদগী মখুং অদিমক খুত্তম তাশিন্দুনা মাগী লেংপ ফুবিৎ অদুগী ফুবিৎপাও মানিদা হুমজিন্দুনা বিভোলভব অমদি তেন্দাগ্রেনেড অদু ফুবিৎখাওদা পুবা মালহৎলগা মহাক্না শঙ্কবগী মযাম মবক্তা যাওবনবা লাক্লমই।

মশামক্তা খুৎলাই অমত্তা যাওদ্রবমক্তদা, বডগে আপটেগী মনাক্তা চঙলক্লমই মহাক্না শেম-শারব্রা হংলক্লমই। বডগেনা মমৈদা হাযরকপা মতুংইন্না, 'ঐনা শেমশাবে হাযনা মঙোন্দা হায়খি অদুদগী, লাইখুরুম্ফম লম্পাক্তু তানা চঙশিল্লে। আপটেনা মদনলালগী লেংজুম নামা পাযদুনা লৈবা উই অদুদগী 'চলো' হাযনা হাযবা অমা তাখি (হায়বদি যাবে নৎত্রগা লংশিল্লো হাযবনি)।

অসূন্না মদনলাল মশাবু কখোকচগ্রে অদুবু মরাল লৈজদবা অচম্বা থমোই চেঞ্জবা নুপী অঙাং কয়া মন্দিরদা লাইখুরুম্বা লাকচবদৌনা লাকখিবা, মহাত্মাদুবু অমুক্তং উজনীংবা (দর্শন) নত্তনা করিসু খঙজদবা কাংবুশিংদুবু পাক্তরুনা অশোক-অপন থোকহনবদগীদি কনখি। নুমিৎ অদুদা পুনবা মীয়ামদু পংয়াম য়ামদে চনিমুক্তনি অদুবু করিগুম্বা হেণ্ডগ্রেনেড মঙাদুবু ময়াম মরক্তুদা লংশিল্লরুবদি তত্থায়মুক্তি শোক্রোইদবগী বা লৈতে। অদুগা আপটেগা নথুরামগনা খল্লমগদৌরিবা মী অমথক হাৎননবা হোৎনবদা অসুক য়াম্বা মরাল লৈতবা ময়াম অমা পাক্তরুনা হাৎপদু য়ারে হায়না খল্লিবদু মখোয়গী বাখল থেনবা উৎপনি। শোক্তদৌরিবা মীওইশিংদু লোইনমক হিন্দু ওাক্তনি, অমসুং মখোয়গী থৌওং অদু মখোয়না লমন খুম্নিংলিবা মুসলিমশিংগী মীহাৎ মীপুন্দুগা পাথক ওইরোইদ্রা।

বিরলা হাউসতগী গজ চাম্মমুক চৎলগা লৈরে থবক শূবশিংগী শঙ ময়ামদুগী মরক্তগী নম্বর ৯ শুবা শঙ পরেং, মদুগী অমদা নানক চান্দ অমদি মাগী নহাওইরিবী নুপী লৈ। মখোয়গী চহী অহুম শুরবা মচানিপা মোহিন্দর অতোপ্পা থবক তৌবশিংগী অঙাংশিংগা শান্নবা কোয়না চৎলি। জানুৱারী তাং ২০ গী নুংথিল সুলোচনানা বিরলা হাউসকি মনীংদা মচা য়েংবা চৎলুই মহাক্কা নিপা অমনা বোম অমা খিল্লগা মৈনা চুবা উরমই 'ঐ থুনমক ইচা পমখৎলে... মৈনাদুদা মৈরিক থোক্লা চাক্লি মদু বোমদুদা পানবনি।'।

মদনলালসু সুলোচনাবু উই। মহাক্কা মঙোন্দা মচাদু পুরগা চেনগ্রো হায়খিবনি। অদুদগী মহাক্কা মীয়াম মরক্তা আপটেদা পাওদু তন্নুনবা চেনখি।

ঐনা আপটেদা, গনকোটন বোম অদু থুনমক পোকখায়রক্তনি হায়না হায়রমই। আপটেনা থাজনা হায়রকই পুন্নমক শীন্নগ্রে'।

আপটেনা মাঙজিন থাবা মাগী লাম্মী বডগে অমসুং শঙ্কর গান্ধীগী নাক-য়েৎতা ফিভম শেমদুনা লৈগদবা অনিদু বোম মখোন হেক তাবগা রিভোলভর কাপশিল্লকপগীদমক্তা শেম-শাবা মানবদু উবা ফংলমই। মথংগী খোঙথাংদি কারকারে, মদনলাল অমসুং গোপালনি, লোয়ননা বডগেগা শঙ্করগসু গান্ধী অমদি অকোয়বদুদা তমদুনা গ্রেনেডশিংদু লংশিল্লরুনি।

বোম পোকখায়খ্রে। মীয়াম পূম্বা তাবা ফংই। অদুবু কন্নামত্তা নোংমৈ কাপ্পরুক্রে, কনাসু গ্রেনেড লংশিল্লরুক্রে। শঙ্করবু য়েংদুনা লৈরিবা মদনলালনা উরমই মহাক কন্না চেনখ্রি অদুগা বডগেসু চেনবা উরমই। তাঞ্জাদুদা আপটেনা মাগী লেংজুমদা ফুরগা হৌদবা খোলদা হায়রকই, লোইনা শোয়রে।

মদনলালদি বিরলা হাউসতা অমুক্তা চণ্ডপ্রি অদুনা কদোমদা চৎকদগে হায়বা অমত্তা মফম মরাং খণ্ডদে। থোকফম ওইরমগনি হায়না মানা খল্লুবা মাইগেদুদা চৎলুবদা শণ্ডজাউদুদা চণ্ডনবা হোজণ্ডদুদা চণ্ডলুরে। মহাক কোয়না কোয়না চৎলমই অমসুং মোংশোঙ অমা নমথেক্লুনা চৎলুবদা শণ্ডদুদা চণ্ডনবা থোঙ্গাল অচৌবদু তারমই অদুগা খোয়শাওনবা ফিভমদা উরবা পুলিস খরসু উরমই। পুলিসশিংদা তৌহনবা য়াদবা ৱাফম অমদি মাগী হকচাংদা থিবা হুম্বা তৌহনবদুনি; মরমদি নহাক্কী ফুরিংখাওদা হৌজিকসু গ্রেনেড অমা য়াওরি। মহাক হন্দুনা চেল্লমই অমসুং থবক তৌবশিংগী থোঙ্গাল অদুদা মহাক্লা চণ্ডলকখিবদু য়ৌরমই অমসুং মদুনা মাবু পুরক্লিবদি মানা ঙসাই পোকখায়নবা বোম ফুম্ফম মপাদু য়ৌরক্লে। নুপী অদুগা অঙাং অদুগা অদুম লৈরমই, নোংমৈ পায়বা পুলিস অমগা অতোপ্পা নিপা অনি অমদা করিনো অমা হায়রি। মহাক্লা মদনলালদা খুদোম্বী থিল্লমই। আদা লৈরিবা নিপা অসিনি। নুপীদুনা লাওরমই। সুরজীৎ সিংহ টেক্সি ড্রাইভরদু গান্ধীবু অমুক্তা উখিদ্রি। ঙসি অহানবা ওইনা অইনবী চোক্রিন্দা পুথোরকপদা উখি চরাহেনবা লোইরবা মতুংদা মসিনা মাগী মীয়াম মরক্তা থোরকপা অহানবনি অমদি শোনমনবনা চৎপা ঙমদ্রিবা মতম্নি। মীয়াম তিল্লিবদুগী মনীং ইথং থংবদা মানা লেপ্লিবদুদগী মানা গীতাদগী লাইবাও কয়া থীথরকপদু তাবা ফংই অদুদগী গান্ধীজিনা মীয়ামদুদা ৱা ঙাঙখি। অদুবু সুরজীৎনা তাবা ফংবদি ময়াম চিবোন-চিবোন তৌনবা অমনি। মিনিট কুনমুক্কী মমাঙদা কনানো অমনা মঙোন্দা হায়রম্মী মদুদি মাইক্রোফোন্দু চৎত্রে। নীংবা কায়রদুনা মহাক্কী কারদা হল্লক্রমই। মহাক পোকখায়বগী মখোল অমদি তাখি অদুবু মদু মহাক্লা মীরক্তা লৈরিঙৈদরা নৎত্রগা মাগী টেক্সিদা হল্লক্রগরা নিংশিংবা থোক্লে অশেংবা খণ্ডদ্রে। গোপাল গোডসেনা হায়বা মতুংইন্না বোমদু পোকখায়রবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা টেক্সিদা হল্লক্রমগনি।

পোকখায়বদু হৌমনবনা অরাপ্পা ফাওবা তাবা ফংখি, গান্ধীগী পুন্সিবু য়েকপা টেন্দোলকরনা ইখি, গান্ধীদি মোং-হাদনা লৈখি। করিমত্তা থোকখিদবদৌনা মহাক্কী ৱা ঙাঙবদু লেপ্তনা চথখি অমসুং চরাংনরুবা মীয়ামদু অমুক ফমথনরকখি। লাইখুরুম্বা মীফম অদু মাগী চৎনবী নিয়ম ওইনা মীয়াম পুন্না থীবা কোরান, বাইবল অমসুং গীতা অরোইবদা রামধুনগী ধর্ম্ম অনিগী অমত্তা ওইবা লাইনীং পরৈ ঈশ্বর (হিন্দু) অমসুং অল্লা (মুসলিমদা) কুবিয়ু হায়না নিজবনি।

মহাত্মানা থৌদোক অদুদা উৎখিবা মতৌদু পকচৈ। মদুগী মতাংদা নুংথিলদা ৱা ঙাঙবদা মহাক্লা মদনলালবু থাগৎতুনা য়াম্না ঙাঙখ্রে। নিপামচাদু (বহাদুরনি) থৌনাফবা অঙাংনি, মহাক্লা লাওথোক্লমই অমসুং মহাকপু ভগাতসিং হায়বা বৃটিশকি মথক্তা লালহৌবা

কাংকুগী লুচিংবা বৃটীশশিংনা অঙাং ওলহনখিবা অমদি লৈবাকশিনবা থুংনা থৌনাফবনি হায়নখ্রবা মীওইদুগা চাংদম্নবমই। গান্ধীনা মখা হায়থবকখি বচ্চে হৈ, অভী যে সমঝতে নহী। মরুঙ্গা তো যাদ কবেঙ্গে, কি বুদ্ধা ঠিক কেহতা থা। (মখোয় অঙাং ওইবি জ্ঞান তাদ্রিবনি। ঐনা শিখ্রবা মতুংদা খঙলক্কনি, হন্নবদুনা হায়বম্বদো কযাদা চুমখ্রবনো হায়বদো)।

গোপাল গোডসেনা শঙ্কবগা বডগেগনা চেনবদু উকবদা শাওবনা মৈ হৌবমই অদুবু মখোয়গী টেক্সিদু যৌবদা মনীংগী ফমফমদা অঙৌবা মযোম অমা লৈবিবদু উবে অমসুং কবিনো খঙলে ড্রাইভবদুসু লৈবমদে, অমসুং খুদক্তা খনবা হৌবক্লমই থবক অদু মখুৎমক্লা পাঙথোক্লগে। মযোম অদু মহাক্লা পাক লাক্লুনা লৌখৎলমই, মানা পাযবিবা গ্রেনেড পূাববা ফিগী খাও অদুদা নমশিল্লমই অমসুং থবক তৌবা মযাম্না লৈবিবা শঙলোমদা চেনখিবমই। মীপুম খুদিংমক পংচেন্দা চেন্নে অদুনা কনানসু মাবু থৌওইদে। থবক তৌবা ময়ামগী শঙ অদু মীৎনা কুপ্নদা কনাসু উদ্রে থোঙ লাওনা হাংদোক্লুনা লৈবি। চোটু বামগী কাদা মহাক্লা ইচঙথৌনা চঙলকই অদুগা থোঙ লোনশিন্দুনা পুনা থাবমই, মদুদগীদি ৩৮ কি বিভোলভবদু পুথোবক্লমই নুংশিং চংফং অহোবদুদা উবদা খঙলে মদু ৱাংমনখিবনা লাইখুকমফম লম্পাক্তু উবা ফংদে। মহাক চোংখৎতুনা থিন্দোক্তুনা লৈবা যোৎ-চৈ অমদা যান্দুনা চিংখৎলগা মশাদু তোংদুনা লৈবমই। অদুবু ফিভম তানা লেপ্পনবা মখুৎ অনিদু পাযদুনা লৈবা তাই। সেকেণ্ড খবদি মহাক অঙাওবদৌনা মখুং নাম্মনা যাল্লগা মখুৎ নাম্মনা নোংমৈ কাপ্পা য়ানবা যেংলমই। মদু ওইথোক্লোহদৌবে। মহাক্লা থুনা চেন্দুনা থোঙদু পৌবোন শৎননবা হোৎনবমই থোঙ হাংদা [illegible] মশাদু লোনশিল্লবা কা অমদা থোকফম খঙদনা লৈবে খল্লুবদা থুক্কৎলমই [illegible] অনপ্পী কাংলমই মথংদি মহাক্লা পোৎযোমদু লৈমাইদা থল্লগা মখুৎ অনি চঙ্গদুনা [illegible] পৌবোল অদু শৎননবা তৌবমই। মখোল অহৌবা অমা থোকহল্লগা থোঙ অদু [illegible] দোক্লমই। মহাকপু ঙাইবিবা টৈক্সিদা চেল্লমই থুনা। নথুবাম আপটে অমদি কাবকাবে হান্নবা ঙাইবল্লে, টৈক্সি থৌবদুসু লৈবল্লে। মখোয় কাবদুদা কাখৎলমই অমসুং ড্রাইভবদুনা হাযবা মতুং ইন্নদি মঙোন্দা থুনা কাবদু থৌবো। হাযনা হায। মহাক্লা মযামদুবু কোন্নাউট প্লেসতা থিল্লমই।

যাম্না থাজদনা, চোটু বামগী কা অদু আপটেনা নুংশিং চঙফমগী অহোবদুগী অরাওবদু পংবা বাদনা ওন্দুনা যেংথিবা লম্পাক অদুদগী নেমই। তশেংবদি কা মনুংদগী অহোবদুগী অবাংবদু ফুট তবেৎতগী খবা হেন্না বাংনা লৈ। অদুনা গোপাল ফাওবনা অহোবদুদগী থিন্দোক্লুনা নোংমৈ কাপ্পা ঙমদ্রবনিনা বডগেনদি ঙমফম থোক্কে। গোপাল মরেপ বাংবা মী নত্তে ফুট মঙাগা ইঞ্চি নিপানমুক্তা বাংলমগদ্রা, অদুগা বডগেদি ফুট মঙামুক্তগা ওইবমগনি।

কার মনুংদা কারকারেনা ময়ামদা, মদন লালবু পুলিসনা ফাদুনা বিরলা হাউসকি মপান্দা লৈরিবা পুলিসকি শঙদুদা পুশিনখিবা অমদি মদনলালনা মাগী মরুপশিংদু মাগী মনাক্তা উকল ওইনা লেপ্লনবা ঈঙ্গিৎ তৌরকখিবদু উহৌবগী মতাং হায়খি।

টেক্সিনা মখোয়বু হেক থিল্লম্লবা মতুংদা মখোয় বিগাল সিনেমাগী মমাঙদা লৈরিবা অপাকপা লম্পাক অদুদা চঙলক্লমই অমসুং উখাদা লেপ্লমই। মখোয় মায়থীবগী চৈনানা ফুম্বংনহল্লমই, অমসুং মখোয়না খন্নবা য়াবা হায়ববু মতুং পায়খৎপা য়াবা থবক্কী মতাংদনি। কারকারে মশামক মদনলালবু লুনা তৌজবনি, অদুনা দিল্লিদা নোংমা লৈথদুনা মাগী মতেং ওইবা য়াবা ৱাখল অমা পুথোক্লিংলম্বনি। অদুদগী বোম্বেরোমদা লাক্লুনা তুমিন্না লৈবা পামই। গোপালদি পুনাদা হন্দুনা মথৌদা পুক্লিং চঙনীংলকই অদুনা মথংগী অয়ুক্তা পঞ্জাব মেল ফাননবা খনখ্রে। অপটেগা নথুরামগদি নুমিৎ অদুমক্কী অহিংদা দিল্লি থাদোক্লগে খনখ্রে অদুবু বোম্বে নত্তবা মাইগৈ অমরোমদনি।

মখোয়নি পুক্লিং থৌগৎনবা ওইনা খুৎ শোক্লরমই অদুদগী কায়নরমই। রিভোলভর অনিদু য়াওবা ময়োম অদু গোপালগী মখুৎতা অদুম লৈরি অমসুং গোপালনা অদুম পুখ্রে। মসিমক মখোয়গী নীংবা কায়নীংঙাই অমা ওইরক্কদৌরিবনি।

আপটে অমদি নথুরাম মেরিনা য়ৌবা ফাওবা খোঙনা চৎলবা তুংদা হোটেল থাদোক্লে, ফি শুহনখিবদুগী মরমদা থোইদোক্লা হংলগুমশি খন্নরে। কারকারেগা গোপালগা কোফি য়োনফম অমদা ঙাইহাক ফল্লগা শগোল গাড়ী অমা ফারদুনা হিন্দু মহাসভা ভবন য়ৌরমই। বডগেদি হান্ননা পোৎচৈ পুরদুনা চৎখিরম্লে। মখোয়সু পোৎচৈদু পুরগা ওল্ড দিল্লি য়ৌনবা লাক্লে, মফমদুদা ফ্রোন্তিয়ার হিন্দু হোটেল কৌবা অহোঙবা হোটেল অমা থেংনরে। মফমদুদা মখোয় কা অমা লৌদুনা লৈথরে, গোপালনা রাজাগোপাল কৌরে অদুগা কারকারেনা জি এম জোসি হায়না কৌরমই।

বিরলা হাউসকি মপান্দা বডগেনা শগোলগাড়ী অমা ৱায়রুরে, অদুগা মাগা শঙ্কারগা হিন্দু মহাসভা ভবন্দা কারকারেগী কাদা মখোয়গী পোৎচৈ থম্ফমদুদা চঙলকই মহাক্না পোৎচৈদু কন্না য়োমশিন্নবা হোৎনরিঙৈদা শঙ্করবু থুনা থাদুনা মহাসভা ভবনগী মনীংদা গ্রেনেডকা ময়াম হাপ্পা ময়োমদু ফুমজিল্লুনবা হায়রমই। শঙ্করনা থৌদাং অদু পাঙথোক্লুনবা থোকখ্রিঙৈদা আপটে অমদি নথুরাম টেক্সিদা থুংলরে অমসুং মাগী মথৌ করিগী পাঙথোক্তবনো হায়না বডগেদা হংলরে। বডগেনা অদুদগী মখোয়দা চৈ থাংলমই অমসুং মপান্দা থোকখ্রো হায়রমই মখোয় অদুদগী মপান্দা থোরকখি।

শঙ্করনা হেক হল্লকপগা বডগেনা মহাকপু শগোল গাড়ী অমা ফারুনবা হায়রমই অমসুং মদু তোংদুনা নিউ দিল্লি রেল ষ্টেশন তন্না লাক্লমই। অদুবু ষ্টেশন অদু পুলিসনা

ৱাই চাইবা উরদুনা ওল্ড দিল্লিরোমদা লাক্রমই। মফমদুদা পুলিস য়াম্না লৈবা উদে অমসুং পুং অমগী মনুংদা বোম্বে য়ৌগদবা ট্রেন অমসু থাগদৌরি। মখোয় মী চিনবা ডাবা অমদা কাখৎলে। নুমিৎ নিনিগী মতুংদা মখোয় পুনাদা থুংলম্মই।

আপটেগা নথুরামগসু অতোপ্পা প্লেটফোর্ম অমদা ষ্টেশন অসিমক্তা লৈ হায়বদু বডগেদি খঙদে। মখোয় কানপুর য়ৌগদবা ট্রেন অমগী ফার্ষ্ট ক্লাস ডাবা অমদা তোংলমইবদু বডগেগী ট্রেন্দু চৎথ্রবা ঙাইহাক লৈরগা অদুম থারবনি। মখোয় হিপফম মরি য়াওবা তোঙানবা ক্বা অমদা তোংবনিনা কোম্না ৱারী ৱাতায শাবা য়ারমই।

আপটেনা মমৈদা কারকারেদা হায়রকপা মতুংইন্না ঃ

শেংনা হায়রবদা মায়থীবসিনা ঐখোয়বু য়াম্না নীংহন্নহল্লে, অদুবু ঐখোয়গী অনীংবদি হোংবা নত্তে অমসুং ঐখোয় য়ুমদা অমুক হন্দুনা য়ুমগী পুন্সিদুদা হঞ্জিনবগী দরকার ওইদ্রে। ঐনা নথুরামদা হায়

ঐখোয় সি য়ৌনা চঙশিল্লুরগা হনবা য়াপোৎনত্তে। ঐখোয অমুকসু চঙশিনখিনি, অনৌবা মী ময়াম অমগা খোম্লুখিনি, পৈশা য়াম্না থিরুখিনি। অদুবু ঐখোয় লেপ্পদি য়াদে মতাং অসিদা।

নথুরাম ৱা অমত্তদি ঙাঙদে ঐনা উবদা মহাক ৱাফমদু য়ানীংবগুম তৌই। মথংগী অয়ুক য়ৌরবকান্দতা মানা খল্লম্বদু করিনো হায়বদু খঙবা ঙমখি। নোংয়ায় য়ৌরম্লনি ঐনা তুমথবা মতম অদো। ঐ তুম্বা ইয়া যাখিদে অমসুং অয়ুক পূং তরুক তাবদুদদি ঐ তুম্বোই তুমদবোই তৌদুনা লৈ, মতমদুদা নথুরাম্না হায়রকই।

লালা, নংবু ফজনা তুম্বা য়াবরো?

ঐনা তিংলী য়াংলিরগা তুম্নিংনা খুমই।

উম, নংদি?

ঐগী ৱাহংদু মা খুম্নক্তে অদুগী মহুত্তা হায়রকই! ঐ থবক অদু পাঙথোক্লগে। ঐ কনাগীসু মতেং লৌরোই, অতোপ্পা ইপাং অমত্তা দরকার ওইদে। অনৌবা মী খোম্বসু তৌররোই কনাগীসু মপান তাংলরোই।

ঐ মীথতি উইশিল্লি, অদুবু ঐনা ৱাশক্লুনা হায়রি মতাংদুদা ঐ খঙই, হন্দক্তি গান্ধী শোয়দনা শীরে।

তাং কুনমাথোই য়ুমশকৈশা নুমিৎকি নুমিৎযুংবা মতুং খরা হেনবদা মখোয়গী ট্রেন্দু কানপুর য়ৌরমই। মতমসিদদি দিল্লি পুলিসনা মদনলালদগী ৱাবম কয়ামরুম

হায়দোকহনবা ঙল্লে, অহম্মদনগরগী কারকারে সেঠকা মরী লৈনহনবা ঙমখ্রে অমসুং পূনাগী রাস্ট্রিয় পাওচেগী মেনেজরদুসু য়াওরে। মখোয়না মেরিনা হোটেলদা লৈরম্বা দেশপাণ্ডে হায়না খঙনবা আপটেগী শক্তমসু খঙবা ঙমখ্রে। মকোই চোম্বা (বডগে) অমসুং মাগী মনাই চহী কুনমাথোইমুক শুরবা অমসু। মদুগী নুংথিলদুমক্তদা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা দিল্লি পুলিসকি ইন্সপেক্টর অনি বোম্বেয়ৌনবা পাইখিরমই।

কানপুরদা নথুরাম রেল ষ্টেশন্দা চঙদুনা ফমুং অনি থাবা ষ্টেশনগী পোখানবা কা অমা মাগী মমিংমক্তা লৌরুরে। নুমিৎ অদু মখোয় ষ্টেশন্দা লেল্লমই। মথংগী অয়ুক্কী পুং ১১-৩০ দা মখোয় লক্ষনৌ ঝান্সি মেল ফারমই মদুনা দিল্লিদগী বোম্বে চৎপা পঞ্জাব মেলগা শমজিনবীরমই। জানুৱারীগী তাং ২৩ গী নুমিৎ য়ুংবদা মখোয় বোম্বেগী ভিক্তোরিয়া টার্মিনস য়ৌরমই। অমসুং সহর ময়ায়দা লৈবা অহোঙবা হোটেল আপটেনা মাগী অরোনবা নুপীগা কয়ারক লৈখ্রবা মফমদুদা লাকখি। মদু আর্য্য পথিকাশ্রম কৌবা সন্ধরস্ত রোডতা লৈবনি অমসুং মদুগী মেনেজর গয়াপ্রসাদ ডুবেনা আপটেগী কা অমা মথন্ত লৌগনবা মীওই ওইবদুদা য়াম্না চঙহন্নিংবা মী ওইনা লৌরমই। হন্দক্তি ডুবে আপটে অমদি মাগী মরুপকি অপাম্বা তোপ তোপ্পা কা অমা ফংহনবা হায়বদু মনীং থুংহনবা ঙমদ্রে, মানা ঙম্বা হায়ববু তোঙানবা ফমুং অনিখক অতোপ্পা ফমুং তরুক্তা মী লৈবা কা অমদা পীবনি, অদুবু, মথংগী অয়ুক্তা শোয়দনা ফনবা শীনগেসু হায়রমই।

আপটে অমদি নথুবাম্না মপোৎমচৈদু হোটেলদা থম্লম্লগা ঠানাদা কারকারেনা বোম্বেদা হেক চৎপা খুদিংদা লৈফম ওইবা মিষ্টর এম জি জোসিগীদা লাক্লমই। দিল্লিদা চৎখিঙেদগী কারকারেগী মরমদা করিমত্তা খঙদবগুম তৌই, অদুনা কারকারেনা চৎকনবা মরুপ খরগী ময়ুমদা চৎলুই। অনৌবা থৌশীন অদুদি মী অমত্তগী থৌদৌনি অদুনা মখোয়না কারকারেগা উন্ননীংইবসিমক অর্থ লৈতবনি। অদুবু, মদনলালনা ফাখিঙেদগী মখোয় অমুক্তসু উন্নখিদ্রে অমসুং মহাকপু হৌজিক ফাওবা অফা-অপুন অমত্তা য়াওদ্রিবরা হায়বা ফাওবা খঙদ্রে। মখোয় পুনাদা হনশিরা নত্রগা বোম্বেদা চৎশিরা হায়বসু লেপফম খঙদ্রে অদুনা মখোয়বু কদায়দা থিরগা ফংগদগে হায়বা কারকারেগীদমক্তা পাও অমত্তসু মরুপশিংদুদা থম্লমদ্রে।

নুংথিলগী মতমদা মখোয় পুনাদা গোপাল য়ৌনবা পাও থাখ্রে মদুদি মখোয় বোম্বেদা হল্লক্লে অমসুং মিস সালভীনা মখোয়গী লৈফম খঙইসু হায়খি।

অহিং যম্না থেংলফাওবা মখোয় হোটেলদা হল্লক্লে। মথংগী অয়ুক্তা মেনেজরনা মী অনি লৈনবা কা অমা হাঙলে হায়রে, মদু আপটেনা লৌরমই। অদুদগী মখোয়

চৎতুনা অনকপদা লৈবা এলফিন্সটোন এনেক্স কার্নক রোডতা লৈবা হোটেল অমদা কা অমা অমুক লৌরুরে। নথুরামনা মিং ইবদা এন বিনায়করাও অমসুং মরুপ হায়না ইরমই, আর্য্য পথিকাশ্রমগী মেনেজরনা হায়বা মতুংইন্না, আপটে নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈদা নুপী অমগা লাক্রমই অমসুং মখোয় অনি জানুৱারী তাং ২৪ গী নুমিৎচুপ্পা অমা লৈমিন্নখি অমসুং তাং ২৪-২৫ গী মরক্কী অহিংদুমসু। তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎকি অয়ুক্তা আপটে অতোপ্পা হোটেল অমদা হোংখিরমই অমসুং মনোরামা সালভী মাগা লোয়ননা লাকখি মথং নুমিৎ নিনি অমসু মাগা লৈমিন্নখি, নথুরাম্না সিনেমা য়েংদুনা অয়াম্বা মতমদা মখোয় অনি লৈমিন্নবা ফংহনখি।

# নিপালশুবা তাঙ্কক

## মখোয় অমুকসু হল্লকখিনি

- মদনলাল পাহ্রা

লাইখুরুম্বগী মীয়াম মরক্তা, মদনলালনা ফাগ্রবা মতুংদা য়াচঙবদা গান্ধীনা নুংশিনা মাগী মরমদা অমুক হায়খি।

> অরানবা লম্বেলদা চৎলবা নহা বোম লংশিল্লকখিবদুদা কনানসু হন্থনা য়েংবিগনু। মহাক্কা ঐ অসিবু হিন্দুগী চৎন লোনচৎকি য়েক্নবনি হায়না উরুরবজাৎনি। গীতানা হায়খিদব্রা, করিগুম্বদা থমোই শেংদবা মীওই অমনা ধর্ম্মবু শীংনরক্লবা মতমদা ঈশ্বরনা মাবু মাঙহন্নবা কনাগুম্বা অমা থারকই?

মতমদুগী পুলিসশিংনা ব্রা হায়দোকহন্নবা শিজিন্নবা থৌওং কয়াগী মতাংদা খরা খঙবনিনা গান্ধীনা ইন্সপেক্টর জেনেরেল ওফ পুলিসতা চেকশিন্না শিন্নদুনা নহা অদুবু করিগুম্বা মওং অমদা ওৎ নৈদনবা হায়রমই।

মদনলালনা হায়রকপা মতুং ইন্নদি মহাকপু চুন্না ওৎনৈবদা নত্তনা, লমনখুল্লিংবগী মৈহৌহন্দুনা মীওইবগী হৌনদ্রবা মওংদা নৈখি। অকনবা থৌরী অমনা কন্না কুন্দ তাশিল্লগা মাগী খোঙয়াদা তকথরকই মতমদুদা ব্রাহং কয়া মাগী নাকোংদা লাওশিল্লকখি; লৈমায়দা হীপহল্লমই মাগী মখুৎ অনিনা হিদান (থৌরীতিংবা ফমুং) অমগী মখোঙ অনিদা শৌহল্লমই অদুগা পুলিস অমনা মথক্তা চোংখৎ চোংথ শান্নে, মাগী হকচাং থোঙদুদা ওৎ নৈবী, থীনা চৈবী, চৈনা তকই অমদি কল্লমই অমসুং - মনা য়াম্না হেক্তা খাঙঙমখিদবা অকিবা অমদি - মহাকপু লমসিগী ওইবা অখন্নবা মওংগী মীওৎ মীনৈনা নৈরমই 'মদু ককচেংগী চাংয়েংনি'। মখোয়না অচৌবা তেরাককচেং মখুৎনা ফারে মদুদা মতীন শীৎচিন্দুনা শাওহল্লে, অদুগা মদু ময়ামদু মাগী ফি পক্তবা হকচাংদুদা থাদোক্লমই।

মহাক লাওরমই, শাগুম্না খোংদুনা খাঙলমই অদুগা ব্রাসু হায়দোক্লমই - অদুগা মানা হায়দোরকপা ময়ামদু মশানা য়ানা মরাল য়াজরবা মী অমগী ব্রারোল ওইনা ইশিনখি, মাগী লোয়নবা ময়ামদুনা মাবু হন্দোকপিরম্লে অদুনা মাসু খল্লক্লে 'মখোয়বুসু ফাহনবা হায়বসি মাগীসু মথৌ ওইরে'।

মানা হায়, মদুগী ব্না হংবগী মতৌ অদু ঙসিগী নুমিৎতা কনাসু খাঙবা ঙম্মোই অমরোমদা মানা পোঙজৈ মহাক্না অখণ্ডবমখৈ লোইনা হায়দোকখিদে। মহাক্না চুমদবা ব্নাফম খরা হায়রগা মরাঠি খঙদে হায়দুনা মরুপশিংদুগী শক্তমদুদি লোৎপা ঙমখি।

লাওফম থোকপদুদগী য়াম্না হেন্না লাওবদুনা অমদি মমৈ মখোঙ শম্নদবা ব্না মযাম অমা হাযদোকপা শারদুনা অদুগা লোয়ননা অমুক অমুক মুরুম মুরুম শোঞ্জিন্নবদুনা ব্না হায়দোক্লমই মদু কেশ ডাইরিদা ইশিনখি অমসুং হায়খিবা ব্নাফমশিংদুনা পুলিসশিংবু অশেংবা লম্বীদু নত্তবা ওন্নতৈনবা ব্নাফম ঙাক্তা হায়দুনা লুচিংবশিংদুনা অমুক্কা হন্না শাফু পীবকপা ফাওবদা ফাবা ফংদনবা তৌখি।

অদুবু মদনলালনা মানা খঙবা লোইনা হায়দোক্লবসু মা ফন্না যাম্নদি হায়দোকখ্রে। করিগুম্বা পুলিসশিংনা তৌফম থোকপদগী খরা হেন্না থব্নায যাওশিনবিবম্লবদি নথুরাম্না অফা-অপুন অমত্তা য়াওদনা জনুব্নাবীগী তাং ৩০ ফাওবা লৈদুনা গান্ধীবু হাৎপা ঙমগনি হায়বসি চিংননিংঙাইনি।

চোটু বাম হায়বা বিরলা হাউসকি কা নম্বব ৩ দা লৈবা মীদুনা পুলিসতা, মী খবনা মাগী কাদা চঙলক্লুনা গান্ধীগী ফোটো অমা মাগী কাদগী লৌগে হায়রমই হায়বদু তম্লে, মানা হায়বা শাবান অদু মদনলালনা হায়বদুগা চান্নবে। মদনলাল ফারবা মতুংগী পুং ৩ গী মনুংদা পুলিসনা খঙলমই মানা তৌবম্মীবদু গান্ধীগী পুক্সিদা শীঙনবগী ঈঙ্গিৎ অমা পীবনি অমসুং মেরিনা হোটেলদা অবোইবা থৌদাং পীখিবা অদুগী ময়াম পুন্না চৈফু পীননবা ঈঙ্গিৎ অমনি হায়বসে। নুংদাং অথেংবদা মখোয়না মদনলালবু মেরিনা হোটেলদা পুবক্লমই। মমৈদা মিষ্টর সি পাচেকো হায়বা মেরিনা হোটেলগী মেনেজবদু জবান লৌবদা হায়রকখি ঃ মাগী মখুৎ পুল্লদুনা মমায খুমজিল্লদুনা পুবক্লমই। মমায় খুল্লিবদু হাংদোক্লে অমসুং মহাকপু মরুপ ময়াম লৈবম্বা কাদু তাকউ হায়। মহাক্না ময়াম্বু কা নম্বর ৪০ দা পুরকখি।

পুলিসনা শাক্ষী ময়াম কৌশিল্লকই অমসুং কা অদু থি খোৎপা তৌখি। টেবল অমদা পানবা চিংথোকপী উপু অমদা মখোয়না টাইপ তৌবা চে অমা থেংনখি। মদু হিন্দু মহাসভাগী জেনেরেল সেক্রেটরি আশুটোষ লাহিড়ীগী থোকখিবা চেরোলদুনি, মদুদা মাগী দলনা হিবম তবেৎকি ব্নারেপ হাযবা গান্ধীবু চবা হেনবা লেপ হনখিবা ব্নারেপ অদুদা সোই তৌখিদে হায়না লাওথোকপদুনি।

মমৈদা কেশ অদুবু পায়খৎখিবা জজ মিষ্টব আত্মা চরননা মসিগী চে অসি মরী লৈনদে হায়দুনা কেশ অদুদা মতেং পাংবা য়াবা চে নত্তে হায়খ্রে। অদুবু পুলিসনা গান্ধী

হাৎপগী শরৌদা হিন্দু সভাসু য়াওই হায়না চিংনরকপা মতমদুদা, হিন্দু মহাসভানা সরকাররোমদা থৈজিল্লমই।

কা নম্বর ৪০ দুদা থিবা-খোৎপা লোইরদুনা অফংবা ময়ামদুগী মরমদা শাক্ষী ময়ামগী মমাঙদা ইশিন-খোৎচিনবা তৌবা মতমদুদদি নোংয়ায় হেল্লে। অমরোমদা মদনলালদা ব্রা হংবা খোৎপসু হান্নগুম্না লেপ্তুনা চখরমই। মহাকপু তুমহন্দনা লৈহল্লমই। ব্রা হংবগী থবক চখরম্বা ওফিসার অমনা ইরম্বা মতুং ইন্না মহাক শোনথংননা ব্রা ঙাংলে ইরমই। নোংঙাল্লকপা মথংগী অয়ুক্তা মহাকপু ওল্ড দিল্লি রেল ষ্টেশন্দা পুরক্লমই।

অয়ুক্তা দিল্লিদগী বোম্বেগীদমক্তা রেল অনি থাবনি, পূং ৮ দা ফ্রোন্তিয়ার মেল অদুগা পূং মাপলদা পঞ্জাব মেলনি। গোপাল গোডসে অনিসুবা রেল অদুদা চৎকদৌরিবনি অদুগা কারকারেনা থিন্দোক্কদৌরি। গোপালদি হান্নলা থার্ড ক্লাস ডাবা অমদা ফম্ফম অমা ফংখ্রে অমসুং রিভোলভর অনিগা হেণ্ড গ্রেনেডকা য়াওবা ময়োম অদু মাগী ফম্ফম মখাদা নমশিল্লে অমসুং মাগা কারকারেগা চায়োনফম অমদা প্লেটফোর্মদা চরা খরা ব্রানশিন্নবা চৎখিরমই। গোপালনা মমৈদা অইবসিদা হায়দোরকপা মতুংইন্না ঃ

ঐখোয় ফমথবতা ঙায়রি ঐখোয়না মকোক্তগী লেংজুম ফাওবা কম্পোর অঙাঙবনা কুপশিল্লবা মী অমা পুলিসনা পুরকপা উরমই। মমায়দু হাংদোক্তুবসু মী অদু মদনলালনি হায়বা খঙলমই। ঐখোংগী মিং মানা হায়দোকখ্রে অমদি মহাকপু স্টেশন্দা পুরক্লিবদু ঐখোয়গী শক্তাক্লবনি হায়বসি ঐখোয় খঙবা ঙম্লে।

চা থককমদু চাওই, চাউরাক্লা ময়ুং মরাক্তা ফুট ৪০ গা ৩০ গনি অদুগা মীসু য়ান্না লৈরমদে। মদনলালবু অকোয়বদা মুন্না য়েংহল্লি অদুগা পুলিস অনিনা মাগী মীৎযেংদু য়েংশিন্নবা কনাগুম্বদা খঙবা মানবা মীৎয়েং য়াওব্রা য়েংলি। অমুক্তং কোয়না য়েংলুরগা মহাক মমায়দু লুকথখে। মাবু পুরক্লিবশিংদুনা মাবু কম্পোর অঙাঙবনা খুমজিনবিরদুনা পুথোকখ্রে। গোপালনা মখা তারকখি, মানা ঐখোয়রোমদা য়েংলকখিদবদু ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।

অদুবু গোপালনা খঙদবগী ব্রানি। মদনলালনা গোপাল অমদি নুংশিরবা মরুপ কারকারে সেঠপু অহানবা ফিরুক হেক হায়দোরকপদা উরমই অদুবু উশিন্নদবগী ব্রানি। মহাক্লা কোয়না য়েংবা লোইরবা কান্দা মঙক লুকথজবগী ব্রাতনি। মখোয়না মহাকপু পুরদুনা ট্রেনগী ডাবা খুদিং থি-হুম্বা হৌরক্লে। মখোয়না রেলগী মাইগৈ অমা য়ৌখ্রবকান্দতা গোপালনা হল্লক্তুনা মাগী ফম্ফমদা কাখৎলমই।

মদনলালবু ফাখিবদা পাখৎখিবা মী অমদি মাগী প্রোফেসার মরুপ বোম্বেদা লৈবা ডাক্তর জে সি জৈন হায়বদুনি। জৈনগী মরুপ কয়ামরুম্না মাগা মদনলালগা খণ্ডনৈ হায়বসি খণ্ডই অদুগীসু মথক্তা অঙ্গদসিংহ কৌবা নিপাদুদি খণ্ডই মদনলালনা মশামক গান্ধী হাৎপগী শরৌদা য়াওই হায়না হায়খ্রবনি। জৈননা মসিগী পাওসি পুলিস য়ৌহন্নবা হোৎনখিদে, অমসুং মসিমসু খণ্ডজরক্রমই মদুদি মদনলালগী হায়দোকহনবা ৱাফমদগী মসি পুম্বা খণ্ডনরক্রবদি মানা তুমিন্না লৈবদুনা অৱাফমদা পুরকপসু য়াই।

জৈন মশাগী চহী নিফু হায়রক্লে। মহাক দিল্লিদা ডাক্তরেটকি উপাধি অমা ফংবতা নত্তনা কলেজ অমগী ওঝানি। মরম অদুনা মহাক লৈপাক্কী মীনি লাইরিক লাইশু হৈবা মী অমা ওইনা নাগরিক অমগী অধিকার অমদি দায়িত্যবু মুন্না মশক খণ্ডবা মী অমসু ওইরমই। মদনলালনা হান্না হায়রম্বা ময়ামদু খুলহোংবা অমগী খোয়শাওনরবা খোঙ্হোক অমনি লৌরুরে হায়না খন্দোকপা য়াই। অদুবু, হৌজিক্তি মদনলালনা ফারবসিদা জৈননা খণ্ডবা ঙল্লে মহাক্না তাখিবা ৱাফম ময়ামদু কনাগুম্বা অঙম্বা অমদা তমথোকপগী মথৌ তারক্লে।

তৌফম থোকপদি মহাক থুনমক খ্বায়দগী নকপা পুলিস ষ্টেশন অমদা চেন্দুনা পাওদু তম্লুবনি। অদুগী মহুত্তা করি মরমগীনো হায়বদু তাবদা পকচন্দ্রবসু মহাক্না ভারতকি উপ প্রধান মন্ত্রি অমদি বোম্বেগী কংগ্রেস দলগী লুচিংবা উন্ননবা হোৎনবদা মায় পাক্রদুনা বোম্বেগী মুখ্য মন্ত্রি, বিজি খেরগা উন্নরমই। (মসিগী লমচৎ অসিগী ওইবা য়াবা মরমদি কলম্বীয়া ইউনিভর্সিটিগী প্রোফেসাব অমনা প্রেসিডেন্ট কেনেডি মহাক্কী ডলাসকি খোঙচৎতা হাৎনবা শীন্নরে হায়বদু খঙলকপদা পাওদু ভাইস প্রেসিদেন্টতা নত্রগা কেবিনেট পায়বা মী অমদা নত্তনা অতৈদা হায়খিদবসু ওইবা য়াই)।

তাং কুনমাথোইগী নুংথিলগী পূং মরি তারবা কান্দতা জৈন খেরগা উন্নবা ফংখি। অদুবু জৈননা ৱাফমদু হৌদোকপা ঙমদ্রিঙৈদা খেরদি অথুবা অমা চত্তবা য়াবক্তুবদগী ৱাফমদু মাগী হোম মিনিষ্টর মোরারজী ডেসাইদা ওইনা শিন্নরমই।

মোরারজীদা থোকখ্রিবদুনা, মশামক পুলিস লোযশঙসু পায়রিবনি অদুনা মাগী লোয়শঙদুদা মথৌ খণ্ডবা অমা ওইনা জৈনবু পুলিসতা চৎতুনা পাওদু তম্নুনবা হায়বিবা অমদি জৈননা হায়বদু কনাগুম্বা অমদা ইশিলহৌনবা হায়বিরমগদবনি। অদুগী মহুৎতা মহাক্না জৈনগী ৱাফমদু অরোনবা পাও ওইনা লৌরে মহৈ লৈতবা থৌদৌ ওইবনা জৈননা কনাদগী ফংবা পাওনো হায়বদু পুলিসতা ফাওবা খঙহনবিগনু হায়বদু য়ারমই। মসিগী ফলনা জৈন অমসুং মোরাজী অনিমক মমৈদা উন্নবা মতমদা করি হায়নখিবগে হায়বদু নিংশিংনবা তারমই। মোবারজীনা থাজবদি জৈননা লৌতুনবা য়াওবগী মিং

অমখক পীবদু মদনলালগা কারকারেগনি, সোমদনা জৈননা মদনলালগা লোয়নবা ময়ামদুসু হায়দোকখি হায়রি (মানা পুলিসতা হায়খিবগুন্না) অমসুং মখোয়বু ফাদে হায়নদুম ৱাকখ্রলি।

গান্ধী হাৎখ্রবা মতুংদা জৈননা মোরারজিদা হায়খি হায়বদুগা মোরারজিনা তাহৌই হায়না থাজবদুগা চীক্লরক্নুনা মখোয় অনিগী মরক্তা মৈরিকপীনা মৈজাও অমা থোরক্লমই। জৈননা হায়বা মতুং ইন্নদি, মোরারজিনা জৈনবু লৌতুনবা য়াওবা মী অমনি হায়না মরাল শীরমই অমসুং জেলদা থম্বা য়াবা মীনি হায়রদুনা করিগী ৱাফমদু মঙোন্দা হান্না হায়দ্রিবনো হায়না হায়খি। মহাক্না জৈনদা লাওখোংই অদুগা জৈননা তাদুনা লৈরমই ... মোরারজী ডেসাইদা হায়খি, 'ঐনা করিগুম্বা লৌতুনবা য়াওবা মী ওইবা তারবদি নংদি মীহাৎপনি' অমসুং মদু মহাক্না লৈবাকশীনবা থুংনা লাওগনি, নং নরাল লৈবনি, নং নরাল লৈবনি।

মখোয় অনিমক কনাসু মীহাৎপা অমদি লৌতুনবা য়াওবা মী নত্তে। মী অমনা শাবা কমিসন অমগী মকোক ওইরিবা জষ্টিস জে এস কাপুরদা (কাপুর কমিসন হায়না খঙনবদু) মীওই কয়ানা গান্ধী হাৎকদবগী শরৌ শীন্নবগী মতাংদা পাও পীখি হায়না হায়বদুগী মরমদা অচুম-চুমদা থিনবা শিন্নখি, প্রোফেসার জৈনদা ৱাহং কয়মরুম কুইনা হংখি। মহাক্না রাই পীখিবদি মহাক জৈননা গৃহ মন্ত্রিদা করি হায়খিবগে হায়বদুগী চপ-চাবা অমত্তা ফংখিদে অমসুং মাগী রিপোর্ট অদুদা জৈননা অহানবা হায়বগা অনিশুবা হায়বা ৱারোলগা খেন্নবা য়াম্না লৈ হায়বসু হায়রমই। অদুবু মসিফাওবদি শেংলে, জানুৱারীগী তাং ২১ দা জৈননা বোম্বেগী গৃহ মন্ত্রিদা, গান্ধী হাৎকদবগী শরৌ শীন্নরে অমদি মদনলাল নত্তবদা কারকারে কৌবা অহম্মদনগরদা লৈবা মী অমসু য়াওই হায়বসিদি হায়খ্রে।

জৈননা মোরারজিগী ওফিস পুং ৫ দা থাদোকখি অমসুং মোরারজিনা খুদক্তা বোম্বেগী ইন্টেলিজেন্সকি ডেপুটি কমিশনর মিস্টর জে ডি নগরৱালাবু কৌরমই। অদুবু নগরৱালাদি মথৌ চিনবা মতাং থোক্লুরে অদুনা মোরারজিনা বোম্বে সেন্ট্রেল রেলৱে স্টৈশন্দা মাবু লাক্লুবা হায়খ্রে, মহাক নুংদাং পুং ৮-৩০ দা গুজরাট মেল ফাগদবনি।

জামশেদ ডোরাব নগরৱালা - 'জিম্মি' হায়নসু মরুপশিংনা কৌবি-মীশিংনাশিংবা মী অমা ওইজরবসু মহাক্না উবা ঙমদবা কয়মরুমসু লৈরমই। মহাক চহী কুষ্থামরি শুরে ৱাং-চাওবা ফিভমনি, কোয়দানবা মমায়দুদা অরাওবা অকোয়বা মমীৎ পাল্লি অদুনা য়াম্না শাথিবা অমদি মরাল লৈবশিংবু কিহনবা ঙম্বা ফিভম অমদি নত্রে। অদুগা মশামক্না হোলিবুডকি ফিদমনিঙাই ওইবা পুলিস ওফিসার অমগী মওংসু লৌই। মহাকসি

মশাগী থবক অদুগা ওঙজখ্রবা মশানা পীজবা শক্তি অদুদা পেম্ট্রোকচরবা, পুকচেলতিংবা, লেমজবা মরুপ ওইরগা কৎথোকপগী থম্মোই য়েক্লবা ওইরগনা হিংচাবনি, মাগী মখাথাবশিংনা মাবু লাইগুন্না নীংই, মথক থোংবগীনা থাজরবা মনাই অমা ওইরমই।

মহাক মোরারজী ডেসাইদা ভক্তি লৈনা চৎলি, অদুগা মাবু অমদুনা অচানবা অখন্নবা মী অমগুম লৌই নৎত্রগা মাবু খুৎচাবী পুলিস অমনি হায়না লৌই। রেল ষ্টেশন্দা মোরারজীনা নগরৱালাদা জৈননা মডোন্দা হায়খিবা ৱারম পুম্বা তল্লমই জৈনগী মমিংদি পল্লমদে। মতুংদা থেংনরক্কদৌরিবদি, জৈননা হায়বা মতুংইন্না, মদনলালবু মাগী মরুপ কারকারেনা পুরগা সরর্কারবু উন্নবা চৎলুই, অমদি মদনলালগী কারবারদা চাউখৎপা পাওদু পুং অনি তারবা তুংদা অহল অদুনা মাগী মনঙ্গন্দা পোপ-পোপ ফুরদুনা হায়রকই, থবক ফজনা তৌ।

মোরারজীনা ৱাহৈনা নৎত্রবসু মওংনা মাগী মখাথাবা ওফিসারদুদা মাগী ৱাকৎ অদুনা সরর্কার হায়বা কংগ্রেস শক্তিগী তোংশাদা বৃটিশ শক্তিনা তৌরম্বগুন্না তিংখং ওইদুনা লৈরল্লবা মীওইদ্রবু লাকশিন্নবা পাম্বে অমা ওইহল্লবরা হায়বসি অশেংবা খঙলরোই; অদুবু মহাক্না হায়খিবদুনা নগরৱালাদা সরর্কারনা লৌতুনবদুদা মপুং ওইনা য়াওই হায়বদু হেন্দোক্না খঙখ্রে, তৌবতবু মহাক্না করম্বা ৱাফমদা লৌতুনবনো হায়বদুদি খঙদবনি। মরম অদুনা নগরৱালানা মাগী নোংমগী তৌফমথোকপা মথৌদগী হেনদোক্তুনা মহাত্মা গান্ধীবু হাৎতনবা থবক থরা পায়খৎলমই, মহাক্না অহিং নুংথিল খায়দনা সরর্কারগী ময়ুমদু কুপ্না য়েংশিলহল্লমই।

সরর্কারগী মরমদদি ঐখোয়গী ইশিন্দুনা লৈরবা চেচাং মরাং কায়না লৈরে, নগরৱালানা মমৈদা হায়রকখি। তশেংবসু লৈরবজাৎনি। অদু ওইরবদি মখোয়না মোরারজী ডেসাইগী মরমদা অমদি নেহরুগী মরমদা, পাকচাওনা গান্ধীগী মরমদদি ইশিনবা চেচাং মরাংকায়না লৈফম থোক্ত্রা ! বৃটিশকি মতমদদি মখোয়শিংসে লৈবাক ইরাং হৌহনবা মী ওাক্তনি।

সরর্কারবু গান্ধী হাৎপগী শরৌদা য়াওরুবা মীনি হায়বদু নৎত্রে হায়না খন্নরবা মতুং, অমসুং নগরৱালানা পুলিসকি থবক্তা মতোন লোমদুনা ইন্সপেক্টর জেনেরেল ওফ পুলিস ওইরুবদগী পোখারবা মতুং চহী অনিগী মতুংদা, নগরৱালানা অইবসিদা হায়দুনতা লৈ, 'ঐনা শিরবা মতমদু ফাওবা, ঐনা হোংবা লৈতনা থাজদুনতা লৈগদবদি সরর্কার হায়বা মীওইসিতনি গান্ধীবু হাৎননবা খুপ্পু লিংখিবসি'।

মমৈথংদা মশাগী মিয়াৎ মতম শাংনা তারুরগা থোরক্রবা বিষ্ণু কারকারে, গোপাল গোডসে অমসুং মদনলাল পাহৱাদা তোঙান-তোঙান্না অইবসিনা ৱাহং হংখিবা গান্ধী হাৎপনা লৈবাক্কী কান্নবা পুরকখিব্রা হংবদা চপ মান্ননা পুরকখি হায়না খুমই।

মদুগী অচেৎপা থাজবদু মখোয়গী থমোয়দা লেঙদনা লৈখি। ট্রেন মনুংদা গোপাল গোডসেগী খন্ননবা মতম য়াম্না ফংখি। মদনলালবু মখুৎ তুংবুন্নরদুনা মমায় কুপশিল্লদুনা মাবু ফারিবা মীওইশিংনা হোইদুনা পুরগা মাগী লাকমিন্নবা মপাং ময়াম থিহনবদু উরুবদা মপুক্লিংদু পোত্থাফম খঙদনা লৈরি। তাঞ্জা অমা শোয়রুবদগী ফারবা মী অদু মা মশামক ওইরম্বসু যাবনি। মহাক পুনাদা হন্নিংবনা লোইরে অমদি মাগী নুপী অমসুং পীক্লিবা মচানুপী ময়ামদুগা মরা তপ্পা ইমুং-মনুং অমা ওইনা মমাঙগী হাপ্তাদা লৈরম্বদুগুম্না লৈনিংলক্লে। মহাক্না তৌখিবা ময়ামদুগী প্রাইশ্চিত ওইনা মহাক চহী তরাতরেৎ চুপ্না মাগী তেল্লবা মতমদুদা লঙজরুবদুগী শাস্তী ফংবা তাখি।

মহাক্না নীংঙম্লক্তবদু য়াম্না থেঙনা ফংলক্রবনি অদুমক্তদা খোঙচৎ অদুগী লোইরকপদা গোপালবু থক থক নীকহনবা থৌদোক অমসু লাক্লে।

মহাক দাদরদা কুমথরে অমসুং প্লেটফোর্মদা পুনা য়ৌনবা গাড়ী য়েংলিঙৈদা বেল পুলিস অমনা মাগী মপোৎ-মচৈদু হাংদোক্তুনা য়েংগে হায়রমই। রিভোলভর অনি অমদি শিজিন্নরক্তবা গ্রেনেড অদু য়াওবা খাওদু নত্তবদা হিপ্প-চানবা পোৎ মকোন অমসু মাগী য়াওরমই। তনীকপা থম্মোই অদু নমথজরগা মহাক্না মথৌ খঙবা অমা ওইনা হিপ্না-চানবা পোৎ মকোন অদু য়াম্না কোম্না হাংদোক্লমই। পুলিস অদু হিপ্প-চানবা পোৎচৈদু ওৎখৈ ওৎলম্লগা অদুম চৎখ্রে। মানা তৌরিবদু হুরানখিবা পোৎ অপীকপা খাওদা হাপ্না য়াদবা অমা থিরম্বা জাৎনি। মাঙখ্রিবদু করিনো গোপাল থিরুদ্রে।

রেলদুনা কিরকি ষ্টেশন য়ৌবদা নুংথিল পৃং ৫ তারে তাং কুন্নিথোইনি। মহাক ময়ুমদা চঙলক্তুনা কাদু থোঙ লোনশিন্দুনা তুমিন্না উংদুনা লৈরমই। অহানবা মানা তৌগদবদি রিভোলভরশিংদু মফমচাবা অমদা থৈদোকখিবনি। মমৈদদা জ্ঞান লাকপদৌনা, খুৎলাইশিংদু রেলনা চেল্লিঙৈদা অহিংদা থোঙনাওদা লংথোকখিবা নত্রগা তুরেল অমা লাল্লিঙৈদা লংথরম্বা য়ারম্বনি খল্লকই।

পৃং নিপাল তারকপদুদা মহাক পোৎ অমত্তা ওইরবসু থৈদোকখ্রগে খল্লে। মহাক্না ·৩৮ অদু পুথোরক্লে ফি অমনা য়োমশিল্লে মরু অদুসু য়াওনা অদুগা খাও অমদা হাপচিল্লমই। পৃং অমা লৈরবা মতুংদা মহাক পুনাগী সদাশিব পেঠতা ইমুং অমদা লাক্তুনা থোঙ থীল্লমই। মাগী মকপ পাণ্ডুরঙ্গ গোডবোলে মমৈদা জবান পীখি, হায়খি,

'ঐনা থোঙ হাংখি। গোপাল মথন্তা লৈরম্মী। মহাক্না পোৎ অমত্তা ঐঙোন্দা শিন্নগে হায়। পোৎ অদুদি রিভোলভর অমগা মরূ খরগা ফি অমনা য়োম্নগা খাও অমদা হাপ্পনি। খাও অদু ঐনা উপু অমদা হাপচিল্লে'।

মরম অদুনা খুৎলাই অমদি মফমচানা থম্লুরে হায়না গোপালনা খনখিবনি। ৩২ অদুদি মঙোন্দা অদুম লৈরি বডগেনা শর্ম্মা কৌবা পুনাদা লৈবা অমদগী ওহ্লোক্নরকপনি। গোপালনা মদু বডগেদা পীরগা অশেংবা মপুদা পীথোকখ্রগা ময়াম্বগী ২২ দু শর্ম্মাদগী লৌশিনগে খল্লে। মহাক্কী ছুটি নুমিৎ হুন্নি লৈরি অদুনা অতোপ্পা রিভোলভর অদুদগী লাপ্পনবা মতমসু য়াম্না ফংলি।

গোপালগী ট্রেন্না চৎখ্রবা মতুংদা কারকারে দিল্লি রেল ষ্টেশন্দা চা থকফমদা ফমখৈ ফম্লুরগা পুলিসশিং চৎলম্ননি হায়না খল্লবা মতুংদা মফমদু থাদোক্লে। অদুদগী মহাক ফ্রোন্তিয়ার হিন্দু হোটেলদা চঙদুনা বিল পীথোক্লগা পোৎচৈদু রেল ষ্টেশনগী মী ঙাইফম শঙদা থনল্লে। নুংথিলদা মহাক হিন্দু মহাসভাগী মরুপ অমা অনি উন্নবা চৎলুই।

কারকারেদি মদনলালগী মতেং খজিক্তং ওইনবা অঙাওবদৌনা চেল্লি, হায়বদি উকিল অফবা নেক্লগা মাবু থুনা জামিন্দা থাদোক্নবা হোৎনবা নত্রগা ঙাকথোক্নবা পাওতাক লৌবনচিংবনি। অদুবু মাগী মরুপশিংদুনা য়াওরুবদা মায় খুগদবা থৌদৌ অদুদা মতেং অমত্তা পীয়ু য়ারমদে। য়ুমশৈকেশগা শগোলশেন নুমিৎকদি মহাক দিল্লিগী লম্বেলশিংদা হকচাংগা খায়নরবা থব্রায়গুম চৎপা হৌনবমখৈ চৎলুরগা মী ঙাইফমদুদা তুম্মনবা হল্লকই। মদনলালগী মরী-মতা খরগী মতেংনা মহাক উকিল অমা নেকপা ফংখি, মহাক মেহ্‌তা পুরন চান্দনি।

জানুৱারীগী তাং ২৩ দদি মহাক মরুপপু হুন্দোক্লম্বগী মরাল লৈরবা থমোই অমা পুরদুনা দিল্লি থাদোক্লল্লে। ফাগদবগী তান্নরবা মরাল লৈরবশিংগী ৱারী লাইবিক্ত য়াওবগুম্না মহাক রেলদগী মথুরাদা কুমথবমই, অদুদগী আগরা ফাওবা বসনা লাক্লমই অমসুং রেল অমা অমুক্না কল্যান্দা অসুম্না তাং কুনমঙাগী অঙনবা অয়ুক নোংমাইজিং নুমিৎ অদুদা ঠানা রেল স্টেশন য়ৌরমই।

অয়ুক্কী পুং মঙা তাবদা মহাক নবপদগী চিদাইদা লৈবা শান্ত সদন কৌবা মিষ্টর জোসিগী ময়ুমদা থুংলমই অমসুং লমজাওদগী কৌরমই। অঙনবা অয়ুক ওইজরবসু জোসিগী ইমুংনা কারকারেবু তরাম্না কৌশিল্লমই। মঙোন্দা হায়রকপা ৱাফম অমদি নথুরামগা আপটেগনা নুমিৎ নিনি মমাঙদা মা লাক্লবরা থিবা লাক্লমই হায়বসিনি। মাগী মপাং ময়ামদুগী পাও তাবদা কারকারে হরাও ঈথক অমা কারকই অমসুং থুনা উন্ননিংলমই অদুবু য়ুম্বুদুনা মখোয় কদায়দা লৈরমগদগে অমদি মখোয়বু বোম্বেদা লৈরিবরা অমুক

চৎখ্রবরা হায়বদু অশেংবো অমত্তা হায়বা ঙল্লমদে। কারকারেনা পুনাদা আপটেগী ময়ুমদা টেলিগ্রাম অমা থাগে খল্লমই অদুবু, পুলিসনা আপটেগী ময়ুমদা য়েংশিল্লমগনি খল্লুবদা মাগী লৈফম লোৎপা য়ানবা ঠানাদগী থাররোই খল্লে। জোসিগী চহী তরা নিপান শুরবা মচানিপা বসন্তদু বোম্বেগী সেন্ট্রেল টেলিগ্রাফ ওফিস ঠানাদগী মাইল কুন লাপ্পা মফমদুদা টেলিগ্রাম অদু থাননবা থারমই, নোংমাইজিং নুমিৎ ওইবনা এক্সপ্রেস ওইনা থাবা তারমই।

আপটে

আনন্দাশ্রম

পুনা

অনিমক থুনা লাকউ—ব্যাস

'ব্যাস' (বায়স হায়নসু পাই) নিংশিংবা য়াবদি কারকারেগী অশম্বা মমিংনি।

বিরলা হাউসপু ঙাক্লেম্বশিংদুনা মদনলালবু নমদুনা ফারগা হাতকড়া চল্লগা মখোয়গী থোঙ্গাল মপান্দা লৈবা শঙদুদা পুখিবদা মহাক্না মখা চীক্লদুনা মখোয়দা লাওরমই ঃ 'ফির আয়েগা!' ('মখোয় অমুকসু হল্লকখিনি!)

কিহনবা ৱাঙাং অদুনা পুলিসশিংবু নীকহল্লমই। মরম অদুনা ৱাবী লাইরিক্তা য়াওবা মওংদা খুলহোংবা অমনা অঙাওবগুন্না হৌ হৌ চোংবদি নত্রে। মখোয় অমুকসু হল্লকখিনি। কনানো মখোয়দুদি।

মিষ্টর টি ভি সঞ্জেভি, দিল্লি পুলিসকি মকোক অদুনা বিরলা হাউস ঙাক্লিবা মীওই মঙাদগী হেনগৎহন্দুনা কুনতরুক শুহনখি, মদুগী মনুংদা তরেৎখক্তি ফিজম শেৎহল্লি, অমসুং মাগী মথৌদা পূক্লিং চঙবা ওফিসার খরা থাদুনা মদনলালদগী মাগী লোয়নবশিংদু কনানো অমদি মখোয়না তৌদৌরিবদুনা করিনো হায়বা খঙদোক্লবা হোৎনহল্লমই।

দিল্লি পুলিসকি ওফিসার তরানিথোইমুক্না অমগী মথং অমা মদনলালবু ৱা হংবগী থবক চখরমই। ৱাহং হংবগী থবক্তা মথং নুমিৎ তরানি লেপ্তুনা চখরমই; তশেংবমক মদুদা মমিং লৈরবা লালহৌবা মদনলালবু থোইনা মরুওইদ্রবা মী অমগী থাক্তা হন্থহললক্নুনা মহীময়ায় চমহনখিবদু জানুবারীগী তাং ৩০ গী নুংথিলদতনি।

অদুবু মদুগী নুমিৎ তরানিদো, দিল্লিগী থিজিনখোৎচিনবা তৌরিবা ওফিসারশিংনা নাইতোম ফাদুনা লৈরবা মী অদুদতা তকতুনা হংনবা হোৎনৈ অমরোমদা থাজবা য়াবা

পাও ফংফম ওইরিবা, অমরোমদা কয়া মরুপমপাং ওইদবা নিউ দিল্লিগী হিন্দু মহাসভাগী ওফিসপুদি লায়থোক্লুরে। অমা খণ্ডদে অমা খণ্ডদে মদনলালবু ফারবা মতুং পুং খরগী মনুংদা মেরিনা হোটেলদগী মখোয়না হৌখিবা নুমিৎতা আশুতোষ লাহিড়ীনা পীবা ৱারোল অদু য়াওবা চে অমা ফংলবনি। চেরোল অদু হেক ফংবগা মহাসভাসু গান্ধী হাৎপগী শরৌদা য়াওই হায়না লৌবগী মহুত্তা ৱারোলদুবু ঙাওখিবা নিপা অদুদা মদু লৈরম্বগী আর্থ করিনো হায়না হংলুই, মদুদা অমদুনা খুন্নক্রম্বা য়াবসি মদনলালনা হায়রিবা সম্পাদক অদুগী মমিং অদু হিন্দু রাষ্ট্রগী নথুরাম গোডসেবু ওইগনি হায়বফাওবতনি।

কাপুর কমিসন্না মোত পীখি, 'থিজিন-খোৎচিনবদু নিয়ম নাইবা ৱাৎলি' অমসুং মদুনা দিল্লি পুলিসসি মপুংফানা মথৌ খণ্ড্রবা তাহল্লি। অখন্নবা জষ্টিস কাপুরনা থিন্দুনা তাক্লিবদি, হিন্দু মহাসভা ভাবন্দা কনাসু চৎতুনা থিবা খোৎপা তৌখিদে, মফমদু লৌতুনবা য়াওবা অয়াম্বা লৈরম্বনি নৎত্রগা আশুতোষ লাহিড়ী হাযবা আপটে অমসুং নথুরামবু মুন্না খণ্ডবা মীওইদুদসু হংবা খোৎপা চথখিদে।

থোক্লিবদুনা তাক্লিবদুদি মদনলালসু য়াম্না হায়দোক্তবগুম তৌই।

মহাকপু হংবা-খোৎপা চথখিবা ওফিসারশিংগী কেশ ডাইরিদা ইরমইবদু মাগী হোংবা নাইবা মতৌ অদুতনি, হায়বদি মহাক মমৈ-মকোক খণ্ডবা ৱারোল পীরকই, অমসুং মহাক্না মাগী লোয়নবা কয়াদুগী মরমদদি ৱাফম অমত্তসু কাওথোক্লক্তে, মদুগী মতাংদা ডাইরিদা য়াওরিবদি মাবু মদুদা অখন্নবা হংখি। অতোপ্পা ডাইরিদনা চোংথোক্নুনা তাববা ৱারোল অমসু থেংনৈ মদুদি মহাকপু সিভিল লাইন্সতা পুরমই অমসুং অচুম্বদু হায়দোক্নবা অমদি অরানবা ঙাওদনবা তক্কুনা হংখি।

মদনলাল মশানসু চুমই হায়না য়ারমই, মহাকপু মরুওইনা লৌবদু হেক চমহন্নখিবগা মহাক মখাতানা ৱা হায়দোকপা লেপখ্রে। অদুবু মহাকপু ফাবা নুমিৎতুদা মহাক্না পুলিসতা মাগা লোয়নবা মী তরুক য়াওই হায়দোকখ্রে অমসুং মখোযগী শাওং-শাবানগী মওংবিরলা হাউস ফাওবা তোংলকপা টেক্সিদুগী অকুপ্পা মরোল অমসুং অহম্মদনগরদগী কারকারে সেঠ হায়বদুসু য়াওই অমসুং অতোপ্পা অমনা হিন্দু রাষ্ট্র নৎত্রগা আগরানী হায়বা মরাঠি লোন্দা বোম্বেদা নৎত্রগা পুনাগা ফোঙবা পাওচেদুগী সম্পাদকনি হায়বসু হায়দোকখ্রে।

তাং কুনমাথোইগী নুমিৎয়ুংবা মতুং মদনলালবু ফারবা মতুংদা দিল্লি পুলিসকি ওফিসার অনি ডেপুটি সুপরিন্টেডেন্ট যশবন্ত সিংহ অমসুং ইন্সপেক্টর বালকিসেন প্লেন তোংদুনা বোম্বেদা পাইখ্রে। মখোয়বু পাঙথোক্লুনবা পীবা থৌদাংদি বোম্বে পুলিসকি ডেপুটি কমিশনার মিস্টর জে ডি নগরৱালা উন্নবা অমদি পাওদু তাকপা অদুদগী

পুনাদা চৎতুনা সি আই ডি পুলিসকি এসিসটেন্ট ইন্সপেক্টর জেনেরেল কেশ অদুগী তদন্ত তৌবদা মতেংসু পাংগদবনি। মমৈদা মখোয়না হায়, মখোয়না মদনলালনা হায়দোরকপা ৱারোন্দু য়াওবা চে অমা পুই। ৱারোল অদু অৱাং ভারততা মতমদুদা চৎনবা মওংদা ইরমই হায়বদি উর্দু ময়েক্কা ইব্না বোম্বেগী অচৌবা পুলিস ওফিসারশিংনা পাবা অমত্তা থোক্রমদে।

জানুৱারী তাং ২২ গী অঙনবা অয়ুক্তা ওফিসার অনিদুনা ডেপুটি কমিশনার নগরৱালা উন্নরমই অমসুং মখোয়না হায়বদদি, মদনলালগী ৱারোলদু য়াওবা চে অমা ইংলিসনা ইথোক্লবা অশম্বা ৱারোল অমগা লোয়ননা পীশিল্লমই অমসুং মখোয়না খঙবা পুন্নমকসু চীন্নাহায়রমই অমদি অখন্ননা মদনলালনা হায়দোরকপা হিন্দুরাষ্ট্র নত্রগা আগরানীগী সম্পাদক অদু মরুওইবা লৌতুনবা য়াওবা মীনি হায়বদুসু তাকথোক্লমই। নগরৱালানা অমুক হায়রকপদি মখোয়না কারকারে নত্তবা মী অমত্তা পল্লক্তে হায়বসিনি।

মখোয়না হায়জবা হায়ববু মখোয়না মমিং ফাওবা চুন্না খঙদবা কারকারেবু ফাবিয়ু, সিনি... মখোয়গী মখুৎতা শাক্ষী ওইবা য়াবা চে অমত্তা য়াওরক্তে উর্দু ময়েক্কা ইবা চে অমখক্তা নত্তনা - মদু ৱাহৈ অমা নৎত্রগা অনিখক উর্দু লোন্দা ইবনি।

দিল্লি পুলিসনা হিন্দু রাষ্ট্রগী সম্পাদক অদু কনানো হায়বা থিনবা হোৎখিব্রা হোৎনখিদব্রা হায়বদুগী মরমদা হোৎনখিব্রা হায়বগী মতাংদা চয়েৎনবা য়াম্না থোকখ্রে, মরমদি মীপূম খুদিংমক খঙই দিল্লিগী পুলিস ওফিসার অমা নৎত্রগা মীচম অমনা ফাওবা বোম্বেদা টেলিফোন অমা তৌশিল্লগা সম্পাদক অদুগী মমিং নথুরাম বিনায়ক গোডসে কৌই হায়বদো খঙদোকপা ইরায় লায়না য়ারম্বনি। প্রেস এক্টকী মতুংইন্না মনুংগী ওইবা লম খুদিংগী সরকার খুদিংনা মনুংদা ফোঙলিবা পাওচে খুদিংগী সম্পাকদক্তা প্রোপ্রোইটরগগী মমিং য়াওবা চে অমমম লৈ।

করিগুম্বা নগরৱালাদা পাও অসি পীবিরবদি মহাক্না মতমচানা নথুরামবু ফাদুনা গান্ধী হাৎপদু থিংবা ঙম্লম্বসু য়াবনি, নৎত্রগা য়ামদ্রবদা নথুরামবু মশক খঙবা পুনা পুলিস খরা বিরলা হাউস ঙাকপশিংদগী মরক্তা য়াওহল্লম্বা য়াবনি। অদুবু, ওইথোকপা য়াবা কয়ামরুমসি লৈনা লৈনা, পনবা য়াবদি মতমদুদা নগরৱালাসু চপ মান্ননা এলিস ইন ৱাণ্ডরলেণ্ডগী মতৌদা মান্দুনা লৈরিঙৈদা অসিগুম্বা লৌশিংদু লাকখিদে নৎত্রগা অসিগুম্বা ৱাফমসিনা মাগী শাগৎচবা লৌশিংদুগা চানরমদে।

নগরৱালানা মমান্নবা পুলিস ওফিসার অমদা হায়খিবদুনি, 'লৌতুনবদু গান্ধীবু ফাদুনা পুখিনবনি। মদু চাওরবা খুপ্পু অমনি মরুওইবা মীওই ২০ মুক্নি, মখোয় খুদিংমক

মী ২০ মুক অমনা মতেং পাংই খুৎলাই মরূচংপী অমদি মাঙহন-তাকহন ঙম্বা কয়া অমা য়াওই'।

মাগী শাগৎচবা ৱাখল অদু চুমই হায়না অসুক্কী মতীক খঞ্জখ্রে মদুদি মমৈদা দিল্লি পুলিসনা পীরকপা পাও অমদি মদনলালগী ৱারোন্দু পারফাওবদা নগারৱালানা হোংবা লৈতনা মখা চঁথখি অমসুং মখা তারকখি, 'দিল্লি পুলিসশিংসে চুরাহ্বাবা ময়ামনা থামায়খ্রমালে' ফনা থেংথনা জানুৱারীগী ৩০ দা নগরৱালানা দিল্লি পুলিস মকোক্তা চিঠি অনিথক ইরকখি মদুদা মাগী চুরাহ্বাবগী খাওদা নম্বগী ৱারীদু ঙাক্তা ইরকখি।

গান্ধীনা শিরবা মতুংদতনি নগরৱালানা মাগী ভাবনা শাজিনবা ৱাফমদুগী মঙ মঙলম্বদু মিকপ থোকখিবদো।

অমরোমদা হায়রূরবদি য়ানীংলোইদবা ৱাফম অমদি, বোম্বে অমদি দিল্লি পুলিসকি মরক্তা ক্রক ক্রক য়েংনবা অমা লৈবদুনি অমদি লম খুদিংমক্তা লৈবগুম সরকারগী তোঙান তোঙানবা লোয়শঙগী উশিৎনদবনি। বোম্বেরোমদগী য়েংলগনা, দিল্লিগী পুলিসনা বোম্বে মশামক্কী মী ফক্তবা ময়াম থিবদা তেংবাংবিয়ু হায়না হৌরমগনি হায়বসিমক তৌরমগদবা মান্দ্রবনি। অমসুং শেংনা হায়রবদা মথং নুমিৎ খরনিগী মনুংদা থোকখিবসি পাও কয়া থাদোক-থাজিন্দা থবায় য়াওশিনবা ৱাৎনরকপনা য়াম্না লুবা পাও কয়া পন্দুনা লৈখি। গান্ধীবু হাৎখ্রবা মতুংদা নাৎ-পু তাবা দিল্লিগী মী খরনা (মহাক উপ প্রধান মন্ত্রী সরদার পটেলনি থাজনৈ) মসিগী উশীৎনদবা অসি উরদুনা মদুবু চমহন্নবা নগরৱালাবু তদন্ত তৌনবা অখন্নবা মী ওইনা হাপ্লে অসুন্না ওফিসার অদুগী মখাদা তোঙানবা পুলিস অমদসু অমদসু য়াওদ্রবা মপৈ অমা হাপ্লমই।

মরম অদুনা ঙক্লিঙাই ওইদবা ৱাফম অমদি দিল্লিগী পুলিস অনি অদু বোম্বেদা তরাম-তরাম তৌবিখিদে হায়বসিনি। তাং কুননিথোই অমদি কুনহুমদোইদা মখোয় নগরৱালাগা অহুল্লক্তুম উন্নখি মহাক্লা ফম চাওবসু হেনবনি, মখোয়বু পুলিস ফিজোল শেৎতনবা হায়, মখোয়বু হোটেল কাদু থাদোক্লবসু হায় মরমদি মহাক্লা মখোয়না লাকপদু বোম্বেদা মী খঙখিবা পামদে অমদি মা মরূা তদন্ত তৌবদু তোকপসু পাল্লমদে। করিগুম্বা মখোয়না বোম্বেদা লৈরিঙৈদা মখোয়গী হেড ক্বাটরগা শম্নরম্লবদি, মখোয়না খঙবা ঙম্লমগদবনি মদুদি মেরিনা হোটেলগী ধোবীদুনা কা নম্বর ৪০ গী মীওইশিংনা পীরম্বা ফুরিৎ অদু পুথোরক্রে হায়বসে, অমসুং মদুদা ফি মচেৎ অহুম নপ্লি মদুদা এন ভি জি হায়না অশম্বা মিং ইরি। মসিগী ৱাফমসিগা মদনলালনা হায়বা হিন্দু রাষ্ট্রগী সম্পাদক্কী ৱাফমদুগা পুনশিল্লগা নথুরামবু থিবদা খোঙকাপ অমত্তসু চঙশিনবা য়ারবনি। অদুবু পাও অদু দিল্লি পুলিসনা বোম্বেদা লৈবা মখোয়গী মীশিংদা থারকখিদে, অমরোমদা

নগরবালাদি পাওদু থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙম্লমগদবনি অদুবু করিমত্তা তৌদে। কাপুর কমিসনগী মতুংইন্নদি, এন ভি জি হায়বদু পুথোরক্লবা মতুং ফাওবদা মদুদা করিসু মরুওইনা লৌদে অমদি মদুবু শিজিন্নবা হোৎনখিদে।

মরম অদুনা পুলিসশিংনা মীশি অদু থোক্লিফাওবা মদুগী মরী মখোঙ খঙখিদে অমসুং নথুরাম্না মশাবু ফাহল্লগা মাগী মমিং 'পুলিসতা হায়দোক্লব মতমদতা খঙলকখি। জস্টিস কাপুরনা হায়খি, পুলিসনা লৌতুনবশিংদুগী মরী-মখোঙদু মীশিদু হেক থোক্লিবা ফাওবা থিবা ফংখিদে'।

জানুৱারী তাং ২৩ গী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা দিল্লিগী পুলিস অনি অদু নগরবালাগী নাক্তা লাকখি। নিংশিংবা য়াবদি মীওই অনি অদু পুনাদসু সি আই ডি পুলিসকি এসিসটেন্ট ডেপুটি ইন্সপেক্টর জেনেরেল, রাও সাহেব গুরটুবু উনরম্নবা থারকখিবনি, মহাক্তি সম্পাদক অদুগী মরী মখোঙ খঙদবদু কোকহনবা ঙম্বনি অমসুং মীওই অনি অদু পুনাদা চৎননবা শেম শারবনি। অদুবু, নগরবালানা ইতীং-তীংনা মখোয় দিল্লিদা হল্লো হায়না য়াথং তৌরমই।

নুংথিল অদুমক্তা মখোয়না ট্রেন অমা তোংলদুনা লাকপনা পুং কুনমরি মতুংদা কোনুংদা য়ৌরমই। ষ্টেসন্দগী মহাক্না টেক্সি অমা লৌরদুনা হেড ক্বাটরদা থুংলমই অমসুং বোম্বেদা মখোয় করম্না লেপ্লকপগে হায়বদু তম্লমই, মখোয় কারকারে হায়বদু ফাবা ঙম্লক্তে অমরোমদা সম্পাদক অদু কনানো হায়বসু খঙলক্তে হায়বনি। মখোয়না লোয়শঙদুগী অচৌবশিংদা মখোয়বু বোম্বেদা কয়া উশিৎ থৌওইদনা তৌরকপদুসু তম্লমই। 'ঐখোয়বু তশেংনা 'নজর কৈয়দ' তৌদুনা মপাল থোকহন্দনা ফাজিন্দুনা থমই মখোয়না ৱাকৎলমই।

মথংগী অয়ুক্তা অরুবা খোঙচৎতা তারুবা অনি অদুগী ৱাকৎ অদু ইন্সপেক্টর জেনেরেল অমদি ইন্টলিজেন্স ব্যুরোগী ডাইরেক্টর মিষ্টর টি জি সঞ্জেবীগী টেবল য়ৌরক্লবদা মহাক্না বোম্বে পুলিসকি মথক্তা থবক পায়খৎপগী ৱাখলদি লৈরমদে। লৌতুনরিবা ময়ামদু বোম্বেদা লৈবা ঙাক্তা ওইনা তৌই অমসুং মখোয়বু ফানবগীদমক্তা বোম্বে পুলিসকি মতেং লৌদবা ইয়া য়াম্লোই। মহাক্না অনৌবা খোঙজঙ অমা পায়খৎলগে লেপখ্রে।

মিষ্টর ইউ জি রানা, বোম্বে সি আই ডিগী ডেপুটি ইন্সপেক্টর জেনেরলদু মাগী মথৌগী ওইবা খোঙচৎতা দিল্লিদা লাকখি। সঞ্জেবীনা রানাবু কৌরমই অমসুং মদনলালনা হায়দোরকপা ৱারোল শুনা য়াওবা চে অদু ইংলিসতা হন্দোক্লুনা য়েংহল্লমই,

অমসুং মশামক মদুবু পুবিদুনা বোম্বে পুলিসতা শিন্নবিরগা মদুদা মিং পল্লিবা ময়ামদু ফাবিনবা হায়রমই।

ৱাফম অদু হায়বা নুমিৎতু তাং কুনমঙানি, মতমদুদা মহাক্তুদি নুমিৎয়ুংবা মতুংদা পাইবা বোম্বে য়ৌগদবা প্লেন অদু তোংগদবগী খোঙ থাঙ্গৎলবা মতমনি, মদুনা পুদুনা মহাকপু নুংদাং পুং ৯ তাবদা য়ৌগদবনি। মহাক্কী টিকেট ফংলোই হায়বগী ৱানিঙাই লৈতে, মরমদি ভারতকি প্লেন খুদিংমক্তা য়ামদ্রবদা ফম্ফম মরিখক্তি শোয়দনা সরকারগী অঙম্বা ময়াম চৎথোক-চৎশিন তৌনবা খাক্কুনা থমই অমসুং অতোপ্পা মীওইশিংদা পাইরমদাইদতা পীথোকপনি সরকারগী মীওই অমত্তা চৎলরোই খঙলবা মতমদা।

অদুবু রানাদি প্লেন তোংখিদ্রে। মহাক রেল ওইনা তোংলে - মদু বোম্বে তাবা বেলসু নত্তে, এলাহাবাদ য়ৌবনি। তশেংবসু, মহাকসু নথুরাম অমসুং আপটেনা দিল্লিদগী চেনখিবা অদুগুম্না তায়োন্ননা চৎখ্রি। তৌবতবু রানাদি মখোয়দগী হেন্না লাপ্না চৎখিবগী ৱাতনি।

মিষ্টর রানানা মমৈদা হায়খিবদা, মহাক ডাক্তরনা প্লেন তোংগনু হায় হায়খি অমদি বোম্বে য়ৌগদবা রেল অমত্তদা ফম্ফম ফংখিদে হায়খি, অমসুং ফমথোল পায়ববা মাবু ৱাহং হংবা ঙমখিবা কয়ানসু মসিগী পাওখুমসিদা ঙকপা ফাওখিদমাল্লে। জষ্টীস কাপুরনা হায়খিবা, মহাক্কী 'মঙম শান্দবা' মওং অদুদা কনাসু রানাবু অচুম চুমদা থিজিনখিদে।

অমরোমদা অতোপ্পা পাওখুম অমসু লৈখি। রানাদু থবক্তগী পোত্থাগদৌরদুনা লোয়শঙগী থবক্তা দিল্লিদা লাকখিবনি। অশেংবা হিন্দু অমা ওইনা, চৎলিঙৈদুদা মহাক এলাহাবাদতা ত্রিবেনীদা গঙ্গা যমুনা অমসুং সরস্বতী তিন্নফমদুদা তির্থস্নান তৌনীংলমই। রানানা পাম্বদি এলাহাবাদতা পুং খরা পনবতনি, মদু দিল্লি কলিকাতা মেলনা এলাহাবাদতা থুংবগা মথংগী কালিকাতা বোম্বে রেলনা এলাবাবাদতা থুংবা মতমদু অদুদা চেঙ্খোক-চেনশিন তৌবা নংই। মহাক অমুকসু মতম অদুখক্তদা পাঙথোকখ্রে, হন্দকসু তৌনীংলমই। ত্রিবেনীদা অমুক লুপ্পুবগা পুন্যগী লম্বীদা য়াম্না চঙশিনবা ঙমই।

মরম অদুনা রানানা এলাহাবাদতা, মানা চৎকদবদগী লম্বেলদগী মাইল চহুম লাপথোক্লদুনা য়ৌরল্লগা বোম্বেদা তাং কুনতরেৎকি নুমিৎয়ুংবা মতুংদা, প্লেন তোংলম্নবদি থুংগদবা নুমিৎ অদুদগী নুমিৎ নিনি চোঙ্থরগা, রেলনা লেপ্তুনা চৎলল্লগা নোংমা চোঙ্থনা থুংলমই।

রেল স্টেশন্দুদগী মহাক নগরবালা উন্নবা, চুমদ্রিং লাকখি। তশেংনা মহাক নগরবালাগী অতিথী অমা ওইনা লৈরুরে অমসুং মদনলালনা হায়দোরকপা বাফমদু য়াওবা চেরোলদু উৎলমই, মদুদা হিন্দু রাষ্ট্রগী সম্পাদক অদু লৌতুনবা য়াওই হায়খ্রবনি।

অদুবু নগরবালাদি মহাক্কী শাজিনবা য়ুম্ফম য়াওদবা বাখল হায়বদি শরৌদু গান্ধী হাৎননবা নত্তে গান্ধীবু নমদুনা ফাননবনি হায়না লৌরমই অমসুং মাগী আতিথী অদুদা দিল্লি পুলিস শেরান্নরে হায়বীরমই। মাগা রানাগা অদুগী মথং সঞ্জেবীদা টেলিফোন তৌরমই। সঞ্জেবীসু শরৌ অদুদা য়াওফম থোক্লিবা মীয়াম অমদি তৌগদৌরিবা মতৌ অদুদা শাজিনদুনা য়েংবদা চঙরুবগুম তৌই অদুবু জষ্টীস কাপুরনা হায়বা মতুং ইন্না মহাক নমদুনা ফাবগী বাখলদুদা লাল্লি চুমই মোত পীদে নত্রগা থৌওইদবসু তৌদে, নত্রগা মদুদা শাওনা য়ানীংদবা উৎপসু তৌদে।

সঞ্জেবী না নগরবালাদা তৌ হায়না শিন্নবা হায়ববু মঙোন্দা মথংগী নুমিৎতা বাকৎ অমা থারক্লবা হায়। নগরবালানা নুমিৎ হুন্নি লৈরগা বাকৎ অদু থাখি, অমসুং সঞ্জেবী না মদু গান্ধী হাৎখ্রবা মথংগী নুমিৎতা ফংখি। অমা খণ্ডদে অমা খণ্ডদে বাকৎ অদুদা হাৎপা য়াওরিবা ময়ামদুগী মরমদা পাও অমা য়াওরক্লে।

# মাপলশুবা তাঙ্কক

## ইখোঙনা থোংনা ইমং থিজরবনি ঐদি হায়বসি নখোয়বু উদবরা?

– এম, কে, গান্ধী

পুলিসশিংদুগা চাংদম্নরুরবদি, ইরাংহৌবা কাংবুদুদি মখোয় অহানবা খুৎথাদা শোয়খিবদগী হেন্না চেকশিনবগী মওং অমা উৎলকই।

ছুটিদা লৈরিবা গোপাল গোডসেনা আপটেগী ময়ুমদা অয়ুক অমদি নুংথিল খুদিংগী চৎতুনা আপটেগী নুপীনা মপুরোইবদগী পাও-নুং তাবা-খোৎপা লৈবরা হংবা লাকই, অমসুং তাং কুনমরিদগী মশামক্না নথুবাম অমদি আপটে বোম্বেদা লাক্লে হায়বা পাও অমা ফংবদা, আপটেগী নুপীদা চৎতুনা তন্নুরে। নুপী অদুনসু মঙোন্দা মপুরোইবদগী পাও অমা হেক লাকপগা তাক্লক্কে হায়দুনা হায়রকই।

জানুৱারীগী তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎকি অয়ুক্তা চম্পা আপটেদা থাবকপা টেলিগ্রাম অমা ফংলমই। মদু বোম্বেদা লৈবা ব্যাস কৌবা অমদগী ওইরমই, অমসুং মহাক মশামক্তি মদু কবি হায়রিবনো খঙদদুনা লৈবমই। মখোয অহুম অমুক উনহনবা হায়বসি হন্দক্তি গোপালগী মথৌ ওইরে।

গোপাললনা থুনা রেল ষ্টেশন্দা চৎতুনা বোম্বে য়ৌগদবা অহানবা রেলদু ফারে। মথংগী অয়ুক ফাওবগী মনুংদা মহাক য়ৌরুরগা হল্লকপা তাই; মরমদি মাগী থবক মফমদা অমুক থবক হৌবা নুমিৎনি অমসুং পুনাদা চৎতুনা মাগী মরুপ গোডবোলেদা শিন্নরম্বা .৩২ রিভোলভবদু অমুক লৌরুনবা মতম লৈরমদে। বডগেগী রিভোলভর অদুদি মঙোন্দা অদুম লৈরি, মাগা বডগেগা উন্নরবসু নথুরাম অমদি আপটেবু হুন্দুনা ঙাংবা মতৌদুদা তুক্কচ্চদুনা কৌবা ফাওবা কৌনরুদে অমসুং মাগী বিভোলভর হন্দোকখিগে খনবদু ফাওবা ৱাখল ওনখিরমই। হন্দক্তি মহাক্না রিভোলভরদু থোক্লবা মা লাক্লনি হায়দুনা বোম্বেদা পুরমই।

নোংমাইজিং নুমিৎতদি আপটে অমদি নথুরাম্না মখোয়গী থবক্কুদা খোঙথাঙ অমা থাংজিল্লবা তৌরমই। মখোয়না মরল লৈরবা হিন্দুগী মবমদা থৱায় য়াওরবা মশামক সিলভর বেঙ্ক কম্পনীগী পার্টনার অমা ওইরিবা মিষ্টর পরাঞ্জপেদা পাওচেদুগী

ওইনবা লুপা ১০,০০০ দং শেন্থং পীনবা হায়রমই! অদুবু পৈশা অদু মাগী লোয়শঙদগী নিংথৌকাবা নুমিৎতা লৌরনবা হায়রকই। শেল মরাং কায়না থোক্কদৌরে উরদুনা মখোয় এয়ার ইন্দিয়া ওফিসতা চৎতুনা নুমিৎ নিনি লৈরগা লৈবাকপোকপা নুমিৎতা দিল্লি য়ৌগদবা অয়ুক্কী প্লেনদুদা টিকেট অনি লৌনবা মিং পীরমই। টিকেট লৌফমদা আপটেনা মাগী মমিং ডি নারায়ন রাও নথুরাম্না এন বিনায়ক রাও হায়না পীরমই অমসুং তশেংবমক্তি এলফিন্সটোন হোটেলদা লৈজরবসু লৈফমদু সি গ্রীন হোটেল হায়না পীরমই।

গোপালনা ঠানা য়ৌবদা নুংথিলগী পুং ৬ খরা হেল্লে। ইহান হান্না মহাক্না নোর্থকোট পুলিস হোসপিতালদা টেলিফোন তৌদুনা মিস সালভীদা, আপটেদা ব্যাস বোম্বে য়ৌরক্লে হায়ননবা পাও অমা পীরম্লে। অদুদগী মহাক নবপদগী মনাক্তা জি এম জোসিগী ময়ুমদা ব্যাস (হায়বদি কারকারে) বু উন্ননবা চৎলমই।

মতমদুগী পুং অহুমুক থেঙথরবা কান্দতা লুচিংবা অনিদু মখোয়গা পুল্লমই। অনৌবা থৌওংদু হৌদোকপদদি য়াম্না লায়। নথুরাম্না মখোয়দা হায়রমই, মদুদি মহাক্না শোয়রোইদবা পিস্তোল নত্রগা রিভোলভর অমা থিগনি অমসুং গান্ধীগী মনাক্তা য়াম্না নকশিল্লগা মাবু কাপকনি অদুদগী ফাহনগনি।

কারকারেনা হায়রকপা মতুংইন্নদি ব্রাফমসি হায়দোকখিবদগী ঙাইহাক্তি পুমচীক চীকখি। মহাক্না গোপালগনা আপটেদা করি তৌরকপগে য়েংই। আপটে ব্রা অমত্তা ঙাঙদে। লুচিংবগী পোৎলুম অদু মঙোন্দগী অমদা থঙদোকখ্রে। কারকারেনা মঙোন্দা করি তৌনি হংবদা, মহাকসু দিল্লিদা চৎপা য়াওগনি খুল্লকই। ঐ নথুরামগা লোয়ননা মফম অদুদসু লৈগনি।

'অদু ওইরবদি ঐসু লাকপা তারে, কারকারেনা হায়দোকখিরমই। মদুগী ফলদি শোয়দনা শিবা তারফাওবদা, ঐসু মফমদুমক্তা লৈমিন্নবা পামই'।

অসুম্না মিকুপ খরগী মনুংদা ব্রারেপ অদু লৌখিরমই। গোপাল না রিভোলভরদু লৌথোক্নুনা ময়াম্বদা খুৎশিন্নরমই। মদুনা তাকলিবদি মাদি মখোয়গা চৎমিন্ননিংদবগুম উই। তশেংনমক মহাক্না জোসিবু কৌরদুনা মথং পুনা য়ৌগদবা রেল পুং কয়াদনো হংখি। মতম য়াম্না ফংলমই। জোসিগী মচানিপা বসন্তগী মতুং ইন্নদি, গোপাল গোডসে য়াম্না থেঙলফাওবা নুংদাং পুং ১০ ফাওবা লৈখি মহাক্না তুমথ্রবা মতুং ফাওবা, মহাক অথেঙবদা চৎখিবনি।

মায়পুন্না থবক পায়খৎনবা লৈরম্বা খুপ্পু অদু তরেৎ তগী অহুমদা হুহ্রে, অদুবু মখোয়না পাঙথোক্কদৌরিবা থবক অদুদি মদু ফাওবা য়াম্মল্লবনি। কারকারেগা আপটেগিদি নথুরামগী মনাক্তা লেপ্পগী ৱাদনি, অমরোমদা মদু মশামক কখোকপগী মওংনি।

কারকারেগী য়ুম্বু জোসিনা ঙাঙনখিবা ৱাফমসি কদায়ফাওবা তাহৌবগে হায়বসি অশেংবা খঙদ্রে। মতুংদা থেংনরক্কদৌরিবসি কারকারেগা আপটেগা গান্ধী হাৎখ্রবা মতুং ফাওবা মাগীদা হন্না হন্না লাকখি অমসুং জোসিনা মখোয়না তৌরিবদু পুলিস উদনবা লোৎলিবনি হায়বদু মমৈদা খঙলকখি। মনোবামা সালভীদি পুলিসনা শাক্ষী ওইবিয়ু হায়খিদে মরমদি মহাক শোয়দনা অখঙবা লোৎশিন্না শাক্ষী ওইরক্কনি অদুবু জি এম জোসিদি কারকারেগা আপটেগদা য়ান্না অশেংবা মরুপ ওইদে অদুনা ফাঁসি শগাইদা মখোয়বু থাঙ্গৎপদা মতেং পীরকপা য়াই হায়না পুলিসনসু খনখিবনি। অদুবু, মহাকপু কৌরকখিবা লৈত্রে।

শোক ১৯৪৮ জানুৱারী তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎনি। ফমজিল্লবা লৈচিল থাংলবা চীংদগী হুন্নকপা অইংবা লিরিবা নুংশিৎ, বোম্বেগী নিংথমথা ঈরোইননা চহী অমদা তরামাথোই নিথোইরককুম্বা তাঙনা থোকপা নুমিৎ অমনি, তৌরু তৌরুবা থবক খুদিংমক মায় পাক্কদবা মাল্লি, আপটে অমসুং নথুরামদি শোয়রোইদবা রিভোলভর অমা থিননবা মথৌ চিঞ্জরি। মখোয় খঙই ভুলেশ্বর মন্দিরগী মচিন মনাও অনিমক্তু লাইসেন্স পায়বা রিভোলভর লৈনবনি, অমখকপু ফংলবদি নথুরামগীদি অদুম লোইরে। মচিন মনাও অনিদু মীচঙ শঙ্গসু লৈবন্না অতোপ্পদগীসু লৌরগা পীবসু ঙম্বা ওইরিবনি। অমরোমদা ময়াম্বা অহল দাদা মহারাজনা মতম অমদা আপটেনা মঙোন্দা পুনাদা পীখিবা পিস্তোল অদুগী মহুৎ অফবা বিভোলভব অমা পীগে হায়খিবনি।

মখোয় ঙস্তানা চরা খরা ৱানশিল্লে অদুগা টেক্সি অমদা ভুলেশ্বর মন্দির তম্না লাক্লে। মখোয়না অহানবদা দাদা মহারাজবু থেংনরমই, অমসুং মানা জবান পীবদা হায়খিঃ

শোক ১৯৪৮ গী জানুৱারীগী তাং ২৬ তা আপটেগা গোডসেগা ঐগী য়ুমদা লাকখি অমসুং ঐনা অদুঙৈদা পীগে হায়খিবা রিভোলভরদু পীরো নৎত্রগা মদুগুম্বা অমা লৈবা কোন্নবা পৈশা পীয়ু হায়ররে। হায়দোকখিবা ঙাকপা ওইনা ঐ আপটেগী পিস্তোলদু হন্দোকখিবরা নত্রগা মহুৎ ওইনা রিভোলভর অমা পীবা নৎত্রগা পিস্তোলদুগী মমল পীথোকফম

থোকই হায়না খনখি ... ...

অদুবু মখোয় পৈশা পীবগী মহুত্তা রিভোলভরদু পাম্বা ওইনা তৌই।

মতমদুদা মখোয় পৈশা পীবা পামদে, পীগে হায়খিবা রিভোলভর অদুনা পুন্নমক্কি মখোয়দদি, দাদা মহারাজনা শিজিন্নবা য়াবা রিভোলভর অমসু পীবিদে পৈশাসু পীবিদে। লাইমাঙগী ঈংলবা মর্বল চল্লবা লৈমায়দুদা মখোয়গা মহাক্কা কায়নরমই অমসুং দিক্সিতজি মহারাজগী মনাক্তা লাকখি। অদুবু মনাও অদুসু তেংবাংনীংবগী মওং অমত্তা উদে।

অয়ুক অদুমা করিমত্তা তৌদনা হৌখিরম্মী। মখোয়না হোৎনবদা মায় পাকখিবা হায়ববু, তাং ২৬ জানুৱারী থাদা মখোয় বোম্বেদা রিভোলভর অমা থিবদা কণ্ডাওনদুনা লৈ হায়বদু ৱাশক্কুনা হায়বা ঙস্বা শাক্ষী অনিখক পুথোকপা ঙমখিবদুনি। নুমিৎয়ুংবা মতুংদুদি মখোয়গী নোংদম অমা লাক্লে। মখোয় মিষ্টর পরঞ্জপেগী থবক মফমদা চৎলুরে, অদুদা ঙাঙথোকখিবা ৱাহৈ ঙাকপা ওইনা লুপা ১০,০০০ খাক্কুনা থম্লমই। খঙহৌদনা মখোয় রিভোলভরদু ফংবগী আশা অমা উরে। পৈশাদু ফংবদগী থবক্তু ওইরগনি হায়বা উরে।

মখোয়না কারকারেগা নুংদাংগী পূং ১০ দা উন্নশি হায়খ্রে অমসুং নুমিৎয়ুংবা মতুংদু পোখাবা ফংলে। নথুরামদি সিমেনা অমা য়েংলুনি হায়না চৎখ্রে অদুগা আপটেদি মনোরামাবু হোটেলদা পুরক্কুদা অমুক হন্না উন্নরক্তবগী মওং লৈরবদুদা অরোইবা ওইনা লেনমিন্নরি। মনোরামানা মতুংদা হায়রকখিবা মতুং ইন্না আপটেনা মঙোন্দা নথুরামগা মাগনা তৌগদৌরিবদু করিমত্তা হায়দোক্লমদে হায়রি। মসি থাজবা ৱাৎলি, মরমদি মখোয় দিল্লিদা চৎকদৌরিবনি হায়বসি মহাক খঙই, অমদি মফম অদুদা আপটে মশামক লৈতবগী মওং ওইনা টেলিগ্রাম অমা থাররুবা হায়খি। মমৈদা নুপী অদুনা য়াজখিবনি, আপটেনা ঐঙোন্দা কাওদনবা হায়রম্বদি, করিগুম্বা গোডসেনা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি ঐনা টেলিগ্রাম অমা থারকদবনি মদুদা হায়গদবদি 'দিল্লিদা থুংলরগে গোডসেবু কন্নবা থবক পায়খৎলম্মু'।

টেলিগ্রাম অদু আপটেনা থারকপা ওইনা দিল্লিগী হিন্দু মহা সভা লোয়শঙদা থাজিনগদৌরিবনি। অদুবু মনোরামানা হায়রকপদদি মাগা নথুরামগা করি তৌগদৌরিবগে হায়বদু মহাক্কা হায়রমদে, অদুগা নথুরামনা করি তৌরুগদৌরিবনো মহাকপু কন্নবা হোৎনবনা করিগী দরকারনো অদুগা করিগীনো নথুরাম্না থবক অদু তৌবা মতমদা মহাক্তি বোম্বেদা লৈ হায়না উৎনীংলিবদো হায়বসু হায়রমদে।

চাকণ্ডন চাথোক্লগা নথুরামগা আপটেগা রেল তোংদুনা ঠানা তানা লাক্লে। কারকারেগা মখোয়গা প্লেটফোর্মদা থেংনরে অমসুং মখোয় অহম্মক রেল লম্বীদু তুংইন্নবা চৎখিবনা পোৎ-চৈ পৈফম লৈরিবা অচিকপা স্টেশনগী মফম অদু য়ৌরক্লে। নথুবাম্না কারকারেদা মখোয়না পাঙথোকদৌরিবা থৌরমদুগী মরমদা শন্নপ্পা লীরমই। মথংগী অয়ুক্তা মাগা আপটেগা দিল্লি তম্না পাইখ্রনি অদুদগী মফমদুদগী চুমদ্রিং গ্বালিয়র তানা চৎখ্রগা মী অমা উন্নরুগদৌরিবনি, মফমদুদা নথুরাম্না মশক খঙবা মঙোন্দা অফবা খুৎলাই অমা পীবা ঙম্বা মীওই অমা লৈ। শগোলশেন নুমিৎ তাং ২৯ গী অয়ুক্তদি মখোয় দিল্লিদা অমুক হল্লকপা ঙমগনি লেপ্লরি। করিগুম্বা কারকারেনা তাং ২৭ তা বোম্বেদগী রেল তোংলক্লবদি তাং ২৮ গী নুংদাংদা দিল্লিদা থুংবদি ঙমগনি। তাং ২৯ দা মহাক্লা কুইনস গার্ডেন হায়বা ওল্ড-দিল্লি রেল স্টেশন মমাঙদা লৈবা ঈশিং চাইবীদুগী নুঙ মথক্তা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈগনি।

'ঐ মফমদুদা শগোলশেন নুমিৎচুপ্পদুমা ঙাইদুনা লৈগে,' কারকারেনা ৱাশক্লুনা হায়রমই।

কাবকাবেগী শেল লোইনা লোইথোকখ্রে অদুনা আপটেনা মাগী শিজিন্ননবা লুপা ৩০০ খক পীরমই। মদুগী মতুংদগী মখোয় অমুক প্লেটর্ফোম অদুদা হল্লক্লে অদুগা চা থককফম অমদা চঙদুনা অরোইবা বোম্বেগী মনুংদা চেনবা রেল অদু হঞ্জিল্লকপা ফাওবা ফম্লমই। কাবকাবেদি অনি অদু থিন্দোকখ্রগা জোসিগী মযুমদা হল্লক্লমই।

মথংগী অয়ুক্তা নথুবামগা আপটেগা দিল্লিদা পাইখ্রে।

দিল্লিদা কোযকব্বগী মতুং হাপ্তা অহুম লৈরবা মতুংদা ফাওবা, এয়ার হোষ্টেস মিস লোর্না ৱুডব্রিজনা ৱাশক লৌদুনা হাযখি, লমকোয়বা অনিদু মহাক নিংশিংলি মখোয়না মশাগী মমিং ডি নারায়ন রাও অমসুং এন বিনায়ক রাও হায়না তাকচখি, অমদি মখোয় ইবোই লোইবা অনিফম্বী ফম্ফম পবেংদা নথুবাম্না থোঙনাও মনাক্তা অমদি আপটেনা থোঙনাওদগী লাপথোক্লা ফমই। মহাক্লা অনিদুগী মরক্তা অমখক নিংশিংবগী মরম অমা লৈ হায়খি - আপটেবুনি। মরমদি মহাক্লা অথুম্বা অমদি কোফী অতৈনা পীয়ু হায়বদগী হেন্না তোয়না কৌখি। ইংশোক ১৯৪৮ গী ফেব্রুবারীগী অরোইবদা ময়াম মবক্তগী মবাল লৈবা খন্দোকহন্নবা থৌরম অমদা মিস ৱুডব্রিজনা পন্থবা লৈতনা মহাকপু খন্দোকপা ঙম্বতা নত্তনা মাগা থংননা ফম্বা অতোপ্পা অমদসু পুথোকপা ঙমখি। লোর্না ৱুডব্রিজগী চীৎথবা লৈতনা নিংশিংবা ঙম্বদু মনোরামা সালভীগী খঙবা য়াবা মতাং কয়াদা খঙখিদবা অদুগদি মান্নদে, অদুবু মদুনা আপটেগী চেকশিন্না হোৎনজরিবা মশামক মফমদুদা লাকখিদে হায়না চেন্নবা লম্বী অদুমদি মপুংফানা থৎখিরমই। করিগুম্বা

আপটেগা নথুরামগনা ভুলেশ্বর মন্দিরগী মচিন মনাওদুগী মনাক্তা চৎলমদ্রবা অদুগা মিস বুডব্রিজগনা খন্দোক্রমদ্রবা অদু ওইরবদি সরকারগী উকিলনা আপটে দিল্লিদা লাকখি অমদি নথুরাম্না গান্ধীবু কাপ্পুনা হাৎপা মতমদা মনাক্তা লেপখি হায়না শাগৎপদু য়াম্না ৱারমগনি।

প্লেন তাফমদগী আপটেগা নথুরামগা ওল্ড দিল্লি রেল ষ্টেশন্দা চুমদ্রিং লাক্তুনা দিল্লি বোম্বে এক্সপ্রেস ফাবা নংনবা থুংলমই। নোংয়ায় য়ৌনীং য়ৌমাঙদুদা মখোয় গ্বালিয়র য়ৌরে। তাঞ্জাসিদদি ফার্ষ্ট অমসুং সেকেণ্ড ক্লাস থোকফমদা থোক্লক্কদবা মীওইদি মশিং য়াম্লমদে। ষ্টেশনগী মপান্দা, শষ্টি অকংবা চাকপগী মৈখুনা ৱাওথাংনহল্লবা থাবলগী মঙাল্লক্তা শগোলগাড়ী তরুকমুক্তি তোংবিনবা মী ঙাইরি, গাড়ী থৌবশিংদুনা অইংবদু খাঙলদুনা কম্পোর অমমম ইন্দুনা লৈরি। মখোয়নিনা ময়ামদুদা চঙলক্তুনা গাড়ীথৌবশিংদু কনাগুম্বা ডাক্তর পারচুরেগী ময়ুম খঙবা য়াওব্রা হংলমই। ময়াম লোইনমক খঙবগুম তৌই, অমসুং ময়াম মরক্তগী অমখক্তি গরিবানি - লুপা অমত্তং লৌরগা মখোয়নিবু মফমদু য়ৌহনগে চোংথোরক্লে।

কারকারে হায়বা মখোয়গী মরক্তগী খরা হন্থবা শাফুদা থবক পায়খৎকদৌরিবা মীওইদুদি তাঞ্জাসিদা মীচিল্লবা বোম্বে দিল্লি ফ্রোন্তীয়ার মেলগী থার্ড ক্লাস ডাবা অমদা তোংলি। অয়ুক অদু মহাক জোসিগী ময়ুমদা চিঠি খরা ইরদুনা লেনখিবনি। নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈগী মমাঙদা পোৎচৈ য়োম্লদুনা মহাক রেল থাগদবগী পুং অহুমগী মমাঙদা সেন্ত্রেল ষ্টেশন্দা থুংখিরমই । মহাক্তি মীহাৎপগী থৌদৌ অদু কুম্মে য়েংবা নত্তনা থোইদোকপা মথৌ লৈতে - মদু মশামক্লা য়াজনা লৌগদৌরিবা শক্তম অমনি। অমসুং গান্ধীনা তুখিবদু উবগী খুদোংচাবদুদং লৌনীংই, ইংতপচবা, থৌজালহৈবা অর্মদি মীগী অৱাবা উবিবা পুকচেলচাওবা মী অসে মপুন্সি কেমখ্রেগদৌরিবনি।

ডাক্তর দাতাত্রেয় সদাসিব পারচুরে মাগী নুপী অঙাং অমদি মনাওশিংগী নুপী অঙাংশিংগা ষ্টেশনগী লম্বীদা লৈবা গ্বালিয়রগী কেন্টোনমেন্ট মনাক্তা লৈবা অচৌবা য়ুম অমদা লৈরমই। মাগী লমচৎ অসি লৈখিদ্রবা আয়ানফ্লেমিংনা অহানবা থেংনবদা চাওথোকচগদবা মীওই অমনি। মহাক চহী নিফুত্তরেৎকি মীওইনি, অমসুং মী লায়েংবদা ময়ায় ওইরপ মায় পাকচরবা মীওই অমনি অমরোমদা গ্বালিয়রদা মহাক রাজনিতীগী মাইগৈদা করম্বা মীওইনো খঙবদা ৱাবা মী অমনি মহাক্কী সঙ্গ খরসু লৈ, তমথীরবা য়েক্লবসু ৱাৎপা নত্তে। অনোক্কি থারবা মমায় মনুংদগী লীৎথোক্তুনা মুরবা মমীৎ অনিদু লৈদুনা য়েংলক্লিবা কোয়দানবা মমায় পাল্লি, খদাংগী কুঙনা হৌরবা কোই অমদি যতন তৌনা য়োকচরিবা মশম অদু মতাফরবা লেঙজুমপক্লা শাংই, মহাক সাধুসু মাল্লি

তৌওম্বা মীসু অদুম মমাল্লি, মহাক ময়ামগা মান্নদবা গুরু অমসু মাল্লি, অদুবু কনাগুম্বনদি মহাকপু শাওগনবা, শাথীবা অমদি ধর্ম্মদা ঙাওজবা মী ওইনসু লৌবী।

গ্বালিয়রগী রাজনিতিদা পারচুরেগী ফিরেপ খঙনবগীদমক্তা শন্দোক্না তাকপা দরকার ওইবদি, বৃটিশ শক্তি মনুংদসু গ্বালিয়রসি হায়দ্রবাদ অমদি কাশ্মিরগুম্বনি, অচৌবা নিংথৌ পানবা লৈবাক্নি। শক্তি শিন্নবনা মরম ওইদুনা কংগ্রেসকি খুদুম মনুংদা লমসিদি লাকখিদে। মহারাজ অদুনা মফমদুগী মপু অদুম ওইরমই অমসুং মহাক্না তৌখিবা হায়ববু নেহরুগী সরকারগা লৈরিবা ফিভমদুদা লৈনবা, য়ানচে অমা সোই তৌরুই। কংগ্রেসনদি নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংবু তিনশিল্লরুবা লাংতক্নজরমই অমসুং মখোয়গী শক্তি শিজিন্নদুনা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংদা গনতন্ত্রগী ফিরেপ অমা পুরক্নবা শিরগেমখৈ হোৎনৈ। থৌদৌ অদু নিংথৌ কয়ানা মখোয়গী শক্তি মাঙহন্নবনি হায়না লৌরমই। অমরোমদা কংগ্রেসকি ৱাখলদা গনতন্ত্র হায়বদি কংগ্রেসনা পানবনি অদুনা মখোয়না গ্বালিয়রদা কংগ্রেসকি মন্ত্রিমণ্ডল অমা শেম্নবা কন্না হোৎনৈ।

কংগ্রেসকি ফিরেপসি গ্বালিয়র প্রজাগী অপাম্বনি হায়না হৌদোরকপদা খুৎথোক্না থিংলিবদি হিন্দু মহাসভানি। অদুবু মীখল অমত্তং তৌথোকহৌদবনা করম্বনা অচুম্বনো হায়বদুদি লেপ্পা ঙমদে, অদুবু তুংদা থোকদৌরিবা রাজনিতীগী ৱারীনা তাক্লিবদি হিন্দু মহাসভাবু মীয়াম্না হেন্না পাম্নে হায়বা উবা ফংই।

অদুগা গ্বালিয়রগী হিন্দু মহাসভা মরুদগী হৌনা শেমগৎ শাগৎচরকপদি ডাক্তর পারচুরেনি। মদু হৌদোকপা মী ওইবতা নত্তনা মহাক সেক্রেটরিসু ওইরমই। মহাক গ্বালিয়র মহাসভাগী ঈ-খেঙবা কাংলুপকি লুচিংবসু ওইরমই অমসুং মশামক্না হিন্দু রাষ্ট্র সেনা হায়বদি ভারত লৈবাক্কী লান্মী কৌজরমই। মদুগী লান্মী অসি গ্বালিয়রদা লৈবা সৱার্কারগী কাংলুপনি অমসুং মদুগী থৌরম কয়াদা আপটেগা নথুরামগনা মাঙজিন থারিবনি। লান্মী অদু মীথীৎ লিশিং অহুম্না শাবনি হায়না লাওথোকচরমই।

হিন্দু মহাসভাগী থৌরম কয়াদা পারচুরেগা নথুরামগা মমাঙদা কয়ারক থেংনখ্রবনি অমসুং চহীমুক্কী মমাঙদা পারচুরেনা পুনাদা রাজনিতী ভাষন পরিং অমা পীবা লাকখিবদা মহাক্না নথুরামগা মাগী লান্মী অদু দলসিদা পুনশিনবগী ওইথোকপগী মতাংদা ৱারী শাখ্রে। মখোয়গী ৱারী শানবদুদি থবক ওইনা পাঙথোকখিদ্রে অদুবু মতম ফনা শাংনা উনবদুদা মখোয় অনিমক পুন্সিদা চঙলিবা খোঙজঙদুগী পান্দম ইমান মান্ননা উখি। মসিগী মীওইশিংগী মফমদনি নথুরাম্না চৎকে খল্লিবা অমসুং গান্ধী হাৎননবা খুৎলাই অমা পীয়ু হায়গে খল্লিবা।

তাঞ্জা অসিমক্তদি পারচুরেনা কংগ্রেসকি মথক্তা খোয়শাওনবগী মরম অমা লৈরে অমসুং দলদুদা ফিরাল মমায় চুমখৎলক্লিবা মহাত্মা গান্ধীদা মীৎয়েং চঙলমই। পারচুরে অমসুং মাগী লোয়নবশিংদুনা গ্বালিয়রগী মহারাজা জয়াজিরাও সিন্দিয়াদা লমদমদুদা মখোয়গী দলদুনা মী মশিং হেনবনি অমসুং মহারাজনা প্রজাদা লৈবাক ঙাক্লোন শিন্নগে খনবা মতমদুদা মহাসভাদা শিন্নফম থোকই হায়না ভাব তানবা হায়রমই। মহারাজদুসু তৌরক্লিবা দাবি অদু চুমই হায়না খনবগুমসু তৌই অদুবু মানা উবা ফংলিবদি দিল্লিগী সরকারনা কংগ্রেস নত্তবা মন্ত্রি মণ্ডল অমদা লৈবাক ঙাক্লোন শিন্নরুবদা খাঙদুনা লৈগদবা নত্তে। মমৈদা থোক্লরিবদি জানুৱারীগী তাং ২৪ দা হায়বদি নথুরাম অমসুং আপটেনা ডাক্তর পারচুরেগী গরিবা হায়বা শগোল গাড়ী থৌবদুনা থিনবিরম্বা নুমিৎতুগী নুমিৎ মরিনি মমাঙদা নিংথৌ পানবা গ্বালিযর লমদমদা কংগ্রেসকি মন্ত্রিমণ্ডল অমা শেমখ্রে।

পাবচুরেগী থম্মোয়দা মৈ হৌরমই। হাপ্তা অহুমগী মতুংদা গ্বালিয়রগী মেজিস্ট্রেট ফার্ষ্ট ক্লাস আর বি অটলগী মমাঙদা মহাক্লা মরাল য়াজনা হায়দোকপা মমৈদা মহাক্লা নমহাদুনা হায়দোকহনবনি হায়না লৌবিদনবা হায়খিবা ৱারোল অমদা পারচুরেনা হায়খি, 'ঐ ফমুংদা চঙবদা মঙায়রি, ঐগী ইচানিপা অহল নিলকান্ত ঐগী কাদা চঙলকই অমসুং মীনৌ অনি লাক্লি তন্নমই। ঐনা ইচাদা থোঙ হাংদোরুবা হায়রমই ... থুনমক কুমথরক্লমই . অমসুং নথুবাম গোডসেগা নরায়ন আপটেগা ওইরম্লে অনি অদো'।

পারচুরেনা মখোয়দা চা লাম্লমই আপটেদি খোয়দাজনা থকই অদুবু নথুরামদি কোফী থকপদা লাইওইরবনিনা চাদু লৌরমদে। মাঙজৌননা লাক্কনি তাক্লক্তনা খঙহৌদনা ফোঙ ফাওরকপদুদা পারচুরেনা চঙক্লরুবদা নথুরাম্না মখোয় য়াম্না শাথীরবা থবক অমা পাঙথোকপা তারে, মদুদি গান্ধীবু হাৎপনি হায়বক্লমই। অদুদগী মহাক্লা রিভোলভর অমা পুথোরক্লে অদুগা পারচুরেদা পীরগা হায়রকই, মদু বেরা তৌরে অদুনা গ্বালিয়রগী কনাগুম্বা অমদগী অফবা রিভোলভর অমা ওম্থোকপিনবা হায়রমই। নোং হেক ঙানবদা মাগী অঙম্বা হোৎনগে হায়না ৱাশক্তুনা হায়রমই অদুদগী তুম্বা চঙখ্রে, নোংয়ায়দুদা কোয়রক্লিবা অনিদু মাগী য়ুমদা অতিথী ওইনা লৈরে।

মথংগী অয়ুক্তা পারচুরেনা মাগী মচানিপা নিলকান্ত অমসুং মাবু ঙাকশেনবা মী রুপাবু থাদুনা জি এস দণ্ডভটে কৌবা মী অমা কৌরুনবা হায়রে অদুগা লাক্লিবা মীওই অনিদুদা মীওই অদু থাজবা য়াবা মীনি হায়রম্নগা পটানকর বাজারদা মাগী লায়েংশঙদা চৎখিরমই। নুমিৎ য়ুংবদুৱাইদা মানা হল্লকপা মতমদদি দণ্ডভটে লাক্লম্লে অমসুং মাগা মাগী অতিথী অনিদুনা শেমদোক্লবা মানা পুরকপা রিভোলফর অমা চাংয়েংলমই।

খুৎলাই অদু পারচুরেগী য়ুমগী নাকন্দা লৈবা লৈকোল অমদা কাপ্তুনা য়েংলগা, নথুরামগা আপটেগনা মদু কান্নদ্রে হায়রমই। মখোয় শ্বালিয়র ফাওদুনা চেনবা নুমিৎয়ুংবা মতুংগী পঞ্জাব মেলদা দিল্লিদা হল্লগে লেপ্পুরবনি, অদুবু পারচুরেনা অদুক থুবা মতমদা রিভোলভর অমা থিবা হায়বসি ওইথোক্লোই হায়দুনা নুংদাংফাওবা লৈথনবা য়ারমই। মখোয় য়ুম্বুদুগা চাক্লেন চামিন্নরে অদুদগী লৈবাক্কী রাজনিতীগী ৱাফম পুথোক্তুনা ৱারী শারমই। পারচুরেনা হায়থরকই ঃ

নুংথিল য়ৌরবদা দণ্ডভটে ঐগী য়ুমদা লাকই পিস্তোল অমগা মরু তরামাথোই নিথোইমুকসু পুরকই... গোডসেগা আপটেগা কাপ্পবগী মওংদু চাং য়েংই অদুদগী পিস্তোলদু য়ারে হায়রমই। পিস্তোল অদুগী মমলদু দণ্ডভটেনা হাযবা মতুংইন্না লুপা ৫০০ নি। আপটেনা মঙোন্দা লুপা ৩০০ পীরমই অমসুং অৱাৎপদু তপ্না পীরক্কে হায়খি।

পিস্তোল অদু খপ্পা য়াবা নাইন এম এম বেরেট্টানি য়াম্না ফবা পোৎনি, মী হাৎকে হায়না খল্লবা মী অমদদি উবদদা পাম্বনা মতীন য়োৎলগদবা পোৎনি তশেংনমক নথুরাম্না গান্ধীবু হাৎকে হায়না খল্লিবা মওংদুদদি মদুদগী হেন্না চানবা খুৎলাইদি লৈরৱোই।

বেরেট্টা অদু মাগী মথৌ পাঙথোরক্লবা পৃথিবী তন্খায় অমা কোয়রক্লগা থুংলরবনি। মদু ইটালিদা ১৯৩৪ দা শাবনি অদুগা মুসোলিনীগী ওফিসাব অমনা এবিসিনিয়াদা পুখ্রবনি। মঙোন্দগী মরিশুবা শ্বালিয়রগী ইনফেন্ট্রি রেজিমেন্ট এবিসিনিয়াদা ইটালিয়ান ময়াম খুৎলাই থাদোকহন্নবা থারক্লবদা চৎলুবা ওফিসাব অমনা অমুক লৌরকপনি। লান্মী মপৈ অদু ভারততা অমুক হল্লকপদগী পিস্তোল অদু অমগী মখুৎতগী অমদা খুৎথাঙ চৎলুরে শ্বালিয়রদদি কর্নেল জোসি নত্রগা কনাগুম্বা অমনা পিস্তোল অমা পায়রম্বসি অঙকপা নত্তে, মরমদি শ্বালিয়বদসু খুৎলাই রেজিষ্টাব তৌবগী আইন অমা লৈজরবসু কয়া কন্না চৎনরমদে, অমরোমদা বৃটিশনা পাল্লিঙৈ ভারততা তৌবগুম্না মরুচৎপী খুৎলাই পায়বদা আইন্না য়াদবা ওইবদু মফমসিদদি মদু পায়রম্বতনদি মরাল অমত্তা লৈতে। নথুরামদা পিস্তোল অদু য়োল্লিবা দণ্ডভটেনা হায়বদি মদু মহাক্না জগদিশ প্রসাদ গোয়েল কৌবা মীশক অমদগী লৈরকপনি অমসুং কেশ চৎথরকপদা গোয়েলনা দণ্ডভটেদা য়োল্লুই হায়বদুসু য়াম্রবনি। অদুবু মদু কমদৌনা মাগী মখুৎতা লাকখিবনো হায়বদুদি গোয়েলনা হায়দোকখিদে। তশেংবসু বেরেট্টা অদু গান্ধীবু হেক হাৎলুবদা মদু মাগী ওইরমই ঐগী ওইরমই হায়ব পুম্বা লোৎশিন্নখিবা তাবনি, মসিমসু ওইরম্বা য়াই মদুদি গোয়েলনা মঙোন্দা কনানা য়োল্লকপগে হাযবা ৱাফমদু লোৎশিল্লগা মশামক অৱাফমদগী কোকপা য়ানবা হোৎনখি। অমা খঙদে অমা খঙদে নথুরাম্না মরাল অদু য়াজরবনিনা দণ্ডভটেনা মাগী ওইদ্রিঙৈদা মঙোন্দা কনানা য়োল্লকপগে হায়বদু থিবগী দরকারসু লৈত্রে।

ডাক্তর পারচুরেগী মমৈদদি হায়খিদে হায়না চেল্লবা মরাল য়াজবগী ৱারোল মতুংইন্না * অহিংগী পুং ১০-৩০ তারে জানুৱারীগী তাং ২৮ নি, দগুভটেনা শগোল গাড়ী অমা লৌরুরে অদুদগী নথুরাম গোডসে অমদি আপটে ঐগী য়ুম থাদোক্কুনা চৎখি... ঐ কাদা চগুদুনা তুম্লে। দগুভটেসু মযুম হনখ্রে। মথংগী অয়ুক জানুৱারী তাং ২৯ দা ঐনা ইয়াম্বা অহল কৃষ্ণরাও পারচুরেদা তম্লমই ভদ্রলোক অনি অদু গান্ধী হাৎনবগী শরৌ অমা তৌরি অমসুং ঐনা পিস্তোল অমা মতেং পাংখি।

পুং ১১ তারে অহিং অদু ভদ্রলোক অনি অদু রেল স্টেশন্দা থুংলরে, শগোল গাড়ী ময়াম খাল্লিবা শঙ্খি অকংবা চাকপগী তুফক তুফাই চল্লবা মৈখুনা থাবলগী মঙালবু ৱাওথাংনহল্লম্মবা মফমদুদনি। বোম্বে আমৃতসব এক্সপ্রেস লাক্কদবা পুংখায় অমতা ঙায়রম্লে। অদুবু রেল অদু থেঙবনা পুং অহুম চোম্থরমই, তাং ২৯ গী অয়ুক পুং ২ তারে মখোয়না গ্বালিয়র থাদোকখিবা।

* মবাল য়াজবা ৱাবোলদু মরী মখোঙ শম্নদবা অমদি মথোং হুক্তবা তাখ্রে। মদু অপঙসু অশিংসু ভাব তাগদবা ৱার্ফম্নি, ডাক্তর পাবচুরেবু কোনশিম্নবা পুলিসনা তৌরক্লিবা লৌ অমনি মদুগী খুদম হায়ববু মচা খাযনা লৌখিবা ৱারোল অদু খরা খীৎ পাক চাওমনখ্রে হেক্সিনমনখিবদগীসু থাজরকত্রে। ওন্ন তৈনবদা পাবচুরেবু ফাঁসি শগাইদগী নাম্থোক্লবা পাম্বেদুম ওনখ্রে। খুদম ওইনা হায়ববদা, মরাল যাজবা ৱাবোলদা হায়বি, গান্ধী হাৎনবগী ৱাবোল অমা পুদুনা নথুরামগা আপটেগা লাক্লমই হায়দুনা পাবচুবেনা মাগী মনাও নিপাদা তমখি অমদি মানা মখোযগীদমঙা "পিস্তোল অমা লাঙবিখি" হায়বসিনি। মসি পুম্বসি পাবচুবেনা খুৎলাই লাঙবিখিবদু গান্ধিবু হাৎনবনি হায়না শাগৎপা য়ানবনি, অদুবু মদু ৱাযেনমপু ওইবিবা জজ্জদুনা থাজনিঙাই ওইদবা ৱারোল ওইনা উখি। ৱাযেন চৎথবকপদা পাবচুরেগী ডকিল মিষ্টব পি এল ইনামদাবনা মসিগী মরাল শীবকইনদি মিষ্টব আব বি অটল হাযবা গ্বালিযবগী মেজিস্ট্রেট অদুনা গ্বলিয়বগী লানবননুংগী বৈশুমশঙগী কাখুদুদা লৌখিবদা নত্তনা মদু সুপবিন্টেণ্ডেন্ট দিয়ুলবারনা থীথরক্লগা ইথোক্কুনা হান্ননা য়ুমদগী পুরকপনি হায়না পুথোবক্লে। অটলনা লৌবা জবান অদুবু হুম্লদুনা কবেম্লনা হায়খি, "পারচুরেগী জবান লৌবদা মা পুং অহুমফাওবা য়োঁদনা মতম লৌখি"। ইনামদারনা হায়কোর্টকি জজ অদুদা ভাব তাহনবা ঙমখিবদি, অদুক শাংবা ৱারোল অমবু আইনগী ইন্দবা য়াদবা পোরমদু ইল্লগা লৌবা অদুসু অদুক তেনবা মতমদুদা লৌবা হায়বসি ওইথোক্তবা ৱানি মদুসু লৌবদা পুং মঙা ফাওবা চঙহনখিদবনি। জজশিংদুনা লোইনা চপ মান্ননা ইনামদাবগী ৱাফমদু শৌগৎখি। মখোয়না পাবচুবেগী ৱারোলদু মৱা লৌররোই হায়রক্লে অমদি মখোয়গী মরক্তগী অমদি মচীলফাওবা কাঙথোবক্লে, "মাগী ৱারোলসিবু কনানা থাজবিগদোইনো"? মসি পুম্বা লাঙখৎচরক্লিবা মেজিস্ট্রেট অদুনি ঐখোয়না হেন্না ঙকপিরিবদি।

# তরাশুবা তাঙ্কক

গান্ধীনা চবাহেনবা লেপ্পবগীদমক্তা মীযাম্বু পাঙথোকহন্নবা নমশিল্লকপা থৌদাং পূম্বা হিন্দুবু শীংনবনি।

- নথুবাম গোডসে

নীংতম্বা হেক ফংবদগীদি লৈবাকশিগী কোনুংসি মাঙহন তাকহনবগী মশক ওইববা আইন ধাবা ১৪৪ হাযবসিতনা মীকুপ নাহুম শেন্নদুনা লৈখ্রে, মদু অতে থৌদৌ কযামকমগী মনুংদা অঙম্বশিংনা ফোংনা মীতিন ফমজববু ইবাং থোবকপা যাই হাযজিল্লগা থিংবা ঙমই। মতমদুদদি অসুন্না মবাল শীজিল্লগা ফোংনা মীতিন ফম্বা পূম্বা থিংলমই। অদুমকপু গান্ধীগী চবা হেনবগী চবাংনবা মতমদু ধাবা ১৪৪ সি দিল্লিগী পুলিসনা কনফম থোকপদুম্মক কন্না চৎনহন্দ্রে, মবমদি নাগবিক কযাদি জাতি বিজাতি খাযবা নুংশিনদনবা মতৌ লেপ্পনবা মীযামদা লাওবা মতমনি। অদুগুম্বা মীতিন অদু থিংলুববদি পুলিসশিংসি গান্ধী যাদবা, মুসলিম যাদবা মানখিবা তাবনি।

দিল্লিদা ফম্বা যাবা মীতিন মখল অমখক্তমক লৈবমই অমসুং দিল্লিগী হিন্দু মহাসভানা, অঙম্বশিংনা যাই হাযবিবা মওংগী মীতিন অমা ফম্নবা তৌবমই, অমসুং মখোযনা হীবম তবেৎকি ৱাবেপ হাযদুনা গান্ধীবু চবা হেনবা লেপহনখিবা ৱাবেপ অদুদা মখোযগী সংস্থান অদুনা কৈদৌনুংদা অযাবা পীখিদে হাযবসি দিল্লিগী প্রজা পুম্বদা খঙহন্নবা হোৎনবমই।

জানুৱাবী তাং ২৭ কি নুমিৎযুংবা মতুং পূং মবিদা মখোযনা সহবগী কৈথেল অচৌবা কোন্নাউট প্লেসকি অহাঙবা শরুক অদুদা মী যান্না তিলহল্লমই। মথৌ তাবিবা পুলিস খবা অদুনা তৌবিবা মীতিন অদু জাতি-বিজাতি যেংথীনবা তোক্লবা লৈবাকমচা তাবা কাংবুনা তৌবা নত্তে খঙদ্রিবৈদা, বক্তা অমগী মথংদা অমা লেপখৎ লেপখৎতুনা, গান্ধীনা ভাবতকা লান শোক্লবিবা লৈবাক অমদা লুপা ক্রোব ৫৫ পীদবা যাদে তকখিবা অমদি মদু কবম্বা মওংদা পীগদগে হাযবদু যাথং ওইনা তাওথবকপদুবু হুন্দুনা ঙাঙলি। বক্তা অমদি গান্ধীবু হিটলাবগা চাংদম্নদুনা মহাক হিটলাবদা থোকখিবা অদুগুম্না শোয়দনা থোক্কনি হায়বমই। মীতিন অদুনা শান্তীগী ৱাবেপ অদু মৱা লৌদ্রে হায়বতা নত্তনা সবকারনা পাকিস্তানগী শেল শরুক থুংখিবগীদমক্তা নিন্দা তৌবমই। মীতিন অদুদা

পুক্লিং থুক্কৎহনবা খোল্লাও হিন্দুগী একতা কুইনা হিংসনু'। মুসলিমশিংবু তাঙ্খোকখ্রো। মদনলাল কুইনা হিংসনু। হায়না লাওদুনা লোইশিল্লমই।

মদনলাল কুইনা হিংসনু হায়বসিদি হায়খিদবা জাৎনি। পঞ্জাবতগী চেল্লকপা খুলহোংবা কাংবু ফাওবা মদুম্না লাওসি হায়বদা য়াবগী ৱা লৈতে।

সরকারদি অমরোমদা চঙক্লরমই। ধারা ১৪৪ গী মমাঙদা ময়ামসিনা করম হায়না খৌশারল্লিবনো? কংগ্রেস দল চরাংনরমই লোয়শঙশিংদা য়েংশিন্নবা হৌরমই অঙম্বনা ফম মচাশিংবু দণ্ডি তৌরোইদবগী মরম করিনো হায়ররাও কৌনরি মরাল লৈবা তাকউ ঙাকপিগনিসু হায়নরি। লৈবাক ঙাক্লোন্দা থরেকপা খরা লৈরে হায়বসি য়ানরমই।

মীতিন ফম্বা য়াহনবদুমক লৈবাক ঙাক্লোন্দা থরেকপনি হায়জরবসু, মীতিন অদুদা সহরদুগী প্রজা মীয়ামগী পূক্লিংগী ৱাফম শেংনা উৎলে হায়বসি দিল্লি পুলিসতি শেংনা খঙলবনি, অমসুং মানা মানা পায়রিবা ফমদুগী মগুন্না কন্নানা কয়াম ঙাঙখিবগে হায়বদুদি থিবগী কান্নবা লৈতে। মদুগী ফলদি শান্তীগী ৱারেপ অদু ময়াই চমহল্লমই। দিল্লিগী প্রজানদি মহাত্মাগী পাওতাক মুসলিম হাৎপা তোকউ মখোয়বু ময়ুমদগী তাঙ্খোকপিগনু হায়বদু তাশিরমই। শেংনা হায়ববদা মখোয়না মদুগা মান্ননা সিমনাশিদসু মীহাৎ-মীপুন লেপহন্নিংবনি। অদুবু অদুম হায়না লেপ্পদি লেপখিদে।

মাউন্টবেটেনগী আশাদা, মহাত্মা গান্ধীগী চবা হেন্নবগা পাকিস্তানসু চপ মান্ননা তৌশিবক্কদরা খল্লুবদুদি 'অরেম্বনি। সোমদদি, জাতি-বিজাতি খায়বগী মীহাৎ মীপুন্দা ময়াই কানবগী থৌদৌদি পাকিস্থান্দা লেপ্পা লৈতে, অমসুং নুমিৎ খুদিংগী পাও চেশিংদা নোংমা নিনিগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক ইরি, ভবালপুবদা, গুজরাটতা, ওখাদা অমদি লম মফম তরামাথোই নিথোইদা অহানবা খঙহৌদনা থোরকপা থৌদোক মতুংদগী মীয়াম্না কয়া শিরবা, কয়া শোক্লবা কয়ানা ফাখ্রবা হায়না হংনদুনা লায়থোকহল্লক্লে।

জস্তিস কাপুরনা মাগী রিপোর্টতা ইরিবা 'পরাচিনারগী তমথীবা থৌদোক' অদু ৱাহৈ কুনহুমদোইদা ফোঙদোক্লি ঃ 'জানুৱারীগী তাং ২২ অহিং পরাচিনার কেম্প চীংমীশিংনা লান্দারকই। মুসলিম নত্তবা মী ১৩০ হাৎখ্রে, ৩০ না শোক্লে, ৫০ না ফাদুনা পুখ্রে।'

অদুবু ফাদুনা পুখিবা কাংবুদুগী মরায়বক্তু ধারকপদদি জস্তিস কাপুরনা থম্মোই পান্দবা ৱায়েলশঙগী সাহিত্যগী মনুংদা তুমিন্না তাশিন্দুনা লৈথোকপা ঙমদ্রে।

নহা ওইরিবী নুপী কয়াবু ফাদুনা পুথ্রগা মখোয়বু লাক্করিবা মওংদু মীওইবগী ইতিহাসতা থম্মোয় কায়নীংঙাইগী তাক্কক অমনি। মখোয়বু নৈহৎপি, ইজ্জৎ মাঙহল্লি, মী অমদগী অমদা অওক-অথোম তৌবী, শেল মন্ত্রীরুদুনা শা শলগুম্না য়োল্লি, মমৈদা কনবা ঙমহৌদুনা হিংনা লাকখিবা কাংবুদুনা লীবা ৱাবীদুদি হায়দোকপদদা লায়বনি তু চুংনিঙাইনি।

সুপ্রিম কোর্টকি জজ অমা, মীওইবগী থৌদোক ৱারী কয়া লাইগুম্না পুক্কিং ইংনা অচুম-অরান য়াৎপতনা মথৌ ওইরবা মীশিং অদুনা 'তু চুংনিঙাইনি' হায়বা ৱাহৈসি য়ৌনা হায়রকপসিদা হিন্দু অমদি শিখশিং ফানবা হেক্তা য়াখিদ্রে। মখোয়দদি শান্তীগী ৱারেপকি মরুমদা হাপ্তা অমা লেনবা হায়বসি মৈথক্তা ঙৌবগুমখ্রে। মখোয়মক্কী মচীন-মনাওসিং পাকিস্তান্দগী তাহ্লোরক্লে, মখোয়গী লৈফম য়ুম লৈতে, দিল্লিগী মুসলিমশিংদি 'ময়ুমমকৈ লৈ। অদুনা ইরায়লায়বা পাওখুমদি 'মুসলিম তাল্লো' হায়বসিনি।

গান্ধীগী মফমদদি পরাচিনারগী তমথীবা থৌদোক অদু শীংনবা মখল অমনি, মাগী থাজবদুগী চাংয়েং অমনি। মদুনা মাগী পান্দমদুদা হায়বদি দিল্লিদা লৈবা মুসলিমশিংবু নে তানা লৈহনবা হায়বদুদা খজিক্তসু থৈদোকখিবা লৈতে। জানুৱারীগী তাং ২৫ দা মহাক্না মাগী লাইনীংফমদা তিনবা মীয়ামদা হায়,- 'হিন্দু অমসুং মুসলিম মরুপশিংনা মচোই-মচোই তারুবা থম্মোই অমুক চান্ন-চিন্ননা লৈবা হৌরক্লে তাবদা মাগী থম্মোই ঈংহল্লে'।

অমসুং মীয়ামদুদা মহাক্না মখা তারকখি মদুদি তাবদা নুংঙাইবা ৱাফম অমনা চহীগী ওইবা মেহৰৌলি উৎসব মথংগী নুমিৎতগী হরাও তয়ামগা লোয়ননা পাঙথোক্কদৌরি।

মেহরৌলি হাযবসি সহরদা শঙ্গোম থাবা শঞ্জেনবা ময়াম চহী মশিং নাইদনা য়াল্লবা নুমিৎ অমদগী লৈরক্লবা খুঙ্গং অমনি। মদু পালম প্লেন তাফমগা নক্লে অমসুং প্লেন্দগী য়েংথবদা মদু মকোক ককথৎখ্রবা লাইশৌবুঙ ওইনা উই, মফমদুগী য়ুমশিংদু শঙ্খী মপৈ অমদগী হেন্না ৱাংনদে।

চহীগী অমুক্তং ওইনা লাইগী থাক্তা লৈখ্রবা মী কুতব-উড-ডিন মজারবু নিংশিংবা ওইনা মেলা অমা তৌবা মতাংদতা মেহরৌলি মশাগী ওইনা চহী অমদা অখন্নবা শক্তম লৌই। দিল্লিদা ইচা মীচা খায়বা হাৎন-শুনবা থোক্তুনা গান্ধীনা চরা হেনবা মতমদুমক্তদা মহরৌলিমক হিন্দু অমদি শিখকি চৈফুদা থক থক নীক্লমই। মখোয়না মুসলিম ময়ামবু তাহ্লোক্লমই অমদি লাইশঙদুগী মৈ অমদি মায়খন ময়ামদু থুগাইরমই।

ইয়াং অদুনা নেমথরকপদদি, মুসলিম ইমুং অয়াম্বা মেহরৌলি থাদোক্তুনা চেল্লুবদু ময়ুমদুদা অমুক হঞ্জিন্নবা পাল্লমই। অমসুং চেল্লুবা কাংবু অয়াম্বা মিঙ্গন-চেঙ্গুম চেঙ্গাননা লৈরমই, মখোয় মেলা অদু তৌবা ঙমগনি হায়বগী আশা পুম্বা থাদোক্লম্লবনি, চহী অদুদদি জানুৱারী তাং ২৬ তগী হৌফম থোক্লি।

মখোয়গী উকল ওইনা গান্ধী চোংথোরক্লে। মহাক্না চরা হেনবা লেপ্পবা মরম অমদি দিল্লিগী হিন্দু অমসুং শিখশিংনা মেহরৌলি চহীগী মেলা অদু তৌহনবা ঙমহন্নবদুসু অমনি।

মেলা অদু হীরম তরেৎকি ৱারেপ অদুগী মরুওইবা মরম অমসু ওইরমই। সোই তৌখিবা কাংবুশিংদুনা গান্ধীদা অয়াবা পীরমই মদুদি হৌখিবা চহীদা তৌখিবগুম্না হন্দকসু মেহরৌলিদা খ্বাজা কুতব উদিন মজারগী চহী মেলা অদু পাঙথোকহনগনি।

গান্ধীগী মফমদদি মেলা অদুনা শক্তম অমা উৎকদৌরি, করিগুম্বা হেক পাঙথোকপা ঙমখ্রবদি মহাক্না হোৎনরিবা থম্মোই ওলহন্নবা ঙম্বা হায়বদুদা মায় পাক্রবনি। অমসুং মহাক্না পুমপেন হেক পেনখিবদুদি জানুৱারী তাং ২৭ তা মহাক্না মেলা য়েংবা লাকখিবদা মুলাশিংদুনা মহাকপু সমাধি মনুংদা পুশিল্লমই মাবু মখোয় ময়ামগী মরক্তা অমনি হায়না লৌরমই। মহাক্না মখোযদা হায়বমই সমাধিগী মনুংদা খল্লিবা মার্বলগী মায়খল অদুবু অঙাওবশিংদুনা থুগাইরম্বদু উবদা মহাক্কী থম্মোই কায়খরে।

গান্ধীবু সাধু অমনি হায়নৈ, মীফত্তস্ব হায়নৈ, রাজনিতীৱালাসু হায়নৈ, মীয়ামগীদমক্তা লেপ্পনীসু হায়নৈ, অপঙবসু হায়নৈ, লমচৎনাইদবনিসু হায়নৈ, মাইবনিসু হায়নৈ, থম্মোই য়াওদবা কারবাররালাসু হাযনৈ, ফিশেৎতবা লম্বোইবনিসু হাযনৈ অদু নত্তবা কয়ামরুমসু হায়বী, অদুবু মেহরৌলিগী মুলাশিংনা মাবু ওক্তুনা পুশিনবদা মহাক্না হায়খিবা ৱাহৈ খরদুনা তাক্লিবদি ওইনীংবা পুম্লমক ওইরবসু পূম্নমক্তুগী মথক্তা মহাক লৈপাকমচা তাবা মীসু অমনি।

'ইচা মীচা নাইবা হায়বসি ঐ করিনো খঙজদে। জাতি পূম্বা সম্প্রদাই পূম্বা, পাক চাওরবা ঐখোয়গী লমদমসিগী প্রজা পূম্বনা অমত্তা ওইহল্লকপা হায়বদু ঐগী অঙাং ওইরিঁঙেদগী মঙলকপা মঙনি, অমসুং মঙ অদু মঙফাওনদ্রি ফাওবা ঐগী আত্মা অসিনা পেনবা হায়বা লৈররোই।

আমৃতসর এক্সপ্রেসনা ওল্ড দিল্লিদা থুংবা মতমদু নুমিৎ য়ুংগদবা ঙাইহাক ৱাৎলি। নথুরামনা টিকেট লৌফম থোঙনাও তানা চৎতুনা মাগী সেকেণ্ড ক্লাস টিকেট অদু উৎলমই অমসুং রিটায়ারিংরুম ফম্মুং অনি থাবী অমা লৌরমই। সুন্দরলাল হায়রিবা

কা য়েংশিন্নবা লৈরিবা কেরানী অদুনা কা অমা পুংমুক লৈরগা হাঙলগনি হায়খি। মখোয় স্টেশন অদুদা কোয়চৎ চত্তুনা পুং অমা লোল্লগা নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ১ তাবদা কা নম্বর ৬ তা চঙলমই। নথুরাম্না মাগী মমিং এন বিনায়ক রাও হায়না পীরমই।

অচৌবা রেলস্টেশন খরদা অসিগুম্বা মখলগী রিটায়রিং রুম ফার্ষ্ট অমসুং সেকেণ্ড ক্লাসতা তোংবা কাংবুশিংনা হোটেলদা অমুক চৎলুদ্রবসু ষ্টেশন অদুমক্তা নুংঙাইনা লৈথবা য়ানবা থমই কাশিংদু চাওই অমদি শিলিংবাংই ইরু মায়থজনবা কাসু য়াওই। অদুগুম্বা কাদু পুং কুনমরিদগী হেন্না লৈবা য়াদে অমসুং ফমুং অনি থাবা কা অমগী ভড়া লুপা ৫ নি মতমদুগী সিলিং ৭ কা পেনি ৬ ইংলিস পৈশাগা মান্নে। ওল্ড দিল্লি ষ্টেশন্দা অদুগুম্বা রিটায়ারিং রুম তরেৎখক লৈ।

নথুরাম অমসুং আপটে নুমিৎ হুন্নি চুপ্পা ৱানা চৎথোক-চৎশিন তৌরুবদগী পোত্থাবা ওইনা ইরুমায়থজরে, ফিরোল হোংলে, অমসুং রিটায়ারিং রুমদা শেংদোক-খোৎতোরুবা লৈবা অঙাংদু কৌরদুনা নুরাশানা মোৎলবা মখোয়গী ফিরোলদু শুদোরুবা হায়রমই। অদুদগী মখোয় ষ্টেশনগী হোটেল অমদা চঙলদুনা হাওরবা চাক্লেন অমা চাথোক্লে, অদুদগী কাদা হল্লক্তুনা উরোন উরোন তুল্লমই।

ঙসাইদগী অহুমশুবা মীওই কারকারেনি মখোয়গীদমক্তা শোরোক ৱাংমদা লৈবা মী পুনফম গজ চনিমুক্তা লাপ্পা মফম অদুদা ঙাইদুনা লৈরি।

মহাক হৌখিবা নুংথিলদা দিল্লি য়ৌরবনি, অমসুং মশামকসু ষ্টেশন্দা লৈবনি অদুবু রিটায়ারিং রুমদদি নত্তে। মশাগী কম্পোর অদু লৈমায়দা তিংথোক্লগা খুলহোংবা কাংবু চাম্মমুক অদুগী ময়াম অমা তাম্থোকপিদ্রিফাওবা ময়ুম ওইনা লৈরিবা মফমদুদা মাসু হীপচিল্লমই। নোংঙাল্লকপদা ময়াম পবেং লেপ্তুনা অহান অকোন নাইনা চঙনরিবা মনুং চঙফম অমদা চঙদুনা হুকচাং শেংদোক্লুরে, টোটিদা চৎতুনা মায় মীৎ তারুরে অদুদগী চরা ৱানশিল্লুরে চা য়োনফম অমদা চঙদুনা। অদুদগী খুলহোংবা ঙরাং মানা খঙনখ্রবা মী অমদা হিপ্পা চানবদু শঙবিরমউ হাযরল্লগা মী পুনফমদা থোক্তুনা ঙাইবা হৌখিবনি।

নুমিৎ অদুগী অয়ুক অদু অইংবা লৈচিন থারমই। কারকারেনা ঈশিং কাপ্লিবা পেরেদুগী মনাক্তা থক থক নীক্লদুনা চুরুপ থক্লি। পুং খরা ঙাইরবা মতুংদা মী পুনফমদুদা মহাক কোয়না চৎপা হৌরমই, মী চঙলকফমলোমদা চেপথ চেপথসু য়েংলি। মহাক নাইতোমদি তারমদে, মরমদি খুলহোংবা কাংবু অমসু কুইন্স গার্ডেন্দা থোমজিল্লক্তুনা উখা-ৱাখাদা চবুল চবুল পোত্থফম ওইরি মদুনা মীতিনফম অদু য়ুমনাই খুন্নাইদবশিংগী পোত্থাফম মালহল্লি।

অসুম কোয়না চৎলকপদা কারকারেনা মীওই অমা কেরোসিন ষ্টোভ অমা থাগৎলদুনা চা লোন্দুনা লৈবা থেংনরমই। অদুদগী মীওই অদুনা বোরাখাও অমদগী কপ প্লেট খরা পুথোরক্তুনা উফুলথাংবা লৈমায়দুদা শেম শারি। কারকারেনা অমুক কোয়না চৎলুরগা হল্লকপদদি লৈকোন্দুদা খুন্দারবা নুপী নিপা মরী মঙা খক্লা কোয়না ফম্লদুনা চা থক্লমই। কারকারেনা লেপ্তুনা নিপা অদুদা মহাক চা য়োল্লিবরা হংলমই।

হোয় বাবুজী চাগী দুকান তৌবা কুইজদ্রি, নিপা অদুনা মখুৎ অমনা কপ অমা ঈশিং কষ্থোক-কষ্থোক্লা খুম্লকই। দুকান হায়বা ? কারকারেনা হংদবা ঙমদ্রে।

হিংননবা হোৎনবদা অতৈ করিদি তৌরুনি? নিপা অদুনা খুম্লকই। ঐবু থাকপিনবা কনাসু লৈত্রে, য়েংবিয়ু। ঐগী ইচানিপা অনিমকসু হাৎতোকখরে, ঐমক্কী ইমাঙমক্তা ঐগী নুপীবু উতুপ্না থাদুনা হাৎখিবনি।

কারকারেনা তৌবা য়াবা করিসু লৈতে। অতৈ চা থক্লস্বা ময়ামদু কায়নখ্রবা মতুংদা, মহাক ফমথরদুনা অতোপ্পা চা কপ অমা অমুক লৌরমই নিপা অদুদি ঙাওবা লেপত্রি; নাপসু কায়না উরে, অদুগা হায়রক্লিবদু তারুরগদি কারকারেনা পুক্লিংদা থাজরমই, মখোয়না তৌগদৌরিবা থৌদৌ অদু হিন্দু অমদি শিখশিংদা ওৎপিখিবদুগী পাওখুম অমদি শোয়দনা ওইরগনি।

মসি খুলহোংবশিংগী অশাও বা পেন্দবা উৎতনা লীবা খরা খেন্নবা ৱারী অমনি অদুবু নমথবিরবগী খোষ্থোক অদুদি য়াওবি। য়ুমদগী হোইদোকপিরমই ... সিফাইশিংনা কনবিরকপনি... ভারত য়ৌনবা লম্বেল অদো ... নুমিৎ চুপ্পা অমা ঈশিং অমদি চাননবা ফংলক্তবা মমৈথংদা অকংবা বিস্কুত অমা ফংই... মতম অদো মী লিশিং লিশিংনা দবলরুটি খরদা হুইদৌনা লাক্লরমই .. অরোইবদা দিল্লি য়ৌরে লোইরান অদুদগীদি লাপ্লে। দিল্লিদা ঐহাক মফম মচেৎ অমা ফংজরে ... ফম্বদি চল্লগা হিপ্নদি চনফাৎতবা মফম অমনি। 'ঐ চাগী দুকান অমা মফমদুদা তৌরম্বনি, অদুবু ইকুই কুইদনা ঐবু অমুক তাষ্থোকপিরক্লে'। মহাক মশাবু লাকশিঞ্জবা ঙম্লক্তে। মহাক অকাম-অপেৎ থাংদুনা চৈরদুনা অশাওবা অমদি তুকচ্চবা ফোংদোক্লকই।

'তাষ্থোকপিরক্লে হায়বা'?

'জি হা-ঐখোয়মক্কী লান্মীশিংননি সঙ্গিন মতোন্না নম্লদুননি মহাপুরুষ অদুনা ঐনা মুসলিমগী য়ুম অমখক্তা লৈরুবগীদমক্তা চরা হেক্লে হায়য়ে। হু ঃ! মরম অদুনা ঐবু ঙক লাক্তুনা ঈষ্থোকপিরক্লিবনি।'

কারকারেনা মাগী পুক্নিং থৌগৎপিরমই অদুদগী হৌগৎলকই। অদুদগী মহাক্না হায়রমই, 'য়েংউ, ঐসু নংনা ঙসি তৌরিবা অসিগুম্না হৌরকপনিনে। অশেংবনি, ঐসু চা য়োল্লগা হৌরকপনি। ঐসু মায় পাক্লকই।'

'বাবুজি ঐ চাউখৎলক্কনি হায়বগী আশা উদে - অদুক মতম লেনবগী ৱাতনি।' পেরে মনাক্কী লৈফমদুদা কারকারে অমুক হল্লক্লে। নুঙ অদু নুংশা য়ৈবদগী শাগৎলম্লে। চুরুপ অমা চিংলদুনা মহাক ফমথরমই। পূং ৫ হেক তাখিবগা নুমিৎ ময়ুম চঙখি অমসুং অইংবা নুংশিৎ অমা হুম্বা হৌরকই। খুলহোংবা কাংবুদু শষ্ঠী অকংবা থারদুনা নুংদাংগী তল হৌননবা শেম শানখ্রে। মৈখু মরক অদুদা মহাক্না মখোয়বু য়েংলি। মহাক্না ঙাইরকপসি পূং তরেৎ মপুং ফারে।

নথুরাম অমদি আপটে লাক্লে, মখোয় রিভোলভরদু ফংলক্লে হায়বসি মহাক খঙবা ঙমলে। 'চলো'! নথুরাম্না হায়রকই! 'থুরকও'! অদুদগী মখোয় অহুম ওল্ড দিল্লি রেল ষ্টেশন তম্না চৎখ্রে।

রিটায়রিং রুম তম্না চৎপদা কারকারেদি অনিদুগী মতুং ইনবতনি, মনুং হেক চঙবদা আপটেনা থোঙ অদু পৌরোন থারমই, নথুরাম্না মাগী ট্রঙ্ক উপু অদু হাংলগা কারকারেদা হায়রকই, - সি য়েংলরাওনে'।

মখুৎনা পায়খৎলক্লিবদু মুনা লংলবা হিগোক মচু হাইরপ চঙবা খুৎলাইদুনি, মাদি মপুক্সিদা অমুক্তসু উখিদ্রি। কারকারেনা শুক্তোক্তুনা য়েংই। 'ই! মসিদি অউংবীদু য়াওদেনা মহাক্না হায়রকই।

মসিদি মথন্তা কাপথোকচবীনি। কাপ্পবা মচৈসি হেক চিংলিবা খুদিংগী মথন্তা কাপথোকচখ্রগদবনি।

'অদুগা মরূদি' ?

পাওখুম ওইনা নথুরাম্না রুমালনা য়োমশিল্লবা ময়োম অমা পুথোরকই।

শান্নরুবদা ফংলকপা মনাগুম্না বেরেট্টা অদু মখোয় অহুম অমদগী অমদা মথং মথং লান্নদুনা নথুরাম্না লৌশিনখিদ্রিফাওবা য়েংদুনা লৈরমই। হয়েং অয়ুক ঐখোয় অমুক্তং চাং য়েংথোকউসি, মহাক্না হায়রকই।

অদুদগী মখোয় চান্দনী চৌক তম্না খোঙ থাংলক্রমই, মখোয়গী থৌশিল মীনা খঙখিবা য়াই হায়বগী চিংনবনা মরম ওইরদুনা খোঙথাংদা মীৎয়েংদা অঙকপা সহর অমদা কোয়রকপা লমকোয়বা শারদুনা শোরোক চিদাইদা লৈবা অহোঙবা ফোটো

নম্ফম অমগী মমাঙদা লেপ্লমই অমসুং নথুরাম্না মাগী ফোটো অমা কাপহল্লমই। ফোটোনম্বা অদুনা পুং অমগী মনুংদা ফোটো অহুম শিন্দোক্তুনা পীগে হায়রমই। মতম ঙাইবা ওইনা মখোয় অনকপা নিরামিষ হোটেল অমদা চাক চাথোক্লমই অদুদগী কায়নরমই। কারকারেগা আপটেগা সিনেমা য়েংবা চৎখিরমই, নথুরাম্না মাগী ফোটো লৌরুনবা চৎখিরমই।

সিনেমা অদুগী মরমদা কারকারেনা মমৈদা নিংশিংলকখিবদি মদু হিন্দি ফিল্মনি, রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মরমদা ইবনি, মদু য়াম্না শাংই অদুনা লোইবদা নোংয়ায় মতুং ওইখ্রে। কুইন্স রোড তা চিল্লম্বা গাড়ী ময়ামদু ইতাক তাক্লে, মখোয় খোঙনা রেল ষ্টেশন ফাওবা লাক্লমই। চঙফমদু য়ৌবদা আপটেনা খঙহৌদনা লেপখিরমই অমসুং কারকারেদা হায়রমই, মদুদি মহাক কাদা চঙলরোই. মহাক তুম্লম্লনি, অফা-অপুন লৈতবা মী অমা ওইনা তুমগদবা মাগীদি অরোইবা অহিংনি অসিগুম্বা তাঙলবা নুমিৎসিদা ঐনা মাগী তুম্বা থুগাইরুরবদি মদুগী লঙজবদু হন্দক মপোকসিগী কোক্লরোই।

আপটেনা চান্দনী চৌক তম্না চৎখিবদু কারকারে উবা ফংলমই; মহাক অহিংদু কন্দায়দা লেল্লুবগে হায়বদু খঙবা ঙমখিদে। মহাক্তি খুলহোংবা কাংবু রেলষ্টেশন্দা তুল্লিবদুগী মরক্তা অহিংদু লেল্লমই। নোংঙাল্লকপদা মহাক্লা কা মনুংদা চঙলুবদদি আপটেদি হান্ননা য়ৌরম্লে। কারকারেনা খঙবা ঙমখি নথুরামদি নুংঙাইনা তুমখিমালে।

মখোয় অহুম্মক শা-ঙা শুনা য়োনবা ষ্টেশনগী অহানবা মথোন্দা লৈবা হোটেলদা চরা থরা হ্বানশিল্লে। মখোয়না চানবা পুথোররুবা হায়গে তৌরিঙৈদা পোৎচৈ পুথোররুবা অঙাংদুনা নথুরামগা আপটেগদা সলাম অমা তৌরদুনা তরাম-তরাম তৌরমই অমসুং মরাঠিনা হায়থরক্লমই, সাহেব অনিবু য়ুম থাদোক্তুনা য়াম্না লাপ্না লাকপিরে, নৎত্রনে?

মখোয়নি শ্বায় লাওরমই। নথুরাম্না অদুদগী হায়রকই, নংসু লাপ্না লাকপা নৎত্রনে?

মমাঙদা ঐনা উখিবদি নং পুনাগী ষ্টেশন হোটেলদা নৎত্রগা?

চুম্মী, ঐনা অদোম্বু কয়ারক সেবা তৌজগ্রবনি। সিদা মফম হোংলকপা হাপ্তামুক্তা ঙায়রি।

নোংচুপলোমগী মওংদা লিংখৎপা ষ্টেশনগী হোটেলসি মতমদুদদি ব্রাগুন এণ্ড কম্পনী কৌবা কম্পানী অমদা ঠিকা পীথোক্লমই অমসুং মদুগী থবক তৌবা ময়ামদু রেল ষ্টেশন অমদগী অমদা ঙাইহাক লৈতনা থাংদোক-থাংজিন তৌরমই! অদুবু মদু খন্দুনা কোক শাহনবগী মথৌ তাদে।

চান থক্লবা পুথোরক্লবা নিপা অদু চঙখ্রে। মাখন তৈরবা দবলরুটি চা অমদি কোফিনি। মহাক চঙখ্রবা মতুংদা নথুরাম মাগী খুৎচা ময়ামদু লৌশিন্নদুনা হাতকরা চন্নবা মী অমগুম তুমিন্না লৈরমই মাগী মকোক অদু মখুৎ অনিদুদা শৌরদুনা লুকথরি। চাবা হেক লোইবগা মখোয় কাদা হল্লক্তুনা থোঙ লোনশিন্দুনা লৈরমই।

মথুরাম্না চিঠি খরা ইখি, কারকারেনা অইবসিদা মমৈদা লীরকখিবদি, ঐখোয় তুমিন্না লৈনে। ঐখোয় মাগা কৌনদ্রবা মী অমা ওল্লবগুম্লে, ঐখোয়না করিমত্তা পাংবা ঙমদ্রেকো খনবদা ইকাইজবা পোকচে। ঐখোয়না তৌবা ঙম্বা হায়ববু মাগা লোয়নদুনা লৈবা, লোইদ্রিফাওবা, মঙোন্দা উৎপগী ৱানি মদুদি মহাক মথন্ত নত্তে, ঐগা আপটেগসু মনাক্তা লেপ্লি হায়বদুতনি।

নথুরাম্না চিঠি অহুমখ ইরমই। মনোরামা সালভীদা বোম্বেদগী থারকউ হায়রম্বা টেলিগ্রামদুগা চিঠি অহুম অসিগা পুনশিল্লগা, মহাক্না থাজরমই মদুদি মসিনা আপটে অমদি কারকারে দিল্লিদা মতমদুদা লৈতে হায়বা ৱাফম অমা শাগৎপা ঙম্লনি অমসুং জানুৱারী তাং ২০ দা থোকখিবদু শান্তী ওইবা থৌওং অমনি মদুদা হায়না-তান্ন য়াদবা মরুপ অমনা মখুৎ শাংলকপদগী কায়হনখিবনি হায়বদো।

চিঠিশিং অদু মদুগী নুমিৎ ঈরাই নুমিৎ জানুৱারীগী তাং ৩০ হায়না থারমই। চিঠি অনি অমদি আপটেগী মিংদা ময়ুমদা অমদি লোয়শঙগী ঠিকানাদা থারমই পুনাদা, অহুমশুবদুনা অহম্মদনগরদা কারকারেদা থারমই। মখোয়দু মরাঠিলোন্দা ইবনি অমদি ইরিবদু লোইনমক ইমান মান্নে। ফংগদৌরিবশিংদুদা নথুরাম্না তৌকরিবদুদি থম্মোয় কায়নীংঙাই ওইরনি, অদুবু মহাক মদু তৌখিবা তারবনি মরমদি মহাক খঙলে, য়ানীংদবা ফোঙদোক্তুনা দিল্লিদা সভাযাত্রা চৎপনা করিসু কান্নবা পুরকপা য়ারোই। অদুদগী মহাক্না ইথরকই।

রাজনিতীগী তঙ তাদবা মওংসিদা ঐ পুক্নিংসি হায়ফম খঙদনা পোথাহন্দ্রে, মসি কোক্লবা পাম্বেসু উদ্রে। মরম অদুনা ঐ লন্নাই ওইনা লৈজবী থাদুনা অরোইবা থবক অদু পায়খৎপা তারেনখোয় নোংমা নিনিসিদা তারক্লনি। তৌরিবা মতৌ অসিদদি, ঐখোয়না পঞ্চগানি অমদি দিল্লিদা শান্তী ওইনা সভা যাত্রা চৎখিবা অদুগুম্বনা করিসু ওইরোইদৌরে। মরম অদুনা ঐনা পাল্লিবসি ঐ কন্নাগীসু মতেং লৌদনা পাঙথোক্লগে হায়বসি ঐ চপচানা লেপ্লে। হাপখিবা ফোটো অসি চেকশিন্না থমজিল্লু।

চিঠি খুদিংমক নথুরামগী ফোটো হৌখিবা অহিংদা নমখিবদু অমমম হাপখি।

অদুগী মতুংদগীদি মখোয় নথুরাম্না চঙদুনা গান্ধীবু পিস্তোলনা কাপ্না য়াবা মফমদা

করম্না লেপ্লুগদগে হায়বদুগী মতাংদা খল্লবা হৌরমই। বিরলা হাউসকি থোঙ্গান্দা ঙাক্লিবা কাংবুশিং মশিং শরুক অনি হেনগৎলে অমদি ফিজম শেৎপা মীওই কয়া লাইখুরুম্ফম অদুগী মনুং-মপান শুনা কোযনা ঙাকশেলহল্লি হায়বসি মখোয় তাবা ফংলমই। দিল্লি অমদি বোম্বে পুলিস মকোকশিং অদুনা তৌরমগদবদু মুন্না খঞ্জিল্লুরগদি মখোয়না চিংনেরকপসি ফিজম শেৎপা মীওইশিংদুগী মরক্তা খরদি মখোয়বু মশক খঙবা পুনাদগী ওইরম্বা য়াই হায়বসিনি।

আপটেনা অদুদগী ব্রা অমা হৌদোক্লমই মদু পনবগী দরকার লৈবদি মখোয়গী ব্রাখলসি কয়াদা অঙাং ওইরিবনো হায়বদু তাকচনবনি - মদুদি নথুরাম মতমগা চুনদ্রবা ফোটো নম্বা মী অমা শারগা কেমেরাগা মখোঙ অহুম পানবীদুগা পুরগা মকোক্তা অমুবা ফি অমা কুপ্লগা চঙবগী ব্রাফম্নি।

অদুদগী নথুরাম্না ব্রাফমদু য়ানীংদবা উবদা মদুগা চপ মান্ননা মখোঙ হুক্তবা ব্রাফম অমা পুথোরকই, 'বুরকা ওইনা লীৎলবদি কমদৌই? নুপী কয়া লাই খুরুম্ফমদা বুরকা লীৎলগা চঙনৈ'।

বুবকা হায়বসি কোয়না চৎপা শঙমচা অমগুম্বনি মীৎকি মপাদুদা ফাৎতোকপা অমসুং মসি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা ধর্ম্ম চেকশিন্না চৎচবা মুসলিম নুপীশিংনা লীৎনবা পোৎ অমনি।

অদুগা মখোযদি মমাঙ ইথং থংনো ফম্বসু য়াহল্লি কারকারেনা হাপচিল্লকই।

মসিসু অচুম্বনি লাইখুকম্বা য়াওবা লাকপা নুপীশিং গান্ধীগা খ্বায়দগী নল্লনা ফমই, ফুট নিপান তবামুক মদুনা গান্ধীবু শোয়দনা শিংনবা য়াবা মফম ফাওবা নথুরামবু নকহনবা ঙমদৌবি।

বুরকা লীৎপা হায়বদু মখোয় অহুম্মক য়ানরে, আপটেগা কারকারেগা মদু থিবা থোকখ্রে। চান্দনি চৌক্তা মদু পীবা ঙমগদবা দুকান অমা অনি মখোয়গা খঙনৈ। অদুবু দুকান্দারশিংদুদি হিন্দু ঙাক্তা ওইরম্মী অমসুং কদায়দা বুবকা ফংগদগে হায়বা খঙলমদে মদুদি মুসলিম নুপীতনা লীৎপনি। অদুবু মখোয়না নীংবা কায়বদু উবদা মখোয়গী মরক্তগী অমনা পুংখায় অমগী মনুংদা ফংহল্লগে হায়রে। কয়াম চাওশাংবা নুপীগীনো? মানা হংলকই।

এঃ য়াম্না ব্রাংখ্রবজাৎনি, কারকারেনা খুল্লকই, পঙগোয়দি নোয়দে। নিপা অদুগী দুকান্দা মখোয় পুংখায় অমা লৈরগা হল্লকপদদি তশেংনা বুরকা অমা লৈরম্লে।

মদুগীদমক্তা মখোয় লুপা য়াম্বেদংদি তিংলে। মদু পুরদুনা মখোয় কাদা হল্লক্রে অমসুং মদুদা নথুরামবু চঙহল্লমই, অমসুং কারকারেনা হায়বা মতুং ইন্নদি মদুনা মহাকপু মপান ফরকপা মুসলিম নুপী অমা মালহল্লে। অদুদগী নথুরাম্না চৎপা তল্লমই অদুবু খোঙথাং খুদিং খুরৌ চেনবগুম তৌরমই, অমরোমদা মখুৎ মশাসু নীংতম্না হাইবা য়ারমদে। মহাক্না পোৎ অদু হক্তোক্তুনা ফমুংদা লংশিনখিরমই। করিমক্তা ওইররোই, মহাক্না হায়রকই। মদু কয়াম তাঙনা ফংলকপনো হায়বদুদি নঙদি খঙপোৎ নত্তেদো, কারকারেনা খ্বাকৎলকই।

শেল তিংখিবগীদমক নুংনাংগদবা মতম নত্রে, নথুরাম্না খুন্নকই।

শকলোৎকদরা লোৎলোইদ্রা হায়বগী খ্বাফম অমা নাখৈশেংদ্রিঙৈদা মখোয় টেক্সি অমা লৌরদুনা বিরলা মন্দির তম্না লাকখি অমসুং মদুগী মনীংদা লৈরিবা উনুং অদুদা মাইল মখায়মুক চঙলকই, মফমদু নুমিৎ তরানিগী মমাঙদা মখোয় খরনা খুৎচুম্বী তমখিবা মফমদুমক্তি। মফমসিদা, কারকারেনো হায়বা মতুংইন্না, ঐখোয়না মীগী হকচাংমুক চাওবা উ অমা খল্লে। মদুদা ঐখোয়না অকোয়বা অমা য়েকশিল্লি মীগী মকোক্তি হায়না লৌনবা, অদুদগী থবাক অমদি চাখাও মপদা। নথুরাম্না ফুট ২০ দগী ২৫ মুক লাপ্না লেপ্লগা নোংমৈ কাপ্পা হৌরক্লমই। মহাক কোয়শিল্লিবা মপাদুদা চপচানা পালহনবা ঙম্লে। অদুদগী মহাক্না অরাপ্পা খেন্ননা হায়বদি ফুট তরামঙা অদুদগী তরাদগীসু মরু ফন্না য়াম্না কাপ্লমই অরোইবদা ফুট মঙাদগী কাপ্লমই। নোংমৈ অদুগী মথৌ অদুদা মহাক মপুংফানা পেল্লমই। মহাক্না কাপ্পা থিংনবা মচৈ অদু মেৎতুনা থিংজিন্নগা মপু নীংবী অদু ফুরিৎখাওদা হাপচিনখিরমই।

বিরলা মন্দিরগী মনীংদগী মখোয় হল্লকপা মতমদতা নথুরাম্না ময়ামদা হায়রক্লমই, মহাক শক্লোৎপগী থবক তৌররোই। মদুগী মহুত্তা মহাক ফিজোলনাইবা মীগী শক্তম লৌনবা ফি শেৎলগনি হায়রমই। শোরোক মপান্দা লৈবা পোৎচৈ য়োনফম অমদগী মখোয়না খাকী অঙাংবা খোঙগ্রাও ফুরিৎ লেংজুম বিলায় থেৎফম পানবা সিফাইসিংনো শেৎননবা অমগা খাকিগী টুপী অচেপ্পী লেংজুম বিলায় থেৎফমদা য়েপশিনবা য়াবা অমগা লৈরমই। অদুদগী মখোয় চৎতুনা রেলষ্টেশনগা নক্লনা লৈবা পঞ্জাবী হোটেল অমদা চাক্লেন চাথোক্লে অদুদগী কাদুদা হল্লক্লমই। মদুদা নথুরাম্না ফিরোলদু শেৎচিন্দুনা য়েংলমই, চপ হেক চারমই।

পুংদি নুমিৎয়ুংবা মতুং ১ তাশিল্লক্রে, রিটায়ারিং রুম অদু থাদোক্কদবগী পুংফমদু য়ৌরক্রে। নথুরামগা আপটেগা মখাদা টিকেট য়োনবদুগী মনাক্তা লাক্লমই। মখোয়দা

কা পীখিবা সুন্দরলালদু মতমদুদা মথৌ তৌরমই। নথুরাম্না মঙোন্দা কা অদু নোংমতগা চোঙ্থবা লৈবা য়াখিগদ্রা হংলমই।

থবক চিনবা রেল স্টেশন অমদা রেল ওফিসকি কেরানী অমদা রিটায়ারিং রুম পূং কুনমরিদগী হেন্না পীয়ু হায়রুবসিদি পুলিস অমদা অচিনবা দুকান লৈবা মফম অমদা গাড়ী থাগে য়াহল্লু হায়বগুম্বনি মদুনা খোইমহুমদা চৈনা থিনবা ওইনা অদুম মথোক্লবনি। সুন্দরলালনা খোল নুংশিদনা নথুরামদা কাদু লৌবা য়াররোই হায়বদা নত্তনা মথক্তা কারদুনা কাদু পোৎ-চৈ থাংদোক্লুনা হাঙলবরা ফাওবা য়েংলমই' অদুদগী হৌনা লাওদুনা কাগী থবক তৌনবা লৈবা মীদুদা কাদু শো লোনশিন্নবা য়াথং তাওথরমই।

মহাক্না পাম্বদি মরুপশিংদু মতমদুদা দিল্লিদা লৈতে উৎপনি, অদুবু নথুরাম্না তৌরুরিবদুনা সুন্দরলালনা মাতবু নীংশিংবা নত্তনা মরুপ অনি অদুবুসু কাওহল্লোইদৌরে। মখোয়না মখোয়গী পোৎচৈদু সকেণ্ড ক্লাসতা তোংবা কাংবুগী রেল লাকপা ঙাইফমদুদা পুরমই-অচৌবা শঙশাঙ অমনি মদুদা লীগী চৌক্রি য়াম্না থারি অমদি টেবল খরসু লৈরি অদুবু লোইনমক মীনা পোৎচৈ থম্নরমই, অহিং নুংথিল খায়দনা ইমুং কুনমুক্না মখোয়গী পোৎচৈগা কোন্ননা মফমদুদা লৈনৈ। অঙাংশিংনা বোল লংদুনা শান্নরি, অচা-অথক য়োনবশিংনা অচা-অথক পুশিল্লক্লি অমসুং কুলিশিংনা পোৎচাও ময়াম থাংদোক-থাংজিন তৌরদুনা চঙথোক-চঙশিন তৌরি। মদুদা চীকথনা ৱারিকা শানবা য়াপোৎ নত্তে।

মখোয়না নথুরামগীদমক্তা অহাঙবা বেঞ্চ অমা থিরে অদুগা অতোপ্পা অনিদুনা মাগী মনাক্তা লৈমায়দা কুম্থরমই, মানা হেক হায়রকপা অমা তৌগদবগী শেম শারি অদুগা ৱারীদি মখোল হৌহন্দনা শানরি। করি চানীংবগে হায়না করি পুরকউগে হায়দুনা মিকুপ খুদিংগী হংলি।

থুম তোৎপা লৈবাক হৱাইদুম চানীংই, মহাক্না হায়রকই। কারকারেগা আপটেগা হৌগৎলমই মখাদা কুম্মুগে পোৎতুসু থিরুগে, মখোয়না হায়রমই। অদুবু ষ্টেশনগী মনুংদা অমদি অকোয়বদা লৈরিবা দুকান অমত্তদা লৈবাক হৱাই য়োল্লমদ্রে। নীংবা কায়না মখোয় কাদা অমুক হঞ্জল্লক্লমই। নথুরাম জোন ফরগুসন্না ইবা নাইট ইন গ্লেনজাইল হায়বা লাইরিক অদু পারমই, মখোয়না চঙলকপদুদা য়েংথোরকই। অমত্তা ফংলম্লরোইনে ঐ খঙই। ঐনা হান্না লাকপদগী অদুম খঙলবনি।

ঙাইহাক্তি মখোয় মহাক্কী মনাক্তা মরি-মতাশিংনা নাদুনা হিপ্লিবা অমগী মনাক্তা শঙবগুম লৈরমই। আপটে হৌগৎলক্লমই অমসুং কারকারেবু কৌথোকখিরমই। ঐখোয়

পুংমুক লৈরগা হঞ্জিল্লক্কে, মহাক্না নথুরামদা হায়রমই, মাসু খজিত্তং নোক্লমই অদুবু কদায়দা চৎকদৌরিবনো হায়বদুদি হংলমদে।

মপান্দা হেক য়ৌবগা আপটেনা কারকারেদা হায়রমই। ফংলিবা মতম খরদু মখোয় বিরলা হাউসতা চৎতুনা থোঙ শঙলিবা পুলিস কাংবুদু পুনারোমদগী মানবা য়াওব্রা য়েংথোকউসি হৌদোকলমই।

মখোয় টেক্সি অমা তোংলমই অমসুং আকবর রোডকি মচি অমদা থাহল্লমই, মদুনা আলবুকারকী রোডকা শন্নবনি। মফমদুদগী মখোয়না আলবুকারকী রোড ফাওদুনা ঔরঙ্গজেব রোড য়ৌরিগা অমুক হল্লক্লমই, অসুম্না বিরলা হাউসকি থোঙ চঙফমদু নিংথিজনা উবা ফংলমই। থোঙ চঙফমদুদা পুলিস মশিং হেন্না লৈরমই, অদুবু মখোয় লোইনমক অৱাং ভারতকি শক্তা ওইনা তৌই। মখোয়না তপ্না হল্লক্তুনা ইডৱার্ড রোড ওফিসারস মেস মনাক্কি গাড়ী থাফমদগী টেক্সি অমা তোংলমই। মখোয়না ইণ্ডিয়া গেট মপা য়ৌরকপদা কারকারেনা ফিংনা গাড়ী থৌবদু লেপ্পনবা হায়রমই।

আপটেনা পাখৎনা হংলমই, - করিনো ?

য়েংউনে ! ইণ্ডিয়াগেট মনাক্কি চান-থরুবা য়োনবা পোৎফম অমদা খুৎ থিল্লুদুনা তাক্লি, মদুদা থুম থাকপা লৈবাক হৱাই য়োল্লি।

দিল্লি ষ্টেশনগী অচৌবা অতিয়া পক্না ৱাংলবা ঘড়ি অদুনা পূং অহুম তারে হায়না তাক্লি। কারকারেনা নথুবামদা লৈবাকহৱাই ময়োমদু হেক পীবদা মহাক মমীৎ লাওথোক্লমই। নখোয় মসি থিবদা পুনা য়ৌরুরবরা, মহাক্না হায়রকই।

লৈবাক হৱাইদু য়েন্নদুনা তুপ্না তুপ্না আপটেনা নথুরামদা নাশোল পীক্না হায়রক্লমই, মদুদি বিরলা হাউসকি থোঙ চঙফমদা পুলিস মশিং য়াম্না লৈজরবসু, মখোয়গী মরমদগী মানবা মী অমত্তা য়াওহৌদে।

হাৎননবা মতমদু পূং অমা ৱাৎলি। মখোয়গী হায়নগদবা থোইদোকপা লৈনদ্রে। অদুবু কারকারেনা ৱা অমা হায়দোক্কে হেক তৌরিবমখৈ পংহাদা হারমই অদুগা আপটেনা খৌদেম্নদুনা ফাথনবা তৌরি।

মতমদি হৌজিনখি। নথুবাম্না মাগী ঘড়িদা য়েংলগা অস ! পূং মরিগা মিনিট তরামঙা চৎখ্রে। ঐগী চৎপা মতম য়ৌরে। ঐ চিঠিশিংদু থাদখ্রবনি।

ঐখোয়সু মফমদুদা লাকউরা ? আপটেনা হংলমই,

লাক্তদি, নথুরাম্না হায়রকই, অসুক শাংনসু লাকমিন্নরগা। ফুরিখাওদা হুমদুনা বেরেট্টা অদু মফম চানা য়াওরবরা য়েংলে অদুদগী মহাক মপান থোকখ্রে।

অতোপ্পা অনিদুদি মহাক্না হীপ্লম্বা বেঞ্চ অদুদা হীপহৌরি। মিনিট তরা লৈরগা আপটেনা হায়রকই, ঐখোয়সু চৎলসি মখাদা কুমথদুনা মখোয় শগোল গাড়ী অমা ফারে। শগোল গাড়ী অদু চৎপা হেক হৌরকপদা কারকারেদি থিংওমদনা কপথোরক্লমই।

তপথৌ বিষ্ণুপান্ট তপথৌ আপটেনা থেল্লমই। মাগী অনীংবসি নংবু কায়হনবা পাম্না তপথৌনে।

কোন্নাউট প্লেস য়ৌরগা মখোয় অতোপ্পা শগোল গাড়ী অমদা অমুক কারমই অমসুং বিরলা হাউস য়ৌগদবা গজ চাম্মমুক ব্লাৎলিঙৈদা খামহল্লমই।

মতাং অসি ব্লাইদদি পুলিসশিংসু গান্ধীবু হাৎননবা শরৌ শীন্নরে হায়বসি চিংনবা হৌরে। মদনলালনা কিহল্লম্বা 'ফির আয়েগা' (মখোয় অমুক লাকখিনি) হায়রম্বদু নত্তবদা মখোয় বোম্বেদা ডাক্তর জৈন্না পীবা ব্লারোল অদুসু ফংলবনি। অদুবু বোম্বে পুলিসনা, চিংনবা য়াবা মীওইশিংদু মখোয়গী শক্তি মনুংদা লৈরবসু, পাও অদু মবা লৌবিরমদে অমসুং মখোয়না তৌবা হায়ববু ভারতকি খুজিন্দা তুম য়ুবদৌনা লৈরবা সর্কারবু য়েংশিনবতনি, অদুগা দিল্লিগী পুলিসতি গান্ধীবু অশোক অপন থোকহনদনবা ঙাকপতনিনা বিরলা হাউস ঙাকপা মশিং হেনগৎহনবা অমদি বিরলা হাউসকি থবক তৌবা মীওইশিংগী মরক্তা ফিজম শেৎপা মী খরা য়েংশিনহনবদুতনি।

অদুবু দিল্লি পুলিসকিদি মখোয়না থবক তৌবদা মুন্দবা অদুগী ঙাকপিবা য়াবসু লৈ। মদু গান্ধী মশামক্না মাবু কয়া কুপ্না শেন্নবিদ্রবসু য়াগনি হায়জবদুননি।

হাৎকনি হায়বগী কিহল্লকপদু নত্তবদা, খুলহোংবা ময়াম্না লাক্ল ফান য়ারক্তবগী মওং অদুদসু দিল্লি পুলিস মকোক য়াম্না শারমই। গান্ধীগী চরাহেনবগী মীয়ামদা চৈনা পীবদু কোকখিবগুম তৌরমই অমরোমদা খুলহোংবা কয়ামরুমদি ফোংনা মদনলালবু থাগৎলদুনা খোল্লাও লাওবা হৌরমই, মখোয়না মহাকপু থৌনা ফম্না য়ানীংদবা উৎপা ঙম্বা মীনি হায়না লৌরমই। মসিবু মদনলালবু থাঙ্গৎনবা খুলহোংবশিং খরগী থৌওং নৎত্রা?

লাইখুরুম্ফমদুদা কনাগুম্বা অমত্তা খুদোংথীহনবা য়ারবা খুৎলাই পূশিলহন্দবা হায়বা তারবদি মীপুম খুদিংমক ফি ফ্রং ফ্রং কলহনবা তাবনি। অদুবু, কনাগুম্বা খরনা ব্লাফম অদু হৌদোক্লুবদা গান্ধীদি জ্ঞান মাঙলমই। মন্দির, গীর্জা নৎত্রগা চার্চতা লাইখুরুম্বা লাকচবশিংদা ফি কলহনবা হৌনব্রনে? মানা তকখৎলকই।

তশেংবসু হন্দক মরক্তি গান্ধী মাগী সংসার অমদা লৈখ্রে, লৈবাক ঙাক্লোন য়েংশিল্লিবা নৎত্রগা লৈবাক্কী আইন য়েংদুনা ধর্ম্ম বিচার তৌরিবা মীশিংনা লৈরিবা

মপানগী সংসারসিগা সুকশম শন্নখিদ্রে, অমরোমদা হৌখিবা অমদি হৌজিক্কি সংসারসিদগীসু লাপখ্রে। য়াম্না চেকশিম্না মহাক্না পাম্মী হায়ববু হিংসা তৌদবা লাম্মী মপৈ অমা, মীয়াম্না য়াবা দল অমা লৈবাক ঙাক্লোন্দগী লাপ্না লৈবা, খুৎশাহৈবগী চাউখৎপদা য়াওরুদবা পূক্সি মরেন অমা, মিনুংশি অমদি ধর্ম্ম চেনবা সমাজ অমনি। পুলিসশিংদুসু মাবু ঙাক্কদৌরিবদু অরায়বা নত্তে। মাগী মনাক্তা মিকুপ-নাহুম শেন্নদুনা লৈগদৌরিবনি মদুনা অরানবা তৌবশিংদা চৈফু পীবা ঙমদবা মী শাদুনা লৈদৌরিবনি। অরাকপা কাংবুশিং ফি কলহনবা হায়বা ৱাফমদু থুনা তোকহনখ্রে। মী খুদিংমক চঙবা অমদি থোকপা য়ারে।

অদুনা জনুৱারীগী তাং ৩০ দা থবক তৌবা কাংবুগী চঙথোক চঙশিন্দুদা কনানো অমনা খাকি অঙাংবা ফুরিৎ লেংজুমদা বিলায় থেৎফম পানবা ওইথংবা লেংজুমদা টুপী অচেপ্পী অমা থেৎলগা চঙলকপদা কনানসু মহাকপু ফি কল্লু হায়দ্রে। অদুগা পুংখায়মুক লৈরগা চঙলকইবা শাল ইনবা শামতুগী টুপী উপ্পা অনি অদুবুসু চিংনবিরুদ্রে।

জানুৱারী তাং ২৯ গী নুংথিলদা বিরলা হাউসতা চরাংনবা অমসু থোকখি। বানুদগী খুলহোংবা মপৈ অমা গান্ধী উন্নবা লাকখি। মখোয়না, অৱাবদু খরা লেল্লবা মতম অসিদা মখোয়না লৈরম্বা য়ুম অদুদগী মখোয়বু তাম্থোকপিরে হায়না ৱাকৎলমই।

মখোয় খুৎথীরবা অমদি খোয়শাওনবনা হকমনখ্রে মদুদি মখোয়দা ধর্ম্মদা মীচঙ মীখায় নাইদবা সরকার অমগী চৎন লোনচৎ শুগাইনা তাকপদু তাবা পামদ্রে। অদুমকপু মখোয় গান্ধীগী পান্দম অদু মায় পাকপদুগী মতাংদু ফাওবদি তাদুনা লৈ।

ঐ অৱাবা ময়াম অসিগী মতেংনা শান্তী অমা পুরকপা পাম্মী, গান্ধীনা মখোয়দা হায়রম্মী।

'ঐখোয়গী ৱারিবা পূম্বা নঙনা থোকহনবনি', খুলহোংবা নিপা অমনা হন্দুনা লাওশিল্লকই। 'ঐখোয়না চত্থরিবা মওং অসিদা অসুম চত্থহল্লগা, নঙনা হিমালয়দা চৎতুনা লাই নীংখিবা য়াদ্রা?

ঐগী হিমালয়দি সিদা লৈরে, গান্ধীনা ওক্তুনা খুম্লকই। নিপা অদুগী মচীন্দগী খোয়দৌ শীকপা ৱাহৈ অমা মখা তারক্লিঙৈদা মহাকপু ফিজম শেৎপা কাংবু খরা চঙশিল্লক্লুনা চিংথোকখিরমই।

জানুৱারীগী তাং ৩০ নি। গান্ধী নুমিৎ অদু অতৈ নুমিৎশিংগা মান্নদে খল্লম্লবদি মহাক্না দিল্লিদা লাকখিবগী মরম অদু মায় পাকপগীদমক্তনি হায়বদি খুন্দাদুনা লৈবা মুসলিমশিংগী মপুক্সি খুয়া তুশিৎনা হিংহনবা ঙম্বদুনি। হৌজিক্তি মহাক মাগী অপাম্বা

লম্বীদা খোঙ থাংবা য়ারে, অতৈ সমস্যাদা চঙশিনবা য়ারে অতৈ লমদা চৎখিবসু য়ারে। মহাক চৎনীংবনা লাংতক্করবনি অদুবু চৎত্রিঙৈদা মহাক ৱাফম অনিখক্তি নাখে শেংহল্লমখিবা তারি। মদুগী ৱাফমদুদা মহাক হৌখিবা নুমিৎ নিনি অসিদা লুপ্তুনা লৈরম্বনি। ঙসিদি মদুগী পাওখুম অদু লৈরে নৎত্রবসু লৈরবা হায়বদুনি।

অমদি দলগী মরমদনি, অমনা লৈবাক ঙাক্লোনগী মতাংদনি। কংগ্রেসকি চোইহা ময়ামসিনা শক্তিগীদমক্তা ইকাইনাইদনা লাক্লরিবা, মদুনা মখোয়না বৃটিশকি মফমদগী নীংতম্বা ফংনবা লাম্থেংনরুবদু শক্তি অমদি লান্নাইগী ওইজবা তান্নবনি হায়না উহল্লিবা মতৌদু মহাক তুকচ্চরমই। অমনা নেহরু অমদি পটেল অনিগী মরক্তা করম্বনা ভারত সরকারগী মকোক ওইহনগদগে হায়বা ৱাফমদুনি।

মীওই লাখ তরা হেন্না য়াওবা ভারতকি জাতীয় কংগ্রেস হায়বদু মাগী খুদুম মনুংদা লৈবগুম, অহানবা ৱাফম অদু মহাক মথক্ত তুপথোক্লমই। মহাক্না দলদুগী থৌদাং হোংদোক্লমই অমসুং অনৌবা কন্সটিটুসন অমা ইরমই মদুদা রাজনিতীদা পূক্লিং লুপশিনবা থাদোক্তুনা প্রজাশিংবু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবিবা ঙম্বা কাংলুপ অমা ওইহল্লমই।

অতোপ্পা ৱাফম অদুদি অদুক লায়না লেপথোক্লমদে। মরুপ শান্নবদা মীগা মীমান্নরবা মীওই অনিদুগী মরক্তা করম্বা ওইহনগদগে হায়বদু মহাক খনখিবা তারমই।

নেহরুগা পটেলগা ক্রক ক্রক য়েংনরক্লিবসি য়াম্না কুইরবা ৱাফম্নি, অদুবু গান্ধীগী মরুম থুপ্না লৈরিবমখৈ অমনা অমদা হেজিন্নবদি তৌরমদে। হৌজিক্তি মখোয় অনিমক সরকারগী মপি মপা ওইবা মীওইমক্তনি, লৈবাক অমদা প্রধান মন্ত্রী অনি লৈবদি য়াদবনিনা অমনা অমদগী হেনগৎখিবা তাখিবনি, অমসুং তশেংবমকসু উপ প্রধান মন্ত্রীগী ফম অদু অখন্ননা পটেল য়েংদুনা শেম্বা তাখিবনি। অদুবু মসিদি থৈদোক-থৈজিন তৌদুনা মতমদুগী য়ানবা তৌখিবনি অমসুং পটেলসু নেহরুগী ঙমথং ওইনা লৈবদু য়াদবা তৌখিদে। থা মঙাগী মনুংদা, পনবা য়াবনা, পটেলনা মাগী ফমদু লৌরবা মতুংদা মানা পুরিবা লোয়শঙদুদা মশক গোকপা পোৎ খরা উহনবা ঙমই। থবক্ত মচুতানা পাঙথোকপা ঙম্নকপদুদা পটেলনা, নেহরুদা মঙোন্দগী ফম চাওনা লৈবসি য়ানিংদবা ফোঙদোকপা হৌখি অমসুং লম্নাই ওইনা উনবা কয়াদা নেহরুগী ফিদম অমদি অরুবা ৱারেপ লৌনীংদবা মওংদুবু পেন্দবা ফোঙদোক্লমই। তশেংনা মরুপ ওইবগী মরিসু লৈনরমদবা অনিদুগী মরী অদু নোংমা নোংমগী ফৎচিল্লক্লমদে। মখোয় অনিমক গান্ধীগা নিতীগী উনবদা অমনা অমগী মথক্তা ৱাকৎ কয়া থাঙ্গৎনরমই, অমসুং ওফিসকি ফাইলদা অমনা অমগী মথক্তা ৱাকায় খরা খরা ইশিন্নরমই।

করিগুম্বা নেহরুনা লুরবা তাংফমদা মায় লৈরবা মতমদা, গান্ধীনা মাবু লৈবাক্কী থবক তৌবদা থমোইগী থাফম থাপ্পা থম্বা ঙমই হায়দুনা পোঙজবা মী ওইনা অমদি রাজনিতীগী থাফমদা অকায়-কায়দা য়েংবা মী অমনি হায়দুনা ইকাই-অকি য়াওদবমখৈ কনখৎপা ঙমই। চহী কয়াগী মমাঙদগী মহাক্না নেহরুবু মামক্কী মচা ওইনা লৌখৎলে হায়না লাওথোক্লমই। হৌজিক্তি, পটেলগী মচানুপী মনিবেন্না থমজবা ডাইরি মতুং ইন্না, মহাক্না লৌখৎপা মতুংদুদা মখা তানবা খম্থবা হৌরে ইরমই। গান্ধীনা পটেলদা হায় হায়না ইরমই, 'নখোয় অনিমক মতীক চারবা মী ঙাক্তনি অমসুং অদুম হায়না অদুম লৈদৌরবনি। নখোয় অনিগী মরক্তা অমা নশানা খঙনা হন্দোক্লো। মানা মীশক মীমায় খঙবা (রেকোর্ডতা) ওইনা য়েংলগা হৌজিক্কি ওইনদি নঙ ওইনা থাঙ্গৎপা তারমালে'।

অদুবু মসিগী থাফমদা মাগী তুংগী ফিভমসু লেপকদৌরিবা পটেলদি গান্ধী নৎত্রগা নেহরুদগী হেন্না উবা ঙম্বা মীওই ওইরমই। জবাহরলালনা অঙাংনি অমদি মীনা মীশক মীমায় খঙবা হেল্লি অমসুং জগৎশিনবা থুংনা মশক খঙলবনি হায়বা থাফম পল্লদুনা পটেলনা গান্ধীদা চিঠি অমা ইরমই মদুদা মহাক ওইনা হন্দোকহনবীরো হায়রমই।

মানা হায়রক্লিবা থাফমদুদা য়াবা ঙমদ্রদুনা গান্ধীনা পটেলবু উন্নসি হায়না তাং ৩০ গী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা কৌরমই।

থাফম অনিসিদা পুক্নিং মপুংফানা লুপশিনখিদুনা গান্ধী মশাগী মরমদা খম্থনবা তাঞ্জা ফংলমদে। নুমিৎ তরানিগী মমাঙদা থোকখিবা ইরাং অদু নেমথরে। অদুবু, মতমদুদসু গান্ধী বোম পোকখায়বদুদা নাচুংবিরুদে মরমদি মানা খনখি মদু 'লাম্মীশিংগী থৌদাং' মখল অমনি হায়না অমসুং মদু হেক লোইখিবগা লেডি মাউন্টবেটেন্না মাবু উনবা লাকখিবদা অমদি মানা ইংনা লৈরম্বদু উবদা থাগৎখিবদুদা মহাক্না হায়রকখি, বিরলা হাউসতা বোম অমা পোকখায়খি হায়বা ফাওবা মাদি খঙলুদে মতমদুদা। কনাগুম্বনা ঐ তন্না নোংমৈ কাপ্লকপা অদুগা ঐনা মোমোন নোক্না রামগী নাম শোন্দুনা মায়োক্নরল্লবা অদু ওইরল্লবদি ঐবু থাগৎপিবসু য়াই।

মদুগী তাঞ্জা মদুগী চাংয়েং নকশিল্লক্লে।

গান্ধী অয়ুক্তা মাগী হৌগৎপা মতম পুং ৩.৩০ দা হৌগৎলমই, লাই শোল্লমই, মাগী ফম্ফমদা ফমদুনা পুং অহুম থবক তৌরমই, অদুগা অতৈনা হৌগৎনদ্রিঙৈ মতমসিদা অমুক তুমথখিরমই। পুং নিপান্দা মহাক অমুক হৌগৎলক্লমই, নুমিৎতুগী পাওচেদা হাইফেৎ য়েংলমই, অদুদগী মশা নোইরদুনা ইরু মায়থজরমই। অয়ুক্কী পুং ৯.৩০ দা চরা খরা থাল্লমই, মদু হান্নগুম্না হমেং মখোম, অনৌবা অমদি থোংলবা ইঙ্খাং নাপী

কোমলা অমদি অশিনবা চম্প্রামহীদা শিং য়ানশিল্লবা মথেলনি। মথং পুং অনি থবক শূরুবা মতুংদা মীকপ অমা তুম্লমই। পুং অনি তারকপদদি মহাক নোংমগী উনবা লাকপা মী কুনমুক মাগী কাদা চঙবগী খুদোংচাবা ফংবা হায়বদি খুলহোংবশিংগী লুচিংবশিং, খঙনবা পাওমীশিং, চুপ্না কোয়বা লাকচবা মী, অমদি ভক্তশিং দর্শন তৌবা লাকচবা অমসুং মাগী লৈফমদুদা মরুপ মপাংশিং লৈখিবা উনবা লাকপা কাংবু, সরকারগী মকোক্তা লৈবা কাংবু অমদি মন্ত্রিশিংসুনি। বিরলা হাউস হায়বসি মতমদুদা সরকারগী খ্বায়দগী মরুওইবা ৱারেপ লৌফম অমদি ৱারেপ কয়া ককথৎফম ওইরমই।

পুং মরিদা সরদার পটেল মাগী মচানুপীগা লোয়ননা লাক্লমই। পটেলনা গান্ধীগা পুংমুক লৈমিন্নরবা ফাওবা মাগী ফম থাদোকপদুগী চিঠিদুগী মতাংদা তঙ তাবা অমত্তা লেপথোক্লবা ঙমখিদে। পটেল মচানুপীগী ডাইরিদা অঙাওবগী চোয়রোলগুম্না অর্থ থোক্তবা মরোল শম্লপ্না মাগী মপানা গান্ধীদা অমদি মঙোন্দা হায়খিবা ৱাফম খরা ইরি-ঃ

'ঐ গান্ধীগা হৌখিবা নুমিৎতসু উন্নরুই। মতমদুদদি মহাক্না নখোয় অনিগী মরক্তা অমা য়াওদবদা থবক পুবা ঙম্লোই হায়রমই। নখোয় অনিমক লৈবা তাই। হয়েং ঐখোয় উনবদা পুন্নমক লেপথোক্লরসি।

মদুগী হয়েং অদু অমুক লাকখিদরে। অদুবু, গান্ধীনা হায়খিবদি পটেল অমদি নেহরু অনিমক লৈগদবনি মরমদি মখোয় অনিগী মরক্তগী অমা য়াওদবা থবক পুবা ঙম্লোই।

পুং মঙা তাগদবা খজিক্তা ঙায়রবনি, গান্ধীগী ইনখৎলকপদা ঙায়রিবী মশুনুপী অনি মনু অমদি অভা কা মনুংদা চঙলক্লমই। গান্ধীনা মাগী মখ্বাঙদা থৌরীনা পুল্লিবা অচৌবা ঘড়ি অদু অমুক্তং চিংথোক্তুনা য়েংলমই অমসুং পটেলদা লাই খুরুম্বা চৎপা মতম য়ৌরে হায়রমই। পুং মঙাগা মিনিট তরা চৎপা মতমদা মহাক কাদু থাদোকখ্রে। হান্নগুম্না মনুগা অভাগা নাকন অনিদা চঙশিল্লমই মখোয়গী লেংজুমদা শৌননবা। মনুগী মখুৎতা গান্ধীগী চীনকুপশেল অমদি লাইনীং মন্ত্র য়াওবা লাইরিক অদু পায়রি। গান্ধী তুরোয় ঙাম্লোই অশংবা লমহাংদুদা থা মচেৎ শাবা অপীকপা থাক মঙাদু কারক্তুনা লাইনীংবা ময়াম পুল্লদুনা মাবু ঙাইরিবা মফমদু তম্না চঙশিল্লক্লমই। ময়ামদা খুরুম্বা ওকপা ওইনা মহাক মখুৎ লোন্নরমই।

লাই খুরুম্ফমদা পুনবা ময়ামদু নুমিৎ অদুদি য়াম্লমই, চাউরাক্না চামঙামুক শুবা য়াই। কারকারে অমদি আপটে লেঙ থৈর থৈরদুনা মমাঙলোমদা চঙশিল্লক্লমই অমসুং নথূরামগী নাকল অনিদা লেপ্লমই, অদুবু মহাক্তি উদবরা খঙদে, উবা মতৌ অমত্তা

মান্দে। মীয়ামদু নিন্নরকই, অমসুং মখোয়না, গান্ধীনা লমহাং ফাওদুনা লাকপা অমদি থাক কাখৎলকপদু উবা ফংলমই।

নথুরাম্না মমৈদা মনাওনিপা গোপালদা হায়বা মতুংইন্নদি নুপী মচা অনিদা শৌরগা গান্ধীনা লাকপদুদা মাগী পোরম অমা কায়রমই। অদুবু, গান্ধীনা মীয়ামদুদা খুৎ লোন্নবগীদমক্তা খুৎ থাঙ্গৎলকপদুদা নথুরাম্না বেরেট্টা অদু ফুরিৎখাওদা য়াওনা য়াওনা কাপফম থিংজিন্নবা মচৈ অদু ইনখৎতুনা থৌরাং তৌদুনা ঙাইরমই, অমসুং মা তন্না চণ্ডশিল্লমই।

পিস্তোল অদু যেৎথংবা খুৎনা পায়রদুনা ঐনা খুৎ লোন্নরমই অমসুং নমস্তে! হায়রমই খুৎ ওয়না মাগী মনাক নক্না লৈরিবা নুপী অদু খংইন ইম্বোক্রমই নোংমৈ কাপ্লকপদা শোক্তনবা। অদুদগী মরু অদু চৎহনখিরমই অথিংবা লৈতনা। মরু অনি নৎত্রগা অক্তম কাপথোকখিববা হায়বদু ঐ খঙহৌদে। গান্ধী শুক্তোক্তুনা য়েংলকই লোয়নননা আ! হায়না লাওরদুনা তুখিরমই। ঐগী খুদুম অদু অদুম চেৎনা পায়শিল্লি পিস্তোল অদু পায়রি অমসুং ৱাংনা থাঙ্গৎলদুনা পুলিস .. পুলিস! হায়না লাওরমই। ঐ মীপুম তিংনা খঙহনবা পামই মদুদি থৌদৌ অসি য়াম্না খল্লগা তৌরকপনি হায়বসে, তৌগে হায়না তৌবনি — অদুগা অশাওবনা মাঙওইনদুনা তৌখিবা নত্তে হায়বদুনি। কনাগুম্বা অমনা ঐহাক চেন্নবা হোৎনখি হায়বসি হায়দনবনি নৎত্রগা পিস্তোল অদু লোৎশিন্নবা হোৎনখি হায়বদুসুনি, ঐ পিস্তোল অদুগা কোন্ননা নাখৈশেংনা ফাহনবা পামখিবনি। অদুবু, ঙাইহাক্তি পূম্নমক চপ লেপই, অদুগা মিনিট মখায়মুক্তি কনামত্তা চণ্ডশিল্লক্লে।

ময়াম পূম্নমক মাগী মনাক নকশিল্লকপা কিরে, মাগী মখুৎমক্তা হৌজিকসু মৈখু কারবা পিস্তোল অদু লৈরি অদুমক্না ময়াম্না মহাক ফাবা ঙমদনবা শীঙনরকপা য়াই হায়না খল্লবজাৎনি। এয়ার ফোর্সকি ফিজোল শেৎপা মীওই অমনা চোংশিল্লক্তুনা মাগী খুদাং তাপ পায়দুনা ফাররবা মতম অদুতদা মহাকসু ৱাই শংলমই। মহাক পিস্তোল অদু থাদোক্লে। অদুগী মথংদা অতোপ্পা মীওই কয়া হয়েং মহাক করন্না ফাখিবগে হায়বগী মতাংদা জবান পীরক্তদৌরিবা ময়াম অদুসু ওমশিল্লক্রমই, মাবু চৈথাংদুনা লাওরমই ফুরমই। পিস্তোল অদু খুৎ অমদগীনা অমদা মথং মথং মুন্নদুনা লৈরি মদু উবদা মহাক্না পুলিস অমদা লাওরমই, নং পোৎ অসি হান্না অমুক্তা ফাজিনখো অদুগা কাপ্পা য়াদনবা মচৈদু অমুক্তা থিংজিনখো নৎত্রবদি মখোয় মশেন কাপখায়নরকপা তারে।

মনু গান্ধীগী চীনকুপশেল অমদি লাইনীংবগী লাইরিক অদু মাবু ইন্থুবদা মখুৎতগী তাখিবদগী খুনগৎপা মতমদদি মখোয়গী মপু অদু লেঙদনা হীপ্লি অদুগা মাগী ফি পকত্রবা থবাক অদুদগী ঈ লেপ্পা লৈতনা হাথরি।

মাবু হাৎননবা মায়োক্লরকপা মতমদা গান্ধীগী মায়থোঙ মোমোন নোকখিবরা, কনাসু উহৌদে। অদুবু পানিপততগী ললোল ইতীক তৌবা মী গুরবচন সিংহ কৌবা গান্ধীবু নীংজবা মীওই অমা মহাক্লা তুরকপা মতমদা মাগী মনীংদা খোঙকাপ অমা অনিদং চখনা লৈরমই, মহাক্লা জবান পীখি, গান্ধীগী অরোইবা ৱাহৈ অদু 'হে রাম' হায়খি! অমরোমদা কারকারেসু গান্ধীগী মনাক্তা ফুট খরতমক চৎথোক্লা লৈবনি, নোংমৈনা পানবসু উখি, অইবা অসিদা ৱাশক্লুনা হায়খি, গান্ধীনা শোল্লকপা হায়ববু চৈনা খাঙবগী ফুনগৎতুনা আ! হায়না লাওখিবতনি।

মখোয় অনিমক লাল্লম্বা য়াই, মখোয়না তায় হায়খিবা নৎত্রগা তাখিবা পুম্বা মীওই অমগীনা নীংজবা মীওই অমগীনা তুক্কচ্চবা মীৎয়েং অদুনা লাকহৎখিবা ওইবা য়াই। অদুবু অমরোমদা অনিমক চুল্লমবসু য়াই, অরোইবা খোঙ্হোক্তা 'হে রাম' হায়না হায়বদু কারকারেদা চৈনাখোল খাঙবা ওইনা তারম্বসু য়াই।

সোমদা নথুরামবু পুলিসশিংনা খুৎলৈ থুনা য়ুম অদুগী নাকল অমদা থৈদোকখ্রে নৎত্রবদি মীয়াম মরক্তগী খরনা মাবু শেৎতুনা চাবিখিবা য়াই, অমরোমদনা থককৎখ্রবা মীওই কয়ানা লাও খোংলদুনা থোকফম থিদুনা মমৈ মকোক খণ্ডদনা চেন্নরি।

# তরামাথোইশুবা তাঙ্কক

... করিগুম্বা নুমিৎতুদা (হায় কোর্টতা) তিল্লিবা মীয়াম অদুদা গোডসেগী আপিল অদুগী বিচার তৌ হায়না শিন্নরম্লবদি, মখোয়না মরাল লৈতে হায়বা রাই অমা শোয়দনা তারমগনি।

জষ্টিস জি ডি খোসলা

মদনলালনা 'ফির আয়েগা' হায়রম্বদুমক থোকখ্রে! মখোয় তশেংনা লাকখি, অদুগা হন্দক্তি মখোয় মায়সু পাকখি। পুলিসশিংদা য়ামদ্রবদা নুমিৎ মপালনিগী মমাঙদা খূউ শেন্ননবা খঙহনখ্রবনি, হায়বদি লৌতুনবা অদুদা মকোক থোংনা য়াওরিবা মীওই অদু পুনা নৎত্রগা বোম্বেগী মরাঠি পাও চে হিন্দু রাস্ট্রগী সম্পাদক্নি হায়বদু মদনলালনা হায়দোকখ্রবনি। ঙসিদি মীওই অদুমক্না গান্ধীবু হাৎখ্রে।

মীহাৎপা অদুনা অঙম অথৌশিংবু খা রাই খঙদমখৈ চেন্নহল্লে। মিনিট কুনগী মনুংদা বোম্বেগী গৃহমন্ত্রী মোরারজী ডেসাই হায়বা, প্রোফেসার জৈন্না নুমিৎ মপালনিগী মমাঙদা মদনলাল অমদি মপাং খরদা গান্ধীবু হাৎনবগী শরৌ শীন্নরে খঙহনখ্রবা মীওইদুনা টেলিফোন্দা ডেপুটি কমিশ্নার নগরবালাদা মীহাৎপদুগী মরমদা তল্লমই অমসুং 'লৌখৎপা য়াবা থৌওং কয়া পায়খৎলু হায়না য়াথং তৌরমই।

অদুমকপু, ঙাইহাক্কুগী ওইনদি পুলিসকি লাইরিক্তা মমিং য়াওখ্রবা মীওইশিংদু ফাননবগী থৌশিল অমত্তা পায়খৎত্রিঙৈদা গান্ধী হাৎলুবনা মরম ওইদুনা অনৌবা ইরাং অমা থোবক্লিবদু লাকশিন্নবা ওইনা খন্নরমই মীহাৎপদু ব্রহ্মণ অমনি হায়বা হেক খঙনরকপগা সহরশিংদা অমদি ময়ায় অমসুং নোংচুপ ভারতকি খুঙ্গংশিংদা ব্রাহ্মণশিংবু খোঙ্গোয়নবিরমই, নুঙনা থাবিরমই অমসুং থৌদোক্কুনা খোয়শাওনহল্লবশিংনা মখোয়গী ময়ুম মকৈ পুম্বা, মৈ থাবিরমই।

মসি ভারততদা থোকপা নাপ চাদবা থৌদৌনি, হায়বদি জাতি মশেন য়েংথিনবসি ধর্ম্ম অনিগী মরক্তা লৌ য়েংনবদগী হেন্না শাথী। সমাজসিগী চৎনলোনচৎ মরক্তা মরা তাখ্রবা পোৎশক অমনি, অমসুং হিন্দুগী মরক্তা লৈরিবা অৱাংবা অনেম্বগী চৎনবী অসিনা মফম পুম্নমক্তগী খীৎ মহেল্লি, গান্ধীবু হাৎলিবদু করম্বা য়েক শলাইদা তিনবা

মীওইনো ওইনীংবা ওইসনু, মসিদা মীওই খরদি খুদোংচাবা লৌদুনা মাগী লন্নাইগী মাঙখিবা কয়া কুপখৎহৌগদৌরিবনি।

অদুগা করিগুম্বা হাৎলল্লিবা মীওই অদু মুসলিম অমা ওইরল্লবদি, মদুনা হিন্দু অমদি শিখশিংনা মুসলিম পুন্নমকী মথক্তা লাল হৌনবগী চপ চাবা খুদোংচাবা অমা ওইরমগনি, মদুনা মৈরীকপীদগী মৈজাও হৌদুনা পাকিস্তানগা লাঞ্জাও অমা থোক্লমগদবনি। ভারতকি লুচিংবশিংগীদি মাউন্টবেটেন্না হেন্না ৱাফমসি উবা ঙমখি। গান্ধী হেক হাৎখিবা মিকুপ খরগী মনুংদা মহাক বিরলা হাউস য়ৌরকখি। অলান কেম্পবেল জোন্সন্না করি থোকখিবগে হায়বদু অসুম্না হায়রি ঃ

'উংখৎনবা অদু অসুক্কী মতীক কনখ্রে মদুদি খলহৌদনা হায়দোকখিবা ৱাহে অমনা লাম্মৈ চাকপগুম শন্দোকখি। ঐখোয়না হেক থুংবদফাওবা (মাউন্টবেটেনবু) মীথীঙ্গায় হৈবা মী অমনা তরাম্না ওক্লমই, মঙোন্দা হায়রমই 'মুসলিম অমনা মদুগী থবক্তু তৌখিবনি'। তাঞ্জা অদুদদি ঐখোয় মীহাৎপা অদুগী মমিং অমদি ধর্ম্ম খঙবা ঙমখিদে, অদুবু মাইন্টবেটনদি খঙই মদু মুসলিম ওইরল্লবদি শাথীরবা লাঞ্জাও অমা শোয়দনা থোকপদা কনাসু থিংবা ঙম্লরোই, অদুনা খঙলাও লাওহৎলকই গাধা, মদু হিন্দুনি হায়বদি নঙদি খঙলমদ্রিবোরে?

হিন্দু অমা ওইরম্বদুদা ব্রাহ্মণ নত্তবা ময়ামদি খরা নেমথরমই হায়বদি ব্রাহ্মণশিংদি 'গান্ধী হাৎপা' কৌবিখ্রে। ব্রাহ্মণগী মায়োক্তা ইরাং হৌবদু বোম্বেদা খীৎ শাথীরমই অমসুং ইরাং নেমথহন্নবা লাম্মী ময়াম কৌথোকপা তারমই পুলিসকি মতেং পাংননবা। মরম পুন্নমক অসিনা রাজনিতীগী অঙম্বা অমনা পীরক্লিবা হুকুম অদু মথংগী নুমিৎয়ুংবা মতুং ফাওবা পাঙথোকপা ঙম্লমদে, অদুবু থবক পায়খৎপদুদি সৱর্কারগী ময়ুমদা থি হূম্বা চখবদগী হৌখি অমদি মাগী লন্নাইগী চে চাং পুম্বা ফাজিনবিরমই মদু চিঠি ১০.০০০ ফাইল ১৪৩ দা য়াওবনি।

অদুবু, নুমিৎ অদুদি সৱর্কারবু অফা-অপুন অমত্তা তৌরমদনা থল্লমই। মাগী মথক্তা লৈরম্বা মরাল শীবা য়াবা ৱাফমদু কয়া কন্না লৈরমদে মদুনা গান্ধী হাৎপগী শরৌদা য়াওই হায়বা য়ারোই। তশেংবসু করিগুম্বা শাক্ষী ওইবা য়াবা পোৎ অমত্তা লৈরমদে। খঙবা ঙমখিবা হায়ববু লৌতুনবা য়াওবা ময়ামদু হিন্দু মহাসভাগা মরী লৈনবা মীওইনি হায়বতনি অমসুং লন্নাই ওইনা সৱর্কারগা চান্নবা উবা ফংবদনি। অমসুং মসিগা মোরারজি ডেসাইনা নগরৱালাদা হায়খিবা (অমদি নগরৱালানা মোরারজিদা হায়খিবা ৱাফম) অদুখক্তা নৎত্রবসু মদুনা মরুওইনা লৌদুনা সৱর্কারবু লৌতুনবদা য়াওবা মরু ওইবা মী অমনি চিংনরুবনি। অদুবু, প্রোফেসার জৈন্না সৱর্কারগী মমিং

মোরারজিগা লোন্না উন্নবদা হায়খিবগী ৱাফমদি লৈতে। মীহাৎপগী বিচারগী জবান লৌবা মতমদা জৈন্না মশানা য়াথ্রবনি, 'ঐনা কেশ অদুগী মরমদা অইবা ওইনা ফেব্রুৱারী তাং ১৭, ১৯৪৮ ফাওবা কনামত্তদা হায়খিবা লৈতে অমসুং নুমিৎ তরানি কোম্থনা পাবা ৱারোল অমদা মদনলালনা বীরসর্ৱকারনা মাবু কৌরকখি হায়বসু হায়খিদে'।

অদুনা মমৈথঙদা জৈন্না ৱাফম পূম্বা মথৌ শঙলবা মতুংদতা সর্ৱকারগী মমিং অহানবা ওইনা থোরকখিবনি। করন্না অমসুং করিগী মহাক্না অহানবা ৱাশক্তুনা জবান পীবা মতদা অসুক লুবা ৱাফম পনখিদবনো হায়বদু শন্দোক্না হায়খিদ্রে।

মদনলাল মশামক্তি ৱাফমসিদা নাখৈ অমা শেংই। ঐবু সর্ৱকারনা অমুক্তসু কৌরকখিদ্রে... ঐনা জৈন্দা সর্ৱকারগী মরমদা ৱারি শাবা লৈখিদে' মাগী বিচারগী মতমদা মহাক্না বিচারপতীদা হায়খিবনি। অদুগা চহী কুন লৈরবা মতুংদা মহাক্কী মিয়াৎ লোইরবা অফা-অপুন লৈত্রবা মী অমা ওইরবা, মতুংদা অইবসিদা ৱাশক্তুনা হায়খি, মহাক্না জৈন্দা সর্ৱকারগী মমিং নোংমতসু পনখিদে।

অতোপ্পা মীওই অনি গান্ধী হাৎলুবগী চেন্নদুনা পুন্সি চুপ্পা মিয়াৎ তারুরবা বিষ্ণু কারকারে অমদি গোপাল গোডসে অনিদা ৱাফমসিগী মতাংদা, সর্ৱকার শিথ্রবা মতুংদা অইবসিনা ৱাহং হংখি, মদুদা চপ মান্ননা খুল্লকই মদুদি মহাক গান্ধী হাৎপগী শরৌদুদা করিমত্তা মরী লৈনদে।

মখোয় অদুমক্না খল্লম্বদি, ডাক্তর জৈন্না মহাক্কী অহানবা জবান পীবদা সর্ৱকারগী মিং পনফম থোক্তে, মদু মখোয়না হায়বদি শিরবা মতুংদা হাপ্তা অহুম লৈরগা লৌবা জবান্নি অমসুং মতমদুদা জৈন্দি ফাজিনথ্রে। মরমসিনা মখোয় খঙলে মাগী মমিং কোনশিল্লকপনি মমৈথঙদা।

মখোয়না অসুম্না হায়রকই। জৈন মতম খরা ফাজিল্লুই অমসুং পুলিসশিংনা য়াম্না য়েংশিল্লমই। মহাক্না পুলিসকি অঙম অথৌ ময়াম অমা মকোক শাহনখি রাজনিতীগী লুচিংবগী মতেং লৌরদুনা, মদুগী ফলনা মানা অহানবা ডেপুটি কমিশ্নার নগরৱালাগা উন্নবদা য়াম্না তাথীনা তৌবদা নত্তনা ফাজিনগনি হায়না কিহল্লমই।

মখোয়না থাজবদি জৈন্না মাগী অশোয়বদু মেনখৎনবা সরকারগী মাইগৈদা সর্ৱকারগী বিচারদা তেংবাংবা য়াবমখৈ তৌগে হায় অদুনা জৈনগী অহানবা জবান মদনলালনা হায়রকপদুদগী খরা হাপচিনবা তারকই, মদু জষ্টিস কাপুরসু উখি। জষ্টিস কাপূরগী মতুংইন্নদি 'জৈনগী অহানবা জবান্দা মীহাৎপগী শরৌশিন্নবগী মতাংদনি অদুগা মমৈদা চনৈনদুনা মহাত্মা গান্ধীবু নমদুনা ফাবগী ৱাফমসু যাওরকই। মসি পুম্বসি নগরৱালাগী নমদুনা ফাদৌরি' হায়বা ৱামফমদুদা চাশিন্ননবা শেন্নকপনি।

মতৌ অদুদা জষ্টিস কাপুরসু ঙকখিবনি, জৈন্না পুলিস অমদা চৎকে লৈতদুনা মাগী ৱারীদু রাজনিতীৱালা অমদা চৎলম্বদো অমসুং মখা তাখি মদু মানা মশামক মীগী ইরাং কয়া য়াওদবা অমা ওইনা পুলিসশিংবু কয়া হৈনদবগী ওইবা য়াই।

অদুবু, জৈনগী মফমদা পুকচেল তিংনা য়েংলবদা, হায়বা য়াবদি মাগী ফিভমদা লৈরবা মীওই অমনা অদুক লুরবা ৱারী অমা পুরগা পুলিসতদি চৎলম্লোই। মদুগী ওন্ন তৈনবদা, ভারতকি নাগরিকশিংগী মরক্তা শোয়দনা থোকপা অমদি মখোয়না লম্বীদা থোকপা খুদোংথীবা নৎত্রগা পোৎচৈ লাকপা অমদা কোর্টতা অমদি পুলিসতা সাক্ষী ওইয়ু হায়রক্কনি হায়দুনা থুনা মাঙনখিবা ঙাক্তনি। অদুনা জষ্টিস কাপুরনা, জৈন্না পুলিসতা চৎখিদবদুদা ঙকখিবদু অতোপ্পা বিচারপতী আত্মা চরন গান্ধী হাৎপা কেশ বিচার তৌখিবা মীওইদুনদি মহাকপু থৌনা লৈবা অমদি মথৌ খঙবা মী অমা ওইনা ৱাকৎ অমদি পীরমই হায়রি ঃ মতাং অদুদা মহাক থোরকখি, মহাক থৌদাং অদু লৌখি মদুগী ফল করি ওইগদগে খন্দনা সমাজসিদা তৌফম থোকপা মথৌ অদু পাঙথোকখি।'

মরম অদুনা ডাক্তর জৈন্না থৌওইনা সৱর্কারগী মমিং পুশিললক্তুনা সরকারগী কেশ মপাঙ্গল কনখৎনবা হোৎনখি হায়না মরাল লৈরবা ময়ামদুগী মরক্তগী খরনা হায়খিবদুদি লৌবা য়াদে। অদুবু মদু পুম্নমক্তু ওইরে হায়না লৌরবদা পুলিসনা সৱর্কারবু অসুক য়ান্না কোনশিনবা পাম্লিবসি করিগীনো? মদু মখোয়গী গান্ধী হাৎত্রিঙৈদা নথূরাম ফাবা ঙমদদুনা তৌফম থোকপদা মায় পাকখিদবা অদু কুপশিনবা ঙম্নবা অচৌবা লুচিংবা য়াওবা সরকারনা কি-তুকচ্চ লোয়নরিবা অদুগুম্বা মীওইদু খোপচিন্দুনা মীনা তাবদা পুক্লিং শোরুবা ৱারী অমা শাগৎনবা হোৎনবা অদুতরা? নৎত্রগা মদু সরকারমক্লা নত্রগা খুৎ কল্লবা মদুগী মনুংগী মীওই খরনা পুলিসপু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরগা লোয়রঙ-শীগ্খোঙ ওইরবা রাজনিতীগী সংস্থান অমবু মরূফংনা মাঙহন্নবা নৎত্রবসু মখোয়গী মায়োক্তদা লৈরবা হায়নবা য়াদ্রবা মীওই অনা মুৎখিনবা হোৎনবরা?

নৎত্রগা অমুকসু, পুম্নমক অদু ভারত্তদা থোকপা লায়না অমা মথি ফোংলকপরা, মদু ধর্ম্মগী ওইবা, শাগৈ জাৎকি ওইবা, লোনগী ওইবা নৎত্রগা পোকফম-চাফমগী ওইবা মদুনা সৱর্কারবু সমাজগী মীওই খরগী মহূদু চঙফম ওইরুরবরা?

ওইনীংবা ওইরসনু, মসিগী শীৎলিবা নুংশিৎসি সৱর্কারসু ইখঙ খঙদনা লৈবা নত্তে, নথূরামগী মায়োক্তা শাক্ষী পীনবা মাবু অঙম্বশিংনা কোর্টতা পুররনি খঙই মদুদি, গান্ধী হাৎখ্রবা মতুং নুমিৎ মঙানি লৈরগা পুলিস চবুন অমা মাগী ময়ুমদা চঙলক্লমই, মশা থোরক্তুনা ওক্লগা খুমই, গান্ধী হাৎপগীদমক্তা নখোয় ঐবু ফাবা লাক্লেনে'?

মখোয় তশেংনা লাক্রবনি, মখোয় মতীকচাবা প্রমানসু লৈত্রিঙেনি। শেংনা হায়রবদা মঙোন্দগী ফাখিবা চিঠি ময়ামদুদা নথূরাম্না থারকপা য়াম্না য়াওরি অমসুং আপটেদগী মঙা তরুক অমগনি অদুবু মখোয়দুদি করিমত্তসু মরী লৈনবা নত্তে। মখোয়না ফংবা ওম্বা হায়ববু নথূরাম অমদি আপটেনা সরকারবু য়াম্না ৱাংনা লৌজে। অদুবু মসিখক্তনদি মেজিস্ট্রেট অমনা থবক পায়খৎপা য়ারে হায়না খন্দুনা ৱারেন্ট অমা থাবা য়াদ্রি।

মসিদি অদুক চৎনবা হায়বদুনি, অমসুং মখোয়না মদু নাথৈদুনা থম্লমই অমসুং মহাকপু প্রিভেন্তিভ ডিটেন্সন এক্টকি মখাদা ফারমই — মদু য়াম্না হিংচা য়াইতম্বগী আইন অমনি মদুনা ভারতকি মথক্তা নেৎতুনা পানবদা ফরবা খুৎলাই ওইখি। ভারতকি রাজনিতী কাংবুশিং পূন্নমক্না বৃটিশকি আইন অসিবু তিনশিৎতুনা তাল্লফাওবদা, কংগ্রেসকি মফমদদি বৃটিশশিংনা চৎথ্রফাওবদা মদু য়াম্না হাথু হাথু লৌথোক্লবগী তঙাইফদবা লৈরমদে অদুনা প্রীভেন্তিভ ডিটেন্সন এক্ট ঙসিফাওবা চৎনবনি। আইন অসিগী মখাদা সরকাববু অফা-অপুন্দা থমখি। অদুদগীদি মখোয়না মাগী অফা অপুন্দা থম্বদু মরাল শীরগা ফাবা য়ানবা মরাল কয়ামরুম শাগৎলমই, মদু শম্না হায়রবদা অদুঙৈদা থোকখিবা কয়া অদুগীসু ঙসিতা লোইনা কোৎথোকপিরমই।

মহাক চহী হুম্ফূমরি শুরে অমসুং চহী অমা খরা হেন্না কোক্না মোনগা তাইনদুনা লৈরম্বনি। ১৯৪৮ গী ফেব্রুবারীগী তাং ৫ দা মহাকপু অফা অপুন্দা থম্বীরমই, অমসুং চহী অমা চুপ্পা জেলদা লৈরমই মতমদুদা কেশ অদুগা থিজিন খোৎচিনবা তৌখি। ১৯৪৯ গী ফেব্রুবারীগী তাং ৫ দা মহাক মরাল লৈতে হায়না বাই তারমই ভারতকি নীংতম্বগী লালহৌ অমদা চহী কুন্তরুক চুপ্পা বৃটিশশিংনা অফা-অপুন অমদি মিয়াৎ তাহন্দুনা জেলদা লৈহনখ্রবা মীওই অদু ঙসি নীংতম্বা হেক লাকপগা অমুক জেলদা নমশিনবীরমই।

বিরলা হাউসতগী নথূরামবু তুঘলক রোড পুলিস স্টেশন্দা ৱা হংনবা পুরমই। পুলিসশিংনা নথূরামদা য়াম্না য়েংনা থবক পায়খৎপগুম তৌই।

মহাক্না হায়জখি মহাক মথন্তা গান্ধী হাৎপগী দায়ীনি অমদি মঙোন্দা কনানসু ইনশিনখিদে অমদি অতৈ অতোপ্পা কনামত্তা শোকখিদনবা করিগুম্বা পাও অমত্তা হায়দোক্তে। অদুবু নথূরামগুম্বা মীওইশিংদি মীনম্বা ঙাঙবদা হৈশিংবা ওইদে। মরমদি, পুলিসনা মাগী ফুরিংখাওদগী ডাইরি অমা ফংই মদুদা মহাক্না অপুনবা পৈশাদগী শিজিন্নখিবা হিসাব কুপ্না ইরমই। মদুদা টেক্সিগী লুপা ৯, চাক চাবগী লুপা ৮, কদায়দগী শগোলগাড়ী তোংবগী লুপা ফাওবদং ইবদা নত্তনা লুপা ৫০ বন্দোপাস্ততা, লুপা ২৫

গোপালদা অমসুং লুপা ৩০৮ না বোম্বে দিল্লি এরোপ্লেন তোংবা ফাওবা হেক্তা ইখ্রে। বন্দোপাস্ত হায়বসি তশেংবদি নথূরাম অমদি আপটেনা বডগে হায়না কৌবদুনি হায়বদু পুলিসনা হেক খঙবা ঙমদ্রবসু হৌবদগী খঙলমগদবা অমদি গোপাল হায়বসি নথূরামগী মনাওনি অমদি লুপা ৩০৮ সি বোম্বে দিল্লিগী প্লেন টিকেটনি হায়বনিনা মদু অমগী টিকেট মমলদি নত্তে টিকেট অনিগীনি।

অদুবু, নথূরাম ফনা চেকশিঞ্জরবসু মঙোন্দা বা হংলিবশিংদা ফাখিবা য়াবা বাফম কয়ামরুমসু হায়দোকখ্রে। মহাক্না হায়দোকখিবদি মহাক তাং ২০ দগী ৩০ ফাওবা অয়াম্বা মতমদা বোম্বেদা লৈখি অমসুং 'হোটেল এলফিনস্তোন্দা' লৈখি হায়বসিনি।

তৌফম থোকপা ওইনা দিল্লি পুলিসনা বোম্বে পুলিসতা হোটেল রেজিষ্টারদগী তাং ২৪ দগী ২৭ ফাওবা নথূরামগা কনাগা লৈমিন্নখিবগে য়েংলকুবা হায়খিরমই।

এলফিনস্তোন হোটেল হায়বসি হোর্ন বাই রোডতা লৈবনি। ফেব্রুবারীগী তাং ৫ দা বোম্বেগী সি আই ডি মীওই খরনা হোটেলদা লৈখিবা মীশিংগী রেজিষ্টার য়েংনবা লাক্রমই। রেজিষ্টার য়েংলুবদা থোইদোকপা কান্নবা অমত্তা ফংদে মরমদি হোটেল মেনেজর অমদি হোটেলদা থবক তৌবা মীওই অমত্তনসু দিল্লিগী পুলিসনা হায়রক্লিবা নথূরামগী ফিভমদুগা চান্নবা মীওই অমত্তা নিংশিংবা ঙমদ্রে মেনেজরদুনা হংলকই, মখোয়না হায়বদু এলফিনস্তোন এনেক্স হায়বা ওইরমগদ্রা, মদুদি কর্নাক রোডতনি ?

পুলিসশিংদুনা মেনেজরদুদা টেলিফোন তৌদুনা অতোপ্পা হোটেলদা হংননবা হায়রমই।

এলফিনস্তোন এনেক্স মী চিনবা মরক্তা লৈবা অহোঙবা হোটেল অমনি, অমসুং মদুগী মেনেজর কাশ্মীরি লাল টেলিফোন অদু পায়রিঙেদা মশকসু ইরাই লায়না উবা ফংই অমসুং কা ময়াম ফাওনবদা শোয়দনা থেংনবা শঙ অদুদগীসু তাবা ফংই। মমৈদা কাশ্মীরি লালনা অসুম্না জবান পীখি ঃ

কা নম্বর ৫ দা লৈবা লমকোয়বা অনিখক মীয়াম পুনফম শঙশাং অদুদা থোরকই। গোবিন্দ হায়বা (থবক তৌবা অঙাং) অমনা হায়খি লমকোয়বা অনিদুগী মনুংদগী অমদি কা নম্বর ৬ তা জানুবারী ২৪ দা লৈরম্বদু মাল্লি।

মী অনিদুগী মরক্তগী অমনা কাশ্মীরি লালদা চঙশিল্লক্তুনা য়াম্না তথক-তথক্লিবদু করিগীনো হংবদা কাশ্মীরি লালনা করিসু নত্তে হায়দুনা লৈথোক্লমই। অদুদগী মহাক্না রেজিষ্টার অদু পুলিস অনি ঙাইরিবা এলফিনস্তোন হোটেলদা পুরমই। পুলিসশিংদুগা লোয়নরদুনা মহাক্না হল্লকপদদি লমকোয়বা অনিদু চথখিরল্লে।

মখোয়দু আপটেগা কারকারেগনি।

লৌতুনবদুগী মরমদা মাঙজৌননা কনানা ইহান হান্না খঙখিবগে হায়বদু থিনবা হোৎনবদা কাপুর কমিসন্না লমদমসিগী লোয়শঙগী মকোক ওইবা ময়াম মরক্তা য়েংথীনবা মওং অমা উবা ফংই অমদি অমনা অমদা হায়খি হায়বা ৱাফমদু অমত্তা চীনখুম মান্নরক্তবসু উখি। মিষ্টর নগরৱালানা হায়রকপা, দিল্লিগী পুলিস ওফিসার অনি সরদার যসৱন্ত সিংহ অমসুং মিষ্টর বালকিষেন্না মঙোন্দা হায়খি হায়বা ৱাফমদুগা মখোয় মশানা হায়জরকপা ৱাফমদুগী মতৌ থীনা খেন্নখ্রে। মঙোন্দা ওফিসার অনিসিগী মরমদা ইবা রিপোর্ট অদুগী তাঙ্কক খরা মদুদা মখোয়না মঙোন্দা বোম্বেদা উহনখিবা পাওচে অমগী মতাং পল্লিবদু অরানবরা হায়না কাপুর কমিসন্না হংবদা মিষ্টর নগৱালানা খুমই, 'ঐবু হায়জৌ হায়রবদি, মান্নি'।

অসুম হায়না লুরবা মতাংদা চীনখুম মান্নদবা কয়া দিল্লি পুলিসকি মকোক মিষ্টর সঞ্জেবী অদুগা বোম্বে সি আই ডি গী ডেপুটি ইন্সপেক্টর জেনেরেল মিষ্টর রানাগী মতাংদসু ফংই, মিষ্টর সঞ্জেবী অমদি মিষ্টর নগরৱালা অমরোমদা মিষ্টর নগরৱালা অমদি মাগী হেক মথক্তা লৈরিবা বোম্বে পুলিসকি কমিশ্নার মিষ্টর ভরুচা হায়বা মাগী ওফিসনা গান্ধী হাৎপগী ৱাফম অমা থিগৎপা ফাওবদা মী চঙবা য়াদবা ওইনা থমখিবা মা ফাওবা খেন্নবা ৱাফম লৈখি।

মসি খেন্নরিবা পুম্বসিগী মরমদি ওফিসার ময়াম অদু থিগৎ-খোৎকৎপগী কমিসন অমগী মমাঙদা পীবা জবান ওইবননি। পাওখুম খুমদোকপদা মখোয় কা হেল্লা চেকশিল্লি অমসুং মখোয়গী পাওখুমদা, কাপুর কমিসনগী ৱাহৈদা পুলিস সংস্থানগী কাংলুপ নাইবা হায়বা ৱাফমদুদা হেক থৈজিল্লি। থিজিন খোৎচিনবদুগী হেক হৌরকপদা মদু লোয়শঙ অমখক্কি মী অমখক্তা পুন্নমকপু য়েংশিনবা অমদি মাগী থৌওং লানবগী মরাল হেক্তা শীবা য়াবদু নত্তে, মদুদা পুলিস লোয়শঙ অহুম য়াওরিবনি — দিল্লি পুলিস, বোম্বে লমদমগী পুলিস, অমদি বোম্বে সহরগী পুলিস অমসুং অহুম অদুগী অমগী মতেং অমদা পীনবগী ৱাফমদি ইয়াও য়াওদে। য়াম্না মরুওইবা পাও য়াওবা ফাইল কয়া অমনা অমদা মতম চানা থানদে হংলুরগা মতেং পীয়ু হায়রক্তবনি হায়। নগরৱালামক্তা কাপুর কমিসন্দা হায়খি ঃ থিজিন-খোৎচিনবদুদি দিল্লি পুলিসনা তৌজবনি, অদুনা মতেং পাল্লগনা মখোয়না হায়রক্কদবনি।

য়াম্না শেংনা হায়রবদা লোয়শঙশিংগী চৎনলোনচৎ পৃথিবী শিনবা থুংনা অসুম্না তৌবা ঙাক্তনি, অচৌবা সংস্থান কয়াদি অমগা অমগা হেঞ্জিন্নদনা থবক তৌই, অদুনা ময়ামসু অসুম খঙনরবা ঙাক্তনি লোয়শঙ অমদা পাও অমা য়ৌরকপদা মতম চানা

লৌফম থোকপা লোয়শঙ অমদা ওইনা য়ৌরন্নবদি কাংখোং চাইবা কয়া অমা থিংবা ঙন্নম্বা য়াই হায়বসে।

অদুবু নগরবালানা অসুন্না হায়খি হায়বদুদি কাপুর কমিসন্না হায়বা 'থবায় য়াওশিন্দবা, তৌই হায়বতমক থোকপা' সিগুম্বা সংস্থান অমনা তৌফম থোকপদুনি, লোয়শঙ মনুংগী হেঞ্জিন্নদবগী চৎনবীদুনা নগরবালা মশামকসু মখোঙ মখুৎ পুন্সিঞ্জখিবা তাবনি। অদুবু, মসিমদি শোয়দ্রবনি, করিগুম্বা মানা হুকুম খরা তৌদুনা তৌফম থোকপা অদুতা ওইরবসু তৌহল্লম্বদা, গান্ধী হাৎপদু থোকহল্লমদবা ঙমগদবনি।

জানুৱারী তাং ২৪ দা নগরবালানা পুলিসতা বডগেবু ফাননবা হায়রমই। পূনা হায়বসি বোম্বেদগী মাইল চাম্মমুক্তমক লাপ্না মফমনি অমসুং পাও থাদোক-থাজিনগী ওইনা খল্লগদি বোম্বেগী খুঙ্গং অমনি হায়না লৌবা য়াই। অদুবু জানুৱারীগী তাং ২৪ হায়বদু থাংজনি, অদুবু তৌরমগদৌরিবদুদি হাপ্তা অমা হেল্লফাওবদা পাও অদু কনাসু পাবা ফাওবা পারম্লোই। মাঙজৌননা হায়খ্রে, বডগেদি পূনাদা তাং কুন্নিথোইগী নুংদাংদা য়ৌরদুনা মাগী লৈফমদুদা লেঙদনা অদুম লৈরি। জানুৱারী তাং ৩১ ফাওবা মাবু ফাখিদে, মদু নগরবালানা হুকুম পীখ্রবা মতুং নুমিৎ তরেৎথনি লৈরগনি।

বডগেবু ফারুবসিদি পুলিসকি মফমদি চিঠিখেলা ফাওবগুম থোক্লবা লাইবক্লি হায়না সংসারসিদা লৈরিবা পুলিস পূন্নমক্লা হায়গনি, খোঙথাং অমখক্তদা লুরবা মীহাৎপগী শরৌ অমগী মপুংফাবা শক্তম অম: উৎলরে।

য়ান্না ঙক্লিবা মতাংদুনা, হুকুম অদু পীরকপা মতমদা, নগরবালাদি লৌতুনবা অদুদা বডগে য়াওরমগনি হায়বসি খল্লুদে। মতমদুদা মদনলাল নত্তনা মানা খঙবা মিং হায়ববু কারকারেনি। দিল্লিদগী পুলিস অনিদুনা হায়রম্বদগী মানা লৌহৌবা হায়ববু, মদনলালগী বারোল মতুংইন্না লৌতুনবা অদুদা য়াওবা মীওই পূন্নমক বোম্বে নথ্রগা পূনাদগীনি অমসুং মখোয় পোকখায়বী খুৎলাই অমদি গ্রেনেড য়াম্না পায়।

পাও অসিনা য়ুম্ফম ওইরগা নগরবালানা অরিবা চে ফাক্কৎতুনা খুৎশু-খুৎলাই লোন্না য়োনবা কাংবুগী মমিং ময়ামদুগী মনুংদা ডিগম্বর বডগেবু খনগৎলকপনি। মহাক্না খল্লম্বদি বডগেবু ফারগা মদনলাল অমসুং মাগী মপাংশিংনা করমহায়না গ্রেনেড অমদি গন-কোটন বোম ফংবগে হায়বদু খিবা ফংগদ্রা য়েংগে তৌরম্বনি। নগরবালানা কাপুর কমিসন্দা হায়খিবদো, 'বডগেবু ফাবা পাম্বদি বোম য়োনবা মী অমা ওইনা গন কোটন বোম ময়ামদু করম্না ফংবনো হংনবনি'।

পূনা পুলিসনা বডগেবু ফাননবা য়াম্না খুৎ চণ্ডদ্রবসু য়াশ্রে, মরমদি মহাক্তি ইরাং চেনবা মী অমা ওইনা অদুম লৈরবনি অদুনা পুলিসনা বা হেক হংনীংবগা কৌবা য়ারবা মীওই অমনি।

অদুবু ফাবিরকউ হায়জরকপদু বোম্বে সহরগী পুলিসতগী প্রোভিন্সিয়েল পুলিস মনুংচনবা পূনা ডিষ্ট্রিক্ট পুলিসতনি অদুনা থবক ওইনা পাওথোক্তিঁডেদা মতম খরা লৌরমই। মমৈদা মখোয়না থবক্তা থীনবদুগী মরম পীবা ওইনা হায় বডগে 'জঙ্গলদা নুমিৎ তরেৎনি লোৎলি' অমসুং মমৈদা নগরবালা মশামক্তা মথৌ ওইনা শণ্ডদুনা থবক্তু পাওথোকহল্লি। বডগে মশামক্তা হায়খি মহাক্তা হায়রিবা মওংদুদা করিমত্তা তৌখিবা লৈতে, মহাক্তা হল্লকপদগী নোংমতসু ময়ুম থাদোকখিদে, অদুগা অহিংদদি ঙাইহাক্ত ফাওবা থাদোক্তে।

জানুবারীগী তাং ৩১ অয়ুক্কী পুং ৫.৩০ দা থোঙদা থীল্লকপদগী বডগে হৌগৎলমই। পূনা ডিষ্ট্রিক্ট পুলিসকি ইন্সপেক্টর ওক্লা মাবু ফাবা লাক্লমই, বডগেসু পম্মদনা চৎলমই।

ষ্টেশন্দা হংলমই, মদনলাল হায়বা নিপা অমনা করম্না দিল্লিদা গান্ধীগী লাইনীংফমদা গনকোটন বোম অমা লংশিল্লকপনো, অমদি খুদক্তা ফাবদা মাগী ফুরিৎখাওদা গ্রেনেডসু য়াওরমই হায়বদু লীরে অদুদগী বডগেদা হংলমই, মদনলালনা কবম্না গন কোটন অমদি গ্রেনেড ফংবা যাই হায়বদু হায়বা ঙস্বরা হংলকই।

বডগেদি খণ্ডই। পোৎ অনিমক্তু মহাক্তা পীখিবনি।

পুলিসকি চৎনলোনচৎ বডগেদি মুন্না খণ্ডই। পুলিসকি বা হংবগী চৎনবী মতমদুদা ভারতকি পুলিসশিংনা চত্থরিবা মতৌ অদুদা মশামক্তা মমং থিবা পামদ্রে। মহাক্তা অখাকপা লৈতনা হায়দোক্লমই।

মচা খায়না হায়থরকপদা মিং কয়ামরুম অমসু চোংথোরকলমই। মদনলাল হায়বসি কারকারেনা মাগী পোৎচৈ পৈফমদা পুরকখি; আপটে অমদি নথুরাম্না গ্রেনেড পীয়ু হায়না লাকখিবা; বোম অমদি রিভোলভরগী বারী; পোৎ অদু থিনবা ওইনা বোম্বেগী খোঙচৎ; অমদি হিন্দু মহাসভা ওফিসতা তানখিবা বাফম। অদুদসু নত্তনা আপটেনা হায়খিবা সিনেমা য়াওবী সাম্তা মোডক্তা উনখিবগী তাঞ্জা মাবু বিম্বা হায়নসু খণ্ডনবা: কারকারেগী মরুপ বোম্বেদা লৈবা জি এম জোসিগী ঠিকানা; লাইগী থাক্তা লৈরবা ভুলেশ্বর মন্দিরগী মচিন মনাও অনি, শক্তি লৈরবা রিভোলভর অমা থিননবা হোৎনখিবা, টেক্সি শাংনা তোংখিবগী বারী, আপটেগা মনোরামা সালভীগগী মরী, অমসুং বোম্বেদা লৈবা নথূরাম অমদি আপটেদা শেম্বুং পীখিবা মীওই অমদি ঠিকানাসু য়াওশ্রে।

মখা তারকপদা দিল্লিদা তৌখিবা থবক ময়াম ঃ গোপাল গোডসেগা উন্নখিবা মশামক্কি রিভোলর পুরকখিবা, বিরলা হাউস লম্পাক কুপ্না য়েংশিল্লুবা, বিরলা মন্দিরগী মনীংগী উমংদা খুৎচুম্বী তাম্নখিবদো, মেরিনা হোটেলগী কাদা অরোইবা থবক শীনদোক্লখিবদো, বিরলা হাউসতা থোকখিবা থৌদোক্তুগী শেংলবা ৱারী অমদি শিজিন্নবা লোইহৌদবা খুৎলাই ময়াম অমা দিল্লিগী হিন্দু মহাসভা ভবন্দা লোৎশিল্লম্বা ফাওবা হায়দোকখ্রে।

নগরৱালানা বডগেবু বোম্বেদগী পুরক্তুনা মদনলালবু মাইয়োক্লনবা দিল্লিদা য়ৌহল্লক্লবা হায়রমই। মসিগী মাইয়োক্লবসিগী মতুং ফাওবদা মদনলালদি মানা হান্না হায়দোকখিবা ৱাফমদুদগী পংহেন হেন্না হায়দোরক্তে। অদুবু মতাং অসিদদি নগরৱালাসু বডগেগা শাংনা ৱারী শাবদগী মহাকসি সরকারগী মাইকৈগী শাক্ষী ওইনা শেমদুনা লৌতুনবা অদু মুন্না মশক খঙবা অমদি লৌতুনবদুদা য়াওবা অতোপ্পা মীওইশিংদু থিবদা অমদি ৱায়েলশঙদা কেশ অদু প্রমান তৌবদা মতেং ওইগদবা মী অমনি হায়বা খঙলে।

জানুৱারীগী তাং ২০ গী নুংথিলদগী বডগেদি অতৈশিংদুনা করি তৌরমগদগে হায়বদুগী মতাংদা করিমত্তা খঙলমদে, মরম অদুনা কনানা বেরেট্টা অদু পীরকপগে হায়বদুগী মরমদা পুলিসতা করিমত্তা হায়বা ঙল্লমদে। অদুবু, মেরিনা হোটেলগী কাদা তাং কুনগী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা পুনখিবা মীওইশিং অদুগী মমিংশিংদু লোইনা হায়দোক্লমই ঃ নথূরাম, আপটে, কারকারে, মদনলাল, গোপাল, শঙ্কর অমদি মশামক।

ফেব্রুৱারীগী তাং ৫ দা নগরৱালানা বডগেনা মঙোন্দা হায়রকখিবা আপটে, গোপাল গোডসে অমদি শঙ্কর কিস্তায়া হায়বা বডগেনা মমা উন্নবা চৎখি অমসুং নুমিৎ অদুদা হল্লক্কনি হায়বা মীওইশিংদু ফংব্রা য়েংগে হায়দুনা পূনাদা লাক্লমই। অদুগা আপটেদি লৈকাইদুদা লৈবা মীওইশিংদুনা নগরৱালাদা হায়রকপদি হাপ্তা অনিমুক পূনাদা উদে অমসুং শঙ্করদি হল্লক্লমদ্রে। গোপালদি ময়ুমদা লৈরমই। মহাকপু ফাদুনা বোম্বে তানা পুরমই।

শঙ্করদি সোলাপুরদা নুমিৎ খরনিগীদমক্তা মমাগা উন্নবা চৎলুবদু মাবু ফাবা লাকপা পুলিসশিংনা হনখ্রবা মতুং পুং খরা লৈরগা হল্লক্লমই। মাগী মবুঙো বডগে ফাখ্রে অমদি বোম্বেদা পুখ্রে হায়বা তাবদা মাবু থিরুনবা বোম্বেদা চৎলগে লেপখ্রে। মাবু বিচার তৌবা বিচারপতি অদুদা মানা মমৈদা হায়খিবা মতুংইন্না ঃ 'বোম্বে য়ৌরবদা ঐ কদায়দা চৎকদগে খঙলমদে। ঐনা ডিক্ষিত মহারাজবু নিংশিংলক্লমই অমসুং ময়ুমদা চৎলুই। ঐনা মাগী মীনায় অমা উন্নরমই অমসুং মানা ঐবু সি আই ডি লোয়শঙদা

পুরমই ঐনা মফমদুদা নগরৱালাগা থেংনখি। কনানো অমনা নগরৱালাদা করিনো খরা হায়খি। অদুদগী মহাক্না খুপাক্না ঐগোন্দা থারকখি'।

'চেনফম লৈত্রবা ৱা হংকগী ওইনৈবদুদা' খাঙবা ঙমদদুনা গোপালনা খুমদোকখিবা ৱাফম কয়াগী মনুংদা অমদি মহাক্কী রিভোলভর অদু মরুপ অমদা চেকশিন্না থম্নবা শিন্নরমই হায়বদুনি। ফেব্রুবারীগী তাং ৮ দা বোম্বে পুলিসনা গোপালবু পূনাদা মাগী মরুপ পাণ্ডুরঙ্গ গোডবোলেবু মশক তারুবা পুরক্লমই। ময়ুমদু য়ৌদ্রিঙেদা মখোয়গী কার অদু খান্নদুনা ফিজম শেৎপা পুলিস অনিনা গোপালবু থোঙ ফাওবা ইন্নরমই।

গোডবোলেনা, গান্ধী হাৎপা মীওই অদু গোপালগী ময়াম্বা নথূরামনি তারকপদুদা গোপালগী রিভোলভরদু মঙোন্দা লৈবদুদা কিবনা নীক্রমই। মরুপ অমদা তানরুবদা মরুপ গোপাল কালেনা রিভোলভর অদু লোৎশিনবিগে হায়না পুখিরমই।

অদুনা গোপাল গোডসেনা ফিজম শেৎপা মীওই খরগা রিভোলভর অদু লৌবা লাকপদা, গোডবোলেনা অহানবদা হন্দোকখ্রে হায়গে তৌকরগা, মথংদদি কালে কৌবা মরুপ অমদা পীখ্রে হায়রকই। অদুদগীদি মখোযনা গোডবোলেবুসু ফারদুনা কারদুদা নমশিন্লগা পুরমই। অদুবু কালেদি মানা হায়খিবা ঙাকপা ওইনা 'রিভোলভর অদু য়েৎথংবা লম্বীগী নাকল ফরগুসন কলেজগী মায়োকুবদা লৈবা মফমদুদা' হন্দোকখ্রবনি।

গোপালগী রিভোলভরদু অদুম ফংখিদ্রে। গোডবোসে অমসুং কালে মখোয অনিমক ৱা হংনবা ফাখ্রে। মখোয় পুলিসকি মখুৎতা হাপ্পা তরুক থম্লমই।

বডগেনা নগরৱালাদা মমিং পনখিবা মী তরেৎ অদুগী মনুংদা মঙাদি পুলিসকি মখুৎতা লৈরবনি, বডগেনা মমিং পন্লম্মোইদৌবা সৰ্বকারসু য়াওরে। হৌজিক্তি আপটেগা কারকারেদা ঙায়রে।

কারকারেনা নগরৱালাবু মমৈ মকোক অমত্তা খঙহন্দ্রে। মহাক পাইরক্কী লৌশিংলৈবা অমদি মীওং লেপ্পা লুবা, ময়াম মরক্তসু তিনবা অদুগা চীকমাঙ মাঙবা ঙম্বা, মশামক মীসু পংত্তিন তিন্নদবা অমদি মীনা মশক খঙবা ৱাবা মী ওইরমই। মহাক থামুক অসি শকলোৎতুনা লৈরবনি। গোৱাদা চেনশিনখ্রবদি মখোয়না কারকারেবু করম্না ফাবা ঙমগদৌরি, মতমদুদদি গোৱা পোর্তুগীজশিংগী লমদমনি অমসুং ভারতকি মরাল লৈরবা কয়াগী মফম চাবা লোৎফম অমনি।

আপটেগী মরমদদি নগরৱালানা ডিটেক্তিভকি মওংদা থিরগা খঙলে মহাক বোম্বেদা মখোঙ থোংনা লাক্কদৌরি। বডগেনা মাগীদমক্তা পীরিবা শক্তমদুনা অশেংবা ওইরবদি মহাক মনোরামা সলভীগা মরী অদুম লৈনরমগনি, মদুদি সি আই ডি

হেডক্কাটরদা মখোঙ থোংনা লাকপগুম্বনি, মরমদি মনোরামাগী মপাগী ময়ুম অদুদি পুলিস লোয়শঙগী য়ুমনি অদুগা মাগী টেলিফোন অদু পুলিস এক্সচেঞ্জদা পুনবনি। নগরবালানা য়ুম অদু কুপ্পা য়েংশিনবা অমদি টেলিফোন বারী শাবা পূন্নমক টেপ লৌশিন্নবা হায়রমই।

অদুদগীদি মহাক খঙবা ঙম্লে মখোয় অনিমক কায়নদ্রি অমদি বোম্বেদা অদুম লৈরি য়ামদ্রবদা মখোয় হৌখিবা নুমিৎ য়ুংবা মতুং ফাওবা বোম্বেদা লৈরি। পূনাদগী হন্নক্রবা মতুং মিকুপ খরা লৈরগা মায়খুরবা সি আই ডি মীওই অনিখক্না এলফিনস্তোন এনেক্সকি রেজিষ্টার অদু মঙোন্দা য়েংহন্নবা পূরক্রমই। মখোয়না হায়রমই, নথুরামগী মরুপ ওইরমগনি হায়না থাজবা মশামক নরায়নরাও ডি হায়না মিং পীজবা অমদি অতোপ্পা কারকারে ওইরমগনি খনবা ফেব্রুবারী তাং ৩ দগী এলফিনস্তোন এনেক্সতা লৈরম্বদু মখোয়না নমদুনা ফাবা ঙমহৌদ্রিবৈদা মিকুপ খরগী মমাঙদা হোটেল থাদোকখ্রে।

নগরবালানা পোরোক শোম্বরকই। হৌজিক তৌবা য়াবা হায়ববু টেপ অদুনা লৌশিল্লম্বা বারীবাতাই কয়াদুদা কান্নবা পুরকপা ঙমগদ্রা য়েংবদুনি। হৌজিক য়েংগদবা হাযববু আপটেনা মাগী চান্নবীদু কয়াম তোয়না উন্নবা পাম্বগে হায়বদুনে অমনা হৌজিক ফাওবা কারকারেসি মাগা লোয়নরিব্রা, হায়বসিদনি।

# তরানিথোইশুবা তাঙ্কক

### ঐগোন্দা ঙাকপিহৈবগী থৌদৌ উৎপীরকপা ঐ পামজদে

নথুরাম গোডসে

গান্ধী শিবগী পাও অদু লাম্মে চাকপগুম শন্দোকখিরমই, অদুগুম্বা মহী ময়াই কল্লবা থৌদৌ অদু রেডিওদসু অখন্নবা লাওথোকখ্রে অদুগা বিরলা হাউসকি মমাঙদসু মীনা ফিঙৌ ফৌখ্রে।

মাইগৈ পুম্বা অমম্বনা লাকশিল্লক্রে। য়াওথাংনবা শাল ইল্লিবা মীওই অনিমক থবকশুবা ময়ামগী চঙফম ওইরিবা লমজঙদুদা নানথোকখিবদু কন্নাসু উহৌদ্রে। পংলাপ লাপ্পা চৎতনা শগোল গাড়ী অমা ফংলে। মখোয়বু ওল্ড দিল্লি ষ্টেশন তানা মদুনা পুবিরম্লে।

অহিং অদু মখোয় ষ্টেশন্দা খূলহোংবা ময়াম মরক্তা তুম্লমই।

মথংগী অয়ুক্তা মখোয়না উরমই, দিল্লি সহর খুন্তাক লানশিবদু মঙায়রে। মফমদুগী মী লাখ তরাগী মনুঙদা লাখ মঙাদি গান্ধীগী সংস্কার তৌবগী মীয়াম তিনবদা য়াওখ্রে মীয়াম অদু মিলিটরি অমদি পুলিসশিংনা লাকশিনবা য়ারবা মওং অমনি, অলান কেম্পবেল জোনসন্না হায়খি। আপটে অমদি কারকারেসু পাম্বা পামদবা মীয়ামগী ঈথক অদুদা য়াওশিল্লদুনা গান্ধীগী হকচাং পুরিবদু য়েংলি।

তশেংবমক মখোয় দিল্লিগী রাজনিতীগী লুচিংবা মীশক মীমায় খঙবা, মখোয়না তৌরিবদুদা য়ানীংবা মীওই খরা উন্ননীংবনি। মখোয়গী মমাঙদা গান্ধী মখোয়না হাৎপনি হায়না হায়রগা পৈশা লৌরগা মখোয়গী মতেংনা অরাপ্পা মীরম অমদা লৈখিবা পাল্লম্বনি। অদুবু, দিল্লিদা অদুগুম্বা মীওই নুমিৎ অদুদা য়াম্না লৈরবসু মখোয়বু লায়না উনবদি ফংলোইদৌরি। থোঙ পুম্বা ককখ্রে। লেমহৌরিবা মতম মখোয় ইংনা চীক্লা লৈনীংলবসু আপটেগা কারকারেগা মখোয়না তৌরুরিবা থবক অদুগীদমক্তা খজিক্তা নীংঙমদবদি পোকখিদে, অদুবু নুমিৎ অদুদা মখোয়না তৌরুরিবা থবক অদু খীৎকি নৎতে অমসুং গান্ধী হায়বসি মখোয়গা য়েংনবদা কয়াদা হেনগ্রবনো হায়বদুদি মখোয়সু খঙলম্লোই হায়বদি লানগনি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মখোয়না রেল ষ্টেশন্দা থোরকখিবনি অদুফাওবদা চাওরবা ষ্টেশন অদু ইটীক চীকপগুম তৌই। বোম্বেগী ট্রেন্দি ঙাইনখিবা তাই হায়বসি খঙলদুনা মখোয়না পুং ৩.৩০ দা থাগদবা এলাহাবাদকি ট্রেন অমা ফারমই।

চিরবা মতম অসিদা পুন্না লৈমিন্নফম থোকপদু থুগাইরদুনা নিপা অনি অসি মখোয়গী হৈনবী কায়দনা আপটেনা সেকেণ্ড ক্লাসতা তোংলে অদুগা কারকারেনা থার্ড ক্লাসতা তোংই।

মখোয়গী ট্রেন অদু থাদ্রিঙৈদা, মহাসভাগী সেক্রেটরি অদুনা বোম্বেদগী টেলিগ্রাম অমা ফংখি ঃ 'দিল্লি য়ৌরক্লনি ঙাকথোক্লবা শেমশারমউ এন, ডি, আপটে'।

মনোরামানা নথুরামদা করিগুম্বা খরা থোকখ্রে হেক তাবগা হায়নবিদু কায়দনা টেলিগ্রাম অদু থারক্লি। অদুবু আপটেদি খঙলবনি তৌরিবা মওং অদুনা মহাক দিল্লিদা লাক্কে হায়না শাগৎপা য়াররোই হায়বসে।

তাং ২ দা মখোয় বোম্বে য়ৌরমই অমসুং সি গ্রীন (নোর্থ) হোটেলদা লৈরমই। কা খুদিংমক অমত্তসু হাঙলমদ্রে, অদুনা মিষ্টর সত্যবান রিলি হায়বা মেনেজর অদুনা মখোয়গী তৌবা ঙম্বা হায়ববু মখোয় অনিমক অতোপ্পা কা অমমমদা অতোপ্পা মীশিংগা পুন্না লৈমিন্নবা অদুগা মদুগী পৈশাসু মাঙজৌননা পীবা তারমই। নুমিৎ অদুগীদি মখোয় অদুম লৈবা তারমই, মথংগী অয়ুক্তা এলফিনস্তোন এনেক্সতা তোঙানবা কা লৌদুনা লৈরমই। নুমিৎ অদুমক্তা ঠানাদা মখোয় চৎতুনা কারকারেগী মরুপ জি এম জোসিগা উন্নরুই। জোসিনা মমৈদা পুলিসতা হায়বা মতুংইন্নদি কোয়রকখিবা অনিদুদা মহাক্না ইকোন কোনবা উনখিবদুদগী কদায়দা লৈরুরবগে হংলুবদা, আপটেনা খুন্নকখি ঃ 'মদু হায়রুদুনসু কান্নবা লৈতে, নুমিৎতু খঙঙুবদা কয়া জুগোৎ চারোই।

খুন্নকখিবা পাওখুমদুদা জোসিদি ভাব তারে মথং হংদ্রবসু য়ারে। পুলিসতসু মহাক্না অদুম হায়না খুমখি।

এলফিনস্তোন এনেক্সতগী মখোয় চেঙ্ঘোরক্লবা মতুংদা আপটেগা কারকারেগা টেক্সি অমদা কারমই অমসুং আর্য্য পৃঠিকাশ্রম হায়বা সর্দ্ধস্তব্রিজদা লৈবা মফমদুদা চৎলমই, আপটেনা কারকারেদা হায়, মহাক কা অমা ইরায় লায়না ফংবা ঙমগনি মরমদি মেনেজর জি পি ডুবেদু মাগা মুন্না খঙনৈ। অদুবু হন্দক্তি ডুবে আপটেগীদমক্তা কা অমত্তা হাঙহনবা ঙমখিদ্রে অমদি তরাম তরাম তৌবগী মতৌদগী লাপখিবসু উরমই। অপটেনা ফৈজোম অমা শেৎপদু উরগা ডুবেনা করেন্নলা হংলকই, 'করিগীনো সাহেব মানবা ফিজোল থাদোক্নুনা ইস্রমদমগী ফিজোল হোৎলিবসে'। আপটেনা ইংনা খুন্নমই,—

তৌরিবনি অসুম য়েংশিল্লু। মমৈদা ডুবেনো হায়দোরকপদগী খঙখিবসি কা অমা পীবা য়ারম্বা জাৎনি অদুবু, অমোৎপা ফিজোল অমদি উবদা দাইহনবা শক ইরুজদবনা নুমিৎ নিনি হুম্নিশুবা মানবদুদা তম্লদুনা পীখিদবনি।

আপটেনা শূকথরদুনা টেক্সিদা হল্লকপদুদা কারকারেনা অহানবা ওইনা মাঙদসু লাং তুংদসু তেন লৈরবা চেনফম লৈত্রবা উরোক অমগী পাংখক ওইগ্রে খল্লক্লে।

মখোয় অমুক ভিক্তোরিয়া ষ্টেশন্দা হল্লক্তুনা ঠানা য়ৌনবা ট্রেন অমা তোংলক্লে অদুগা অমুক নবপদদা লৈবা মিষ্টর জি এম জোসিগী ময়ুমদা হল্লক্লে, হন্দক্তি মপোৎ মচৈশিংসু লোয়নরক্লে।

কনানসু থাজরোইদবা ৱাফম অমদি কোয়রক্লিবা অনিদু গান্ধী হাৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌরুবনি অমদি মখোয় পুলিসনা ফংদনবা চেল্লিবনি হায়বসি হৌজিক ফাওবা জোসিদি খঙদ্রি। অদুমকপু মখোয়গী মতৌদুদা মহাক ৱাখল অমা খনবা হৌরক্লবনি। মখা করি তৌশিগে হায়বদু খন্থনবা মখোয় থুংফম অমখক পাম্বনি, অমসুং জোসিগা কারকারেগা আপটেগা তিন্নবসি য়াম্না লুননি মদুদি মহাক্না মখোয়বু তাম্বোরক্কদবদি নত্তে। তশেংনমকসু মহাক-মক্না মখোয়গী মহূৎ শিন্দুনা মরুপ খরা উন্নরুববা মতুংদা এম জি গাইসাস কৌবা মী অমা পুদুনা লাক্লে।

গাইসাসনা লাকখিবদু তাং তরেৎথকি অয়ুক্কি, আপটেগা কারকারেগা ৱা কয়ামরুম খন্নরমই অমসুং পুনাদা চৎতুনা ফিভম কমদৌরিবগে য়েংশিল্লুই অমদি মখোয়গী ইমুং-মনুংগী ঈ-পাও লৌরুই। তাং ৯ গী অয়ুক্তা মহাক হল্লককই, অমসুং মানা তম্লিবা পাওদুনদি আপটেগা কারকারেগা খুদোংথীনিঙাই লৈতনা পুনা য়ৌবা য়াগনি হায়বদুনি। নুমিৎ অদুগী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মখোয় পুনা য়ৌগদবা রেল অমা তোংলমই।

মখোয় ঙসিদি মরমদম য়ৌরে — য়াম্না নিনখোংবা সহর হিন্দু সঙ্গঠন ঈহৌগী পোরুফমনি হায়না লৌনরবা মফমদুনি, মসিদদি মখোয়গী লুনা তিন্নবা মরুপ তরামাথোই নিথোইরোম লৈখ্রে। মসিদদি মখোয় লোৎপা য়াম্না লায়রে। মখোয়গী মরুপশিংনা মখোয়গী য়ুমদা লোৎহল্লমই মখোয়বু লুনা তৌরমই অমসুং চান থরুবা কয়ামরুমসু পুরকই আপটেগী ময়ুমদগী মাগী শেৎনবা ফি খরা ফাওবা লৌরুরে।

কারকারেনা হায়বা থাজবা তারবদি, মখোয়না মখোয়গী মরমদমদা য়ৌরবা কান্দতা মখোয়গী পুক্লিংদা তৌরুবা থবক অদুনা ওৎপা হৌরমই। নথুরাম, মদনলাল, গোপাল, বডগে অদুদগী নাইতোম খোঙ্গুল লীবা চৎলুবা সঙ্করফাওবা ফাখ্রে, অদুমহায়না সৱর্কারসু অমদি থৌদোক অদুগা মরী ইরৈ লৈনদবা মী তবামাথোই নিথোই অমগসু

ফাওবনি। অদুনা মখোয় অফা-অপুন য়াওদনা লৈথোকপা অমদি মখোয়গা শন্নরুবা মী কয়ামরুম অৱাফম তাহন্দুনতা লৈবসি চুমদ্রমালে হায়বসি খনবা হৌরক্লে। অদুগীসু মথক্তা নাহোকখিনবা হোৎনবদুনা হেন্নসু চুমদ্রে খল্লে।

কারকারেনা অইবসিদা হায়খি, মাইল চাম্মমুক্তং লাপনা লৈবা হায়দ্রাবাদ হায়বা লমদমদুদা মখোয় চেনখিবা য়াম্না য়াবনি অমদি মতমদুদি মফম অদু অতোপ্পা মীরমদম অমা ওইনসু লৈবনি। অদুগীসু মথক্তা হায়দ্রাবাদতদি মখোয়গী হিন্দুবু হিংহন্নবা ঈহৌসিদা শৌগৎপা মরুপ ভাক্তা য়াম্না লৈখ্রে অমদি মখোয়দা মহাক্না তমথীরবা কাসিম রীজভীগী খুপ্প থেংনরুনবা খুৎলাই অমদি শেলগী মতেং য়াম্না পীখিবনি।

অদু নৎলমদ্রগনা, 'ঐখোয় গোবাদা চেনশিনখিবসু য়ারম্বনি' কারকারেনা হায়রকখি। 'অদুবু, অসিগুম্বা ওইথোকপা কয়া অমা লৈ খন্ন খন্ননা ঐখোয় খঙই ঐখোয় অমত্তা তৌরোইদৌরি'।

মহাক্কী লাইরিক গান্ধী হত্যা আনী মী (গান্ধী হাৎপা অমদি ঐহাক) হায়বদুদা গোপাল গোডসেসু, নাহোকখিনবা হোৎননীংদবদু পল্লমই। গান্ধীবু হাৎখ্রবা মতুং নোংমা নিনি লৈরগা গোপালনা চিঠি খরা মৈ থাদুনা লৈরিঙৈদা থোঙ থীল্লকপা অমা তারকখি। পঞ্জাবী মরুপ রামনাথ কৌবা অমা মপান্দা লেপ্লমই।

'অদুদি নখোয়গী নয়াম্বনা ওইরেকো,' রামনাথনা হায়রকই।

'হোয়'।

'য়েংউ, ঐনা খনবদা নঙসু লোৎহৌবা ফৈ। ঐ দিল্লিদা লৈবা মরুপ অমদা চিঠি অমা ইগে। মানা নংবু পুন্নমক ফনবা শীনগনি অমসুং নঙ খুলহোংবা কাংবু মরক্তা লৈবা য়াগনি। নঙদি পঞ্জাবী লোন নীংথিনা ঙাঙবা হৈবনি। নঙনা শিংনা চৎলবদি কনামত্তফাওবা খঙলোই'। অদুদগী রামনাথনা লুপা ২৫০ খক পুথোরক্লুনা গোপালদা দিল্লি চৎনবা শেল লৈত্রবদি লৌ হায়না পীরমই।

অদুবু, গোপালনা লৎনবা তারমই -— য়ারে, ঐ তৌররোই মদু ঙম্মোই হায়না খনবা নত্তে, ঐ চেনবদি তৌররোই খনবননি।

আপটেগা কারকারেগসু মদুমক খল্লক্লে। মখোয় খঙ্গ... ঙম্লক্তবা ওইরম্বসু য়াং নৎত্রগা অয়ম্বনি হায়না খনবির্খিনি হা... খল্লম্বসু য়াই। মখোয় বোম্বেদা হল্লগে হায়না লেপ্লখ্রে।

ফেব্রুৱারীগী তাং ১১ গী অয়ুক্তা মখোয় জোসর্ণা ময়ুমদা অমুক হল্লক্লমই মদুদা মখোয় খঙলে কেকুলোৎপী শান্নবদু ফোঙগদৌরে।

মিকুপ খরগী মতুংদা নথক্রগা পুংশিং অমদা হেক্তা শোরোক্তা সাইরেন খোংবা তারকপা য়াই নথক্রগা খঙহৌদনা মী ময়াম অমা লাক্লগা য়ুমদুবু কোয়শিল্লবা য়াই হায়না মখোয় খন্দুনতা লৈ। করি থোক্লগদগে খঙদবদুনা মখোয়বু য়াম্না লাংতক্লহল্লমই। মখোয় খাঙগুমদনা নুমিৎ নিনি হৌখ্রে, অদুদগী থোকউ হায়না তমখ্রবদা নংহৌরোইদৌরে হায়না কৌথোকপগুম মখোয় বোম্বেগী হোটেল অমদা ওইনা লৈরুরসি হায়না লেপথোক্লরে। নুমিৎ অদু ঈরাই নুমিৎনি তাং ১৩ ফেব্রুবারী থানি।

আপটেনা থৌনা লৈনা রিগাল সিনেমাগী মনীংদা লৈবা পায়রকেগী এপোলো হোটেলদা ফোংনা চঙলক্লমই অমসুং কা অমা পীয়ু হায়রমই। হোটেল এপোলো হায়বসি মহাক্না মনোরামা সালভীগা মিষ্টর এণ্ড মিসেস এন জি আপটে হায়দুনা কয়ারক হন্না লৈখ্রবা বোম্বেগী হোটেল অমনি। ময়াম ওক্লবা লৈরিবা নিপা কেণ্ডিড পিন্টোনা কা নম্বর ২৯ অনিগুবা মথোন্দা পীরমই। আপটেনা কা অদু লৌরমই অমসুং কারকারেগা লোয়ননা পোৎ-চৈ পুরদুনা লৈবা লাক্লমই। মহাক্না রেজিষ্টারদা এন কাশীনাথ অদুগা কারকারেগীনা আর বিষ্ণু হায়না ইশিল্লমই। মসিমক মখোয় মশানা ফাহঞবা অমনি। নুমিৎ অদুমা অমদি অহিং অদুগী অয়াম্বা শরুক মখোয়না খোঙথাং অরূম্বা অমদি থোঙদা হৌনা থীল্লকপগী তাঞ্জা ঙাইরমই।

কনাসু মখোয়বু থিবা লাকত্রে অদুনা নোংঙাল্লমদাইদা মখোয় ঙাইহাক উরোন উরোন তৌরুই।

পায়রকেগী এপোলো হোটেলদা টেলিফোন তৌবা তারবদি মখাদা মী ওক্লবা লৈরিবা নিপাদুগী মনাক্তা কুমথবা তাই। তাং তরামরিগী অয়ুক পুং তরা হেক তাবগা আপটে অমদি কারকারে সিড়ি অদুদা কুমথরদুনা টেলিফোন তৌবা লাক্লমই। অদুদগী মখোয় অনি থোকখ্রে।

পুং তরামাথোই তাবদা ইন্সপেক্টর বি. এ. হলডিপুরনা লুচিংবা পুলিস ময়াম অমনা কা নম্বর ২৯ দা লৈবা মীওই থিবা লাক্লমই। পিন্টোনা হলডিপুরদা কাশিনাথ অমদি বিষ্ণু থোকখ্রে খুল্লমই।

ইন্সপেক্টর অদুনা ফমদুনা ঙাইথরমই। মহাক য়াম্না কুইনা ঙাইবা তারমই। আপটেনা মনোরামাদা নুংদাংগী পুং তরুক্তা উন্নসি হায়খিবনি অদুনা মানা হঞ্জিল্লকপদা পুং ৫.৩০ তারে। হলডিপুরনা টেক্সি অমা হোটেলগী থোঙ্গোন্দা লেপ্না উরমই অমসুং রা হংবগী ফিভমদা পিন্টোদা য়েংলমই। পিন্টোনা চুমই হায়না ইঙ্গিৎ তৌরমই।

হলডিপুরনা আপটেবু ফারমই অমসুং সি আই ডি হেডক্বাটরদা থাখিরমই, অমসুং মশামক কারকারে উন্নখিনি হায়বগী আশাদা ঙাইহৌরি। কারকারেদি ঠানাদা চৎতুনা জোসি উন্নরুবনি, পুং ৪.২৫ দা হল্লকই।

ওল্ড দিল্লি রেল ষ্টেশনগী রিটারিং রুমগী রেজিষ্টারদা উৎলিবদি নথুরাম্না গ্বালিয়রদগী দিল্লিদা চৎপদুগী টিকেট অনি পায় হায়বসিনি, অমসুং মসিগী পাও অসিগী তুংইন্ননা পুলিসনা ব্বা হংবদা ওৎনৈবা তৌদ্রবসু মহাক্কা য়াথোকখিবগুম তৌই মদুদি পিস্তোল অদু গ্বালিয়রদগী ডাক্তর পারচুরেনা পীরকপনি হায়বসিনি। পাও অসি লৌরগা ডেপুটি সুপরিন্টেণ্ডেন্ট বোম্বে সি আই ডি এন ব্বাই ডিয়ুলকরনা ফেব্রুবারীগী তাং ১৪ দা পারচুরেবু ফাবা লাক্রমই।

পারচুরেদি হান্ননা ফারম্লে, অমদি মহাকপু ঙাকশেনবা খ্বায়দগী মশিং য়াম্বা ফাদোক অমা ওইনা থায়নগী অরিবা গ্বালিয়রগী লানবন অমগী অমম্বা কা মতম অমা মুগল সম্রাটশিংনা চেকশিন্না ঙাকশেনবা ফাদোকশিংবু নৈবম্বা অদুগুম্বা কা অমদা থল্লমই।

পারচুরেদা পীরিবা মরালনা মহাক্কা গান্ধী হাৎখ্রে হেক তাবগা 'অথুম-অহাও য়েল্লি' হায়বগী ওইনা তৌই। অথুম-অহাও য়েনবা হায়বা ভারততা চৎনবসি ইউরোপতা কোয়না ফম্মিন্নদুনা য়ু থকমিন্নবগুম্বনি, হরাওবা ফোঙদোকপনি। পারচুরে হায়বসিবু অসুক্কি মতীক পঙবরা গান্ধী শিবদা হরাও তয়াম্বা ফোঙদোক্লিবদো, অদুবু অসুম্না তৌবসি মহাক মথন্তদি ওইরম্মোই। অশোয়বা অৱাৎপা হায়বসিদি মফম পুম্নমক্তা লৈবনি অদুনা গান্ধীগুম্বা মীগীসু অসুম্না য়ানীংদবা মীওই লৈরমইবনি। তশেংবমকসু সহর কয়াদা অমদি খুলহোংবশিংগী কেম্প কয়াদা অসুম হায়না গান্ধী শিবদা অথুম-অহাও য়েনখি হায়বসি য়ানীংদবা ফোংখি অদুবু, নৌনা শেম্বা লমদমদুগী কংগ্রেস মন্ত্রী মণ্ডলদু হুন্দুনা মহাক্কা ব্বা কয়ামরুম ঙাওখি হায়বদি য়াখি।

গ্বালিয়রদদি কংগ্রেসকা হিন্দু মহাসভাগসি ক্রক ক্রক য়েংশিন্নবা দল ওইরমই অমরোমদা পারচুরেনা চপ য়ুংনা লেপখিবসি দিল্লিগী সরকারনা থাবৈ খারা শারদুনা গ্বালিয়রগী মহারাজদা তকশিন্দুনা মাগী দলদা শক্তি শিন্নবগী মহুৎতা কংগ্রেসতা ওইনা শিন্নখিবনি হাযবসিনি। গ্বালিয়রগী কংগ্রেসকি মীওইশিংনা পারচুরেগী লমদমদুগী রাজনিতীদা ইচঙ থৌবদুদা কি-তুক্কচনা য়েংলমই। মরম অদুনা গান্ধী হাৎখ্রবদা গ্বালিয়রগী প্রজা মরক্তা ইৱাং হৌরকপদা মদুগী খুদোংচোবা লৌদুনা পারচুরে অমদি মাগী খোঙলোয় ময়ামবু ফাজিন্দুনা থম্নবা মেন্টেনেন্স ওফ পব্লিক ওর্ডর ওর্ডিনান্সকি মতেং লৌরমই।

মুগলশিংগী মতমদগী থোকপা লাইবক্কী খেলনা তায়োন্নরকপদুমক্নি। পারচুরে পন্দোম লোন্না কাবা নৎত্রগা লৈখা তাবা হায়বগী ব্রায়েন অনিসিদা করম্বা থোক্রগবা হায়না উংবা মতমনি। হাপ্তা খরগী মমাঙদা মহাক গ্বালিয়রগী মকোক অদুনা অহানবা গনতন্ত্রনা য়ুম্ফম ওইনা সরকার শেন্নরাও হায়না বার্ত্তোন তৌরককনি হায়না খমথেংনা থাজরম্বদু, ঙসিদি মহাক কৈশুমশঙদা ওইনা লৈরে।

গ্বালিয়র মতমসিদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমসু ওইদ্রে অদুগা ভারতকি শরুক অমসু ওইদ্রি অনিগী মরক্তা লৈবগুম্বনি। মহারাজগী শক্তিদি কংগ্রেসকি মন্ত্রী মগুলদা শিন্নখ্রে, অদুবু, আইন অমগী মতুংইন্না গ্বালিয়র ভারততা তিনবগী থবক্তি লোইনদ্রি। মসিগী আর্থদি ভারতকি পুলিসশিংনা গ্বালিয়রগী মনুংচন্না লৈখ্রবা মরাল লৈবশিং তানখায়রক্নবা আইনগী মতুং ইন্না অয়াবা অমা হান্না লৌবা তাই।

অদুবু, বোম্বে পুলিস অমদি গ্বালিয়র অনিমক মসিগী চৎনবী অসি থৌশাবিরমদে ডিয়ুলকর লাক্তুনা পারচুরেদা ব্রা হংবা খোৎপা তৌরমই, অমসুং নুমিৎ নিনিগী মনুংদা ব্রারম পুম্বা হায়দোকহল্লমই। মতাংসিদা ডিয়ুলকরদগীসু চাওবা হেনবা, ডেপুটি ইন্সপেক্টর জেনেরেল ইউ জি রানা গ্বালিয়রদা থুংলরে। মখোয় অনিমক্না লাক্তুনা, পারচুরেবু গান্ধী হাৎপগী লৌতুনবদা য়াওবা মীওই অমা ওইনা মরাল শীবা দরকার লৈরবনিনা 'ডোমিনিয়ন পুলিসতা' খুৎশিন্নগদবনি হায়না থৌররে। মদু ফেব্রুয়ারীগী তাং ১৭ তা মরাল লৈবা ময়াম থাংদোক থাংজিন তৌবগী চৎনবী অমত্তা তৌদনা পাঙথোকখিরমই।

মসিগী হাথু হাথু তৌবদুনা পুলিসশিংদা মমৈদা কোক খরা শাহনখি। মমৈদা মখোয়না পারচুরেবু লৌরুনবগী চৎনবীদু দরকার লৈতে মরমদি মহাক গ্বালিয়রদা পোকচরবসু ভারতকি নাগরিক অমনি হায়না লৈখৎনবা হোৎনৈ। মসিগী ব্রাফমসিদা মতেং ওইনবা মখোয়না পারচুরেগী ইমুং মনুংগী মপা মপুগী পোক্নফম ভারততা ওইরমই হায়রমই, মহাক্কী মপা ১৮৭৯ দা বোম্বে ইউনিভর্সিটিগী মেট্রিক পরিক্ষা পাস তৌই, অদুদগী মাগী ইমুং-মনুং বোম্বেদা ১৮৫৫ ফাওবা খাজনা থীরমই হায়বসিনি।

ফেব্রুয়ারীগী তাং ১৭ তা নগরবালা, দিল্লিদগী, গান্ধী হাৎপা থিগৎনবা অখন্নবা সুপরিন্টেণ্ডেন্ট অমা ওইনা হাপ্লে হায়না টেলিফোনগী পাও অমা ফংলমই। মাবু খল্লক্রিবদু মতীক চারে হায়না খন্নরবা মতুংদনি, পুলিস ওফিসার অমগী মফমদদি মদু মাগী তৌঙম্বা উৎচনবা পীরবা খুদোংচাবা অমনি।

হৌজিক্তি, মরুওইনা চিংনবিবা মীওই পুম্বা মখুৎ চল্লবনি। অতোপ্পা তান্নরিবা মীওই অহুম মীচেন ওইনা লৈরিবদুসু ফাগদবা কুইদ্রবনি। মখোয়দুদি জি এস ডগুভটে

নথূরামদা বেরেট্টা অদু য়োল্লকপা মীওই, গঙ্গাধর জাধব পারচুরেগী তুংইনবা অমদি এস ডি শর্ম্মা নথূরামগী .২২ গী পিস্তোল অদুগী মহূত্তা .৩২ রিভোলভর অমা পীরকখিবা মীওইদুনি।

কেশ অসিদা চোংথোরক্লিবা মীওই মরি; —- মদনলাল, গোপাল, কারকারে অমসুং বডগে মখোয়গুম্বগী জবান্না কেশতা মতেং ওইহনগে হায়বগীদি পুলিসকি মখুৎতা লৈরিঙৈদা মরাল য়াহন্নবা নৈবা তাবনি অদুদগী য়াজরক্লিবা মরাল অদুদা ফংলিবা ৱারী অদু শাগৎনবা জবান শেম্বা তাই। খুদম ওইনা হায়রবদা চিংনদুনা ফাবা মী অমনা মহাক করিগুম্বা হোটেল অমদা চাক চারমই হেক হায়রকপদা পুলিসনা হোটেলদুদা চৎলগা হোটেলগী থবক তৌবা অমা নৎত্রগা পোৎচৈ চাবা লাকপা মীওই অমা ফারগা নমদুনা অদুগুম্বা মীওই অদু হোটেলদুদা লাকখি হায়না ৱাশক্তুনা জবান পীহন্নবা হোৎনৈ। অদুগা করিগুম্বদা মখোয়না মরিল খাবা নৎত্রগা মনুংকনবা মী থেংনরুরগনা মখোয়গী বা হংবগী চৎনবীদা থার্ড ডিগ্রী মেথড করা হাপচিনবা অসিতনি।

আইনবু চৎনহন্নবা লৈরিবশিংগী চৎনলোনচৎ অসি য়েংলুরবদি মরাল লৈবগী খুদম চপ চানা ফংলবা মীওইশিংগী জবানতবু লৌদুনা হুকুম অমা তাবা হায়বসিদি চুমদবনি, আইনবু চৎনহল্লিবা কাংবুদুনা মরাল তৌমিন্নবা য়াওবা মীওই বডগেবু অরানবা ঙাঙহৈদ্রবা মীনি লৌদুনা মখোয়গী শাক্ষী মকোক ওইহল্লি।

সংস্কৃত পাওরৌ অমনা হায়রি, অচুম্বা হায়বসিগী শক্লোন য়ামই। অদুবু থোকখিবা পুম্বা থোকখ্রবসু শিজিন্নরিবা থৌওং অদুনা ওইনীংবা ওইহনখ্রবসু পুলিসনা মপুংফানা মরাল অদু য়াহনবা ঙমখি, নৎত্রগা মখোয়গী লোন্দা মরাল শীরবা মখোয়গী মখুৎতা লৈরবা মীওইশিংদুগী 'ৱারোল' নি, সর্বকারদি য়াওদে। শঙ্কর কিস্তায়ানা মঙোন্দা ইনশিনবা য়াওরুদনা দিল্লিগী মহাসভা ভবন্দা বডগেনা তাকপা মতুংইন্না শিজিন্নহৌদবা গ্রেনেড অমদি পোকখায়বী ময়াম অমা অহানবা গান্ধীবু হাৎনবা হোৎনবদা মায় পাকত্রবা মতমদা ফুমখিবা মফম চিংখি অমরোমদা আপটেনা য়ানীংনা নথূরাম্না খুৎচুম্বা য়েংখিবা উ অদু মখোয়দা তাকখি অমসুং মাবু ফারিবা ময়ামদুবু গ্বালিয়র তানা পুখি অমদি পারচুরেগী ময়ুমগী লোন্নবদা থোঙদা বেরেট্টা অদু লৈদ্রিঙৈদা চাং য়েংখিবদু ফাওবা উৎলমই।

উ মউ অমদি থোঙবা অদু কোর্টকি কেশতা মতেং পাংবা পোৎ ওইনা শিজিন্নখি।

অসুম হায়না ৱারোল অদুদগী মচেৎ মচেৎ শমজিল্লক্তুনা য়াম্না খুৎ চঙনা শাগৎলক্লিবা কেশ অদু ঙাকথোকপদা ফনা হৈশিংবা উকিল অমনা খজিক্তং খৈদোক্নবা হোৎনবা ফাওবা য়াবা নৎত্রে।

মদুদা ঙমদ্রিবদি সৱর্কারনি।

মাগী ময়ুমদগী ফাখিবা চে ময়াম অদুনা মাবু ফন্না নাকোইননা ওইরবসু গান্ধীবু হাৎপদা চিংশিল্লকপা ঙমদে, অমরোমদা ফাদুনা থল্লিঙৈফাওবা সৱর্কারদি মতীক-মঙাল লৈবা মী অমা ওইবনা ৱা হায়দোকহন্নবা শিজিন্নবা চৎনবী মওংদুদা খুৎ থাবসু ঙন্নখিদে।

অদুবু, নগরৱালানা, সৱর্কার হায়বসিনা গান্ধী হাৎনবগী শরৌসিদা মকোক ওইনা শীনবনি হায়বসি উরমই অমসুং মদু প্রমান তৌনবা কন্না হোৎনরমই। অসুন্নসু থাজনরমই, পুলিস সংস্থান পুম্বনা লাল্লবসু চুন্নবসু ৱাফমসিদা চোংথোক্কুনা সৱর্কারবু কোনশিলহনবা ঙম্বা মী অমা মনা পীগনি হায়না লৈরমই।

মীশি অদুগী মতাংদা ইবা লাইরিক্তা গোপাল গোডসেনা মহাক্না দিল্লি চৎপগী লম্বেলদা সৱর্কারগীদা চৎলুবা লৈতে হায়বসি থাজহন্নবা মঙোন্দা ৱা হংলিবা পুলিসশিংনা হোৎনবদা অৱাবা অমা ওইখি হায়। মানা মদু থাজহনবা ঙম্বা মতমদুদদি 'মাগী হকচাংদা ইহীং-নাইহীং শাদবা মচেৎ অমত্তা য়াওদ্রে'।

মানা ৱাখিবদি, মহাক সৱর্কার কদায়দা লৈবগে হায়বা ফাওবা খঙদবনি অদুনা ওৎ-নৈবা ময়াম অদুগী মরক্তা চৈফু খজিক্তং ওইরবসু হম্বনবা মখোয়না হংলিবদু খঙই হায়না খুমলুগদবসু খঙদবা ৱাফম খঙই হায়রুবদগী মখা ৱাহং কয়ামরুম হংথরকপসু য়াই। হায়বদি ঐ য়ুমদুদা করন্না চৎলুই, কনা কনা লৈরমই, করি ৱাবী শারকই, করম্বা মতমদনো - মদু পুম্বদু শাগৎতুনা ৱাবী অমা শেম্বা হায়বসি ঐগী শক্তি নৎখিদরে।

সৱর্কারবু খোপচিন্নবা হোৎনবদা পুলিসতা মতেং পাংখিবা মীওইদি ডিগম্বর বডগেনি, তশেংবসু মহাক মশামক শাক্ষী অনিনি হায়না লৌবা য়াই মরমদি, পুলিসকি মখুৎতা লৈরফাওবা শঙ্করদি মপুংফানা মাগী মপান তাংনা লৈরমই অদুনা বডগেনা হেক হায়য়ু হায়রিবমখৈ হায়গদবা মীনি।

অদুবু ৱাফমসিদদি পুলিসশিংনা খনবা ওন্নরে বডগে মতেং পাংবগী ৱা অমত্তা য়াওদ্রে। কেশ চত্থরকপদা কোর্টতা পীবা জবান্দা মহাক্না হায়খি, মদুদি 'মহাক্না সৱর্কারবু দেবতানি' (ঈশ্বরগী শাইওননি) হায়না লৌই অমসুং চহী কুনতরেৎসিগী মতুংসিদসু মহাক্না সৱর্কারবু অদুম কায়দনা ভক্তি লৈরি।

বডগেসি ৱাহং হংলকপা খুদিংদা মেনখৎনবা ৱারোল কয়ামরুম পৈদুনা লৈরবা মী অমনি হায়না লৌরুবসু য়াদ্রি অমরোমদা খরা হম্বৱদা কনাগুম্বা মীওই অমদা নৎত্রগা মরম অমগীদমক্তা খম্ববা তৌদনা কখোকপা মীনি হায়বসু নত্তে অদুবু, অওইবমকসু মহাক সৱর্কারবুদি মপু অমদা মনাই অমনা ভক্তি লৈবগুম লৈ হায়বসিদি চুন্নবনি।

তশেংবসু গান্ধী মশামক্কী সেবক অয়াম্বসু মসিমক্কি। ওইনীংবা পুন্নমক ওইখ্রে, বডগেনা অইবদা হায়খি, ঝারী পুম্বা মঙোন্দা য়াম্না তকৃদনা মহাক্না হায়দোকখ্রবসু সরর্কারগী মাইয়োক্তা শাক্ষী পীদনবা মহাক কন্না হোৎনখি। গোপাল গোডসে বডগেগীদি মরুপ্নি হায়না লৌবা য়াদ্রবনি মামক্না হায় পুলিসনা মহাকপু ঝাফমসিদা য়াম্না অৱাবা অমা ওইহল্লবনি। অদুদগী গোপালনা লোইশিল্লি 'ঝা হংলিবা কাংবু অদু লোম্বোক্তববু ঝা ঙাঙহনবা ঙম্বগী শক্তি চেল্লি'।

মমৈদদি বডগেবু মরোল থোকহনখিরমই। মহাক্না ঝাশক্তুনা হায়রগে হায়না য়ারমই মদুদি নথূরাম অমদি আপটে সরর্কারগা লোয়নখি অমদি বডগেনা তাহৌই সরর্কারনা মখোয়গী খোঙচৎ অদু মায় পাক্না য়েশাসরী হৌ য়া হায়না বর পীখি হায়বদু, হায়বমই।

মদুদগীদি বডগেগী অৱাবা কোকখ্রে। পুলিসকি মখুৎতা লৈরিঙৈদা ফাওবা মহাক পুলিস লোয়শঙগী অচানবা অতিথী অমগুম তৌরমই। মহাকপু শা, য়েরুম, অথুম অহাও, চুরুপ অমদি য়ুনা সেবা তৌদুনা তলব ফাওবা ফংহল্লমই। শঙ্করসু মদুগী মহী মচুমদু ফংজখি।

শঙ্কর হায়বা তোল্লবা অদুদি অকনবা চৈথেং ওইনা ফংজরবনি। করিনো থোকখিবদো হায়বা করিমত্তসু খঙজদনা মহাক মপুন্সিচুপ্পা মিয়াৎ তাখ্রেদো। মহাক মদুগী চৎন-লোনচৎ অদুদা য়াওশিনবা হৈবা ওইরুদ্রে। ঝাশক্তুনা মহাক্না কোটতা হায়রক্লিবদু তারুরগদি ঙক্লিঙাইনি মহাক্না ঙাঙলিবদুবু মশেন মরাং উবরা নৎত্রগা পুলিসকি চৎনলোনচৎ অদুনা থোৎনা লোইনবিরক্লবা লীথোরকপরা খঙদ্রে। মহাক্না হায়খি —

নগরৱালানা বডগে উন্নে হংই, — 'নঙ শঙ্করদা তম্বীরবরা?' অদুগা জেলরদা হায়, 'করিগুম্বা মহাক্না শঙ্করদা তম্বীরবদি বডগেদা য়ু লাল্লু।' ঐনা করি খুমগদবনো হায়বদু বডগেনা তাকই। ঐনা বডগেদা হায়, ঐনা করিমত্তা খঙদনা মসি পুম্বা হায়গদৌরিবসে করিগীনো?

বডগেনা হায় মসি হায়দোক্লবকান্দতা মহাকপু অৱাফমদগী নাম্বোকহনগদৌরিবনি। মহাক্না শঙ্করবু পারা মথং মথং লৌথদুনা তম্বীরমই অমসুং হন্না হন্না হায়হল্লমই। শঙ্করনা মখা তারকই;

নোংমগী নুংদাং নগরৱালা লাকখি অমসুং ... বডগেদা হংই, 'নঙ শঙ্করবু মপুংফানা তম্বীরবরা? (অদুদগী) ঐঙোন্দা হিন্দিদা হংলকই। ঐনা খুম্বদা অরানবা ৫-৬ য়াওখ্রে।

শঙ্করনা তশেং-তশেংনো ৱারম পুম্বসি মাবু ঙাকথোক্কদৌরিবা উকিল অদুগী মমাঙদা হায়দোকখিবা অমদি জেলর অদুনা ৱাফম অদু হায়দোকখ্রে তারকপদা শাওরমই অমসুং চৈ থাংলমই অদুদগী 'বডগেনা জেলরদুগী মমাঙদা ঐবু খজাইদা খুপাক্লা থারমই। অদুগুম্বা লোন অদুনি শঙ্করনা খঙজবা। অদুগী মতুংদগী মহাক্কী লৌগদবা শক্তমদু চপচানা খঙজরে। মাগী ৱারোল অদুগী লোইশিল্লকপদা, মহাক কেশ অদুগা মরী অমত্তা লৈনদে অমদি করিমত্তা খঙদে হায়রগা, শঙ্করনা পুকচেল তিংবা মীনি হায়না উৎনবা ৱারোল অমনা লোইশিল্লি: 'বডগেনা হায়যু হায়না হেক হায়রিমখৈ ঐ হায়রবনি'।

কালেন থাগী থায়ায়দা নুংশাগী মৈশানা খাঙঙমদবা মতমদা কেশ অদু দিল্লিদা হৌরমই। মদু মীয়ামগী বিচারলোয়শঙদা তৌরমদে অদুগী মহৎতা দিল্লিদা লৈবা মুগলশিংগী নিংথৌকোন লাল কিল্লাগী চাওরবা শঙ অমদা চথরমই।

কোর্টশঙ অদু ময়ামদগী হেন্দোক-থোইদোকপা মতৌ অমা লৈবদুমুক কোর্ট অদুসু লৈরমই, মদু সরকারগী হুকুম অমনা অখন্ননা লিংখৎপনি অমদি অতোপ্পা হুকুম অমনা দিল্লিগী কোর্ট অমত্তদা লৈতবা শক্তি অমসু হাপ্লমই — মীহাৎপগী ৱায়েল চথবদা মরাল শীরবা মী অমবু মপুং ফানা ঙাকপিবা ঙম্বদুনি।

মসিগী ৱারোইচেনবা আইন অসিগী মথৌ তাখিবদি জজ অদুনা বডগেবু ঙাকপিবা ঙম্নবনি অমসুং মদুমক মহাক্লা তৌখি। মদুদগী বডগেসি মরাল শীরবা মী অমা ওইরম্বদু 'লীখুন পোমিৎ তাকপা মী' অমা ওনখ্রে।

ময়ামদগী অখন্নবা মওংদা উরিবা অমনা মরাল শীরবা মীওইশিংদু শঙশাং অমদা নমদুনা থমজিল্লমই অমসুং সরকারগী হুকুম অমনা মফমদু কৈশুমশঙনি লাওথোকখি।

মী নিপানখক্তি মীহাৎপা, মী হাৎননবা লৌতুনবা অমদি এক্সপ্লোসিভ সবষ্টেন্সেগী এক্ট থুগাইবগী মরাল শীরমই। মখোয়দুদি নথুরাম গোডসে, নরায়ন আপটে, বিষ্ণুকারকারে, মদনলাল পাহৱা, গোপাল গোডসে, বিনায়ক সবর্কার, দাতাত্রেয় পারচুরে অমসুং শঙ্করকিস্তায়ানি। নথুরামদি গান্ধী হাৎলি হায়বা য়াজরবনি অদুবু অতৈদি মরাল লৈতে হায়না চেল্লি। ৱায়েল অদু চাউরাক্লা থা নিপানমুক চৎথবদুনা কালেন্দগী নিংথমথা লাক্রে। ফেব্রুৱারীগী তাং ১০ বিচারপতি আত্মা চরননা রাই হায়দোক্রমই। সবর্কারদি মরাল লৈতে হায়দুনা থাদোক্রে। তরেৎ অদুগী মনুংদা নথুরাম অমদি আপটেবুনা শিকগী দণ্ডী পীরে, অতৈবুনা মপুন্সিচুপ্পা মিয়াৎ তাহল্লমই।

গোপাল গোডসেনা হায় শঙ্করগী মায়থোঙ লাংশিনখি। মানা য়াম্না হেন্না ঙকখিবদি মাবু মরাল শীরিবা থবক্তুদা মপুংফানা য়াওরুবা মী বডগেবুনা থাদোক্রগা মহাক্লা পুন্সিচুপ্পা

কৈশুমশঙদা লৈবা তাখিবদুনি। গোপাল গোডসেনসু হায়খি, ময়াম্না য়াম্না ঙক্লখিবদি রাই অদু লাওথোকপা তাবদা থম্মোইশোক্লা কপখিবদি বডগেনি।

মিয়াৎ তারবা মীওইশিংদু অম্বালাগী সেন্ট্রেল জেলদা মখোয়গী মিয়াৎ মতম লেন্নবা পুখিরমই। রাই অসিগী মায়োক্তা ময়াম পূন্নমক নথূরামসু য়াওনা পঞ্জাব হায়কোর্টতা আপিল অমা তৌরকলমই। নথূরামগী আপিল অদুদি মঙোন্দা পীরিবা দণ্ডি অদুগীদমক্তা নত্তে, লৌতুনবগী মরাল শীরদুনা অতৈবুসু কোনশিন্নকপগীদমক্তনি। থা মরি লৈরবা মতুংদা কোর্টনা রাই পীরমই। পারচুরেগা শঙ্করগগী মথক্তা প্রমান রাথলি হায়দুনা নাম্থোক্লবগী খুদোংচাবা ফংহল্লমই অদুবু অতৈগী মথক্তা লৈবা দণ্ডিশিংদুদি ওন্থোকপা তৌখিদ্রে।

নবেম্বরগী তাং ১৫ ফাঁসি তৌনবগী লেপ্পা নুমিৎ ওইখি। মদুগী নোংমা বাথলিঙৈদা নথূরাম অমসুং আপটেবু মরুপ-মপাং অমদি মরি মতাশিংনা উনবা য়াহল্লমই। আপটেদি মাগী নুপীগা পূংখায় অমা উনবা য়াহনবদুদা মাগী নুপীনা থম্মোই শোক্লা কপ্লকপদু থেম্বা তাখি। 'নঙগীদি পূন্সিচুপ্পা কপনবা মতম লৈবি, অদুবু ঐখোয অনিগী ওইনদি ওইথোকপা যাবা রা খরা খন্ননবা পূংখায অমত্তা ঙাযরবনি'।

মহাক কপ্পা তোক্লুনা মানা হাযবা তারমই।

মরি মতাশিংনা চান থক্লবা পুরকপদুনা মখোয় অঁশেইবা ওইনা চামিন্নরমই। নুংদাংগী চবা চারবা মতুংদা মিয়াৎ তারবা অহুম গোপাল মদনলাল অমসুং কাবকাবে ফাঁসি তৌগদবা মীগী লৈফমদা চঙদুনা মখোয়গা লৈমিন্নহনবা য়াহল্লি। মখোয় পুন্না গীতাগী অনিশুবা, তরামাথোইশুবা অমদি তরানিপানশুবা অধ্যায়দু থীমিন্নবমই।

মতমদু পূং তরা তারে অতৈ ময়াম মাগী মাগী লৈফমদা হন্নবা মতম য়ৌরে।

অদুবু চিংখৈনা ফিদুপ শুল্লকপা মতমদুদা মখোয় অমুক ফাঁসি তৌগদবা মীগী লৈফম তানা লাক্লুনা গীতাগী শ্লোক মখা তানা থীমিন্নরমই। অদুদগী নথূরামগা আপটেগা ইরুমায়থজরে। গোপালনা ময়াম্বদা হংই তাদা নঙগী নকোইদু কোক্লোইদ্রা? নথূরাম্না মখুৎনা মখাদাওদা নাল্লদুনা ঐ ঙরাং নুংদাংদি কোক্লপনিনে, ঐ পার্টিদা চংকদবসু নত্তবদা ফমল্লেদা, খুল্লমই।

অরোইবা মরুপ-মপাং ওইবগী খুদম উৎনবা ওইনা জেলগী বার্ডরশিংনা নথূরামগী কোফী অমগা ময়ামগীনা চা পুরক্লমই অমসুং পুন্না থকমিন্নবমই। অদুবু; হৌজিক্তি অতৈ ময়ামগা কায়নবা মতম য়ৌশিল্লক্লবনি। ফাঁসিগী থৌরাং তৌবা মতম য়ৌরে। মখোয়না শেৎকদবা ফিজোল অমুবশিংদু গার্ডশিংনা পুশিল্লক্লে।

নথূরাম অমদি আপটে মখোযগী কাদুদগী অমুবা ফিজোল শেৎলদুনা মখুৎতা খায়দোক্লিবা ভাবতকি মেপ অমমম অমদি গীতা অমমম কোল্লদুনা থোবক্লে। চেকশিন্না ঙাকশেল্লবা কাদুদগী অসুক ঙনবা অয়ুক্তা মখোয়বু থোকপা য়াহনবসি মসিনা অহানবনি অমসুং আপটেনা পঞ্জাবকি নিংথমথাগী ঙাঙ্গান্নবা নুমিৎ অদুদা খুৎ থিন্দুনা নথূরামবু উহল্লমই।

হোয়নহৈ, সিমলাদা নুমিৎ থোকপদু মাল্লিনে, নথূরাম্না হায়রকই।

মখোয়না ফাঁসি তৌফম শঙদুদা চৎনা চৎনা মচীন্দা লাওরকই, 'অখণ্ড ভাবত অমব বহে'। (মচেৎ তাদবা ভারত কুইনা হিংবা ওইসনু)।

মখোয়বু তোঙান্না শেম্বা ফাঁসি শঙ, মখোয়গীদমক্তা য়ুংবা মরী অনিদং য়াম্থদুনা লৈরিবা উফে অমত্তদগী মখোয়গী মঙক্তা শিজিন্নবা থৌরি য়াওবা মফমদুদা চঙননবা হায়রমই। মখোয়না মচীন্দা সংস্কৃত শ্লোক অমা থীমিন্নদুনা চঙশিল্লকই ঃ 'ইমা পোক্লফম লমদম নুংশিবী কায়নরমদাইসিদা নচাশিংনা খুরুমজরি'।

হিন্দুগী চৎনপথাপ মতুংইন্না কৈশুমশঙগী বাংমদা মখোয়গী সংস্কাব তৌখি। মংদুদা ফুডাগুম্বা শারক্তনবা মুগলগী মতম কুইনগী চৎনবীগুম্না লমহাংদু খোইদোক্লুনা নাপি থারমই ধর্ম্মগী চৎনবী ওইনা মখোয়গী উৎ অদু অনকপা তুরেল ঘাঘরদা থাদশ্ত্রবসু মদু যাম্না লোন্না পাঙথোকখি মরমদি কনামত্তনসু কবম্বা মফমদা মখোযগী উৎ থাদখিবগে খঙদনবনি।



লোইরবা।